# Akangba Atargulap

*a Manipuri novel*

by Dr. Bilashini Haobam, 2000

Novel অসিদা য়াওরিবা অমসুং থাজরিবা character শিং অসিগা হৌজিক হিংদুনা লৈরিবা নত্রগা লৈখিদ্রবা মীওই অমত্তগা মরি লৈনজদে। পুন্নমক অইবীগী ৱাখলনুংদগী থোরকপা ঙাক্তনি।

মখুম য়েকপা ঃ এল. ইবোচৌবা সিংহ. ইম্ফাল আর্ট কলেজ

অহানবা ফোঙবা ঃ ডিসেম্বর, ২০০০

অফোঙবা ঃ আর এস প্রদক্সন, ইম্ফাল।

মশিং ঃ ১০০০

মমল ঃ ৬০/- (হুম্ফু)

ফংফম ঃ রাজেস বুক ষ্টোর, সেন্ট্রেল লাইব্রেরী মনাক
অমসুং অফোঙবগী য়ুম।

টাইপ সেট্টিং ঃ সি: সি: পি: শগোলবন্দ, ইম্ফাল।

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টস, লোক্লাওবুং, ইম্ফাল।

# অইবীগী ৱাহৈ খরদং

তুমিন-তুমিন ৱাখল খনজবা পামজরূবগা, অৱা-অনা কয়া মায়োক্নদুনা হিংলিবা নুপী ওইবী কয়াগী পুন্সিগী ৱারি কয়া তারু-উরুরগা থম্মোইদা ফাওরকপা পুক্নিংগী ইথিল অদু অসুম খোৎচিনজরূবদগী নোভেল অসি থোকখিবনি। মতম কুইনা নমশিন্দুনা থম্লুরবনি; অদুবু ঐগী মরুপ-মপাংশিংনা ফোংদবা য়াদে হায়বীরকপদগী লাইরিক অসি খুদোল তমজখিবনি। অইবগী অহানবা খুৎথা ওইবনা সাহিত্য লৈকোলসিগী চৎনরোল অমত্তা খঙদনা পুথোকখিবগী অশোয়বা কয়া অমা লৈরবসু পাবীরিবশিংনা ঙাকপীগনি খঙ্জে। বনানগী কাঙলোন্দদি অশোয়বা কয়া য়াওরম্বা য়ারী। ফনা শোয়দনবা হোৎনজরবসু সাহিত্যাকার অমগী গুণ শুনা লৈজদবনা হেক্তা শোয়খি। মথংগী খুৎনমদা শোয়দনবা হোৎনজগে।

অইবী

তাং ২।২।১৯৯৬

# অহানবা শরুক

খাক্রা শাগ্রবা কালেনগী মৈশা মরক্তুদা থেক্ক খোয়না লাওখোংদুনা চেল্লম্বা কোইম্বতুর এক্সপ্রেস, মতম চানা হাওবা ষ্টেসন্দা থুংলরে। বেলদগী তেক কুমথখিবদা কোয়'শল্লক্লবা কলিশিংদুদগী নাম্থোক্তুনা ঐগী পম্বুংফম য়ৌনিংলম্মী। অসুম্না তৌফম খঙদনা ইতোমত্রা চণ্ডক্রদুনা প্লেটফোর্মদা কন্নানোমনা তুংদগী কৌরকপা তাখি।

"ইম্মা মণিপুর য়ৌবীগদব্রা ?"

- মানি ইবুংঙো - নঙদি ?

- ঐসুনি ।

- ফ্লাইত্তা চৎপীগদব্রা ?

হোয়, - ইবুংঙো ।

-অদু ওইরবদি পূন্না টেক্সি অমদা চৎলসি করি হায়বগে ?

-ফরেনে । খোঙবু ওইরসি লাকও ।

অসুম্না কুলি অমদা ঐখোয় অনীগী পোৎ অদু পুহল্লগা প্রি-পেইড টেক্সিগী টিকেট ককফম কাউন্টরদা লাক্লে। পোৎশিংদু পূন্না থমলে। নুপামচাদুনা ভা ড়াগা লোইনা পীগ্রে অদুগা হায়রকই

-ইমানা পোৎশি পূন্না শঙবীরমলো, ঐ টেক্সিগী টিকেট ককলুগে।

মহাক্কা টিকেট ককপা চৎখিবদুদা ঐনা পোৎশিংদু শঙহৌই। পাখঙদুগী সুইটকেসতু খরগা থাংজিনগে হায়দুনা য়েংলুবদদি হেগুল ময়াদুদা স্তিকরনা নপ্লম্মী "এডভোকেট ব্রোজেন"। ঐহাক্কা খরগা হেন্না মুন্না য়েংশিল্লম্মী। এডভোকেত হাযবা ৱাহৈ খরদু পাবদা মতম কুইনা কাউগে খল্লবসু ঈনৌত নৌদুনা লৈরবা ঐহাক্কী পুক্সিগী ৱারী ময়াম অমদি থম্মোয়দা হক্কুনা থল্লবা দাগফম ময়ামদু হন্না নীংশিংলক্লম্মী। চহী কয়া কুইনা ইমা লৈবাক থাদোকলুরবা মতুংদা নাইতোম তারবা পুক্সি অমা ওইনা ইমা লৈবাকপু নীংশিংলক্লুনা ঐহাক হল্লকপনি। ৱাইহাক তুমিন্না উংলগা ফমদুনা লৈক্লে। মতমদুদা পাখঙদুনা কৌরকখি

- ইমা! গাড়ীদা কাখৎপিরো। চৎনবা তৌরাস। নহা ওইরিবা পাখঙ মচাদুনা "ইমা" হায়না কৌরকপদুদা ঐগী মপৃক্লাংদা য়াম্না নুংশিবা অমা ফাওরম্মী। মপাঙ্গদা অমুক্তা ফংলকত্রিবা ফংগনিসু খনদ্রবা মীঙ্গৌ অদুদা যাম্না খোযনাংলম্মী। মরম হায়বদু কবি ওইগনি। সংসারসিদা ঐগীনি হায়জবা য়াবা, মচা অমনা মমাবু নুংশিবগী মতৌ উৎতুনা "ইমা" হায়না কৌবীনবা অদুগা অমবোমদা মচা অমবু নুংশিবা মতৌ উৎতুনা "ইবুংঙো" হায়না মীঙ্গৌবীরনবা কনা লৈজদ্রবা জুড়া অমখক ঈশ্বরনা শেম্বীবম্বগুম তৌরম্মী। অসুম্না ঐখোয় অনীমক অহাংবা লবুক লম্কাং কয়া চিনখ্রবা কলকতা সহরগী ফুড়া দলান, ময়াম, কয়ামুক্ত য়েংনা য়েংনা লাকপনা টেক্সিদু দম দম ইন্টরনেস্নেল ইয়ারপোর্ট তা থুংলরে। কলকতাদগী ইম্ফাল পাইনবা প্লেনদু হান্না লাক্লুনা লৈরমলে। রিপোর্ট তৌবা লোইরদুনা মথং মথং চোক তৌনবা কৌশিনখ্রে। মশা-মশাসু চোক তৌবা লোইবদুনা পোৎশিং চোক তৌনবা শেম শাবম্মী। পাখঙদুগী স্যুইতকেসতু হাংদোক্লুনা চোক তৌরিবদুদা ঐগী মীৎয়েং তারে। পোৎ চৈশিংদু ওৎ-ওৎতুনা থিবদুদা মথা ইথং থংবদা যাওরিবা য়াম্না চাউনা ইনলার্জ তৌরবা ফ্রেম চনবা মমা মচা নম্না ফোটো অমা য়াওরম্মী। মদু উবদা ঐহাক খঙহৌদনা চঙশিন্দুনা পায়খৎলগা য়েংলুরি। অদুগা পাখঙদুদা হায়রম্মী।

- মসি নঙগী কনানো? নুপীসি নঙগী করি থোক্লে?

- ঐগী ইমানি। অদুগা অঙাংদুনা ঐনি। ইমাবু খঙবীবরা?

- উম, ঐ মাবু খঙই। য়াম্না মূন্না খঙই।

ওঙ্খোক্না তেনখ্রবা চীনখ্রবা মতমদুদা মখা তাবা ৱারী শানবা য়াবা মতম নৎত্রবানিনা পূক্নীংদা চীংল-চীংললা পোৎশিংদু চোক তৌবা লোইরদুনা ফোটোদু মখাদা অমুক হাপচিল্লে অদুগা করিসু য়াওদ্রে হায়বা খঙলবা অদুদদি স্যুইতকেসতু খ্মজিনখ্রে। চোক তৌবগী থবক অদু লোইরদুনা এবোপ্লেন দা কাখৎনরক্লে। সিটসু অহাংবা খরা অদুম য়াওবদুদা ঐখোয় অনি পূন্না পরেং অমত্তদা অদুমক ফমলে। মতম কুইনগী তুংদা মমা লৈবাকপু উবা ফংলনি খল্লুবদা ঐহাক য়াম্না লাংতক্লরম্মী। এবোপ্লেনগী থোঙনাউদগী য়েংথখিবদা লোনথোক্লবী তরু-তরু না শংবান্নবী অতিয়াদুদা লৈচিনগী মপৈ মপৈদুনা ফজ-ফজরবা নুংঙৌগী ফুড়া দলান কয়া, লুপাগী উ রা, ফজরবা লৈকোল, উমঙ-ৱামং অমদি লম্বী কয়ানা লৈতেংলবা, মঙগী লৈবাক অমদা, লোনথোক্লবা লুপাগী মী, শা-ষণ, লেংলল-পাল্লিবা কয়া অমনা লৈতেংলবা চীক্লবা মঙলৈবাক্কী সংসার অমা লৈরবোই নিংহল্লম্মী। মফমদুদা ঐগী লাই ওইখ্রবা নুংশিবশিংদু মরক্তুদা য়াওরিদরা য়েংলুরি। অসুম্না চীং লেম্লবা লূপা মফোনগী মঙলৈবাক্তা চৎলিমাল্লে খল্লম্মী। ঙাইহাক লৈবগা প্লেনদু খরা নেমথরক্লবা মতমদুদা অশংবা লবুক-লম্পাং, উমং-ৱামং কয়া উরক্লম্মী। অদুগী মতমদদা মঙ্গৎওনরকই ঐহাক মঙলৈবাক্তুগী হল্লক্কুনা তাইবঙপানগী লমদা লৈরমলে। ইম্ফালদা লোন্দিং তৌগদবা কুইদ্রে। পীক্তক-পীক্তক তৌবা চীংয়া তময়া লবুক্কী লৌরী, তুরেন, পাৎ, চীং পূম্নমক এবিয়েল ভিয়ুদগী উরকপদুদা ইমা লৈবাকপু মতম কুইনগী তুংদা উবা ফংজরনি খনবদা হাযফম খঙদনা নুঙাইরম্মী। লম্বীদা ঐনা লাংতক্লনা হৌদোকই।

- ইবুংঙো, নহাকপু কদায় চৎলুবনো। ইমাদি কমদৌরি?

ৱাদু তাবদা মহাক পাক খুমদে। মখোল খজিক নিকলপ তৌনা খুমলকই

-ইমা, ঐগী ইমা লৈজদ্রে। মহাক শিখিবা য়াম্না কুইরে। মাগী মশক মূন্না খঙজহৌদ্রবনি। ঐহাক বৃন্দাবন্দা ঐখোয় অবোক অমা লৈতদুনা মাগী শ্রাদ্ধগী চৎলুবনি। ফোটোশি মঙাইরে ইমাগী নীংশিং খুদম হায়ববু। অবোকতুগী কাদা থেংলম্বদগী পুরকপনি।

-ইমাবু পোকপী অবোক্লা ?

-নৎতে, ইমাগী মনেনি। মাগী মনাক্তা লৈরকপনি।

-য়ূমদদি কনা কনা লৈ। বাবাদি লৈরিবরা ?

- লৈত্রে। ঐগী কনাসু লৈজদ্রে।

পাখঙদুনা মখা তারকই। ইমা, পুন্সিগী ৱারীসে কনাদসু লীনিংদবনি অদুবু ইমানা অসুক থৱায় য়াওনা হংলবনিনা ঐ লীবগে।

ঐহাক্কী ইপাদু য়াম্না চাওবা জর্জনি হায়। মাগী মমিং "এডভোকেত বিপিন" হায়বগা মীয়াম্না খঙনবা অফাওবা উকিল অমনি। মহাক্লা ঐগী ইমাবু অসুক্কী মতীক লৈখা তানবগী মরমনি। ঐখোয় অবোক্লা লীরম্বা ৱারীদা খঙহৌবনি। মহাক্লা লুহোংলবা মতুংদা ইমাবু হন্না য়েংবীরমদে। মাগী হান্না নুংশিজবা নুপীদুদা লুপতুনা লৈখিবদগী ইমানা য়ূম থাদোক্লুনা চৎখি। মমৈদা লৈখা তারবা পুন্সি মরেন অমা লেনখি হায়। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মখোয় অনী থেংনবদগী লাইবক্লা তম্বা হায়গদ্রা ঐহাক অসি মখোয়গী মরন ওইনা ঈশ্বরনা থম্বীরপ্নি হায়না অবোক্লা লীবীখি। অসুম্না ঐনা চহী মঙা শুরকপদা বৃন্দাবন্দা অবোক্কী মনাক্তা ইমাদু লৈখিদ্রে। ইমাগী মনাউ থোকপা মামা অমনা ঐবু মী অমা ওইননবা শেম্বীরকপনি। মাগী মমিং "জসবন্ত" কৌই। মহাক্লা ঐগী ইপা-ইমা শক্লবনি। ঐগী ববাগী মচে অমা লৈ। মহাক্লা ঐবু ববাগী মহুৎ শিন্দুনা য়ূম অদুদা পুশিনবীদুনা ঐহাক লৈজরে। হান্নগুম ইপাগী ইজ্জৎ শনমান পূম্নমক হনজিন্নবা ইনেবেম্মনা তোৎনবীরি। মাগী ৱাদু তারগা ঐহাক্কী মীৎলুদগী খাম্বা ঙমহৌদ্রবা পী মরীক খরা তাথোকখ্রে। মদু উবদা মহাক্লা ঙক্লদুনা হঙলকখি ।

-ইমা ! নহাক করিগী কপ্লিবনো ? করম্না ঐখোয় ইমাগা খঙনরিবনো?

-নংগী ৱারী অসিগা ঐগী পুন্সিগা মরী য়াম্না লৈনৈ। ঐ লোইনা খঙই, নঙগী নমাগী ৱারীসু খঙই। মতমদো নীংশিংলুবদা কপলিবনি। থম্মোয়সে পুবা ঙমদনা হিংলকলিবনি। ইঙক ঙক্লা য়েংই অদুগা হায়রকই ঃ

- ইমাগী মরমদা খজিক্তং খঙলবদি ঐঙোন্দা হায়বীয়ু।

-ঐখোয় ইম্ফালদা লেন্দিং তৌগদবা ঙাইহাকতা ঙাইরে। নহাক্লা খঙনীংলবদি নোংমা লাকউ। ঐগী ভিজিটিং কার্ড নি, মনঙন্দা ইরিবদুনা মফমসিগী ঐগী এড্রেসনি। অসুম্না মাগী মাগী লম্বীদা চৎনখ্রে।

য়ুম হেক য়ৌবগা ব্রোজেন্দু ইরুজথোক্লগা মফি-মরোল প্রপ-প্রপ হোংদোকতুনা ঙাইহাক পোত্থানবা তৌরম্মী। মাঙ্গোন্দা মনেবেম্মগা জসবন্তগা ঙাংনবদু ইরাও লাওনা তারি -

- নামা ওনবদু ইবুংঙো অতোম্বখোয়দি করিসু হায়রোইদরা? হয়েং মদুগীদমক্তা ইচাগী পুন্সিদা অৱাবা ওইগদৌশরুক সিদা সুম লৈজসনু ইচেবেম্মা করি হায়বগে। ঐগীসু কনা লৈজদে।

- অহীং নুংথিল নাইদনা ঐসু মদুগী চিন্তা তৌবনি। অদুবু ঐগী ইবুংঙোচৌবদো য়াম্ন জ্ঞান তায় । মহাকসু চিংননা লৈরম্বা জাৎনি। পূম্নমক ঐনা মঙোন্দা খঙহনখ্রবনি। মাগী লুহোংবসি হেক লোইবগা ঐখোয়সু য়ূমদা চৎলনি। নিঙোন্না মপামদা শিবা ঐ পামদে। ঐখোয়গীসু মপাগী সম্পতি লৈরিসিদি।

অসুম্না মখোয়না ৱারী শান্নরিঙৈদা ব্রোজেন্দু থোরকই। মনেবেম্মনা হায়খি-

- বুবু কদাইদনো ?

- ইনেবেম্মা, ঐ ক্লাকৈথেল ফাওবদা চৎচরুগে তৌবনি। মরুপ অমত্তা উন্নজরুগে। চঙশিন্দুনা মনেবেম্মবু খুরুম্মী। মনেবেম্মগী মপুক্লীংদা খঞ্জহৌই -

কয়াদা ফজশ্ত্রবা! য়েংবদা চুঙ ফীরান চানা, মপানা পাখঙ ওইরিঙৈদুগা চপ হেক মান্নে। মখোয় অনিমক মাবু য়েংবদা ওষ্ঠোক্লা পেনজরে। মপৃক্লীংদা ঈশ্বরবু হন্না হন্না থাগৎচৈ। কয়াদা নুংশিত্রবা! কয়াদা লমচৎ ব্যাভার ফজশ্রবা! ঙাইহাক খল্লুরগা মনেবোক্লা মখা তাখি -

- চৎলু চৎলু, পংথেংদি থেংলক্কনু ।

ব্রোজেন গেরেজদগী কার থৌদোক্কুনা চৎখি।

# অনিশুবা শরুক

ঐসু য়ুম য়ৌরে । অঙ্কল দামুগী মচাশিংনা ঐবু ওক্লম্মী। পুম্নমক ইচাই-চাইরি। ইচাই চাইরবা ঐগী পুন্সিনি। অৱা-নুংঙাই অনিমক্কী পল্লেপফম লৈত্রবনি। অদুবু পুম্নমক খোমজিন তাশিন্দুনা নে-না তানা পোত্থানবা লাক্লরি। অঙ্কল দামুগী নুপী লাক্কুনা ইমুংদু লোয়শিনবীররে। অসুম্না হান্নগী ফিভমদি তারে। লাইবিক ঙাক্তো হাপ্পা নোংপোক থংবা ৱার্ডদ্রোপতু হাংদোক্কুনা নৌনা পুরক্লিবা লাইরিক ময়ামদু মফম মফম চানা থম্নবা হোৎনরি। খঙহৌদনা চিঠি ময়াম হাপ্পা প্লাস্টিক বোক্স মচাদুদা ঐগী মীৎয়েং তারুরে। কুইশ্রবা মতমগী ৱারী ময়াম অমা য়াওরিবা চিঠিশিংদু অমমমতা থাঙ্গৎতুনা য়েংলুরি। মরক্কুদগী মমাঙঙৈদা ইচে মেধানা থারকখিবা চিঠিশিংদু ফাকতোকলুরে। খঙহৌদনা নিংশিংবা কৌবা লাই ময়াম অমনা চাববগুম ইশাসে ইপং পংথরক্লম্মী। কপ্পবা পী ফাওবা কংশ্রবা ঐনি। করি অমত্তা লৈজরমদ্রবসু নিংশিংবা কৌবা লন ময়ামসি ইমাংদা অমমম তাদুনা লৈরবগুম তৌরম্মী। অসুম্না ইচে মেধাদো অমদি মহাক্কী মরি লৈনখিবা ৱা কয়া কয়া ইনৌ নৌনা নিংশিংলক্লে।

মতমদু ঐহাক অঙাং ওইরি। পাবুংনা ঐবু ডার্জিলিংগী লারেতো কনভেন্টতা মখা তমথনবা থীনবীরম্মী। মরক-মরক্তা মণিপুরদগী খংন-চানবা মরূপ-মপাংদগী চিঠি ফংলম্মী। মদু মঙাই মাগী ঈ পাউ হায়ববু। মাগা ঐগা ই-পাও ফাওনদবসি ফনদি মকুইরে। নোংমা ইথা থাজদনা ইচে মেধাদগী চিঠি ফংবদা ঐ নুংঙাইমনশ্রদুনা পারুবদদি মানা ঐঙোন্দা অসুম্না ইরকখি ঃ

**সরমিলা,** **ইম্ফাল, তাং ২৯।৬।৭১**

ঙসি অসিমসু মমাঙঙৈঙগুম নহাক ঐনা মমৈ মকোক ঈশম হেক শম্নদনা লীখিবা ৱারী ময়াম তাগদবগী লাংতক্লবদো অদুম্না অদুম লাংতক্লরমগদ্রা খন্দুনা চিঠি অসি ইরক্লিবনি। ঐগী পুন্সিগী ইচেল অসে নাকল অমদা থৈদোকখরে। থৈদোকখ্রবা পুন্সিগী ঈচেলদো পূমকং কংখরে। নাকল অমদা থৈদুনা চেনখরে। ঈশিংগী ঈচেলদুনা নাকন অমদা থৈখ্রবদা, নোংমা পাক চাউখ্রবা ঈচেল অমা চেল্লম্মী হায়বা খঙনবা লৈকংলাগী তুরেল অদুদি অদুমক লৈহৌরি। ঈশিংতনি য়াওদবা।

য়েংঙোই সরমিলা, ঐহাক অসি মহাক্কী পুন্সিগী ঈচেলদা ঙাইহাক্কী ওইবা ঈশিং ঈচাউগী ঈথক ঈরৈদুদা কন্না চেম্থরম্বা কাওশিংদুনি। কদায়দনো পলহৌরে, অসুম্না ঈপাক য়ৌবা ঙমদনা পৎতুনা মাংলবা কাওশিং মপৈদু ওইরমলে। নঙসু খল্লুনে কনাবু থাজখিসিগে। ঐ ঙসিদি মৌ হল্লকপী হায়বদু ওইরে। সমাজগী হম্থবা মীৎয়েং মরক্তা ৱানা খাংলিবা, পুন্সিগী অৱা নুংঙাইগীদমক্তা লাম্থেংনরিবা লম্মূক্লরবা লম্বী চৎপা অমা ওইনা হিংলি। ঐহাক য়ুমদা তাদগী মনাক্তা লৈরে। তোল্লবা কনা লৈজদ্রবা হায়বদু ওইরে। নঙনা তত্তনা হংলকখিবা ৱাহংশিং অদুগী পাউখুমনি ঐনা ঙসি পীরিবা অসে। নঙবু কমদৌবিবগে? নংগী ৱাসু তানীংই। ঐগীদি মখা তানা ইনিংঙাই লৈত্রে। নুংঙাইরবা হরাউ তযাম্বতনা থল্লবা মতমদুদা লৈরম্বা মরূপ মপাং পুম্নমক ঙসিদি নাথৈদুনা চৎখিবগুমলে। ঐগী মরূপ হাযববু ফুমদুনা চাক্লিবা থম্মোয়গী মৈশাশে খরদং ইংহনবীরিবা মীৎকী পী অসি মঙাইরে। পীরাংগী মরুমদা হিংবা তারমালে অসুম্না অসুমক।

ফরে অসিৱাইসিদা ঐগী ৱারী ইবা লোইরগে। অরোইবা ওইনা, সিমতং হায়গে তৌবনি। বিপিন্দু লুহোংখরে। মহাক মশানা য়াদবা মাল্লি। মখোয় অহল লমন্না শিনবনি হায়। মাগীদমক্তা নহাক খল্লুরগনু। নঙগী ৱা ইরকউ মতাংসিদা ইবানি অসুম কায়নরসি। নৎত্রবদি নঙ পাবা য়াম্না তল্লনি। নঙবু হরাউহন্নবা ৱা য়াওরোইদৌরে। য়ুমদা অনা-অয়েক য়াওদে। পুম্নমক য়াইফরি।

নহাক্কী নচে,

মেধাবতি, ইম্ফাল।

অসুম্না ঐহাক মাগী চিঠিদু হন্না হন্না পারে। করি তৌরবা জাৎনো। মরৌ লৈখ্রবা অর্থ লৈখ্রবা মাগী ৱাহৈ ৱাতাদু ইহান হানবদা ঐদি খরগা হৈজদবনে অর্থ খঙদদুনা হন্না হন্না পারে। ঐসু ইতোমতা হৌখ্রবা থৌদোক কয়াগী নীংশিং চৈনাখোন্না অমুক অমুক অৱা নুংঙাইগী ইথক্তা তাওথরকই। নিংশিংলকই মতমদো। ঙাইহাক ঈশানা ইশাবু কাউজরুই। বিপিনগী ৱা নিংশিংলরোই খন্না থম্মোয়গী কাচিন অমদা থৈজিন্দুনা থমখ্রে। মদুগী মহুৎতা ইচে মেধাগীদমক্তা নুপি অমা ওইনা ঐনা ৱাজৈ।

ইচে মেধাসে ঐঙোন্দগী চহী অনী ফাদনা হল্লি। ইমান্নবী ওইনসু তিন্নৈ। চহীদা য়েংলগা ঐনা মাবু ইচে কৌজবগী ৱাতনি। খিত্তং লাপতক তৌবা ইমাগী মবীনি। মামশিংগী মচানি। ঐখোয় অনী অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুল অমতদা পূন্না তম্মিনরকপনি। কলেজগী থাক ফাওবদা পূল্লম্মী অদুবু পি.য়ু.সি. দগী অদুমক কায়নরে। অদুদগীদি ঐখোয় অনী অদুম লাপথোক্লরে। ফন কুইনা চিঠি ইনরম্বনি অদুবু মাগী মপাউ তাহল্লক্তবা কুইখ্রে। ইমাংদা শঙ-শঙ উরকই মা-ঐ কলেজ অহানবা কাবগী নুংঙাইবদো। নোকমিন্নখিবা লাংমিন্নখিবা। ইচম চম্বা ইঙখৎলকপগী নুংঙাইবা ময়াম। মহাকসু ঐগুম ইঙাও ঙাওনা হৌরকপনি। মতমদো জি.পি. কলেজদা তম্লিঙৈদনি........।

কলেজ ভোটতনি মাগা তাধীরেনগা খঙনখিবা। ডি.এম. কলেজগী ম্যুজিক সেক্রেটরী ওইনা কাখিবা তাধীরেনগী ভোটতা মানা থৱায় য়াওজখিবদুদি অঙকপনি। নোংমসু ঐখোয় অনী গার্লস কম্মন রুমগী লাক্কদৌরিবা মীখলদা কেন্দিদেট ওইরিবী ইবেথোইবীনা ধীরেনগী ঈশৈ তার্কসি হায়দুনা ইবানি চৎলি। ঐসু পোলি-পোলি মাগী মতুং ইন্নবদি লেপতে। মথোঙ মরম খঙদনা মানা হেক তৌরিবমখৈ ঐসু য়াওরুই। নুমিৎতুদা তাধিরেন্না ঈশৈ তরাদগী তাদনা শকই। মী পূন্নমক পূমশুম হেক শুমখি। মগুণ লৈবা ধীরেন্নী। অসুম্না তাধীরেন্না মূজিক সেক্রেটরী ওইরে। মখোয় ফ্রেসর্স মিটতা ঐসু ঈচে মেধাগী মতুং ইন্দুনা চৎলি। নুমিৎতুদা মীয়াম্না লাংতক্লনা ঙাইরম্লবা মাগী ঈশৈশিংগী মরক্তুদা ইচে মেধানা য়াম্না থৱায় তানা ঙঙজবা

অমা য়াওরি। ঙসিসু চিংথদনা নীংশিংলি। অহৈবম শ্যামগী ......

মচেৎ মচেৎ কয়া থোক্লা শেগাইবীরমলে নঙনা.............

ঐগী পুন্সিগী অরোইবা শরুকতো পাবা থোক্তনা....... পাবা থোক্তনা

শেগাইরবা মচেৎশিংদো খুনজিনবদা ৱারবা..............।

মসিমক তাধীরেন্না ইহান হান্না শকখিবনি। ঈচে মেধানা তোয়না ঙঙজবা ঈশৈদো ঙসিদি অশেংবা ওইনা মাগী পুন্সিদা থোক্লরে। ঈশৈদো তাধীরেন্না য়াম্না পাম্না শকখি। ঈচেনসু য়াম্না পামখি। মী পূম্নমক্না হায়নরিবনি। মশক ফজবা নৈশাবী কয়ানা ঙাওজরিবা ৱারীনরিবা তাধীরেন্নি। মদুদনি ঈচে মেধাসু চেন্নখ্রিবা। ঈচে মেধানা মাগী ভোটকীদমক্তা নোংঙানফাত্রিঙৈদা লৌবা লাকপদা ইমাগা পাবুংগা তাকলমদনা তুমিন্না চৎলুবদগী ঐসু খোম্থী ফন য়াম্না চাগ্রবনি। ঙসিসু নৌহৌননা নীংশিংলকই। ইকুই কুইদে মেধাদো নোরেন হুন্দোক্লম্লগা তাধিরেন্দা চেনখ্রে। ঈশৈদুনা মাগী পুন্সিগী মমলসু লেপখ্রে। ঐনা ৱারিবনা পূম্নমক মচেৎ-মচেৎ তাগ্রবা জাৎলা? নৎত্রগা মাগী পুন্সিবু মচেৎ-মচেৎ তানা শেগাইবীরম্লবা জাৎলা অসিতনি।

লুহোংলবা মতুংদা ঈচে মেধাদো কলেজ কারক্লম্মী নোংমা লম্বীদা থেংনৈ। ঐনা হংলুই ঈচে মেধা নুংঙাইরিবরো, পুন্সিসিবু মহাও কমদৌবগে ? ফাগী য়াম্না তৌগনবা ঈচে মেধানি। নুমিৎতুসু অদুমক ফাগী তৌরম্মী।

ইবেম্মা পুন্সিগী মহাওসিবু করি হায়সিগে খঙদ্রে কয়া হাওতে। মহাও অনীখক তংলুই অমনা থুম য়াকপনা লোয়, অমনা নমদ্রে। নমদ্রে হায়দুনা খরগা অমুক থাকলুবদা খরা অমুক হেনখিদুনা য়াক্লিবনি। উপাই লৈতে করম তৌনি। অসিগুম্বসি অসুমক চাবা তারেদনা। হা...হা... নোকথোকই ফাগী তাথোকখি। ঐসু ফাগী ওইরবোই নীংদুনা অদুম নোকই। মানা হায়রিবদুমক ফাগীনি অদুম খনখি। অদুবু তত্তনা খনখি ঙসিদি ঈচেদো য়াম্নমক ৱারবজাৎলনে ? মাগীদমক্তা তাধীরেন্দু করি অমত্তা খনবীদ্রবা জাৎলনে? খঙদেদা মহাক অদুবু অতিয়াদা পাইরিবা অরেপ্পা মচু অমদি শকলোন নৈত্রবা নৈচিনগুম্না মপূকচেল ওনখ্রবা জাৎলা। নৈচিনগুম অরেপ্পা নৈতনা অদুম পাইখ্রবা জাৎলা।

ইমায়পেম্মা মাগী লুহোংবদা থোকখিবা ৱাথোক ময়ামদো। মামগা ইনেগনা য়াখিদ্রবা মশা মতীক চাদ্রি হায়দুনা ফনা য়াম্লা খায়ননবা হোৎনখিবনি। অদুবু করিসু কান্নখিদ্রবা। মানা হেক ঙমদুনা লৈখিবনি। মপোৎ-মচৈ হায়রা মতোমতা য়াওবী নিঙোন্নি হায়দুনা অৱৈবমখৈ উনখিবনি।

ঈচেমেধাদো মচা অনী লৈরে হায়। নুপী অমা নুপা অমনি। তাধীরেনদো য়াম্লা কেথোক মৌথোক্লা হৌরকপনি। অচাওরম কাজবদা লৈকায়দুদা ঐখোয় ইমুং লৈরি হায়দুনা চোংথোকপা য়াবা ইমুংনি। মী মমাঙদা ইরৈ লৈত্রবসু অৱৈবা শাজবা হুইগী চাক তোৎপদা য়াইঙং তোৎলগা থায় হায়রীবা লৈকায়দুদা পোকপনি। অচোপ অবেম য়েংদনা থবক অমা হেক্তা পায়বা য়াবা নত্তে। ইজ্জৎ য়াওদবা থবক্তি মহাক্লা করম্লা তৌরুগানি। শুফম তৌফম খঙদ্রদুনা মহাকসু ককঙাওনরে। শঙ্গদি অচৌ-অশাং ঙাক্তনি। নোংমা নোংমগী থোকউ-থোকউবা পার্তিনি করিনি হায়দুনা খরা থকচন খরা চাশিন মশক্তু য়েংবা য়াদরে। কুচু কুমেন মশক খঙদ্রে। কলেজ ফংসন কয়াদা ধীরেন্না ঈশৈ শকপা য়েংগদবগী তান্নরম্বনি। নুপী পূম্নমক্লা কল্লক্লরম্বনি । অৱাংপা কয়ানা থল্লবদা, মীগী পুন্সিসে পূক্লীং লৌশিং থোক্তবা মীওই অমা লাইনা ওইহনবা অঙকপা নত্তে। অসুম্না মহৈ-মশিং তম্বা লোইদনা ময়ূম-মকৈ পানবগীসু অৱাবা অদুমক লৈবজাৎনি। তৌফম খঙদ্রবা তাধীরেন্দো ঈচে মেধাগী খদাং মখা থানা হিংবা তারকখি। শেলনা পায়রকত্রবদি ফজবা নুংশিবা ৱাখংবা পূম্নমক লোইনা মাংখরে। নুংশিবসু মমল য়াওদ্রবা নুংশিবা লৈত্রবা মরী ওল্লকই।

ঈচে মেধাদো মপামদগী পুজরকপা পোৎ-চৈ পূম্নমক কাই-কাইদুনা চারকপদা লোইশিল্লক্লে। থবক মচা অমা ফংজরবদি হায়দুনা মেত্রিকুলেটকী ওঝা খনবীরক্লবা হায়দুনা লুপা লীশিং নিফু মুকসু মরিক মকোল অৱৈবমখৈ কায়থোক্তুনা মন্ত্রী সাহেবতা পীশিনজরুবনি। মদুসু য়াওরক্তে শেলসু হন্দোকপীরকতরে। ইমুংনসু মতৈ-মনাও তোঙান পীজবা কুয়রে। খরা খরা মাগী মতেং পাঙবীরম্বা মনেম্নোকতুসু লৈখিদ্রে। উপায় লৈত্রদুনা মখোয় থোঙ্গাল ময়াদা হোতেল ফম্বনি হায়দুনা তৌরম্বনি।

লৌথোকপনা হেনবা হাপতি হাপচিনবীদবদগী মুৎথরক্তুনা তোকথোকলে। অদুনসু উপায় ওইরক্তুবদা অঙম-অঙম্বা করবার তৌবা হৌরকলে। অসুম্না হিংনবগী লানফমদা শরুক য়ারি। সিনেমা টিকেট কলাবজার খর তৌবদুনসু ওইদ্রে। পেট্রোল য়োনবা ফাওবদা মহাকসু য়াওরে। থাউগী থবকসে য়াম্না তোংই হায়নবদগী মাসু অরৈবা মাল-চাং কোল-লীকফাও য়োন্দুনা মানা ঙম্বা হোৎনরি। মহাক্কী হায়ববু শেন্দোং তান্নবা হোৎনবদা অতৈ করি অমত্তা নাচুংলুদে। মমায়দু নুংশাগী মৈশানা ফন ফজনা কাহৎলে। ঈচে মেধাদো হান্নগী মেধাদু মান্দ্রে। অসুম্না শু নোমলি। নোংমগী চরা তানবা ঙম্নবা হোৎনরি।

মরকসিদা তাধীরেন্দু থবক চিলহাও থিবনা মহানি। মানা তৌবা য়াবা থবকপু ঈরৈ লৈত্রে। নোংমগী ইচেগী পোৎফমদা লুপা কুন ফংনবা লাকপদি লেপ্লা লৈতে। নোংমগী চরা নোংখন্নবা ঙম্লোইদরা হায়না ৱারিঙৈদুদা তাধীরেনগী য়ুৱানশেল হুনবা ঙমদদুনা খৎনবসু য়াওরিবনি। লুপা কুনদু হেক ফংবগা কৈখুদরা মেজরখুন্দরা হন্না য়েংলমদনা চৎখিবদু য়েংহৌরগা ঈচে মেধানা লোন্না লোন্না মপী তৈথোকচবনি। নোংম-নোংমগী হৈনবী ওইখ্রবা মপুরোইবগী লমচৎনি। করম্নদি তৌগনি মচাশিং অসিবু য়োকপা থাকপা ঙমদনা শিথ্রগদ্রা হায়বগী নুংশা থীবসু য়াওরিবনি। অসুম্না ঈচেদো য়াম্না ৱানা হোৎনজদুনা হিংনবগী লানফম অসি মায়বোং য়ারিবনি। মপুরোইবদা ফন হায়জদুনা য়েংই থেমদুনা কয়া য়েংই, কপত্তুনা কয়া য়েংই মাগী ফত্তবা শঙ্গদুতদি থাদোকউ ময়াদরে। মমৈদদি ঈচে মেধাদো উপায় লৈত্রবীনি খল্লমাল্লে অসুম্না পুন্সি অসে পাংন শান্নবা নোংম-নোংমগী চরা ফংলগা লোইরে খল্লক্লে ।

অফং-অফংবা নোংম-নোংমগী থোকউ-থোকউবা মওংদা ৱানা পুন্সি লেল্লকই। মহাক তাধীরেনগীদমক্তা খল্লবদা লোন্না কয়া ফোংনা কয়া কপচৈ। নুংশিবগা পাম্মুবগা য়ান্নদুনা ৱাজবনি নুংশা থীজবনি মতোমতা।

মচিন্দদি হায়খি ওম্থোক্লসু ফত্তেদকো মহা... পাপী নঙ অসে.....। মথম্মোয়দদি কপ্পী ......। অসুম্না মতম কয়া হৌখ্রে। থংননা ফম্মীন্নরিবা ইরাইলৈমনা

## নোংমা নুংঙাইত্রদুনা হায়

- মেধা, নঙগী নুপাশিবু হোরেল হনজিলখ্রগা নঙোন্দা ফু-চৈবকাদি তৌদ্রা'? ঐদিনে হিদাক থকপা নুপাসিতদি তনজখ্রে। কিসু কিজখ্রে। অদুগী হায়রুরবদি ঐখোয় মখোয় ববাদি ফখরেদা। ঐননে হনজিনখিবদনে চাক্কা লোইনা লোইবীরমলে। নঙ ৱারম্লনি নখোঙ নখুৎতু ঈশিং অশাবা লৈবনি হামদোক্লগা ঙাইহাক পোখাও হাযবীরিবনি। ঐবু মানা ৱারম্লনি হায়সিনবু। ৱারুবা পূম্নমকতো মাগী নুংশিবীবা ৱাহৈ খরদুনা পুমকাউ হেক কাউইদো। খঙদেদা মাসুনে শুফম তৌফম খঙদ্রদুনা তৌরবনি। মানদি হাজিরা শুবা চৎকে হায়য়ে অদুদনে মশাদো শোনবদুদনে ঐননে চৎপীগনু ঐনা হেক ঙম্বা মখৈ নোমলগা লোইরে হায়দুনা য়াদবনি। মশা তিনথুং লাইথুং ফত্তবা হায়বসিবু নহান মপোক্কী কর্ম্মনি ইবেম্মা। ঐননে অসুম্মা মপান খোক্লনা শু নোম্বসে মাসুনে পাম্ব পোৎ নত্তেদা। খঙদেদা ইবেম্মা নখোয় ঐখোয়গী লাইবকসে। মানবু মপাঙ্গল খজিক্তং কল্লম্লবদি সুম তৌরমগদ্রদো। নোংমতসু খূৎপাকনা শেৎফাও হেক থাদ্রি। অতৈদি খঙদেকো, ঐদিনে নঙগী নুপাসে তনজখ্রে। য়ুনম্মা ৱা-ৱা হেক নম্লদনা। লুপা কুন বু নুতিগী নঙনা মাগীদমক্তা হুল্লিবা, খৎনবা য়াদ্রো ঙম্মনখ্রে হায়ৱানি। নুপী অসিনা মমায় মমিৎ ঙাকশং হেক ঙাংবা মখৈ নুংশাদা ফৌরগা হাংলবা চাখাউশিংদুগীনি হায়দনা তাল্লিবা অদুগা মানা করিসু নাচুংদবমখৈ অসুম্মা লেল্লি। তৌববুদি মহাক্কা মদুম্মা ৱাখল খনবা ঙম্লম্লবদবু অসুম তৌরমগদরা।

অসুম্মা মাগী মমান্নবী ইরাইলৈমনা ঙাংবদু মখোইদৌ শাউগৎলি। মপুরোইববু শোকপর্দি মশামকপু হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবনি খন্দুনা য়ানীংদে । মাগী ৱাবু মীনা ৱারীনফম ওইবদু পামজদে। অমা ওইয়ু, অমা ওইয়ু, মদু মাগী ইমুং মনুংগী ওইবা ৱানি। মীনা খূৎ থিংজিনবা পামদে। মপুরোইবগী মতু নামা শোকপদা ঐ লৈরি হায়দুনা মেধানা চোংথোকনীংনি। ফরবসু ফৎত্রবসু মাগী মপুরোইবনি। মবুংঙো অসিনা লৈবগী মপান্না শেৎনিংবা মচুত শেৎ, সিন্দুর ঙাঙশং ঙাংনা নমনীংলে নম অরু প্লরা অতাউবরা য়ান্নীংবা মওংগী সনা ফর-ফর হায়দুনা য়াল্লিবা, কেরিবা লংলিবা নুপী

ওইবীগী লৈতেং পূম্নমকসে ইপুরোইবা লৈবগী মপান্ননি। মহাক লৈত্রবদবু মীনা লুখ্রাবীনি হায়দুনা নোক্লবীগদৌরিবনি। ঙক হাইগৎতুনা চৎচনবা অধিকারদো মাংখ্রগদৌরিবনি। নৎত্রদুনা সমাজগী চৎনবীগী পন লান্দুনা চৎলুরবদি মীনা তৌবা ঙম্বীনি হায়বীগদৌরিবনি। অসুম্না মেধানা মপূক্লীংদা খঞ্জে। ইরাইলৈমনা ঙাঙখিবদু মলোম থম্মী। তানজা চাবদা অমুক্তা পায়থগে খল্লি। মখোয়দৌ শাওগৎলপ তৌনা খুমখি ঃ

- হেরা ইবেম্মা নঙসু, ফুদেদা। নুপানিদনা খরা থকচ-চাজবা হায়বদুদি মহৌশানি। হৌজিক মতমসিদবু য়ু থক্কবা নুপাদি হিদাক তৌগে থিবদা ফংদ্রে। নঙগী নুপাদু মঙাইদনা। নঙগুম লাইবক ফবী ওইরমদরে কমদৌনি। ইবেম্মা ইরাইবক্কী হায়বদু তারে। মাসুনে শুফম-নোমফম খঙদদুনা তৌরিবনি। মদু নৎত্রগবু নঙ-ঐগী লাইবকপু অসুম লেল্লমগদ্রনে।

অসুম্না য়াম্না পেন্না হেক খুমদোকই। অদুবু হন্থরকপা মীকূপতদি মেধাদো চমমনৈ হোরেন অহীং মানা তৌরগদৌবা শব্দদো খল্লুবদা। মানা লঙবগা কাওবগদা ইমুংদো মপূম অমত্তা তাদ্রবনি। অঙাং অনীখক লৈবদুসু মীহুন চেংগুম চেঙ্গানরবনি। অসি ফাওবদা নুপী ওইবী মানদি মপুরোইববু নুংশিজরি মীনা শোকপা য়াদ্রি। অদুবু নুপা ওইবা মানদি করি খল্লি ....!

নুমিৎতো মেধাদু পোৎনগা শিৎতবনে, ব্লেকতা থাউয়োনবা মখৈ পুলিসনা পঙতান তানবগা ঙরাং মাগী মমান্নবী ইরাইলৈমগী ব্রাতাদুনা মথম্মোয়দা নৈদুনা লৈবগা ইশৌ পঙলাং লাংলে। তাধীরেনবু নুপা থোক্কবা মতু মচা থাক্কনি খঙদবা নুপীদা শুমদুনা চাবা কাইনা খোন্দা খরা কল্লপ থাম্রবজাৎনি। মেধাদো ঙাঙথোকখ্রগা য়াম্না নীঙমদে। নোংমা নিনিদো মবান্নি তুমিন-তুমিন লৈনৈ। তাধীরেন্দুসু মাগী পোৎফমদা হেক হেক লাক্লগা মনাক্তা ঙেক লাওনা ফম্লবদু তৌখিদ্রে। মেধাসু ইহাং হাংই। নোংমগী মনাক্তা লাকখিদ্রবদুদসু অমুক নুংনাংলি। অসুম্না তাধীরেন্দা অহোংবা

অমা লাক্লে। নোংমা তাধীরেন্না হায় ঃ

- ঐনা শেল পায়দবনিনা য়াম্না উশিংনদ্রে। ঐসু নুপা মচানি। মীগী মপান তাংদুনা হিংবসে নুংঙাইত্রে। নঙোন্দসু পোৎলুম ওইরে। ঐ মোরে করবার তৌরগে। নুপীনা থাক্তুনা হিংবা নুপাদি ওইরোই। ঈশ্খোলসে য়োনবা তারে। মেধাদু খুমদে । তুমিন তুমিন লৈনৈ। মহাক ভাব তায়। মপুক্লীংদা অমনা অমবু ৱারৌনৈ। ফমুং মতায় মতায়দা মমায় ওম্থোক্লরগা চুঙশিন্নদ্রবা মাগী মাগী ওইবা ৱাখলনা অহীংদু নোংঙানখি।

মেধাদো অহিং তুমদবগা কপ্পুবগা মমিৎ মমায় ইপোম পোমলে। য়াহৌবগা চাগেগা থক্কেগা নিংঙাইতনি। কৈদৌগে হায়দুনা মাগী অৱাববু হংবীনবা কনাসু লৈতে। হান্নগী হান্না হামু হামু। ধীরেনদি অদুম তুমহৌরি। অঙাং অনীদু পীজ-পীথক তৌরম্লগা অয়ূক্তা থাউ লৌহৌনবা থোরক্লে। চৎন-চৎন ফুম্বংনৈ। ঙরাং ধীরেন্না হায়খিবদো ৱারৌই মতোমতা। খল্ল-খল্লগা মপী ইরা চেল্লি। "নঙনা ৱাবসে ঐ য়েংবা ঙমদ্রে । ঐসু করিনো ঐনা ঙম্বা খরা শুনোমদুনা নংগী নুঙঙাইনবা হোৎনরগে হায়বা নত্তে"। মদু হায়রম্লবদি মেধাদো পেঞ্জরমগদবনি। অদুবু মদু নত্তে মপুরোইবগী ৱাহৈশিংদো ৱারৌ পুক্লৌবা ৱাহৈনি। পেন্দবগী ৱাকৎনি। খন্না-খন্না চৎপনা অৱাং বি.ও.সি. যৌরম্লে। ইরোই লোইবদা লেপ্পুরে। হল্লকপদদি ফন থেংলে। চাক ঈশিং ঙন্না লোইশিল্লে। অদুগা থ াউদু থাদোকহৌরুগদৌরিবনি। নৎত্রগদি হোরেন্দি চরা হেন্দোইনি। অসুম্না মেধাগীদি নুংতিগী তৌদবা য়াদ্রবা শিনফম ওইরি।

ধীরেন্দু নোংমা নোংমগী পেন্দবনা হেনজিল্লকই। মোরে কারবার চৎপা হৌরে। অদুবু শেল মচা মশুনদি করবারসু য়াবা জাৎ নত্তে। শেল হায়বসিনা ৱাংলবদা নুংশিবা অপাম্বা নুংঙাইবা পূম্নমকতো নুংঙাইবতা পামজবা ফজবতবু মীহৌজবা কনাগী মফমদদি নোরোক্কী পুন্সি ওইরকই। অসুম্না ঈশ্খোল মচেৎতু য়োল্লে। মোরে চৎলিবনি হায়দুনা নোংমা হল্লকত নিনি লৈরম। মঙানি হল্লক্ত নোংমা লৈরম... সুম তৌদুনা

লৈরম্বদগী মোরে করবার তৌবী মীজো নুপী অমা লৌদুনা সুকহন হল্লকখিদ্রে। ফন কুইরে মৱা মপাউকা তাখিদবা। সিনি ইচে মেধাগী অহৌবা পুন্সিগী ৱারী। মদুনসু লোইবা নত্তে।

মেধাদো মপাঙ্গলনা শুরিবমখৈ চাবদি ৱাত্তে। অদুবু মচা অনীদুগী মহৈ-মশিং তমহন্নবা হোৎনবগা য়োক্ল-থাক্লবা হোৎনবগা মশক্কু য়েংবা য়াদ্রে। মমা মপাসু নহা ওইনা লৈখিদ্রে। মাগী হায়ববু মবুং অমখক লৈরিবদু মঙাইরে। মবুংনা মপান ফরিঙৈদদি খরা ফরম্মী। মবুংদুসু গাড়ী এক্সিডেন্টতগী মমিৎ তাংদুনা লৈবা ফনা কুইরে। মনম্মসু নাদুনা লৈরি। পেনসন খরা খরা ফংবদুনদি কৈদৌননি। মচাশিংগী লাইরিক লাইশু তম্বা ফাওবদা খরচ পুবদা ৱানা থোক্লে। মপাঙ্গলনা কল্লিবা মখৈ ইৱা-ৱাদনা ফৌ খরা খরা লাকপদুনা মনামনিন নাইরমদবনি। অদুবু খঙহৌদনা অকীবগী মশক ফংলবা লায়না অমনা মনম্মবু অশিবগী খয়াত্তা নোংমা নোংমগী চীংনবা হোৎনরি।

মেধাদু তাধীরেনগী খোঙ্গুল লিগে খল্লি। অদুবু কনানা মচাশিংবু য়েংবীগনি। কনানা মখোয়বু য়োকপী থাকপীগনি। অসুম্না মপুরোইবগী থৌজানগী মীৎয়েং য়াওদনা নুপী ওইবী অমনা হিংবা হায়বসে মঙোন্দদি অৱাবনি খঞ্জরম্মী। তশেংনমকসু তমথীরবা পুন্সি মরেন অমনি। সমাজগী মীনোক মীশা মরক্তা মেধা হিংবগী লানথেংনরি।

থোঙদা খজিক্তং কোক লাওবদা কয়ারকনো মহাক্লা থোঙ হাংদোক্লুনা মুশিন মুবা অমম্বগী অহাঙবা মরক্তা মপুরোইববু থিরুবা। নোংমগী নুমিৎ অমত্তা মপুরোইববু ঙাইবগী আশা থাদোকখিবা লৈখিদে। অদুবু চহী অহুম হায়জিল্লকলে লাকপা কৌবা লৈখিদ্রে। মেধাদো মপামদা মবুংগী মনাক্তা মচা অনীবু পুরগা লৈররে। মফমদুদসু মহাক নত্তনা ইমুংগী ভার পুবীননবা কনাসু লৈত্রে। ঐনা মণিপুরগী ৱাংমদা লৈরিঙৈদা ইচে মেধাগী পুন্সিসে অসুম্না লেল্লি। অদুবু ঐসু অদুক খন্থরুবা তৌদে। মরক মরক্তা চিঠি খরা খরা ইনরম্বদো মাসু ইরকখিদ্রে। ঐসু ইরুদরে। অদুম লাপ্লরে।

তাইবঙপানশি চাকথেক্লগে মতাগুম নুমিৎনা মালেমসিদা অরৈবা মৈশামখৈ

পীরি। নুংশিৎ-নুংশা চপ লেপ্পী হায়বমক য়ারে। উনা ৱানা অমত্তা জগোয় শাদ্রে। অৱা-অনা তারবা মীগুম পরেং পরেং নুংশুক নুংজাননা লেপ্পী। ঈচেমেধাদো নুংশাদুদা ছাটিন খনবদুনা খাংবা ঙমদ্রদুনা উরুম লাংবা মফম অমা য়েংলগা লাপতক ফম্মী। ইখঙ খঙহৌদনা মেধাগী মমাঙঙৈগী ক্লাস মেট ওইরম্বা য়ুম্নাম ইমোবীনা থাউ হাপকদৌবগী চঙলকই। ইমোবীনা সরক্কী মতাইদা মেধাদু উখা অমদা ফম্বদু উই। মেধাবু উবদা ঙকপনা লোইখ্রে। মাগী গাড়ীদু খাম্লগা মেধাগী মনাক্তা চঙশিল্লি। নিংজিং মাংজিংননা কৌখি ।

- হায়মা মেধা নৎত্রো ?

- মানিনে ইমোবী । নশক্কা খঙলুদ্রে করম করম পাল্লি, হনুরেইমী। ইনোই নোইথোক্লদুনা...। কৈনো নশকতু খঙলুদ্রে ঐদি..। নঙ লাকপা ঙসাইনা উরে ঐদি কৌবা ঙমদ্রদুনা লৈরিবনি।

- থাউদু লিটর অনিতা হাপ্পীয়ু।

ইমোবীদু নুংঙাইত্রবরা কৈনো। মঙোন্দগী চহী অমমুক সেনিঅর ওইববসু লৈকায়গী তৌমিন কামিন্নবী মশুং মমান্নবী লেঙ্গা ওইবীনি। ইমোবীনা মখা তাবকই।

- মেধা করিনো নহাক্লা তৌবিবসিবো। নঙবু ধীরেনগী মনাক্তা চৎলাকত্রবরা? ... শেনজাউ পায়বগী নুপীনবু পক্তেদা তৌরিসি। এরা পৈশাগা থারকত্রবরনে?

- ইমোবী নঙ মাবু উনরকপ্রা?

খাম্বা য়াদ্রবা ঈথিল অমখক্লা মেধাবু ককঙাওনহল্লে। থাউ হৈগে তৌরম্বনি। ইমোবীগী ৱাদু তাবদা সারৈগা কোন্ননা থাউদু লৈপাক্তা ক্রোং ক্রাং লাওনা মখোন থোক্লা তাখরে। থাওদুসু হৈদোকলে। ইমোবীগী মফীদুসু ইচোং চোংলে।

মেধাদু ইকাইরপ তৌনা হায়রকই

- ইমোবী ঐসে ঙাওরমাল্লে। নফিদু চোৎলবরা? শোয়খরে শাউনীংলম্লনি।

ইমোবীদো ঙকচানদুনা লৈরে। নুংসু নুংঙাইত্রে। পেত্রোলনিনা কংখ্রে। মপূক্লীংদদি খল্লি। করিনুংগী মাগী নুপা ধীরেনগী বা হৌদোকলুবনো! থাউদু অমুক্কা ওন্দুনা হাপলে। তৌরিবদু মওং তাবা করবারদি নৎত্রে। খজিক্তংদুগীদমক্তা মস্তক শারবা নুংশা মরকশিদা মকোক্তা ফি কুপশিল্লগা ফম্মীবনি। মহাক্লী মমায়দু নুংশাগী মৈশাগা মায়হিংগনা পুংকা হেক কারে। য়েংবদা থাইনগী মেধাগী রাশিলৈনা ফজবদু লোইনা মাংখ্রে। মফি মরোন্দুসু চমোৎ চমোৎলে। ইমোবীদু ঙক্লা থোকই। থাইনা মেধানা কলেজ অকা অকুমদা ব্রা-লানগা অমত্তা হায়রুদনা পংইন্দা ইন্নজরম্বনি। ফুরিৎখাউদগী লুপা চামা চৎপী অমা শৎলগা মেধাদা পী। মেধানা লুপা য়াঙ্খে দং লৌরগা য়াঙ্খে অমা হল্লি। ইমোবীনা লৌ হায়বা য়াদে। মখা তারকই

- সে লৌশিল্লুনে ঐনা শোয়বনি।

- কৈনো মেধা হল্লক্ত্রবসু য়ারে।

- ঐ মীগী মরন লেম্না খক লৌদে,

ফাগী তৌদুনা নোকই। ব্রাতাদুদা ইমোবীদু অদুমক লৌশিনখ্রে। মেধানা মখা তাথরকই

- ইমোবী নং মাবু উন্নরকপ্রা ?

- উম নুংঙিগী উন্নে । কবি করি হায়নীংবা লৈরবদি হায়রমগে, চৎলমদাইদা চঙলক্কে। ঐ চৎলেকো ।

অসুম্না আশা অমত্তা য়াওদনা ইমোবীনা স্কুটর থৌদুনা চৎখিবদো মমিৎ কুপ্তনা মীৎয়েংগী ব্রাংমা লানখিবা ফাওবা য়েংদুনা লৈরুরি ।

ধীরেন্দু মীজোরামদা মিজো নুপী অমা লৌরগা আইজোলদা লৈরে হায়না তারবনি। মচানুপী অমসু পোকখ্রে। মোরে গী কারবার চাউনা তৌদুনা আইজোলদা দুকান ফম্লী হায়। মব্রা-মপাউ অমত্তা তাখিদ্রবনি। পূম্নমক কাউনবা হোৎনরুরবনি অদুবু ইনৌ নৌনা নীংশিংহল্লকই ।

# অহুম শুবা শরুক

নোংমসুনি, কুইপ্লবা থৌদোক্নি । ঐসু হোবে হোবে তৌদুনা কেন্টর অমখক চিল্লবসু চিন্না অদুম কাখৎলে। অসুম্না অচিনবা গাড়ীদা চৎপসি ঐ কয়া হৈনদে, পঙনসু তোংলুদে। কনডক্টরনা চিনথ্রবা মরক্তুদা তত্তনা লাউরি মনীংলোমদা খরা চঙশিনবিয়ু। মখোয়গী চিনফানি। মী হেক কাখৎলি খুদিংগী লেপ্পুনা লাউরি। কৃক কৃক ইন্নবা মরক্তুদা ঐসু য়াওরি। ওহ্থোক্লা হৈনদবা হায়বদু ওইরে। উচিন নাচিন্না মনীংদা সিট অমা হাংলক্তুনা ফম্মে। মীনা ইশাদা থেঙলক্তনবা পীশক পীক্লা তাশিনন্দুনা ফম্বদা ফনা ব্লারে। ফম্মীন্নরিবা নুপাদুনা মরোন অমা ব্লাখঙদবনে। মনাক্তা ফল্লীবসি নুপীনিকা খঙদে। মশুং-মমান্নবগা ফম্মীন্নবসি মঙায়। থেংগদৌবগী ওহ্থোক্লা হৈনদবা অমা হায়বদু ওইরে। মীনা কৃক কৃক ইন্নবা মরক্তুদা মীয়ায় চল্লবী নুপী অমা কুমলমদাইদুদা খরসু শৌ শৌ লাউই। কুমফমগী থোঙ ময়াদুদা কৃক ইন্নরদুনা লেপ্লীবা নুপা অনি অহুমদুদা কল্লপ হায়বা তাখি।

- ইবুঙো, নখোয়না কুমফমদুদা কৃক কৃক ইন্নদুনা লেপতুনা লৈরবদি করম্না কুমগদগে খর হন্দোকউ। নুপা অনী-অহুমদু আ মখাদা খুমথপ্রে। অদুগা নুপীদু কুমহৌরে। ইনৌ নৌনা মী অমা অনী অমুক কাখৎলকলে। চৎফমদু চীনবনা কৃক কৃক ইন্নরে। খঙহৌদনা লৈশাবী অনীখক চৈরক্তুদা খাম্নবা হোৎনরি। নুপা অমনা হায়বা তাখি।

- ইবেম্মা লৈশাবী অনী নখোয় তোংবা নুংঙাইররোই য়াম্না চীল্লে।

- য়ানি তাদা।

হায়না হায়না নমদুনা চীনখ্রবা মরক্তুদা কাখৎলক্লগা লিৎশিন্নবা হোৎনরকই। থৌনা ফবী অনীদু গাড়ীগী থোঙবান্দা য়ান্দুনা অদুম তোংলে। ঙসাইগী কুমথরুবা অনী অহুমদুসু কাখৎলক্তুনা নুপীমচা অনীদু আ মরক্তা কৃক কৃক ইন্নবদুদা য়াওরি। অদুদগীদি খর হাংলকপদা নুপীমচা অনীদু ঐনা ৱানা তাশিন্দুনা ফন্নীবা সিট তুগী হেক পরেংদা ঙেক লাওনা ফমথরক্তুনা থিক থিক নোকই। নুপা মরক্তুদা ইন্নরকপগী মশাদু হুমাংনা পুংচোৎ চোৎলে। মফি মরোন শেমজিন শাজিন্দুনা মখোয়নি য়েংনরগা পংনোক্তা নোকই।

ঐ অনীদুগী মতৌ উবদা ইতোমতা নুপী অমা ওইনা মণিপুরসি য়াম্না স্মার্ত ওইবী লৈরেকো খনবদা নুংশা শ্বর হোনবা কাউরুরে। শ্বর শাংনা চনীংতানা হোন্দোক্লগা ফম্মী। ইনাক্তগী হৈনদবা মীগী মশা মউদা থেংনীংবা নুপাদুসু লম্নীদা কুমহৌরে। মনীংদা ৱাইশংনা ইতোমতা ফমহৌরে। ঐগী ইমাঙদা নুপী অনীখকসু ফমলি। লৈশাবী অনীদু য়েংলিঙৈদা উবূ উরুদে। পুক্লিংসি মখোয়দা চীংশিল্লম্মী। লল্লোনবী ঙাক্তেনি। লল্লোনপোৎ তিকউবনি। মখোয় অনীগী ৱারীদো ইবাউ লাউনা তারি। অমদি চহী ৬০ মুক্কী লেঙ্গানি অদুগা অমনা নহানি। মানা শুরবদা চহী ৩০ মুক্কী লেঙ্গা ওইরমগনি। অদুবু নৌনা অৱা মৈশা মায়যোক্লরবীনি। শক্তা চহীগা য়াম্না খেন্নরে। চহী ৪০ মুক্কী লেঙ্গা মাল্লে। মোরেগী ঈশিং মচুগী অপাবা ইনফী অমা ইল্লি। ফিয়ায় চল্লবা লৈ মচুগী ফনেক অমা শেৎলি। সনা লুপা লৈতেং অমত্তা পক্তে। মশম মনাদু মওং মরীন নাইদনা হেক্তা পুনশিল্লি । মাগী মখোনদু ঐনা তোরনা তাপ্রবা খঙখ্রবা মীনি। অদুবু পাক হেক হায়বদি ঙমদ্রে। অহানবর্দাদি ঐসু মখোয়গী ৱারীদো থৌওই ৱাওইনা তারুদে। অদুবু মখোন্দু তাবদগী থৱায় খঙয়াও য়াওশিল্লুরি।

নহা ওইরিবদুনা হায়

- ইনে থবা, বেলন্দ্রিদু চামদা কয়া হারকই ।

-কুনমঙানি ... ওম্বোক্লা তাঙখ্রেদা। করিনো তৌফম খঙদে। হন্নাই অশাংবী খরগা কোবী খরগা, খামেন অশিনবা খরগা শিমঙাই তাঙবনা পোৎতিকপা ঙমদে। কৈথেন্দসু ইতাক হেক তাকলদনা। মখোয়গী নহানগী ব্রাইথৌদা নুপী মচা অনী ইজ্জৎ মাংহল্লী হায়রীবা পাঙনশিংদু হেক ফাদুনা পুথোকত্রিফাও ইরাং লাংখিনি। কৈথেন্দা পোৎচৈ নীংথিনা পুথোরক্ত্রেদা। হয়েং অদুগা মরী লৈননা বন্দসু তৌগদৌরি হায়রিবসিনিনে । খরা হেন্না পোৎতু তিকপা ঙম্লবদি ফদৌনি।

- মখোয়গী ইরাংসে ঙসি হয়েংসিদা নেমগনি থাজদ্রে ।

- বন্দ কৌবদা শোক্লিবদি লাইর-অনঙতনিনে ইবেম্মা। নোংমগী শুরগা নোম্লগা চরা তাঞ্জবা নখোয় ঐখোয়গুম্বতনি শোক্লিবসে। নোংমা তাঞ্জরগদবা খুৎশুমন্দু হেক পুৎথখিবদা ফুকৎপা ঙমদনা অদুম পূৎথ-পূৎথ চৎলগদবনি। লাইরবগী মফমদদি অকুৎপদা লৈতৌবা অদুগা ইনাক খুনবা করবারব্রালাশিংগী মফমদদি অতোংবদা লৈথোনবা হায়বদুমক চপ চানা থোক্লিবনি।

- হন্দক্তি নহারোলনা য়াওশংগী কুম্মৈ ফিয়োং অমত্তা তৌবা য়ারোই হায়নে ইনে।

- ফরবনি ইবেম্মা, নোংমা নোংমগী লেপ্তনা থোক্লীবা মখল মখা কয়াগী ইরাংশিংনা পুক্লীং লৈতানা লৈজবা ঙমদ্রবা মতমসিদা করিবু কান্নবনো । ঐখোয় তোন্দোম্বীখোয়না স্কুল কারক্তিবসি ফনা মকুইরেমী। নহালগী ছাত্র অমা ফায় হায়দনা তৌরিবদু থিবা খঙদ্রিমাল্লে। ঐখোয় মৈরা মরূপকীসু হয়েংদি চরা হেনবগী পাল্লিনি খঙদেদা ইবেম্মা লমসে লৈহৈদ্রেদা। লৈবাক অসিবু শান্তি ওইনা ঙাক্লবা থম্লগা য়েক্লবা ওল্লেনে। ফাখিবাশিংদু থাদোকত্রিবা ফাওবা ফংনবা হোৎনবদা বন্দয়াম কৌখিদৌরি। ঐখোয় মৈরাসু তুমীন লৈ য়ারোইদৌরি। ছাত্র ময়াম য়াওশিল্লবনিনা ইরাংসে পাক্লা নেমলোইদৌরি মাল্লেদা ইবেম্মা।

- বন্দ কৌরগা ঐখোয়না রাজবা। অদুগা লম্বী থিংলগনা ময়াংনা পোৎকী মমল হেন্না হেন্না য়োন্দুনা কান্নবা সিমঙাই ইনে।

- কৈনোনে তিলহৌবু কিঃ জিঃ দা লুপা কুনমঙা পী হায়রে। কনানা চাবা ঙমদোইনো সিবু মরম্বু চারিব্রা? অদুনা তিলহৌ মনাদা তান্নখ্রে। নপাকপীগাদু মপুন্দা লুপা অনী য়ৌখ্রেনে।

- কুম্মৈ-ফিয়োং ময়ামসিদনা ময়াং শেঙ্গাউ পায়বশিংগী শেঙ্গাউতা থল্লি। লাইরবা মীদি লৈহৈদ্রবা জাৎনিদা ইনে। শেল্লেপসু য়াওদনা কারবার তৌবা ঐখোয়না নোংমা বন্দ তৌবদা চাদবদি য়াদে। মথৎ নুমিত্তদি লল্লোনশেন পোৎতিক্লবা হেক্তা লৈতে। লেম্বা কৌবা লৈতে পূৎথ-পূৎথ অসুমক হিংবা তাবনি। য়ুমগী মখাদা মীকুপ অমফাও লৈবা ফংদনা শুনোমলিবসি ফাওবদা চরা অনি শুনা চাবা ফংদবা নুমিৎ য়াওরিবনিনে ইনে।

- নাউয়োক নাউকোনবীনবা লৈত্রবা মমা-মপাশিংনা করম্না অফবা মচা পুথোকপা অমদি মচাবু ৱারক-ৱাতেম্বীদুনা লমজিংবীগদৌরিবনো?

- ইনে, ইবেম্মা অচৌবীদো ঙসিদি ঐনা তপ তাবা মখৈ খূৎসি পেন্নবা ফুদুনা থম্নম্লবনি। নুংসু নুংঙাইতে তাইনফম লৈত্রদুনা অঙাংদুদা ইকনথি ফুদোক্লুনা তাইনবীরম্লে।

- খঙদেদা ইবেম্মা নঙগী নরাইবকসে থীখ্রবা হায়বদুনি। অদুক য়াম্না চাউখ্রবা ইমূং অদুগী ভারদু নকোক্তা করম্না থাঙ্গৎকদৌরিবনো? নঙগী নচাদা ওইরবদি ফৈদো। নবুংগী মচাশিং অদুবুনা করম্না হুন্দোকলুনি। অসুক তাংখ্রবা মতমসিদা মী ৭ কী ভার পুনবা হোৎনববু অরাইবা থবক্লা। নঙদি করিগী মরাল লৈজদ্রবা অঙাংদুদা তাইনদুনা ফুবিরুরি। মশুং মমান্নবীশিংনা কেথোক মৌথোক্লা নাউথি শাজরিবা মতমনি। চহী তরানিথোইবু মপূং ফারব্রা ?

- কদায়দৈনোদা তরামাথোই চঙবদা মঙাইরি।

- হোয়নে ঐখোয় তোনদোম্বীনা হল্লিনে। মাগী ষষ্ঠী লাকপদা তোনদোম্বী

পুদুনা চৎলিনে। অদুক পীকথ্রবা অঙাংদুনা ইমূং-মনুংগী কোললিক ব্রাইরম শেংদুনা থোং থাকপা ঙল্লবরনে তৌরিদুবু। ঐখোয় ইশুশিংদি মমানা কেহনবদা করিসু হৈত্রি। কৈদৌনা ফুবিরিবনো?

- সুম তৌবনি ইনে। মাসু লাইরিক তম্বা চৎকে হায়য়ে। হন্দক চহীসে মাবু মীং চন্দুনা স্কুল কাহনবা ঙমদ্রে তোক্লো হায়রবনি। অদুদগী শাউদুনা ঐনা হনখিবদা চাক্কা অমত্তা থোংলমদ্রে। অয়ূক্তা ঐসু থাউ খরা লৌহৌদ্রবদি লল্লোনশেল কদায়দৈ লৌরুনি। হয়েংসু চক্কা বন্দনি হায়বদুদদি লুপা য়াঙখৈদা পকহৌরবসু খিৎকীরা। কুইনগা লেপ্পুবনে লমশাংদু খোঙনকা লাকপনে ব্রানা হল্লক্লবদুদদি চাক চাগে য়েংলুবসু চাক্কা অমত্তা থোংলমদবা। অঙাং ময়াম অমা খোমজিল্লগা খুলোকপী শান্ন-লৈরম্বদুদদি শাউনীংমনখ্রদুনা ব্রাশা শাজৈ মচাদু হেক তুম্বা মখৈ ফুবনিদনা। মানা থরো-থরো ওন্দুনা খাংবদো ঐসু হেন্নদুম পঙফুদা ফুজিল্লে। ওম্থোক্লা মনুং কনখ্রে ইনে। মপী ইরা চেম্থরকপদু মঞ্জুনরবা ইন্নফি মচীদুনা মমীৎতো তৈথোকই।

- ইবেম্মা মানদি করি খঙগনি। নঙগী নবুংগী মচাদু ফনদি চাউরবনি, খর খর তম্বীবা য়াদ্রা অদুক য়াম্বা ইমূংগী থবকপু পীকথ্রবা অঙাংদুদা লোইনা নমশিনবীরব্রা? নখোয় ননম্মদুসু করি অমত্তা হেক ইঙম ঙমদ্রবজাৎলা ?

- ইনে করিবু হায়সিগে। শিবগী মতমবু ঙাইবদা মানা কয়াদা ব্রানা চৈনাখোল খাংলিবা নাহেবা মখোল তাবদা অহীংগা অমত্তা তুম্বা য়ানদ্রেদা। মাইবনা খূৎ থারবনি। নুমিৎ ঙাইদুনা লৈরবনি। ইমূংদুদা করিসু লৈহৌদে পূম্নমকসে ইথক্তনি। থোরক্তবা য়াদদুনা থোরক্লবনি। ফীভমদুদা ঐগী ইচানুপীদো জ্ঞান তামনদে হায়ব্রানি ইনে। অনাবদুদি মমানা শেন্নরি। মরকসিদনে মখোয় মরী-মতানদি ঐবু নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা কোয়চৎ চৎপী ওইনা উরে। অনাবগী খরচনা মপাম্না হোৎনরি। নাকল অমদা মখোয়না ঐগী লৈত-লাইর উবীবরদো ।

- করি লায়নানি হায়বগে ?

- কেন্সরনি হায়। মতম চানা য়েংবীরম্লবদি ফগদবা। কনবা ঙমদ্রবা লায়না ওল্লে ।

- নখোয় নবুংগী মচানুপাদুদি পাখঙ ফারৈনিনে। মীখ্বায় মচা ওইরবদি মামক্লসু ইমূং পুবা ঙম্লবনি। পাখঙ ফারবাশিংদুবু নঙনা থাক্কুনা লৈবা ঙম্বরা? মখোয়সু মখোয়না ঙম্বা শু-নোমদুনা মতেং পাঙবা য়াবনি। খঙদেদা ইবেম্মা কৈ কি চেল্লগা শওম ওক্লে হায়বদুনি নঙোন্দা থোক্লিবা দষাশি । নপামদা লৈরগা খরা ফগদরা হায়ববু মদুনা হেন্না অৱা মায়োক্লরেদো ।

অহন্দুনা মখা তারকই । নুপী ওইবীতনা মমাগী অৱা অনাদি খঙবনিকো। ইবেম্মা খঙদেদা নখোয় ঐখোয়গী লাইবকসে। হৌজিকতবুনে ইনুং লেল্লবনি। ওষ্ঠোক্লা ৱানা ৱানা লেল্লকইদা ।

- ইনে নহান্দু ঐ কয়াসু নোক্লিংলে, নুংশু নুংশি । ইবেম্মা অচৌবীননে ঐগী চাকতু উপুদা লোত্তুনা থনম্মী। পাখঙশিংদুনা কোয়বমখৈ কোয়রুরগা ইনখৎলকপনিনা মবূক লাম্লগা অরৈ অরৈবা থিদুনা চাথোকইদো । মাননে ইমা হলক্লগা চরা হেল্লনি হায়দুনা লোৎলিনেইদেনা ঐগী চাকলুকতু উপুদা হাপ্পুনা থনম্মী। অঙাংনিনা ঐনা চাক চাবা খুদিংগী মবূক লাম্লকপগা মপা হেক চাবদা লোইনা চেনশিল্লকইদো । ইচানুপীনা তাল্লিবা, অদুদা করম্না ঐনা চাক হুক্কদৌরিবনো । খরা চা খরা চাদ সুম লেল্লিবনিনে ইনে। ইচানুপীদুনতদা ঐগীদমক্তা চিন্তা তৌই। অতৈদি য়োংগা অমহানি করিবু খঙলুনি । ইনম্মগী মমাসু থা অনী ফারে লৈরিবা । ইনে হায়দোকপদদি লায়রবা পূম্নমক্কী ভারসে ইথক্তানি। ঐসু ঐনা ঙম্বা মখৈদি হোৎনজবনি। ইচাশিংসে নীংথিনা শেম্বা ঙমদৌ মান্দ্রে । মবূক থলহন্নবা হোৎনবা ফাওবদা চারা অনীশুনা পিজবা ঙমলক্তবা নুমিৎসু য়াওরকইবনিদো ।

- খঙদেদা ইবেম্মা নঙগী নরাইবকসে ইনে ইবেতোনগা মামা ফৈজাওগনা নচিন নৌপাবু লাই তারকপগুম্না য়োকচবনিদা। অৱাৎপা অমত্তং হায়বদা লৈকায়দুদা ময়ামগী লৈত-লাইর হংনফম ওইরম্লীবনি। মবূক মপাউসু ফত্তবা। অফবা মীদি লাইনসু পাম্মীদো। ঙাইখো, নখোয় লৌ-শিং ময়ামদুদি ।

- তাদগী লাইয়েংবদা খরা মখৈ য়োনখ্রে। পরি অমগী ফৌদি চারি। অদুনদি কৈদৌনি । মদুসু থৌনবদা থবক অমনি। শোরাৎ অনী শোনগদবগী থরাক থরাক য়ান লৈরবা সিমক্তদা তাদনা ইনম্মবু মপান্দা পুদুনা লায়েংনিদা হায়রিবনি ঋী ভমসিদা।

- ইবেম্মা নচানুপীদু লাইরিক তম্বা তোকহনগনুকো । ৱারবসু ৱানা তমহল্লু। নুপাদি মানা মানা থোকপা মরাইনা খঙজনি । নচা নুপীদু মাংলনি । নুপীগী মরাইবকপু তম্বা ঙম্বরা ? ঈশিংগুম হাপলু হাপলুবা পাত্রগী মওং লৌই হায়নরিবনি। ঐখোয় ইশুনুপীগী লেঙ্গা ওইরিনিনে । ঐখোয়গীদি মমা মপানা কেথোক-মৌথোকহনবদা করিসু হৈত্রি। পাখঙ ফারবা মখোয়না কোয়চৎ চত্তুনা থৌ লৈতবগী থৌ থি লৈরগা নুপী মচাদুদা পুম্নমক নমশিনবীবা হৌনব্রা ?

- হৌজিক কাল অঙাংশিংসে ঙাঙন-শানবা য়াদেনে । অখঙ অহৈসে মখোয় মঙাইবেনে ইনে ।

খঙদেদা ইবেম্মা লুখ্রানা মচা য়োকপা হায়নরিবনি। লুখ্রা য়ূম্বানগা অমহা ওইরেনে । পাখং মখোয়না কোয় লৈরগা পীকখ্রবা অঙাংদুনা ফৌসু চাকথোং তৌরগা কোল-লীক রাইরম শেংহন থম্লবদি অনীমক্তু মাংমিন্নরে হায়ৱানি । মখোয়সু তৌহল্লুনে। হয়েং ইশুনুপীদুনা মরাইবক থীরগা মখোয়না করি তৌবিদোইনো? হৌজিক কানসিদবু । মাগী মাগী নুপী হেক থিখিবা নুমিত্তুদা মমাফাও পীজনীংদ্রবা মতমসিদা। ঐনা হায়রিবসে হীগাইৱাবুদি তারবা। অশেংবনিনে ইবেম্মা । হনুরবা ঐনা মপান থোক্তনা শু-নোমলিবসে মীপান তাংদনবনি।

তাঞ্জাসিদা কন্দক্তরদুনা শিংজমৈ শিংজমৈ কুমথবিগদবা খরা থুনা থোকপীরকও । কৃক কৃক ইন্নবা মরক্তুদা ইচে মেধাদো অহন্দুগা কুমহৌরে। ঐনা কৌবা নংহৌদরে।

পোষ্ট ওফিস য়ৌরকপা অদুৱাইদা বজার ফাওদুনা গাড়ী চৎপা য়াররোই হায়না থিঙজিনখ্রে । গভর্নর গী গেটতা নুপী ময়াম পৈদুনা লৈবা উই। খাকি শেৎপী পুলিস

নুপী ময়াম্না নুপী কাঙবু খর তান তান্দুনা ফুবগুম তৌরি। করি তৌনরবনো , ইরাং অমদি লৈরে। গাড়ীদু পোষ্ট ওফিস য়ৌদ্রিঙৈদা খামদুনা মী পূম্নমক লোইনা কুম্নখহৌরে। ঐসু ইনে সুধাদা চিঠি অমত্তা থাগে খন্দুনা পোষ্ট ওফিস তম্না ফুতপাত তা চৎলিঙৈদুদা ইমাঙদা চৎলম্বী অঙাওবী অমসু ময়াম চেন্নবদু য়াওরি । অদুগা মহাক্লা হৌনা হৌনসু লাওরি .......। "ইচাবু ফারগা চেল্লি হায়দুনা কাপখাইবীখিবা অদুগা মাংহনবীখিবা, নঙোন্দদি ঐ ভোট কৌবদা থাদম্ব্ররোই ....... মী হাৎপা লেপ্পা য়ারোই ঐগী ইচাদা শিবা য়াবরা মীগী মচাসু শিসনু লান তৌখিগদবনি ।" মহাক্লা অঙক অঙকপা শব্দ তৌদুনা হন্না হন্না লাউরি। লান তৌখিগদৌবনি লোয়বা য়ারোই.....। অদুবু কনানসু হন্না ফাওবা য়েংলমদে। ঐদি ফনবু তান চারুবনরা অদুম তুঙথ-মাঙথ চৎমিন্নরে। অয়েংবনদি মা-ঐ পুন্না আন্দোলন য়াওমিন্নবা লাকপা ওইনা উরম্লনি । মাগী দ্রামাদু ফনা নুংঙাই। চুম্না এক্টিংদু য়েংবদা নত্তে ঐঙোন্দদি ইনৌ- নৌনা থোক্নে। শাংলবা পূক্নীং নুংঙোন্নীংঙাই ওইরবা নীঙমদ্রবা পুন্সিগী ৱারি কয়া ফুমদুনা লৈরবা নুপীরা পুক্নীংদা খনখি। অঙাওবী অসিমুক মনীং মখা তন্বা মী লৈরম্লগদ্রা। মহাক্লা কপনীংলে কপ্পী, চৈনীংলে চৈ, নোক্নীংলে নোকথোকই। অফ, ফত্ত, ফজবা ফজদবগী করিসু চিন্তা লৈবীদে। নোংমৈ মখোন তারা-তারগা মহাক্কী মপাঙ্গল হেনগৎলকপগুম, মমিৎ মনা শিংগৎলকপগুম তৌরম্মী। খঙহৌদনা নোংমৈ অশাংবা পায়বা সিফায় অমা লাক্তুনা ইন ইন্দুনা পুখি। মনঙ্গন্দা নোংমৈগী বটনা শুবি। মহাক শাউবীদে। শাউবা হৈত্তে। নাবসু খঙদে। অদুবু চৈনাখোন্দুদি ঐঙোন্দা ওইনা য়ৈররে। অসুম্না পুন্সিদা অমুক্তা ফংদ্রিবা চৈনাখোন অমা ঐগী থম্মোয়দা ফাওরকপগুম তৌই।

য়ূম য়ৌরগা পূক্নিংদা মওল মওল খনবা হৌরকই। মচু-মচু কয়াগী পুন্সিগী ৱারীশিং অপাইবা লৈচিনগী মশক ওইরবা পুন্সি ময়াম অমা মথোঙ মরম ইখঙ খঙজিল্লক্তবগুম তৌরি। মাগীদমক্তা খল্লুবদি লাইরি ইশানা ইশাগী পুন্সিগীদমক্তা খল্লুবদা লম্মুক্নরবা মী অমগুম ৱাহল্লি। ঐনা চৎলিবা লম্বীসিমকপু চুমলিবরা, নৎত্রগা

চুমগদৌরিবরা খল্লুবদা ইশাসে শ্বাই শ্বাই লাউই। য়াম্না হৈনদ্রবা চিক চিক লাউরবা থম্মোয়গী চৈনাখোন অমনা ঐবু য়াম্না ৱাহল্লি । ঈচে মেধাবু উরুবদগী মাগী ৱারীশিং অদু তারুবদগী ঐগী পুন্সিদা চাউরবা চৈথেং অমা ফংলবগুম তৌই । চাশিনবসু য়াদ্রবা ওথোকপসু য়াদ্রবা হু-মতূম অমখক হৌজিক্তা চাশিল্লুবগুম য়াম্না ৱাখি। অহীং অদু তুম্বা য়াখিদে। অহীংচুপ্পা খনখি।

বীপিনগা ঐগা ঙসাইদা উনদুনা য়ানখিবা ৱা ময়াম অমা তুংগী পুন্সিগীদমক্তা খল্লুরিবা আশা কয়া, পুন্নমক অর্থ থোক্রুবা মঙ অমগুম উরকপগুম তৌরকই। ঈচে মেধাবু নীংশিংলকই। ঐনা পীকলিঙৈদগী লোয়নরক্লবা নুংশিব্রবা ঈচে মেধানি। মাগী মীৎলুদগী পি মরীক অদু ঐ কাউবা ঙমদে। মানা ফংলিবা চৈনাখোন্দু ঐ ভাব তাই। অদুগুম্না ঐনা কনাগুম্ববু ৱাহনবা পামদে। খুদক্কুদা মেম সাহেবকী ৱা নীংশিংলকই। ঙসাইতা ঐঙোন্দা হায়রকখিবদু - "মাবু লুহোংলুবা নুমিৎতগী মখূৎ ফাওবা পায়রুদ্রি"।

- ঐ মদু থাজদে।

- ঐ নঙ্বু থাজনবা করি তৌ হায়বগে মদু ঐ য়ারে।

মাগী ৱাহৈশিংদু নুংশিবা অমদি ইমোসন্না থল্লবা ৱাহৈ ঙাক্তনি। মদুমক্কি ঐনা পামজবা। মানা ঐবু নুংশি হায়বসে কয়ারক হায়হন্নীংই। মদুগী অপেনবা লৈতে। মদু ঐনা থাজৈ। মানা মখা তাথরকই -

- নঙগী ননাক্তগী চৎত্রবদি কয়াদা নুংঙাইগনি। থৱায়সু হকচাংসু নঙগী ননাক্তা অদুম লৈনীংই। নঙনা য়ারবদি ঐ য়ারে। ঐ যূম্দা হন্নীংদ্রে। নঙ ঙসিদি ইনাক্তগী চৎখ্রনুবা।

- তঙাইফদনা নহাক হনবা তাই। মরমদি করিগী মীগী মচাদুগী পুন্সি নঙনা মাঙহনবীরুরি। নহাক পাপ পুগনি।

- লুহোংবদু ঐ য়াবা ঙমলোই হায়খিদ্রা? মতমদুদা নঙনা করিগী ঐগী মায় ঙাকখিদে। মসি নংগী নরাল নত্তে করম্না হায়সিগে সরমিলা।

- ইচেবেম্মগী মনিং থুংহনবা হায়বসি নহাক্কী তৌফম থোকপনি। করিগীদমক্তা নহাক ঐবু নীংশীংলকলিবনো? মসিনা কয়াদা ব্রাহল্লবা। পুন্সি অসে হিংনা হিংনা হিংবগী অর্থ থোকহল্লরোই ।

- ঈচেনা তকশিল্লকপদুদা, ঐনা খনখি নাপন চাউবী ঙকচাউ থেকপি নঙবুতদি কাওখ্রগে। অশাওবনা মাংওইননা খনখিবনি। অদুসু ঐনা নঙবু কাউবা ঙমগনি খন্দুনা য়াখিবনি। কাউগে খন্দুনা য়াখিবনি। অদুসু নহাকপু কাউবদি লাইরদুনা হেন্না হেন্না নীংশিংল্লকই। হৌজিকতি ঐ নঙবু থাদোকপা সুকঙম ঙমলরোই। মসি ঐগী পুন্সিগী লৌফম থোকপা ব্রারেপ অমনি হায়না ঐ লৌদবা ঙমলোই। হায়যু কৈদৌঙৈনো নুমিৎ অদুনা লাক্কদবা ?

- ঐ মদু হায়বা সুকঙম ঙমখিরোই। নুমিৎতু শুকলাক লাক্তবসু য়াই মরমদি ঐগীদমক্তদি মতম অদু চাদ্রিমাল্লে খল্লি। তশেংনমকসু নঙোন্দগী থাপতোকপা হায়বসিনা ঐগী ওইবা ব্রারেপ্নি। অদু ঐ ঙমখিদে । ঙমদদনবু ঙসিসু ননাকতা লাক্লিবনি। মরম হায়ববু ঐনা নংবু নুংশি। চমন্নরবা পল্লেমফম খঙদ্রবা পুন্সি হায়বদু ওইরে। ঐসু তৌফম খঙদে । নাকন অমদা মরাল লৈজদ্রবি মীগী মচা লৈশাবীদুবু তগৎ-তগৎ লুহোংবীরুরে, অদুগা হন্না য়েংবা ঙমলরোই হায়বা ব্রাফমসে চাউরবা পাপনি। নহাক লানজদ্রবীদুগীদমক্তা করি অমত্তা খন্দ্রিবা করিগীনো ? মহাক্কী মরাল করিনো ?

- মহাক্কী মরাল হায়ববু ঐগী ইনাক্তা মহাক্না লাকখিবা ।

- অদুগা নহাক্কী নরান্দি ?

- ঐগী ইরান্না মঙোন্দগী থাপতোকপা ঙমদবা অদুগা পামদবা । অদুগা নঙ নশাগী নরান্দি খঙলবরা ?

- উম খঙই ।

- হুম নঙনা খঙলিবদু ওইরমদবা য়াই ।

- অদুদি করিনো ? নঙ অদুম হায়য়ু।

- নঙগী নরান্দি নহাক্কী ফজবা শক নুংশিবা নতৌ। ঐনা পামজরুবা অসি নৎত্রা? অসুম্না নুমিৎতুমা করম হৌখি খঙহৌদে । অদুগা মখা তাখি।

- য়েংঙু নুমিৎসে থেংজিল্লক্লে য়ূমদা হন্নবা তৌসি ।

- নঙ ঐবু নুংশি হায়খি । নুংশু নুংশিবনি ঐবু থাদোক্কুনা চৎখ্রগনু ।

- ঙাওখৎলক্কত্রা ? ঐবু থিল্লো ।

অসুম্না ঐনা ঙমদুনা লাকখিবনি । নুংশিবা নঙনা মীওইববু করিগুম্বদা অফ-ফত্ত মশক খঙহন্দে। ঐ মদুগী বীচার চুম্না চুম্না তৌবা পাম্মী। ঙসিদি ঈচে মেধাগী অৱাবদু ঐগী অৱাবগুম ইশাদা থোক্লবা চৈনাখোনগুম্না খল্লুই। ঐগী ঐগী কাদা থোক্লরবা মতমদা খঙই হায়বদুমক্তি । ঐনা চৎলিবা থাংলুরিবা খোঙথাংসে অরানবনি হায়না লেপলে। মদু খল্লুবদা থম্মোয়সে ফুকপমখৈ ৱায়।

নোংমগী থৌদোক্কুসু করম্না কাউগনি। মদু মোরেদা মাগা লোয়ননা চৎপা খোঙচৎ অমদনি। কনফরেন্স অমা চৎমিন্নবনি। অদুবু থৌদোক্কু ঐ করম্না কাউগনি। হান্নগী হান্না নুংশিনবা শাবী শানৌ অনীগী হৌনবী য়ানরিবা থম্মোয় অনিগী ৱারীনি । ঐনা মাবু ঐ ইতোমতগীনি হায়জনীংই। কনা অমত্তনা মঙোন্দা হক লৈবা ঐনা পামদে। ৱাখল অদু ইতোমতা থম্মোয়দা ফুমদুনা থল্লি। গেষ্ট হাউসতুগী মনীংথংবা ভেরেনদাহগী সিড়ীদা খোঙ য়াম্ভদুনা ইবান্নী থাবলগী ফজবা য়েংমিন্নরি। অচিকপদু থুগাইদুনা মহাক্লা ঐগী লেংজুমদা মখুৎ থমলগা হাযখি -

- করিগী অদুম্না তুমিন্না লৈরিবনো? অহীংসি লোইখ্রগনি অদুগা শান্নগদবা ৱারীদি য়াম্না লৈরি ।

- নঙগী ননাক্তা ফম্লবসিদি, ৱারী অমত্তসু লৈত্রে। অহীংসি কয়াদা ফজখ্রবা লোইখিনি খনবদা ৱাদবা ঙমদে। মদুগীদমক খল্লিবনি।

- হোয় ঐসু মদুম খল্লিবনি। নোংঙাল্লমদাই য়ৌরে থাবলসে লোইখিগদ্রা ৱারিবনি। থাবলসিদা নঙসে কয়াদি ফজখ্রে। ফজবা পুম্নমকসে ফাজিন্দুনা থমনিংলি।

মহাক অদু নুপী লৈরবা লুহোংলবা নুপানি খল্লুবদা ঐ য়াম্না কপনীংলকই। মানা ঐবু থাদোক্লম্লগা লুহোংখ্রবনি। কল্লকপা শাউনিংবা ৱাখল অমনা লাকশিল্লকপগুম তৌরকই । অমুকসু মহাক্লা মখা তারকই।

থাবলসে হুন্দোক্কুনা চঙবা পাম্মুই ঐদি। ঙসিগী অহীংসে অসুম লোইবা নাইদ্রবা অহীং অমা ওইরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইগনি। লোইবা নাইদ্রবা অহীং ওইনা থম্মোয়দা লৈখ্রসনু।

- ঐসু মদুমক পাল্লিবনি। নঙবু কনা অমত্তগী ওইখিবা ঐ পামদে। নঙ মাবু খায়নবা ঙমগদ্রা?

- মদু মতম্না পুজরক্কনি।

- মদুগী অর্থ ঐ খঙই। মদুনা ওইবা য়ারোই। নঙসে ঐ ইতোমতগী ওইগদবনি। মাবু হান্না খায়ননবা তৌখো।

- হুজিক হুজিক্কী ওইরিবা ফীভমসিদা ঐনা মাবু চৎলো হায়বদি ঙমলোয়। মরমদি মশানা য়াদুনা ঐঙোন্দা লুহোংলকখিবা নত্তে। মমানা হায়বা ইন্দুনা লাকখিবনি। পূম্নমকসি ঐনা মঙোন্দা কয়াম কুইনা নমথাক তৌগনি। নাকন অমদনা ঐ নঙবু থাদোকপা ঙমলরোই। নহাক য়াওদ্রবদি হিংবা ঙমগনি থাজদ্রে। পুন্সিসে পুহাং হাংলবা মঙ অমা ওইরগনি। নঙননি ঐবু ঙাওহল্লিবা।

- নঙনা মাবু থাদোকপা ঙমদ্রবদি, ঐনা নঙবু থাদোকপা তাবনি।

- মদু নঙগী অরানবা ৱাখন্নি। নঙবু থাদোকপসু ঐ ঙমলোই।

অসুম্না চনৈনরবা ৱারী ময়ামগী মরক্তা অহীংদো নোংঙানখিবনা হানখি। পূম্নমক নীংশিংলুরগা ঈচে মেধা থেংনরুবদগী মাগী ৱা তারুবদগী ঐনা খল্লুরিবা

ৱাখলসে লাল্লে খল্লি। থৱায়সে ফুকপমখৈ ৱায়। ঐ ইতোমমতা ফমুংদা মায় উপশিন্দুনা কপ্লিঙৈদা ইমা চঙলকই।

- কৈদৌরে ইবেম্মা নশা ঙমদ্রবরা?

- কৈসু তৌদে ।

- মেধাদো মরায়বক থীরবা হায়বদুনি মপামদা লৈবা কুয়রে। মাগা উন্নরুরবরা?

- উন্নদে ঐনা মাবু উবনি। মহাক্কী ফীভমদু শাথীরবা মাল্লি। তাধীরেন্না হন্না য়েংদ্রবরা?

ইমাদু করি করিনো খরা হায়রম্লগা থোকখ্রে। ঐনা কপলিবসে নীংবা কায়রবা ঐগী পুন্সিগীদমক্তা কপলিবনি। মমৈ মকোক খঙদ্রবা লংলা লংজিন মাঙখ্রবা ঐগী পুন্সিগী ৱারী ওইগদৌরি। ঐনা থাঙগে খল্লুরিবা খোঙথাং অদুগীদমক্তা কপচবনি। নাকন অমদা নুপী অমা ওইরগা নুপীগী অৱাববু উরুদবা নুংশিবনা মীৎ তাংলুরবা ঐ ইশানা ইশাবু অনুতাপ তৌজবনি। পূম্নমকসে কনাগী মরালনো? ঐতগী ইরান ওইবা তারবরা? অসুম্না অহীংসিমা থুনা হৌখ্রবদি পুন্সিগী হিংসাবতুগী মরক্তা শেংদোক্তবা হিংসাব খবগা লৈরিবদু শেংদোকনীংলকই। মদুদি ঐ মাবু থাদোক্লগে লেপলে। অমুক হন্না বিপিনগী চেম্বরদা প্রাকটিস তৌবা চৎলরোই খল্লে। হায়জবনি খঞ্জবনি। তরাই তরাই লৌবদি য়াদ্রি। হৌখিবা থৌদোক কয়া অমনা ৱাহল্লগদবা পুন্সিনি খল্লুবদা হেন্না হেন্না লৈফম খঙদ্রে।

ইশানা ইশাগী ৱারী লীরুবা তারগদি ঐ ইশামক জর্জ সাহেব হায়না খঙনরবা অফাওবা উকিল বীপিনগী মখাদা প্রাকটিস তৌদুনা লৈবা জুনিয়র উকিলনি। ডাঃ সুরজিৎ ঐগী ইপানি। ইমানা মাগী প্রাইভেট ক্লিনিক অদুদা নর্স ওইনা থবক তৌবনি। সুরজিৎকী নুপী অতোনবীদুনি। ঐ ইতোমতা ইমানা পোকই। ইমানা পুঙসুপ সুপতুনা নুপী অহনগী মচা মশু অমত্তা হন্না য়েংখিদবনি। লন-থুম পূম্নমক্কী মপু অদুসু ইমানি।

অদুমক্কা নুপী লৈরবা নুপা অমগা মরি লৈনবদা থোইনা লুনা খল্লুদবনি। পাবুংনা মতম পূন্নমক্তা তাকপি "নশা মতীক চাদনা নয়ূম নকৈ পানবা য়াদেকো। নুপী হায়বদুদি হাপলু-হাপলুবা পাত্রগী মওংদা ঈশিংনা লৈবগুম লৈবনি"। লুহোংলমদাইদু মা কন্না হায়রম্বনি ঐনা ঙমখিরোই হায়বদগী নুপী অমা হায়ন-শিংনদুনা লুহোংখিবনি। অদুবু মহাক ঐবু কাওবা ঙমখিদে। ঐনসু মাবু কাউবা য়াখিদে। জর্জ সাহেবনা লুহোংলবা মতুংদা ঐনা মাগী মখাদা প্রাক্তিস তৌরুবদগী অমুক্কা হেন্না হান্নদগী নকশিন্নখিবনি। মদুনা ঐগী থম্মোয়গী অপেনবা ওইরম্বনি। মমৈথঙদা মথোং মরম খঙদ্রবা ৱাখল অসিদগী ঐ ইশাবু নাম্থোকচনবা খঞ্জবা নত্তনা উপায় লৈতে। অমুক হন্না জর্জ সাহেবকা উন্নররোই লেপলে।

- অসুম্না পুক্লিংদা খনখি, মদুদি ঐ ইশামক্লা কনাগী পুক্সিগী খুরৌ ওইররোই। ঐগী পুক্সিগী হিংসাব হোৎতোকপা লোইরে। হিংসাব তৌনগদবা মী অদুগা শেংদোক্লগদবতা মঙায়রে। অদুম ওইনমক মদু শেংদোক্লরুদুনা কান্নদ্রে হোৎতোক্লগা থমলে। অমাং অতোংদি করি হায়রুগনি নুপী ওইবীতনা মাংজবনি। মখাতানা থম্মোয় কায়দ্রিঙৈদা লোইশিনখিবগী ৱারেপতু ইতোমতা লৌজরে। ৱাবেপ লৌববা মতুংদা ঐনা ইমাদা হায়রুই

- ইমা, ঐহাক মফমসিদা প্রাকটিস তৌবসি পামদ্রে। নহান নেনে সুধানা চিঠি ইরকপদা কোইম্বটোর যুনিভর্সিটিগী ফেকল্টি ওফ লোগী পোষ্ট অহাংবা খরা মেনশিন্নবা এপ্লিকেসন কৌবগী ৱা ইরকই। ঐসু মদু থাজিনগে খল্লি। য়াম্না থুনা চৎনবা টেলিগ্রাম তৌখ্রগে।

- কদায়দগী লৈচিল অপাইবীনোনে। কদোমদগী নোংহৌ লাক্কুনানোনে তৌরিবসিবু ?

ঙাইহাক খল্লগা মখা তারকই

- মপান্দা লৈবসে ইমা পামদে, ঐগীদি নঙ নতোমতনি। নঙ পাবুংসু অহল ওইরক্লে। সিদা সুম প্রাকটিস তৌবনা ফৎত্রো ? নখোয় পাবুংগা তান্নখিসি।

র্জজ সাহেবকা ঐগা লৈনবা মরীদো ইমাসু খঙই। ইমানা থোয়দোক্লা অথিংবা পীখিদে। মদুমক্লা খোঙফমসে লান্না থাংজিল্লুবনি। হন্দোকপদা য়াম্না লুবদি ওইরোই। অদুবু চৈনাখোন্দুতনি ঐনা কিজব। ইশানা ইশাগী পল্লেমফম অমদি খঙবা তাবনি। অসুম্না ফমুংদা লোংখাক্ লোংনা হিপ্পুনা হৌখ্রবা থৌদোক কয়াগী লংলা লংজিন থিবা হোৎনরম্মী।

# মরিশুবা শরুক

কুইরবগী তুংদা মমি শামি ওইনা হৌখ্রবা থৌদোক কয়া কয়া নীংশিংলকই। মতম অদুদদি থৌদোকশিং অদুমক্কা ঐগী পুন্সিগা অসুক থীনা নক্লহল্লক্কনি নৎত্রগা অসুক নুংঙাইতবা চৈনাখোল অসিগী মচাক অমা ওইরগনি হায়বসি খন্থবা ঙম্বা রা লত্তে। কাওবা য়াখিদে হায়বদুমক হেক য়ারবনি। মতমদো নিংথমথানি। অয়ূকতুমা লৈচিন্না নুমিৎ মশক উবা ফংখিদ্রবানি। পাবুংগী মশাদু অসুম ফৎচিল্লক্রবদগী বেঙ্গলোরদা পুদুনা লায়েংনবা নুমিৎসিগী ইম্ফালদগী কলকতা ফাওবগী ফ্লাইটকী টিকেটতি ককশিল্লুরে। ব্রেদর মতাদুদা ইমাসু ঐসু পুক্লিংসে য়ামনা নুংশুক নুংজানরম্মী। চৎতবা য়াদবগুম এয়ারপোর্টতদি লাক্লে। কলকতাদগী ইম্ফাল ফ্লাইটতু পায়রকপা য়াদবদগী ফনা থেংলবা ফাওবা মী পুম্নমক য়াম্না লাংতক্লনা ঙাইনরি। ঈ-পাউসু ঙাইহাক লৈতনা কাউন্টর অসোমদা লাউখোকলকলি। হংনবসু অদুম য়াওই। ঐখোয়সু প্লেনদু লাকপা ঙাইরি। টিকেটতি কনফর্ম তৌরে চৎনবগী শেম শাবা লোইনরবসু ফ্লাইটতুদি কেনসেল তৌবা য়ানা লৈরে। সেকেণ্ড ফ্রাইট তা চৎনগদবা মীসু লোয়না লাক্লুনা লৈররে। উচিন নাচিন্না অনাবা য়াওবনিনা সেকেণ্ড ফ্রাইটতা এডজষ্ট তৌনরে। ফ্রাষ্ট ফ্রাইটতি কেন্সেল তৌখ্রে। প্লেন য়াম্না থেংবা ফাওবা লাক্তবনা

মী পূম্নমক ময়ূম ময়ূমদা হন্নবগী রাখল তৌনরে। উচিন নাচিন্না লাকপদগী চৎকদবা মখৈ প্লেন কানবা শেম শানরে। খরমখৈ কাখৎপা হৌনখ্রে। ঐখোয়না ফমলিবা মফম অদুদগী ইরাপ লাপ্তুনা খরা মীয়ায় চল্লপ তৌবী অহন অমগা য়াম্না মশক মতৌ ফজনা চুঙ ফীরান চানা ব্রাং চাওরবা চহী ৩৫ মুক্কী নুপা অমগা লাপতক্লা ফম্মী। মচানুপা ওইরমাল্লে নুপাদুনা টিকেটকী চেক তৌবনচিংবা লোইশিন্নবা কোয়চেন চেল্লি। নুপীদু ইঁহৈ হৈনিংদনা ফম্বগুম উই। ইমানা নুপী অদুবু পাবুংনা উখিনি মতাগুম মমাঙগী সিটতুদা ফমদুনা লুমশিল্লি। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা মচানুপাদু লাক্লুনা মমাবু মখুৎ শন্নগা প্লেন কানবা চৎপা হৌখরে। মমা পুদুনা বৃন্দাবন তীর্থ ময়াম কোয়রুদৌরিবনি হায়না মাগী খঙনবা মরূপ অমগা ব্রারী শাবদা ঐনা তাহৌবনি। মখোয়গী মওং মতৌদুদা চিংনবা অমা পোক্লুনা ইমাদা হংখি-

- নুপী অসি করিগীনো খঙদে ঐখোয়দা তুমিন তুমিন ঙসাইদগী য়েংলি।

পাবুংসু তাই। ইমানা অতোপ্পা ব্রা অমদা থৈদোক্লবা হোৎনৈ। অদুবু ঐনা হংমনবদগী ইমানা পাউখুম পীরকখি - " নখোয় নমাহন্নি । অমসিনা মচানুপা অহন ইজুকেতিব ইঞ্জিনিয়ারনি।" ঐগী পূক্লীংদা অমুক্কা হেন্না লাংতক্লবা পূক্লীং নুংশিবা পোকই। মীকুপ অদুদা মাগী মনাক্তা চৎতুনা ঐ লৈ হায়নীংবা পোকই। অদুবু মদুমক্তি থোকখিদ্রে। ইমানা পাবুংগী হ্বিল চিয়ারদু ইন্দুনা চৎলি । ঐনা লগেজ মচা মগুদু পায়দুনা প্লেন তম্না চৎলিবা লাইন্দুদা য়াওরি। ঐখোয়না খরদি শোৎথনা চৎলি । ঐনা মাং খিত্তং থারপ্না চৎলি। ইমাহন্না পাবুংগী হ্বিল চিয়ারদু লাকপা উবদা মাংদা চৎলিবা ঐবু ফিজিদা পায়দুনা চিংলগা শোম্থাংননা হায়রকই- "মখোয় পাবুং লেংলকলি খিত্তং হন্দোকপীয়ু।" ঐ ঙকখি মাগা ঐগা মীৎ চান্নে। অদুম মমায় লৈথোকখ্রে । মহাক্লদি ঐবু শক খঙদবা মাল্লি। ঐখোয় পাবুংদো মমীৎতা ইরা চেল্লি। ঐনা খঙনা রুমাল মচিনা তৈথোকপিখি। তামোদু খঙনা খঙনা উশিন্নদবনি খল্লি। ইমা খরা থুনা লাকও হায়দুনা মখূৎ পায়দুনা চীংবোই করিবোই পুখি। মখোয়না

ঐখোয়দগী হান্না কাখৎখ্রে। সিটতুসু মমাঙ মনিঙ তারে। পাবুংগী মনাক্তা ঐ ফম্মী ইমানা নাকলগী সিটতুদা তারে। পাবুংগী খূৎশা ইপঙ পঙশিনখ্রে। খুৎতু থাঙ্গৎতুনা পাবুংগী মমীৎতগী চেন্থরকলিবা ইরাদু তৈথোকচবা ঙমখিদ্রে। ঐনা তপ্না তপ্না রুমালনা ঙাইহাক লৈতনা তৈথোক্লবা শেন্নরি। ঙাইহাক্তুগী সিচুয়েসনদু মতমদুদদি ঐ থোয়না লুনা নৎত্রেগা সেন্টিমেন্টেল ওইবা মওংদা শুরুখনমক খল্লুদে। অদুবু ঙসিত মদুগী থৌদোক্তুনা মহু পুবা লিনগুম্না কনাগী থম্মোয়দা চীক্লকপগে হায়বদুদি ঊবা তাবগুম তৌখি। অদুগী তুংদগী মখোয় ঐখোয় মাগী মাগী পঙ্খুংফমদা অদুমক চৎনখ্রে। নীংশিংলকই ইমাহনগী মীৎলুদা পীরাংনা থুক্ষৎখি। মদু ঐতনি খঙহৌবা, অদুগা খোয়শাউনরবা তামোনা মমাবু মখূৎ শমদুনা পুখি। অসুম্না মরোল থোক্ত্রবা থম্মোয়শিংগী চৈনাখোনশিংদু ঙসিতা নীংশিংলকই। ঈচে মেধাগী ব্রাজবা মরক্তা ইনৌ নৌনা ইমাহনগী থম্মোয়দা কাওখিবা চৈনাখোনদুগীদমক্তসু ইতোমতা ব্রাহনজরি। ঙসিদি পূম্নমক নীংশিংলুরগা ঐ কপ্তবা ঙমদে। শাংলবা পুক্সি অদুদা মপুরোইবগী নুংশিবগী মীৎয়েং য়াওদনা মচাশিংবু য়োক্তুনা হিংলকখিবা মাগী থম্মোয়গী চৈনাদু ঐঙোন্দসু য়ৈরবগুম তৌখি। মপাগী নুংশিবা ফাওবা ফংখিদ্রবা মচাশিংদু মমা পোকপা মবুবোক্না ফৈগাক ফৈনা য়োকখিবদগী ঙসিদি লোইনা মী অমমম ওইদুনা যূম লেপচরে।

মমি শামি নীংশিংলকই কুইরবা থৌদোক অদুমসু নোংমা ইমাহন্না মচানুপা অহন নিশিকান্তবু থারকখি। গেটকী ব্রাংমদা ইমাগা কনানো অমগা ব্রারী শানবা তাবদুদা ঐসু থোঙনাও ময়াদা লেপতুনা হায়ফেৎ য়েংলুবদা তাহৌবনি।

কনানো ?

ঐনি, নিশিনি -।

করিগীনো ?

ইধৌদু, কন্না নারে, বাবাবু উন্ননীংই হায়দুনা পাউ পীবা লাকপনি। ঐখোয়

বাবা কদায়দা লৈ মাগা উন্নগে।

নখোয় বাবাদো, সিদা লৈতে, আ- পোষ্টিং মফমদগী হল্লক্ত্রি। পাউদু ঐ পীরগে নং চৎলো য়ারে।

অসুম্না পাখং ফারক্লবা তামোদু নীংঙ্গদনা হনখি। মহাক্না চৎলমদাইদা গেটকী থোঙদুদা ঙম্নমখে কাওরম্মী। মখোনদু তাবদা ঐ খংপ্রেক খংখি। মতমদু পাবুংদি ওফিস চৎননবা চাকশঙদা চাক চারি। ইমানা অদুম পাউ হায়খিদ্রে। পাবুংসু করিনো মখোন অমা তাই হায়দুনা গেটলোমদা থোরকপনি। তামোনা মখোঙনা কন্না কাওরম্নদু উহৌই। ইমাদা করিংগীনো হংবদা অশেংবদু তাকখিদে।

অশেংবা পাউখুমগী মহুত্তা ইমানা অশেম্বা পাউখুম খরা পীখিবদু নাশোন্ননা তাহৌই। ইমাগা পাবুংগা তুংথ মাংথা মখোয় কাদা অদুম চঙখ্রে। নুমিৎতুগী ওইনদি ঐ থোয়না খল্লুদে। পাবুংগা ইমাগা হায়ফেৎ খৎনবদি তাখি। পাবুংনা হায়বা তাখি।

- অঙাংদু করি হায়রুদুনা অদুক শাউরল্লীবনো?

ইমানা খুম্বা তাখি -

- ইমুংদা চঙশি হায়বসু য়াদে -মখোয় পাবুং কৌথোরকউ ব্রা য়াম্না হায়গদবা লৈ হায়। পাবুং চাক চারি ঙাইহাক ঙাইখোকো হায়বতনি। মথোং মরম খঙদনা গ্রোং গ্রোং তৌরম্লগা চৎখ্রিবদু মখোয় পাবুং উবিহৌরবা নৎত্রো?

হিক হিক কপখিবা মখোন তায়। ঐ ঙক্কবা ঙমখিদে। ইমাগী অশেম্বা ব্রাহৈশিং, ঙাইহাক্কী মীৎলুগী পীরাংদুনা পাবুংদো তামোবু য়াম্না ব্রারৌবা মাল্লি। নোংমা নিনি লৈরগা যূমদা চৎলুই। ইমুংদুদা মহাকপু কনানসু কৌ ঙাঙলক্ত্রবা জাৎনি। য়াম্না নুংঙাইতনা হল্লক্লগা চিন্তা তৌদুনা ফম্বা উই। নুমিৎ নিনিমুক্কী মতুংদা ইধৌ লৈতবগী পাউ তাই। অসোমদগী কনা অমতনা পাউ হায়রকখিবা লৈখিদে। ইধৌ জ্ঞান তারিবৈঙদা মাগী লৈজবা সম্পতি পূম্নমক ইমাহনগী মীংদা থল্লমলে। ইধৌগী হৌনবী কর্ম পূম্নমক লোইশিনখ্রে। ইধৌ লৈখিদবা তুংদগী পাবুংগী হকচাংসু নোংমা নোংমগী ব্রাখল নুংঙাইতবগী লায়নানা শোকচিনখিবনি। অসুম্না ইমুং অনীগী মরী অসি ইশম

শম্নখিদ্রবনি।

শোমদসু ঐ ইতোমতা পোকপনি। পাবুংগীদমক ঐ নত্তনা কনা লৈত্রবনি। ইমানা চাউরবা পন অমা ওইনা ইমূং অনী অসিবু খায়দোক্লরি হায়বসে ঐ ভাব তাবা কুইদ্রি। অসুম্না ঐখোয় পুম্নমক মাগী মাগী পন্থুংফম য়ৌনা চৎননবা শেম শানরে। টেক্সি অমা লাক্লুনা ঙাইদুনা লৈররে. তামোনা ইমাহনবু তপ্না তপ্না কারদা কাখৎহন্দুনা চৎখ্রে। ইমাহননা চৎলমদাইদা অমুকতং পাবুংদা চিংনা য়েংলম্মী হায়বসে ঐতনা খঙহৌবনি। তামোদি হন্না ফাওবা য়েংলমদ্রে। ঙাইহাকতুদা ঐখোয় ইমাদু মরান্না মপোৎ ফারবা মীয়াৎ তাগদবগী ঙাইরবা মী অমগুম উরুরি। অদুবু মহাক্তি কলক খম্বনবনা থল্লবা মপোৎপু মীনা লৌখিনি ব্রাজবী কৈ অমোমগা চপ মান্নরি। অসুম্না ফীভম অমদি মতম্না ওইহল্লক্লিবা অহোংবা ময়ামদু ঙাইহাক্তংদুদা ফাওনরিবা মখোয় ময়ামগী ঈথিলশিংদু ঐ ভাব তাখিদে। অদুবু ঙসিদি নীংশিংলুবদা ঐসু য়াওনা কপ্পুবা ঙমলক্রে। পুম্নমকসিবু কনাগী মরালনো?

সমাজসিদা ঐনা অতোম্বীগী মচানি। ইমানা মীগী মচা তরেৎ লৈবা নুপা অমবু ফাদুনা মুনবী অফাওবীনি। সমাজনা য়েংলিবা হন্থবা মীৎয়েং অমনা "লাইমা ঙন্মীদা মসি নুপীসে, মচা তরেৎ লৈবা নুপাসে ফাদুনা মচা মশু ফাওবা হন্না হেক য়েংহন্দবত নত্তনা নুপাসে মরোন মরি ফাওবা থোকহন্দ্রে"। অসিগুম্বা কয়ানি। ইমাগী মরালনা করি -? পাউখুম লৈরিবমখৈ ব্রাহংসু অদুমক থোরকই। অসুম্না ব্রাহং পাউখুম কয়া ইতোমতা তৌজরবা মতুংদা ইশানা ইশাগী ফিরেপ অমা খঙনা লম্বী য়াৎচবা তারকপনি।

মখোয় অনীগী শিনফম তিন্নবা অদুগা অয়ূক্কী নুমিদাংগী লোয়নদুনতা লৈবগী খুদোংচাবদুনা ইমানা পাবুংবু খুদুম চেৎনা পায়শিনবা ঙমখিবা অমরোমদনা ইমাহনগী অচাওরম কাজবা ইনাক কৈরাক খুনবা মচা ওইবগী কা হেন্না মুকপনা মরম ওইদুনা পাবুংগী পুক্সিদগী ইমাহন্না লাপ্না চৎখিবনি।

ইমাগা পাবুংগগী মরক্তা চাউরবা তোকঙা অমা শন্দোরকপা হৌরকপা মতমদুদা

ইমাহন্না পাবুংবু মরান শিদুনা মপামদা কুইনা লৈরুই হায়। মদুমক্কা পাবুংনা ইমাহনগী অশোয়বা মরাল ওইনা লৌখি। মদুগী খুদোংচাবদু লৌদুনা ইমানা পাবুংগী মপু ওইখিবনি। অসুম্না মখোয় অদুম কায়নখ্রে। অসিনি মখোয়গী ৱারী। অদুবু তৎন থানবা য়াদ্রবা মখোয়গী মরীদুদি অদুমক লৈরিবা মাল্লি।

অসুম্না মতম্না কনাবুসু ঙাইবীরমদনা চৎখ্রি। সোমদা ঐসু চৎননবা শেম শাবা লোইরে। টিকেট ককথোক্লুরে। টিকেট ককফমদা জর্জ সাহেবকী চৌকিদার বসন্ত থেংনৈ। মানা কৌরকই

- মেদাম করি থবক লৈ ?

- টিকেট লৌগে তৌবনি।

- কদায় চৎকদৌরিবনো?

- কোইম্বরতরদা চৎকদবনি। ইন্টর্ভিয়ু অমা য়াওরুগদবা লৈ। ইম্ফাল টু কলকত্তা ফ্লাইটসে ফংবা য়াম্না ৱারে মী য়াম্না চৎনরমালে। নুমিৎ তরামঙানি ফাওবগী টিকেট রিজার্ব তৌনখ্রে। তাং ২০দা তারে। ঐ মখাতানা ৱা য়াম্না হংগে খল্লম্বনি অদুবু করিসু খংনিংলকত্রে। চুম্না হংখি।

- বসন্ত কৈদৌ লাক্লিবনো?

বসন্তনা মখা তারকই।

- অসুম মরূপ অমগী মতুং ইল্লকপনি। মাগী টিকেট লৌবা লাকপনি। এনএসসিএন (আই এম)গী কাঙবুনা নেসনেল হায়ৱেদা টেক্স খোম্বগী থবক চথবসিনা মখাদা চৎকদবা কিনরে। অদুনা ইম্ফাল টু গৌহাটি ভয়া কলকত্তাগী ফ্লাইটসি য়াম্না চিল্লে। করি করিনো পঙাঙ ঙাঙখি ঐদি ৱাখল অমদা তাউরিঙৈদা মশেন মরাং খর তাহৌদ্রে।

- মেদাম চেম্বরদা লাক্রবদি কৈদৌরে?

- কৈসু তৌদে থবক খরা লৈরে অদুননি।

করি পাউ লৈ?

- হায়মা তাদ্রিবরো? - মেম সাহেবতো ঙসি হুমনি শুরে থিবা খঙদবা মপামদসু লৈতে হায়য়ে।

ঐসু কোম্না খুমখি।

- কদায়দনো অমা লৈজরমগনিদা। থম্মোয়দদি খল্লি মহাকপু অমুক নুংঙাইহন্দবা তৌররোই বসন্তদা হায়নীংবনি। নখোয় মেম সাহেবকী পুন্সিদা খুরৌ ওইবা ঐ পামদ্রে। নখোয়দগী ঐ লাপ্না চৎখ্রগে লেপ্লে। অদুবু মখা তারুবা য়াদ্রি। বসন্তদা চৎলগে হায়রল্লগা ঐগী গাড়ীদু ষ্টার্ট তৌদুনা থৌরক্লে।

ঈচে মেধাদু অমুক্তদি উন্নগে খল্লদুনা মখোয় থোঙ্গালদা লাকলে। লৈবং তাদুনা শারিবা শম্বলনা ইকোয় কোয়শিনবা ঈচে মেধাখোয় কোম্থোঙদু য়ৌরে। গাড়ীদগী কুমথরগা ব্রাগী কোম্থোঙদু ইতোমতা হাংদোক্লগা গাড়ীদু থৌজিল্লে অদুগা অমুক কোম্থোঙদু লোনশিল্লম্লগা ঐ চঙলকই। পূংকক চাওবী নুপীমচা অমা মমাঙগী পুম্ব্রীদুদা কোন ফেংলিবদু ঈচে মেধাগী মচানুপীদু ওইগনি খল্লি। ইমূংদু য়েংবদা কয়াদি যূম্বান ফবা মান্দ্রে। যূমদু থাইনগী যূমজাও অচৌবনি। মতম অমদা মতীক মঙাল চাউরবা মী অমনা লৈরম্বগী খুদমদি লৈবি। পূম্নমক তেকথ কায়থরক্লে। ইমন মম্থরে। শুমাংদা কুইনা থৌনদ্রবা এমবেসেদর কার অমনবা অমা তা লৈরি নোংখাং চাইরে, কোৎহ্লিং কারে। মামনা নহা ওইরিঙৈদা থৌনরম্বনি। ইঙ্খোলগী অকোয়বদু হান্নগুম লৈরমলি। লৈ-শু মরাং কায়না শাৎপদুগী মহুত্তা নাপীনা ইশোং শোংলে। উরি ব্রারিনা লোইনা লাকহৎলে। শেমজিনবিদবা য়েংশিনবিদবনা মোংশোং ঙাক্তা ঙাইরে। ইম্ফাল এরিয়াসিদদি মামগী ইঙ্খোলসিমুক চাউবদি লৈবু লৈরম্লরোই। তুলসিবোং ময়াগী হৈনৌ খোঙনেম্বীদুদি অদুম হৌরি। মনাক্তগী মালিকা পাম্বীদি লৈরমদরে। থোঙ্গানগী পোষ্ট অনীদা য়েৎতুনা শাৎচবী মধুমতিদুদি উরি ব্রারিগা অদুম য়েৎশিন্নদুনা শাৎপদি

লেপত্রি। হেক চঙখিবদা লৈনম্না পূল্লিং হুবা মামগী ইখ্বোলনি। ইবুবোক লৈরিবঁদদি লৈরং তাখৎপা লৈপনদু নুংতিগী নৎত্রবসু মরক মরক্তা ৱাই তৈবনি। নোঙাল্লমদাইদা নুংতিগী রাধে শ্যাম হায়না লাউনা ঈশৈ শকপদুনা লৈকায়গী মী পূম্নমক তুম্বা হৌদোকপনি। মীয়াম্না মাবু রাধে শ্যাম হায়না মীংগৌনরিবনি । থোঙ্গালগী অকোয়বদা নাকল অনীদগী অশংবা নেমতক তৌবা শম্বল্লৈনা পরেং শানা চাং চপ মান্ননা ককলদুনা অশংবা নেমতক তৌবা চেকপল খাবগুম লুনা নান্না লৈ-শু মখল শুনা কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎপনি। জুবাকুশুম, নাগেশ্বর, লৈহাওনচিংবা অচৌবা লৈ পাম্বী কয়া কয়ানি। কবিরৈ অঙাংবা, অঙৌবা, কয়ানা পৃথ্রী মপানগী শম্বল ময়াদা পরেং শানা হৌবদু লৈরল্লি। পুম্নমক নাপিনা ইকোয় কোয়শিনবিখ্রে। পৃথ্রীগী ফীভম কায়রমদ্রি। শিড়ীগী থাকশিংদুদি ইকায় কায়রে। ঈচে মেধা ইবানীনা অঙাং ওইরিবঁদা ইরোই শান্নরিবঁদা ইবুবোক্না খংলাউ লাউরকপদা খংদুনা চেনখৎনবদু ঙসিসু শঙশঙনা ইমিৎসিনা উরকই। পৃথ্রীগী মখা থংবদা হৌরিবা পুঙদোন পরেং, হৈমাং, নাসপতি, হৈক্রু, লৈপন্দা হৌহৌবা হৈরিকোকথোং পুম্নমক অমত্তা লৈরমদ্রে। নোবাপ পাম্বীদুগা পুঙদোন পাম্বীদুগদি নুঙশুক নুংজাননা লেপলম্মী। পুঙদোন মখোঙদু ইবানীগী ৱারী শান্নফম্নি। থুম মোরোক খরা পুথোক্লগা হৈ চাদুনা নুংশা য়াইবা নুংঙাইখ্রবা মঙাও থীবা ঈচে মেধাগী মতৌদো। নীংশিংলকই মানা নোক্লিমখৈ ঐসু নোকই। পাঙখোকলানা নুংশিৎ শিৎপদা হায়বদু মানা তম্নগা ইবানী কয়াদা নোকখ্রবা। পুঙ্গিসে অঙকপনি চহী খরসিদা কয়াদা থীনা হোংখ্রবা। হোংলমলিবা ময়াম অমা হোংলক্কদৌরিবা ময়াম অমা খল্লুরগা পূল্লিংসে ইনৌ নৌই। খঙহৌদনা পী মরীক মরীক খরদি খাম্বা য়াদনা তাখ্রে। লেমহৌবদুদি খামদুনা থমলে।

অঙাং ওইরিবঁদা ইমানা পাবুংগী তুং ইন্দুনা হেক হেক চৎখিবা মতমদা মামগী মনাক্তা থনম্মি। ইমূংসিবু ঐনা য়াম্না নুংশিজৈ। মামসু অতোপ্পা নত্তে ইমাগী মখুরানা পোকপনি। মখোয় ইমূংদা লৈবসি ঐগী নুংঙাইবনি মরমদি ইতোমতা ঙাইবনিনা ঈচে মেধাগী মনাক্তা লৈবনা ঐগী নুংঙাইজবীনি। সড়ক্তগী নুংমচা খরা খুল্লুরগা

খুলোকপী শান্নবা মরুম কোনবী শান্নবা পূম্নমক অমত্তা চিৎথদনা ইমাঙদা ফিল্মগী রোল মথং মথং কাপ্পগুম উরকই। নীংশিংল্লকই ঈচে মেধা ঐগী অঙাং ওইরিঁঙেগী মরূপ্পি। লমতা থাগী পুর্ণিমাগী থাবল মরক্তুদা খ্বাংজেৎ লাকশিল্লগা ইবানী লেঙ্গোন্নদুনা নাকথেং নিবা চৎখিবা। কয়াদা নুংঙাইখ্রবা চমখ্রবা পুন্সিনো। লৈপন্দা হৌবা হৈরিকোকথোঙ পাম্বিদু মানা কারগা, ঐনা মখাদা খুনবা মদুদা ইবানীনা নোকখিবা ময়াম। হুজিক্তী নাকল অমা পূমকং কংলে অনৌবা মশা অমদগী হিংনবা হোৎনরি মশা মরেং খরদি চোঙদুনা শন্দোক্লি।

করি করিগুম্বদা লৈকায়গী ইমান্নবী অঙাং ময়ামগা অমাংবী তান্নবা, ফিবুলহানবী, থৌরিচোংবী, উরাওবী, কবাদিনচিংবা মখল কয়াগী মশান্না শান্নদবা য়াওদে। ক্বাক ক্বাক করি ক্বাকনো ময়াং ক্বাকনি হায়দুনা কোয়তান হেক তান্নদুনা শান্নবদা, ঈচে মেধানা মকোক চীংই ঐখোয় ময়াম মথং মথং অমনা অমগী মখ্বাংদা কোন্দুনা খোমদোনবী চাগদবগী ময়াং ক্বাক শাবনা তান্নবদু নীংশিংলকই। ঈচেনা ঐবু মচা খোমদোনবীদা শাহল্লি। অসুম্না চন্নবা পুন্সিগী নুংঙাইবদো ঙসি ইনৌ নৌনা নীংশিংলকই। ইমানা কৌরগা ঐনা লোৎতুনা লৈখিবা কয়ানি। অদুক চাউখ্রবা ইখোলদো ইবুবোক লৈরিঁঙেদদি লৈকায়গী ঈশিং চাফম, লৈত লাইর হংফম অৱাংপা অমতা হেক হংবদা ৱাংপা লৈতনা পাল্লম্বনি। হুজিকতি জঙ্গল ওল্লে। মশানগা নাবনে, সরকারগী থবক তৌবা মীগা ওইরম্বনে ইখোলদু কোয়দবা ফনা কুইরমালে। পূক্লীংদা খল্লি মচানুপা মপাঙ্গল চাউবা লৈরবদি পূম্নমকসে করি ৱানীংঙাই লৈবগে? মতম মতমগী ওইবা মনা মশিং হৈ-রা অমত্তা ৱাৎহন্দনা পালহনবা য়াই। লৈকায়গী ঈশিং চাফম ওইরম্বা পুখ্রীদুসু ফুনগদৌরে। পূম্নমকসে উরুরগা মীওইবগী অৱা নুংঙাই হায়বসে খূবাক খূনমতনি হায়বসে চুম্নবা ৱানি। অদুম ওইনমক লাইবক্তদা তাইনবা লাল্লি। ইখূৎতসু খবা থোকপা থবক ঙাক্তনি। ৱাখল ময়ামসি খন্দুনা কয়া কুইনা লেপলুরবনো খঙদে অঙাং অদুনা কোল- লিক চান্বগী ক্রোক ক্রোক লাউবা মখোলদুদ জ্ঞান তারকই। চঙশিন্দুনা লাউরপ হংলুই।

-নখোয় নমাদি ইবেম্মা?

মানা অফেংবা কোন ময়ামদু পুবদুদসু খরা য়াওশিনবিরে অদুগা পৃখ্রীদগী কাখৎমিন্নরে। যূমজাওদুগী মনিংদা চাউরবা চাকশঙ অমা লৈরি। চাকশঙদা চঙদুনা কোনদু থমলুরে। মানা ফান মচা আমা পুরক্লগা ফনেক মচিদুনা হায়ফেৎ নাম্ফোকলগা ঐবু ফমুবা ইঙ্গিৎ পীরি। ঐনা হঙদ্রিঙৈদা মহাক্কী নুংঙাইতবা ময়ামদু য়াম্না লীনীংলম্বা ওইরমাল্লে, তাবিনবা য়াওদ্রবা ৱারীশিংদু অমত্তা হংলুবা তৌদনা মরী মরী লীথরকই। নুপীমচাদুনা মখা তারকই।

- নঙ কনানো?

- নঙগী নেনেনে। নেনে কৌ।

- ইমাদিনে বি ও সিদা থাও লৌবা অদুগনে থাউদো হান্না থাদোক্লগনে লিলোংদা য়েনশাং তিকপা চৎলম্লনি। অদু হল্লক্লগা চাক চারগা অমুক কৈথেন চৎতোইনি। ইমানা চাবা নংনবা চাক থোংদোইনি।

- অদুবু হুজিকফাও থোংদ্রিবরাও? করি থোংদোইনো?

- হৱায় মুশোরি - থাউসু লৈতে। ঐখোয় ইমাসিদি য়াম্না ফত্তে। হাউত্রবসু মখোয়না পংচৈদা চৈ। ঐদি কপনীংই। নেনে ঐখোয় ইমাসে য়াম ফত্তে। ঐবুদি লাইরিক তম্বা কাহনদে। বোয়খোয়দি চৎলি।

- মখোয়দি কদায়দা চৎখি।

- খঙদে। কোয়খোয় কোয়রগা অফাও শারনি মসিনি মখোয় থবক। য়েংঙু ঐখোয় ইমানা লাইরিক তম্বা কাগে য়াদবগী ফুরিবা -।

চৈফমদু ঐঙোম্দা উৎলি। মুশিন মুনা খামলি।

পূক্লীংদা খল্লি ঐনা হন্না তারবা ৱারীনি। মদুমক্লা থম্মোয়সিদা তাশোন ওইনা থিনখিবনি। ঐ নমাগী ৱারী লোইনা খঙই। শাউনিংদুনা তাইনফমবুদি লৈতদুনা

নঙোন্দা তাইনরিবনি। অদু ওইরবসু নখোয় নমাসে ফত্তেদা। অঙাংদু মপি ইরা চেল্লি। ঐনা মাগী অনাবা চৈফমদুদা নানবিরুরি। অঙাংদু উরগা পূক্লীংসে য়াম্না নুংঙাইতবা অমা পোকই। টিভিদা, ব্বরীদা, সিনেমাদা, দোকুমেন্টরি ফিল্ম কয়াদা, পোষ্টর কয়া অমসু, চাইল্ড ৱেলফিয়ার ডিপার্টমেন্ট, গবর্নমেন্টনা, এন জি ও কয়ানা পব্লিসিটিগী থোঙদা লাউরি নুপী মচাশিংবু মহৈ হৈহনগদবনি। পূম্নমক খঙনীং নীংশিংলকই। ঈচে মেধাবু পঙই খল্লি। অদু কৈদৌনি পূম্নমক মাগী মাগী হিংনবগী লানফমনি। তশেংনমক লানফমনি। লানদা হৈ শিংবা কনানা লানঙম ফিরাল থেৎপা তাবনি। হৈতবনা মাঙজবা তাবনি। লাইরবা অমা ইনাকখুনবা তরানা শৌগৎপা ঙমদে হায়নরিবনি। হায়না হায়না ঈচে মেধাদু লাকলে। ঐঙোন্দা চাগদবগুম য়েংই। অদুগা খংলাউ লাউখি।

- সামিলা! কৈদৌঙৈ লাকই কয়াদি কুইরে নঙগী নৱা নপাউ তাখিদবা। ইঙক হেক ঙক্লা, কমদৌনা লাকলিবনো? করি থবক লৈ?

- ঈচে ঐনা নঙবু মিনি বসতা নোংমা উখি। নুমিৎতুদগী ননাকত্তা অমুক্তা লাককে খনবসে কুইরবনি। ঙসি চৎতবা য়াদে খন্দুনা লাকলিবনি। ঈচে নঙবু কৈদৌরবগে ফীভম অসুক থীনা শোকচিল্লিবসিবু। ঐদি শকপু খঙলুদ্রবনি।

ঈচেদো ঐ উবদা কপথোকখ্রে। ঐনা মখা শমথরুরি। কয়াম কুইরে সিদা লৈবা। ঐ নহান মখৈ নঙগা অমুক্তসু থেংনদে।

- লমদাং পুন্দে অদুননি। নঙবু মামগা উন্নরবরা?

- উন্নদে, য়ৌরকপা পঙকুই কুইদ্রিয়ে। নচা নুপীনা চাক থোংবা য়েংলম্লিবনি।

- ঈচে লাকও মামগা উন্নরুরসি। মাঙ্গোন্দা কাখৎলি, মামদো ফমেনগী ফত্তুদা ফমদুনা বিড়ী মতেক অমা চিংলি। লোকসু শিথ শিথ খুবি। মনাক খরা নকশিল্লবদি, মামগী থবাক্তু অমুক ৱাংখৎ অমুক নেমথ তৌদুনা ব্বানা শ্বর হোল্লি। অদুগা থবাক্তা লোক চেনবগী হৌনবি খেরিবদু শ্বর হোনবদা ইরাও লাওনা তারি।

চরাম চদংনরে, শরূদা উনশাতনা কৃপ্লবা মী অমনি। মখূংতা বিড়ী অমা পায়দুনা চমগদবগী তৌরম্মী। তবঙ-তবঙলবা মখূংতু মৈখেৎ খেৎপা লাক্লরি। মৈদু মূৎলি মূৎলি চাক্লী। উচিন নাচিন্না চম্লগা ওম্থোক্লা হাউনা থকখ্রে। বিড়ীদু চিংনা চিংনা অরোইবা তাঙ্কক য়ৌগদৌরে। খূৎশা মঙাদুতা পূন্না চপশিল্লগা বিড়ীদু অরোইবা ওইনা খুংচিং অমুক্তদা লোইবা ফাওবা চিংলগা লৈবাক্তা শু শু নৈরগা হুন্দোকখ্রে। মৈখুদু মনাতোন্দগী থাদোরকই অদুগা কোন্না ময়াদগী অশাংবা নুংশা শ্বর অমগা লোয়ননা থাদোকখি। অসুম্না ঙাইহাক মামদু অৱা পোখারি। ঐ ঙাইহাক তুমিন্না মানা তৌরিবদু য়েংলি। অচিকপা থুগাইদুনা কৌরুরি মামা ... মামা...। অহানবদা পাক্লা খুমদে। করিনো অমা খন্দুনা লৈরি। অনীরক শুবদা হৈমা কনানো?

-ঐ সরমিলানে সরমিলা।

- হা!......... সরমিলানে নঙবো ?

- হোয় মানে ঐবু খঙবিদ্রবরো ?

- এহ! করি থবক লৈ। কুইরেদা লাকখিদবা। য়াম্না নুংঙাইখ্রমালে। নমাদি করম তৌরি। নমাবুদি মরক মরক্তা লাকই। নঙবুনিনে ঐনা উদবা কুইরে হায়রিসে। নাইরিক তম্বা লোইশিল্লবা নৎত্রা?

ঐনা লোয়রে। প্রাক্তিস তৌবা হোৎনরি।

- নাপাদি করম তৌরি।

- পাবুংদু নাদুনতা লৈরেদা ফীভম ফগৎপা লৈতেদা মাম।

- অনা অয়েকসিদা য়াওবিদ্রবদি ফগদবনি। নখোয় ননে নাবসিদা নুংঙাইফম লতেদা ইবেম্মা।

- মাম ইনেবু খরা ফরবরা?

- চঙ্ভু মনুংদা লৈবনি উন্নরু চৎলু।

ঐহাক ইমূংদা চঙই নিঙোনকাগী মখা থংবা শরুক্তা থারিবা হিদান অমদা

ইনেদু হিপলি। ঐনা চঙখিবদা ঙাইহাক পোত্থাবগুম তৌরম্মী। মমানা সেবা তৌরম্মী লোন্না ইঙ্গিৎ পী পোত্থারি। ঐসু তুমিন্না মখোন থোকহন্দনা ফমথৈ। ঙাইহাক লৈরগা মীকপ থোরকই। ... কনানো ... ?

- ঐনে ইনে সরমিলানে।

অনাবা নাহেবা হৌরকই। অয়ো অয়ো ......অয়োইমা। ঐ য়াম্না ৱারে। মশা অদু ফর ফর হায়রি। তাদুনা লৈবা ঙমদরে ঐদি। করিগুম্বদা চোয়রোন ওইনা কয়ারক লোল্লি। ঐবু অমুক্তা কল্লু ঐবু হিংহল্লু শারে শারে। লাউই। মমানা তোনিংখোক শুরগা মহীদো লৌরগা লশিংনা তেপ চপলগা ঈংনবনি হায়দুনা ইনেগী ফৈবাক চনীং অনীমক্তা তৈবা হোৎনরি। খরা ফবগুম তৌই। মরক মরক্তা অনাবদু জ্ঞান মাংলে। চোয়রোন তৎতনা লোল্লি। করিগুম্বদা হায়রকই। "ইমা নঙ লৈহৌবা তারে । ঐনা হান্না চৎপা তারে। ইবুংঙোদি চাক্কা চাখ্রববা'? মখোয় পাবুংদি হল্লক্লবরা"? ফর ফরা হায়রম্বদু হিদাক্কুনা খরদি ঈংবা মাল্লি। মমাদুনা ঐঙোন্দা হুমায়দু হুমলকউ হিদাকতু মানা তৈগে হায়দুনা ইবানী চঙদুনা ইনেগী সেবা তৌবা হোৎনরি। মমানা মখা তারকই সিনিনে ইবেম্মা মী অনী অহুম চঙদবা য়াদবনি। মচননুপীনে হায়দুনা অমা লৈরিবসিনা ঙাইহাক্তা যূমদা লৈখিদ্রবনি। মনম্মসিনা সিগী ফীভমসিদা য়ৌরে হায়রবদি মাগী কৈথেনসে খরসু ঙন্না মহনজিল্লুদনা। মরৌ লৈরবা ৱাঙাঙনি। ঐনা মখা তারুরি।

- ঈচেনা পুশিল্লক্ত্রবদি কনানা ময়ামসি হোৎনবীনি। মাসু চৎতবা য়াদদুনা মতৌরিনিনে ইনে। হনুবীদু মখা তাখিদ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা মচানুপা অফাওবদু ঈশৈ ঙংল ঙংলগা চঙলকই। চাকশঙদা নুপীমচাদুদা করি করিনো খরা হায়বা তাখি। চাক লোইরমদবগী মাল্লি। ঐনা সুম য়েংবদা মখোয় ইমূংসিদা লৈরিবা অঙাংশিংসে জ্ঞান অমত্তা তানদবগুম তৌই। ঐসু পাক হেক যূমদা হনবা ঙমদরে। ইমূংদুগী অৱা অনা ময়ামদো লংথোক্কুনা লাকপা ঙমদ্রে। ইনেদু পঙকুই কুইগদবা মান্দ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ঈচে মেধানা চাক লোইরে চাখরো হায়দুনা চাকশঙদা চৎলে।

চাক চানা চানা ঈচেদা হৌদোকই।

- ঈচে মেধা - ইবেম্মা অচৌবীদু স্কুল চৎহল্লু ।

ঈচে মেধাদু তুমীন্না লৈ। কুইনা খুম্মুদ্রগা মখা তারকই -

- মাসু য়াম্না তমজনীংবনি। অদুবু ঐনা কোয়না চৎত্রবদি চরা হেনগদৌরি। কনানা ইমূংসি পুবীনি। মা মঙাই খজিক্তে জ্ঞান তারিবা ঐগীদমক্তা উপায় ওইরিবা হায়ববু। হৌজিক্কী মতমসিদা থায়নগুম বোড়া মচেৎ অমদা ফমদুনা তম্নবা মতমদু নৎত্রে। কনানা অদুক য়াম্বা খরচতু পুবিগনি। তঙাই ফদনা নুপা মচা অনী অহুম অসিগী হোৎনবা মকসু ঙমদ্রে।

- অঙাংশি মাঙহনগে হায়ব্রা? মানা মানা থোকপা মরাইনা তৌজনি। "মাগীসু তুংগী পুন্সি লৈরি কনাগী পুন্সিগা কনাগা করি মরী লৈনগদবনো? তৎন থানবা য়াদ্রবা মমা মচাগী মরী অসি ফাওবা কয়াম কুইখিগদগে খৎদ্রবদা। নহাক্না নুপীমচাসিবু অসুম্না থম্বা চুমদে"।

ঈচে মেধাদু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা লৈ। ঐনা মখা তাহৌই। নঙ মসিগীদমক্তা করি অমত্তা ব্রাগনু। ঐ লৈরিদনা নঙগীদমক্তা। মেধাদো মমীৎতগী ইরানা পীক থল্লদুনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই। মাগী থম্মোয় গী ব্রাদু ঐ খঙবা ঙমই। ঙাইহাকতুদি ঐসু তৌফম খঙদে। চিনদা পংঙাঙ ঙাঙবগা য়াম্না খৈন্নে খল্লম্বসু য়াই। পীশক পীক্লিঙৈদা ঐগীতা খনজবা ঈচেনি। ঙসি মাগী ব্রাবা মতমসিদা ঐ মাগীদমক্তা করিগুম্বা খরদি মতেং পাঙগে খল্লি। চাক ঈশিং চাবা লোইরে। ইচেদু কৈথেন চৎপা থেংখ্রে হায়দুনা হোবে হোবে তৌরে। মনা মশিং ময়ামদো য়োনথোকহৌদ্রবদি অহীং হেক লেনবদা খুইঁথখিবদা মীনা পামনদে ।

নুপামচাদুসু মপাঙ্গল ফরবা ঙাক্তনি। ইমূংসিদা ঙাইহাক উচেক্কুম মকোন্দা হনজিলকপসিমঙাই। মখোয়না কিবা মী য়াওদ্রে। ঈচে মেধাগী তুংগী পুন্সিগীদমক

ঐ ব্রাদবা ঙমদে। করি করম তৌরগা মাবু নুংঙাইহনসিগে খল্লি। নৎত্রবদি কাংখোং চাইরবা ইমূং অমা ওইগদৌরি। ইচেনা লাউরকই মনুংদগী

- সরমিলা থোকমিন্নরসি। ঙাইহাক্তা ঙাইখো।

ইবান্নী লৈরক মচিনফাও থোকমিন্নরে। চৎলমদাইদা মচানুপীদুনা ইনাক্তা চঙশিল্লগা ঐগী খূদাংদা পায়দুনা হায়হৌই, - নেনে ঐ লাইরিকতম কাগে হায়য়ু ইমাদা।

লম্বীদা ঐনা হৌদোকই - ঈচে মেধা, থাইনা ইবুবোক লৈরিঙৈদা ওইরম্বা ইথোলগী ফীভমদুগা পূমখেন খেন্নরে।

- কনানা য়েংশিনবিগনি। তাদনা মী ওইদবদগী করি অমত্তা য়েংশিনবা ঙমদ্রে।

- ইবুবোক্কা অবোক্কা থবক তৌবসু নত্তে করি অমত্তা ব্রাৎতনা পাল্লম্বদো য়েংবদনা ফজরিবা। ঐদি ওম্ফোক্কা কপ্লীংই। পুম্নমকসে পূমহোং হোংলেকো খল্লুবদা। ঙাইখো নচানুপাগা নয়ানুপাশিংগা লৈরিবদু কৈদৌ লৈবগে? ওম্তা হৌদোক্নুনা ইথোলসি তৌথোক্লগা মনা মশিং থাজিনবা য়াদ্রা? মখোয়বু লাইরিক তম্বা কারিব্রা?

- ইবেম্মা অঙাংশিংদুনবু করি হৈদোইনো?

- করিনো নহাক্না অঙাংনি অঙাংনিদা মহায় অদুক চাউরবশিংদুবু। নতোমতনা পৃথিবী কোকথোঙ নারগে হায়ব্রা? নহাক্না শিনবা হৈরবদি করি অমত্তা ব্রাৎতনা পানবা য়াইনা। মমা মপানা নীংথিনা য়োকত্রবা নহারোন কয়াসু লৈরি। মখোয় অদুবু শীজিন্নফম খঙনা শীজিন্নরবা, নীংথিনা লমজিংবিরবদি করিগী অফবা মায়কৈদা পুরকপা ঙমলোইদৌরিবনো। শু নোম্বদা ইকায়বগী ব্রাসিদি অপংবা মীনদা তৌবনি। থাইনা ইবুবোক্কা মামগা নখোয়নীদা পোকই। থবক তৌবা তলব চাবসু নত্তে। মখোয়না করম্না নঙগী ননীং থুংহল্লকই।

- হুজিক্কা থায়নগা য়াম্না খেন্নরে । মমাংঙৈদদি বোড়া মচেৎ অমা থারগা

শিকি তিংদনা লাইরিক তমলকইদো। মদু য়ারিব্রা। মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা ময়ামদু ইনবা ঙম্নবা অঙাংশিংদা শুবা নোম্না কনবা তম্বীবা তাবনি।

- হৌজিক কালগী অঙাংশিংসে ঙাঙনবা য়াদে মখোয় ঙাঙনদৌ শরুক ঐনা ব্রাজবনা ফরে খল্লে ঐদি।

- নহাকপু লাইরো? য়েনশাং খরা য়োল্লগা করি তৌগদৌরিবনো? শুপ্নগী চাবা ফংলগা লোইরে সিমঙাইরে। লাইরবনা অসুমক হেন্না হেন্না লাইরবা/ইনাক খুনবনা অসুম হেন্না হেন্না খুনগৎখিবা খুন্নায় অমা ওইরক্লবা মতমসিদা পঙদুনা শোৎথদুনা লৈহৌরবদি অদুম হৌগৎপা ঙমদবসু য়ারি। অসুম্না অব্রা নুংঙাই লাইর অনং অনীগী খেন্নবা মরক্তা অপংবা লাইরবগী পুন্সি করি ওইগনি। ঐখোয় মতমদদি ফরে - হয়েং চারোন শুরোন্দা ফাওবা করি ওইগনি। নঙ নুপী ওইরবসু নুপী ওইবীগী অশোনবা ব্রাখল খন্দুনা লৈবনদি কান্নরোই। নঙগীদমক্তা তা ধীরেন্না ফৈগাক ফৈনা ঐ লৈরি হায়দুনা মহাক্কী থৌদাং লৌরকখিগদৌরিবা ওইরবদি ফৈদো। মচা ফাওবা নুংশিদবা ঙম্লবা মাগী ব্রাখন্দু থাদোক্লে। অরেম্বদা চিন্তাগী পোৎলূমদু পুদুনা বুদ্ধি লৌশিং থোক্তবা মীগুম মতম মাঙহনগনু। ঈচেদু নোক্লিংলবরা খঙদে। তুমীন্না পাউখুম অমত্তাফাওবা পীদনা তারি। কৈদৌঙৈ তমলদুনা ঐনা অদুক হৈ শিংবা মানখ্রবা ভাষনদু মঙোন্দা পীরুরিবনো? খঙদে মীতোপতা ঙাঙলুরবদি ইব্রা লৌদৌ লৈত্রবসু ঐগী ওইবা মীদুদদি অখঙ অহৈ শারু শারি। ঐনা হংলুরি।

- ঈচে শাউরব্রা?

- শাউদে, ঐসু খল্লিবনি। নঙনা হায়বসি চুমই। মপি ইরা চেল্লি। নীঙশিংলকই করি করিগুম্বদা খূদোংথিরবা পুন্সিগী লম্বীসিদা নঙগীদমক্তা ঐ লৈরি হায়দুনা মাগী থম্মোযগী মণিদো লাকখিগদ্রা মঙজরুবা মঙলান্দুদা মঙলান অমা অমুক মঙফাওনবকই। ঙাইহাক ঐখোয় অনিমক তুমীন তুমীন লৈনৈ। ঈচেনা মখা তারকই করি তৌসিগে ঐ তৌফম খঙদে। নঙ হায়য়ু ঐবু কৈদৌগে পল্লেপফম

খঙজিল্লকতরে।

- ঈচে নশানা নশাবু য়াম্না হম্না খল্লমালে। নঙসে নহাক্লা তৌবা ঙম্বা শক্তি য়াম্না লৈরি খল্লু। নোংমা পাবুংনা তাকপিখিবদো নীংশিংলিবরা? ঐখোয়নীদা নত্তরা পাবুংনা তাকপিখিবদো। নোংদোন তম্না কাপ্পা তেনগা ব্রাতোন তম্না কাপ্পা তেনগা কনানা শানবা হেনগনি। মদুদা নঙনা করি খুমখি কাউরবরা? নহাকসু কলেজগী থাকফাও য়ৌনা লাইরিক তম্লুরবনি। করম তৌরগা লৈরিবা ফীভমসিদগী ফগৎকনি। নচা নয়াশিংবু করম্বা অফবা লম্বীদা পুরক্নুনা শীজিন্নগদগে খল্লু। তা ধীরেনগী ব্রাখন্দা লাইমন ওইদুনা নখোয়দৌ শাউগৎহল্লগনু। অঙাংদা করিদা তাইনদুনা কান্নরোই ফাগী তৌই।

- ঐ হয়েং লাক্কে। তৌব য়াবা কবিনো খল্লুখিগে।

ইবানী লৈরক মচিন্দগী কায়নরে। য়ূম য়ৌরগা ঐসু খনবা য়াবা খল্লে।

ঈচে মেধাগী ময়ুমদা চঙলুবদা কোকসি ইঙাও ঙাওই। ঙাইহাক্তং পোথাগে খন্দুনা ফমুংদা হেক হিপথবগা ইশাগী বা ময়াম অমা কনা খঙহন্দনা খন্মোয়দা ফুমলি। লাল্লুরবা পুন্সিগী খোঙফম অসিমক চুমখোকচনবা খল্লি। মা ঐ পূন্না লৌমিন্নখিবা পুন্সিগী ওইবা ব্রারেপতু অমুক চৎনহন্দনবা ব্রারেপ অমমুক ইতোমতা লৌজবতনি। অদুবু কয়াদা ব্রাগ্রবা চৈনাখোননো ঐনা খাংলিবা।

# মঙাশুবা শরুক

নুমিৎতুগী থৌদোক অদুসু নিংশিংলকই। মোরেদা কনফরেন্স চৎপদনি। কনজুমব এড়ুকেসনগা মরী লৈননা কনজুমর প্রোটেক্সন এক্ট ১৯৮৬ পুথোকখ্রে । নেসনেল লেভেলদা শেমখ্রে মণিপুরদসু মসিগা মরী লৈননা কনজুমরশিংগী হক কন্নবা ডি ষ্টেট কনজুমর প্রোটেক্সন কাউন্সিল কৌবা এক্ট অমা ১৯৮৮তা শেমখ্রে। ডিষ্ট্রিক্ট লেভেলদা ডিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমসু শেমলে। মসিনা কনজুমবশিংদা এৱারনেস পীনবা হোৎনবদা মতেং পাঙলি। মসিগা মরী লৈনবা প্রোগ্রাম অমদা জজ সাহেব বিপিন্না চিয়ারমেন ওইদুনা পাঙথোকখিবা কনফরেন্স অদু য়াওবা চৎপদনি। ডিষ্ট্রিক্ট ফোরম অমসুং ষ্টেট কম্মিসনগী ওইনা নুপী অমা য়াওনা মেম্বর অহুম অহুম লৈগনি। ফোরম অসিগী প্রসিদেন্টনা জর্জ সাহেব বিপিনবু অদুগা ঐবুনা মেম্বর ওইনা য়েৎনবা লৈতনা খল্লে হায়দুনা লাউথোরকখি। মীয়াম্না সাহেবপু স্পিছ মতেক অমতং পীবিনবা হায়জরকতুনা ভাষন মতেক অমা পীখি। অসুক্কী মতীক চীংলেম্মী। অয়েংবা অতাবা পূম্নমকপু লোইনা শুমহৎখি। অদুগা খ্বাইদগী হেন্না শুমহৎখিবদি ঐবুনি। মহাক্না ঙাংখি।

- ঐখোয় খুদিংমক্না পোৎ-চৈ লৈবা মতমদা য়াম্না চেকশিনবিগদবনি। লৈদ্রিঙৈগী মমাঙদা থমলগা পোৎতুগা মমল চানরব্রা য়েংবিবা। অদুগা মপান্দগী পুশিল্লকপা পোৎ ওইরগনা ট্রেড মার্ক অমসুং মখূমদা নপলিবা লেবেলনচিংবদা

ইরিবা অদু মূন্না য়েংবিগদবনি। চানবা পোৎতা নত্তনা অকে-অমৌগী হিদাক-লাংথক পূম্নমক মূন্না পাদুনা শাশিন্নবা পোৎলা হায়বদু খঙনবা য়েংবিগদবনি। পোৎ য়ানশিন্নবা চাবা অমদি নকলি ওইবা হিদাক-লাংথক শীজিন্নবনা মীওইবগী হকচাংবু মাংহনবা য়ায় মরম অদুনা ঐখোয়না ইশানা ইশাবু কঞ্জনবা চেকশিনবা ফৈ ।

অদুনা লৈগদৌরিবা পোৎ অদুগী কেশ মেমোনচিংবা লৌগদবনি। মদু রেজিষ্টর তৌবা ফর্ম লা নৎত্রগা নত্তব্রা হায়বদু মূন্না য়েংবিগদবনি। করিগুম্বা ব্রাকৎকে হায়রবদি মদু ব্রাকৎপা য়ায়। করিগুম্বা ব্রাকৎকে হায়রবদি ইচম চম্বা চে অমদা দরখাষ্ট ইদুনা মরি লৈনবা শাক্ষি শাবোন ওইবা য়াবা চে-চাং কেশ মেমোনচিংবা হাপ্তুনা নেস্নেল লেবেলদা ওইরগনা নেস্নেল কম্মিসনদা অদুগা ষ্টেট লেবেলদা ওইরগনা ষ্টেট কম্মিসন্দা থাবিয়ু।

অসিনচিংবা ফন শাংবা স্পিচ অমা পীখি। অদুবু মখা তাবশিংদু মাবু য়েংনা য়েংনা মা-ঐতগী ওইবা ফজত্নবা মওগী সংসার অমদা চৎলিঙৈদা নীংথিনা তাহৌদরে। নুমিত্তু ঐগী মীৎসিদা মহাক কয়াদা ফজত্নবা, চীঙ-লেমত্নবা। নুংশিরুবা মানা তৌরিমখৈ ইফদা-ফজৈ। ইয়াদা য়ানীংই। খঙদে লৈজবা পূম্বা মাগী মফমদা লোইনা কৎখরে। খোঙচৎ অদুদা মাগী ড্রাইভর জসবন্তনা ঐবু য়াম্না নিন্দা তৌখি। মাগী মেম সাহেবকীদমক্তা মাগী থম্মোয়দা মীনুংশিনা থনখিবদু ঐ খঙই। অদুবু নুংশিবা হায়বসি চাউত্রবা শক্তি লৈত্রবা ভূত অমগুম্বনি। নুংশিবগী লম্বীদি কৈদৌঙৈদসু ইচম চম্বা খুদোংথীবা লৈতবা লম্বী ওইদে। তিঙ্খংতনা থল্লি। জরনিদু য়াম্না মায় পাকপা খোঙচৎনি। পুন্সিদা কাউবা য়াদ্রবা থৌদোক অমনি। অসুম্না ইশানা ইশাগী খোঙদা শীঙজঙনা য়ানশিনজবা হায়বদুমক ঐগী পুন্সিসিদা থোক্লরগনি থাজরুদে। ঐগী ইমাঙমক্তদা মীকুপসিমতদা ঐগী পুন্সিগী মঙলান অসে মচোয় মচোয় তাদুনা নীঙ্খায়হনখিগদৌরিবনি হায়বসে কনানা তম্বা ঙম্বগে।

নোংমসুনি কাউদরি - ইকুই কুইদ্রিবা ব্রাফম্লি। থৌবালদা কেশ অমগী মরীদা ঐখোয় অনী পূন্না চৎলি। নুমিৎতুদা মানা হায়খি।

- ঙরাং অহীংদু ঐনা মাবু ইখুৎসি য়াম্না পেন্না ফুশ্রে। ঐ য়াম্না নীংঙমলক্রে। মাগী মরাল করিনো ঐ খঙদে। সরমিলা ঐ তৌফম খঙজিল্লক্তরে। নাকল অমদা নঙগী নুংশিবা, নাকল অমদা মরাল লৈজদ্রবা মহাক্কী পুন্সিগীদমক খল্লুবা। থম্মোয়সে মরক্তা পোত্থাফম খঙহন্দ্রে। ঐ নঙবু থাদোকপা ঙমলোই। অদুগা নাকল অমদা মহাকপু করম্না থাদোক্কদগে। মতোমতা চৎচখিবা নত্তনা।

- করিগী অদুম তৌরুরি। শোইদনা পাপ পুরগনি।

- মানা অসুম হেনজিল্লকপনি। ইমুংগী পোৎ-চৈ পুম্নমক মানা লং লংদুনা লোইনা থুগায়রে। অদুদদি ঐসু খাংবা ঙমখিদ্রবা। অহীং চুপ্পা মহাক য়াম্না কপ্পী। ঐসু তুম্বা য়াদে। নোংঙাল্লগা তুমথরুই। য়াহৌরকপদা মহাক লৈহৌদে। কদায়দনো অমা চৎচরমগনি ।

- ইমুংগী মীশিংদদি হং খোৎ তৌদ্রা?

- নুপীনবু কদায়দা চৎলুনি হায়বগে। মপামদা লৈজরমনি।

- মপামদা চৎলমদ্রবদি।

জসবন্তগা মরাইনা চৎচরমনি। মাগীদমক্তা ব্রাবিনবা লৈরিবসিদি।

-মদু চুমদে। নহাক্কী ব্রারীসি মাগী মরাল থিবনি। ঐদি অচুম্বনি হায়না লৌবা ঙমদে। ঙাইহাক তৌফম খঙদ্রদুনা ইবানীমক তুমীন তুমীন লৈনৈ। কায়নথংদা অচিকপদু থুগাইদুনা ঐনা হায়খি।

- নহাক ঐগী পুন্সিগী লম্বীসিদা অমুক লাক্লগনু। লুহোংলবা নুপা অমনা অসুম তৌবসি চুমদমালে খল্লি। ঐ চৎলগে থিল্লু। মপাল্লোমদা থোক্লবা হোৎনৈ। মহাক ওহ্লোক্লা শাফু কন্না খুৎ লাক্তুনা চিংশিল্লি । নাহ্লোকপা ঙমখিদে। নাহ্লোক্লবা পাঙ্গলসু অসুম ময়েং তাখিরম্মী। থব্রায় হকচাং অনীমক পাঙ্গল য়াওদ্রবা শক্তি মাঙখ্রবা পোৎ অমগুম ফাজিন পুনশিনবা ঙমখিদে। ঙাইহাক্তংদু মহাক্লা কয়াদা মনীং তমখিবা।

নুংশিনবা থম্মোয় অনীগী উনফমদু অসিগুম্বা লৈকোলগুম্বা ফজখ্রবা হৈনম লৈনম্মা থল্লবা মফমদু ওইফম থোকই খল্লি। মদুমকসুনি। অদুবু অসুক চাউরবা অৱাবগী ঈথক ঈপোম অমা পুন্সিগী ঈপাকসিদা হৌরক্কনি কনানা তম্বা ঙম্বগে?

ইশানা ইশাগী অশোনবা খঙজদবা নত্তে। ঐগী অশোনবা হায়ববু মাবু নুংশিরুবনি। মহাক ঐগী থৱায়নি খনজরুবা। মহাক য়াওদ্রবা সংসারসি অরেম্বনি খল্লুবা পূম্নমকসি ঐগী ইরান ওইবা তারিমাল্লে। থৌদোক কয়া মথং মথং লোইশিনখ্রে। ঐগী থম্মোয়দা মাবু অমুক উন্নদবা অদুগা নুংশিবগী লম্বেলদগী তুং হনদুনা চৎপনা পূম্নমক্কী য়াইফবা ওইগনি খল্লে। ঐ ইশাগী নুংঙাইবা য়াইফবদি ওইদবদি য়াই। মহাক্কীদি মসিনা অফবা ওইগনি হায়বসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। চেম্বরদগীনি হায়দুনা মহাক্কী ফজখ্রবা পৈরপ পৈরপ তৌবা খৃৎইদুনা ইরকই "ঐগা অমুক্তং উনদবা য়াদে অরুবা ৱা লৈ"। কান্নদ্রবা পোৎনি খন্দুনা অরেম্বদা কয়ারক মাঙহনখ্রবনি। য়েংনীং য়েংনীংনা য়েংখিদ্রে। শিংকুপ তানা তানা শেগাইবিখ্রে। থোঙনাউদগী লংথোকখিবদা নুংশিৎতা কোয়পাই পাইদুনা কোয়চাই চাইহনখ্রবা মাগী ৱাহৈশিংদু অমগা অমগা শম্নহন্দনা অর্থ থোক্তনা চাইরিবদু য়েংল য়েংলগা কপলোইদবগী মরমবু লৈব্রা?

ঐগী পুন্সিগী মথোক কারকপগী ৱারীসি থুপচিল্লগা ঈচে মেধাগী মরমদা অমুক খনবা হৌরকই। পুক্লিংদা ইচিং চিংনদুনা অহিংদুমা তুম্বা য়াখিদে। ইমাদু ইনেগী অনাবগী চৎলুমালে য়াম্না নুংশুক নুংজাননা হল্লকই। ঐনা হংলুবদা ইমানা হায়রকই - ননেদু য়াগদবা মান্দ্রে। হৌজিক হৌরেন খঙদ্রে। ঙাইহাক্তং কুইনা লৈরক্কদবদু য়ূমসি কুইনা থাদোকপা য়াদবনিনা হল্লক্লবনি। নচে মেধাদা পৈশা খরদি শিন্নরম্মী। শিগদবগী থরাক থরাক য়ান্দুনা লৈরবা ইমূংদুদা মখূৎতা করিসু লৈতে। পূম্নমক মাগী মথক্তনি। ওঙ্খোক্লা মরাইবক থীখ্রবা হায়বদুনি। ইমাদু ঙাঙ ঙাঙদুনা চঙলকই। ঐসু পূক্লীংদা ইচিং চিংনবা অমা পোক্লদুনা নুমিৎসিমদি মপান থোক্ত্রে। থৱায় হকচাং অনীমক ঈহৈ হৈনীংবা পোকত্রে। ঈচে মেধানা ৱারমগদবদু খল্লুবদা মথংগী নুমিত্তুদা

মাগী মনাক্তা চৎকে থোরকপনি লম্বীদা ইনেদু লৈত্রমালে পোৎলোইনবা শেম শাবা উই। মীৎতা ইনেবু শঙ শঙ উরকই। অমরোমদা মহাক সংসারসিগী অব্রা অনা ময়ামদগী লাপ্না চৎখ্রবনি। অব্রাবা কোকচখ্রবনি। মামগী খনবদা ইতোমতা ব্রাজে। ইনাক কৈরাক খুনবা অব্রাবা মশক খঙদ্রিবা কনাগী মফমদদি পুন্সিগী অর্থসে পংফদা ফজরমগনি। অদুবু লাইর অনংবা অব্রা অনা থেংনরবা মখোয়দদি কয়াদা তমথীখ্রবা তায়বংপানগী খোঙচৎনো খল্লমগনি। মরকসিদা ঐনা ইশাবু মৈনুংদা লংশিনজরি। খন্না খন্না ঈচে মেধাগী মনাক্তা চঙদনা লোইশিল্লম্বা য়াবা থবক খরা লোইশিল্লম্লগে খন্দুনা লিটল ফ্লাব্রার স্কুল তান্না হাইরে। ঐগী মরূপ বীওনাগী মনাক্তা লাক্লে। মহাক্না হেড মিষ্ট্রেস ওইনা পুরিবনি। মঙোন্দা হেক্তা ইবেম্মগী মিং চননবা ঙাঙনরগে খল্লদুনা লাক্লিবনি। মমাঙথৈদা লোরেটো কনভেন্টতা তম্লিথৈদা ঐগী রুম মেট ওইখ্রিবনি। মায় ফাওবদি ঙাকপিরক্কদ্রা খল্লি। অহানবদা মহাক স্কুলগী রুলস এণ্ড রেগুলেসনগী ব্রাংমদা চৎপা ঙমদে। মপানগী মী লৌদ্রে হায়রে। ইকায় নুংশি য়ান্নরদুনা চৎলগে হৌগৎলকলে। ঙাইহাক তুমীন লৈরুরগা বীওনাওদু নুংঙাইরক্রমালে কৌরকই -

সরমিলা - জস ব্রেড ফোর সম টাইম, আই ব্রিল এনকার হাউইভর দিয়ার ইজ এনি ভেকেন্সি ওর নোত। লেত মি কনফার্ম ইত। প্লিজ গিপ ইয়োর তেলিফোন নম্বর। আই ব্রিল লেত য়ু নো বাই ইভিনিং প্লিজ দু নোত মাইন।

- বিওনা প্লিজ, লেত ইত বি পোজিতিব। থেঙ্ক ইয়ু, বাই ফোর তুদে। গা ড়ী ষ্টাট তৌদুনা থৌরক্লে। কদায়দা চৎকদগে পল্লেপফম খঙদ্রিথৈদা লম্বীদা বসন্ত চৌকিদারদু থেংনরে।

বসন্তনা খান্মী

- মেদাম কৈদৌরে চেম্বরদা লাক্রবদি।

- থবক খরা চিল্লে অদুননি।

- তা জসবন্তদো পুলিসনা ফাখ্রে, জেলদা লৈখ্রে!

ঐনা খঙবা ব্রা ঙক্তনি অদুবু খুমখি

করিগীনো?

- মেম সাহেবকা থবক অমা চৎলুই হায়। লম্বীদা নহারোন শকখঙদবা খরনা গাড়ী লাকপা জাৎনি। মহাক্না থৌরুবা মহাক্কা করিসু মরী লৈনবা জাৎ নত্তে। অদুবু অরুবা ফীভমদা জেলদা থমজিনখ্রে।

ঐনা লাংতক্লনা হংলুরি।

- নখোয় মেম সাহেবতি হল্লক্লবরা?

- মহাক কদায়দসু থিবা ফংদ্রে। মপামদসু লৈতে হায়। খঙদে মাগী মব্রা মপাউ তাখিদরে।

সি হায়রম্লগা বসন্তদো চৎখ্রে। মাগী মরমদা মখা তানা হংগে খনবনি অদুবু হংখিদ্রে। ঐসু অদুম লাক্লে। জজ সাহেবকী ইমূং মনুংগী ব্রা করম তৌরিবগে খঙলুবগী কান্নবা লৈত্রে খল্লে। পূম্নমক মরাইনা ফজখিনি। নুমিৎ খরনিসিদা পুন্সিগী অহোঙবা কয়া থোক্লরে ইমাঙসিদা। ঐগী আশাগী মঙলানদু মচোয় মচোয় তারবা লৈঙোইগী ফুড়াগুম নিংখাইরি হায়বসে বসন্তদা খঙহল্লগা করি কান্নে। কান্নববুদি য়াই মরমদি, মহাক য়াম্না নুংঙাইগনি। মখোয়গী মেম সাহেবকী য়াইফবনা মখোয়গী য়াইফবনি।

কোইম্বাতোর চৎলমদাইদা ঈচে মেধা উন্নবা চৎলি। ঐবু উবদা মহাক হিক হিক কপ্পী। মামগী ফিভমসু হেনজিল্লি পঙকুই কুইগদবা মান্দ্রে। ইচেনা

- সরমিলা নঙ লাকপা য়াম্না ফরে। নঙগা তান্নগদবা য়াম্না লৈ। তাদসি কুইগনি থাজদ্রে। ঐসু খনফম খঙদ্রে। ডাক্টর অমা কৌবগী ব্রা খন্নরম্মীবনি। সোরাৎ অনী পূন্না শোনগদৌরিব্রা খঙদ্রে। ঈশিংগা ঙাগা তাই হায়বনি। ইবোচৌবী থাদুনা ঐগী

ডাক্টর অমা কৌহল্লুরে। মানা ইরম্না হিদাক লাংথক খরা লৈবিরমলে। হিদাক লাংথক খর থারবদুদদি মামদু খরা পোখাহৌরে। ঐসু য়ূমদা হল্লক্লে। চৎলমদাইদা ঈচেদু হিক হিক কপ্লি। ইচিন ইপব্রাগী লাইবকসে ওহ্বোক্লা থীখ্রবা হায়বদুনি। মমান্নবা পূম্নমকতি নুংঙাইনা হিংলিবনি। করিনো ঐনা তৌগদবা অঙাং ময়ামসিগা মখোয়বু নীংথিনা শেম্বদি ঙম্লরোই। ঐনা মাবু থেমজিনবা লাক্লরি।

- ঈচে কপ্পনদি করিসু কান্নবা ঙমলোয়। মদুদি থম্মোয়গী অব্রাবা ঙাইহাক পোখানবা হোৎনবনি। নঙনা হোংহনবা ঙমগদবা অমদি লৈ মদুদি "ঐদি লাইবক থীরবনি ঐদি ইপুরোইবনা লংথোকপিরম্লবনি খন্দুনা সমাজদা নশানা নশাবু হস্থনা য়েংহনজদুনা হিংবদুগী ব্রাখন থাদোকউ"। হৌখ্রবদি হৌখ্রেদনা। নুংশিবা হায়বা পোংশকসিনা করিগুম্বদা মীওইবা ঐখোয়বু অসুক্কী মতীক ব্রাহল্লি। অদুগা অমুকসু মহাক্কী মীনাই ওইনা শীজিন্নে শোম্বহল্লি।" নুপী ওইবীশিংনা কান্নদবদা নুংশিবগী মীংদা মশাবু কেমহল্লি। মপুরোইবনা নোংমা নোংমগী মখোয়বু নুংশিবীবদুতা লৈবা পামজৈ। মদু ফংদ্রগা নীংবা কায়রবা অর্থ য়াওদ্রবা পুন্সিনি খল্লি। মদু কান্নদবা মঙনি। নশানা নশাবু মশক খঙনবা হোৎনৌ ঈচে। "

- হোয় নঙনা হায়রিবদু ঐসু য়ারে। নঙ হায়য়ু নোক্লা চাউরবা সমাজসিদা ঐনা করম্না অসুক চাউখ্রবা পোৎলূম ময়ামসে অকিবা য়াওদনা মায়োক্লগদবনো?

- ঈচে নহাক নখূৎ নশা য়াম্না হৈবদাই। মপান থোক্লুনা কোইচৎ চৎত্রবসু য়াবা থবক অমা খনসি। মরমদি অঙাংশিং অসিনা পাখং লৈশাবী ফারক্লবা মতমসিদা নহাক্লা য়ূম থাদোক্লুনা কোয়না ললোনবা চৎপসি অকাইবা লাক্কনি। ঐনা বেগতগী ঐগী লুহোংবদা উন্নবা ইমানা শাবিদুনা থমজিল্লিবা নেক্লেসদু পুথোক্লুনা মঙোন্দা পী। সে লৌ মোহোর তরানি মসি কায়থোক্লগা অফংবদুনা করবাব অমা হৌগদবনি। বন্ধোপ থম্লবসু লীশিং নিফু দি ফংলনি। শেন্দোয়না মাঙখিনবনি কায়থোকউ। ফ্লোরা মেছিন অনী হান্না লৈরো। অদুগা অরেম্বসিনা ইমব্রোইদরী তৌনবা ফি-রোল মচাক

অতৈ লৈনবা। ফজ-ফজবা মোম্পাক ফিদক লুহোংবগী সেট ময়াম অমা লোনবা য়াই। ঐখোয় ইমাগী মরূপ অমা লৈ। অসিগুম্বা করবার চাউনা তৌবা নুপীনি। মঙোন্দা শিন্নরমগে অরোইবা পোৎকী থাদোক থাজিন ওর্ডরনচিংবা লৌনবা। মহাক্না মরাইনা শীনজনি। মসি নহাক্কী পুন্সিগী খ্বাইদগী লুরবা তানফমনি খল্লু। অঙাংশিং অসিগী মরাইবক নঙগী নখূৎতা তাগদৌরিবনি। মেধাদো লাইফদিবীদৌনা য়ুঙদুনা লৈরে। হায়রকই ঐ মদু ঙমলোই। মদু থমজিনখো। মেধাদু লীকতু লৌ হায়বা য়াদে। ঐ মদু শিংনবা পাঙ্গল লৈতে।

- ঈচে মসি মচে অমদা মনাও অমনা পীবা খূদোনপোৎনি। নঙগী অব্রাবদু ঐগীসু অব্রাবনি। ঐবু লমলানবী অমা ওইনা উরমালে। মীৎতগী পী তারকই ইচেদো নুংঙাইত্রামালে ঐনা হায়বদু য়ারে। ইচিন্দ ইনাও তপ তাবা মখৈ কপমিন্নরে।

-অঙাং ময়ামদু কৌবিরকউ ঈচে।

ঈচেনা হৌগৎখিদুনা মখোয় পূন্নমক কৌরুরে। ইবোহনবীদু ইচে মেধাগী মনাক্তা মতু ইপোন পোল্লদুনা অদুক চাউখ্রবা অঙাংদু তেরবা ষণ লাবা মচাদুমঙাই তুম্মীন্না লেপ্লি। ঐনা কৌরুই।

- ইবোহনবী

- নেনে করি হায়বগে?

- য়েংঙোই, ইনেসু লৈত্রে মামসু শোল্লে। পূন্নমকসে নঙগী নথক্তা তারবনি। কোয় লংদুনা মতম মাংহনগনু। মহাক খিতং শাউনীংবা মাল্লি। ঐ মাগী অপাম্বা খঙই। মখা তারুই বাবাগী সেবা নঙনা তৌগদৌবনি। নখোয় ননেনা য়েনশাং খরা য়োনবসিনদি নখোয়গী ননিং করম্না থুংহনবা ঙমগনি। নেনে ব্রা হায়গে নঙ য়াগদরা? ইবোহনবী খুমদে - মানা খল্লিবসি "অসুক নীংবা থুংদ্রবা পুন্সিসিবু ইরৈবাক্কীদমক্তা থব্রায় কৎখ্রগা লোইরে" সি মাল্লি। ওইরম্বসু য়ারি । ঐনা মবূক পেৎথনবা ব্রা কয়া

হায়দুনা কায়নথংদা হায়রুরি।

- নখোয় চাউখ্রবা ইশ্কোলসে হয়েংদগী হৌনা মরু মরাং হৈ-রা ময়াম থারসিনা খোইদোক্লসি। হা করি হায়বগে ইবোহনবী। অঙাংদু ইপং পংনা খুম্মী।

- অং নেনে সিবুদি ঐখোয় তৌথোক্কেনে।

- ফরে অদুদি হয়েংদগী অয়ূক ঙম্বা হৌদুনা তৌথোক্কদবনি। য়াহৌ থেংবা য়াদেকো। ঙাইহাক শঙবদা লাইরিকসু পাগদবনি ।

- নেনে ঐ লাইতম তোক্লগে - ফিসু পীদবা থা ৫ শুরে। খোঙ্গাও অমতা চাদ্রে, খোঙঙুপসু লৈতে। লাইরিকসু লৈদ্রি।

- ইয়াগী করি ব্রাৎকনি। নেনে লৈরিবসিদি, মিংসু চনগনি ফি-রোন, খোঙঙুপ লোইনা লৈরদৌনি অসুক মরম ওকপসিবু।

- নেনে ঐখোয় ইশ্কোলসে মনা মশিং য়াম্না থারবদি ঐখোয় ইনেসে কেথেন্দগী লৈরগা য়োন্দ্রবসু য়ারেকো?

- উম, মদু ফৈ ইবোহনবী। মদুমক্তি, নঙনা পামলিবদুমক ঐসু পাম্মি। নৎত্রা ইচে মেধা'? পুক্লিংদা ঐনা খল্লি "ঙা লৈবা মফম য়েংদুনা খোয় থাবা তাবনি" অঙাংশি অরানবা লম্বীদা চৎখিগদ্রা ব্রারুবনি।

- হোই, য়াম্না ফবগী ব্রানি।

অসুম্না ঙাইহাক অব্রাবা কাউদুনা ঐখোয় ময়াম লাংনরি। মখোয় পূম্নমক চেল্লক্লুনা ইনাক্তা কোয়শিল্লরে। অসুম্না মাগী মাগী মনীং থুংদবা ব্রাকৎ ময়ামদু তারগা মাগী মাগী মনীং থুংহনবা ঙম্নবা ঙাইহাক্কী ওইনদি অসুম্না শিন্দুনা হোৎনরে। তুংগীদি ঈচে মেধাগী খৃৎতা তাগদৌরিবনি।

ইবেম্মা অচৌবীদু লাপ্তক্লা শুকতোক্লুনা উখোং কোনদুনা লৈবা উবদা পূক্লিংসে খংনুং নুংশিরকই। মাগী অপাম্বা কয়া ব্রাকৎপা ঙমজদদুনা তঞ্জা অমা ঙাইরিবনি। ঐ মদু খঙদবা নত্তে। ঐনা কৌই।

- ইবেমচৌবী সিদা লাকও। তপ্না তপ্না ইনাক্তা ফমথরে। নঙগী মিং চল্লবনি।

লিট্টল ফ্লাৱারদা ক্লাস সিক্সতা। লাকও ইবানি লাইরিক, ফী রোলগা লৈরুরসি। সোরাৎ হেক লোইবগা স্কুল চৎকদবনি। নঙবু লৌবা বস লাক্কনি। লৈরক মচিন্দা থোক্কুনা ঙাইগদবনি। পূন্নমক ইমাদা শিন্নরবনি। নঙ লাইরিক কন্না পাওকো। নেনেদা চিঠি ইরকউ।

- নেনে নঙ চৎলদ্রা? লাক্করোইদ্রা।

- লাক্কনি তোয়না তোয়না নঙবু য়েংবা লাক্কনি। ঐ চৎতবা য়াদ্রে ইন্টরভিয়ু অমা য়াওগদৌরিবনি। নৎত্রবদি সোরাৎ লোইবগা চৎপসু য়াই।

অসুম্না নুংশিবা থোৎ নৌবা ব্রাহে অমত্তা তাবা ফংদ্রবা অঙাংশিংদো মপূক্লি ংদু ইনৌ নৌবগুম তৌরে। পুক্লিংদা খনখি; "নুংশিবা হায়বসিনা জয় তৌবা ঙমদবা লৈরমলোয়দরা হায়না" পূন্নমক শিন্নবা লোইরগা ঈচে মেধাদা ঐ চৎলগে হায়রম্লগা থোরক্লে। ইচেনা লৈরক মচিনফাও থিন্দোরকই। চৎলমদাইদা শিন্নে ঈচে নং জরদাদু চারনুকো। নচাগী ফীদি পীদে নোংমদা মতপ তবাদি চাথোকই। অঙাংশিং চাউরক্লবনিনা নয়ূম য়ারিবমখৈ থাদোক্কনু। ইথৌমক ওইনা ঐনা হেন্না ব্রাবদু মানা খঙই।

ঈচেনা কন্না হায়হৌই -

সরমিলা - অঙাংশিংগী মমাঙদদি মপূক্লিং নুংশিখিনি হায়দবনি। নঙনা লাংলমলিবা ময়ামসিবু করম্না ঐনা পুবা ঙমগদৌরিবনো? মদুগীদমক্তনি ঐনা শিল্লিবদু ঐনা হায়বদুদা তৌ। ঐ তোয়না লেটর ইরক্কনি। অসুম তৌদুনা ইবানী কায়নরে। ইনেগী শ্রাদ্ধ ফাও য়াওবা নংদনা ঐ কোইশ্বরটরদা ইন্টর্ভিয়ু নংননবা চৎলে।

চৎলমদাইদা ঈচে মেধাদো হিক হিক কপ্পি। ঐসু কপ্পী - মানা মখা তানা ব্রা হংবা ঙমদদুনা লৈরিঙৈদা ঐহাক মাগী মীৎয়েংদগী থাপতোরক্লে। অসুম্না মেধাদো ময়ূমদা হনজিনখ্রগা মাগী ফমুংদা মমায় উপশন্দুনা কয়া অমা কপথোকলে।

ফুনগৎতুনা লৈরম্লবা অৱাবা ময়ামদো খরদি পাথত্রবোই খল্লি। মহাক্না খল্লম্বা য়াই, পীশক পীক্লিগৈদগী লোইনদুনতা লাক্লবা মনাউনি। ইমাগা ইপাগনা কোয়না চৎপনিনা ইনেগা মামগগী মনাক্তা য়াম্না তোয়না লৈদুনা ইমূংগী মী ওইনা হৌমিন কামিন্নবনি। মসিমসু মপুক্লিংদা খল্লম্বসু য়াই করিগী ঐনা অসুম্না হায়রমলিবনো অমুক হল্লকতবসু য়াই। কৈদৌঙৈ উন্নগদগে খঙদে। মখা তানা করিগী অদুম হায়বনো হঙগে খনখিবা জাৎনি, হংবা ঙমহৌদ্রে। মহাক্না অদুম খল্লিগৈ ফুনগৎতুনা মীৎকী পী খাম্নবা হোৎনরিগৈদা ঐহাক লাক্লে।

ঐনা য়ূমদা হেক য়ৌখিবদা টেলেগ্রাম অমসু লৈরম্মি, মরোলদি - "কম সুন ইন্টরবিয়ু দেড ফিক্স ওন ফাষ্ট মে।" য়ূম য়ৌরগা হয়েংমক চৎনবা শেম শারে। উচিন নাচিন্না টিকেটতু কেন্সেল তৌরগা নুমিৎ নিনি ঙনখৎনা ককলে। য়ূমগী ফীভমসু অরাইবা নত্তে। পাবুংবু থাদোক্তুনা চৎপসি ঐসু পামদবনি। অদুবু নাকন অমরোমদা ইন্টর্ভিয়ুগী য়েংদুনা চৎতবা য়াদ্রে খল্লদুনা চৎনবা শেম শাবা তারম্মী। অদুগা নাকল অমরোমদনা মতম পুম্বগী ওইনা ঐনা বীপিনগী পুক্সিদগী লৈহৌবা অসিনি।

ইমাগা পাবুংগা য়ূমদা লৈহৌরে। পাবুংনা ঐগা লোয়ননা মণিপুর থাদোক্তুনা চৎপা সুকপাম পামখিদ্রে। ঐবুসু চৎহন্নীংদবনি অদুবু পূক্নী ংগী অনিংবা অমদি অপাম্বা অমগী মখা পোন্দুনা চৎপা তারম্মী। পূক্নীংসে নুংশুক নুংজান্নে। অক্কল দামুদো পাবুংনা নহা ওইরিগৈদগী লোয়নরক্লবা ইমূং মনুংগুম্লবা ঐখোয়গী হেলপরনি মহাক্কীনি হায়বা কনা লৈজদ্রবনি। পাবুংনা লুহোংবীদুনা উচিন-নাচিন্না মচানুপী অমদি ফংজরে । মা অমা লৈবনা ঐনা পাবুং ইমাবু থাদোক্তুনা চৎপা ঙম্লিবনি। মঙোন্দা পূম্নমক শিন্নরম্লগা ঐহাক্না ইম্ফাল থাদোক্লে। চৎলমদাইদা জজ সাহেবকা অমুক হন্না উন্নররোই লেপত্রে। কয়ারক হন্না মহাক্না ঐগী থোঙ্গান্দা লাকলমগদগে হায়বদুদি খঙনীংলুদ্রে। চিঠি অমদি অক্কল দামুনা চৎলমদাইদা পীরক্তুনা বেগতা হাপচিল্লে।

এরোপ্লেনদু তপ্না তপ্না পাইখৎলকপদু থোঙনাউ ময়াদা চঙশিন্দুনা লবূক লমহাং কয়ানা পীশক পীক্লা তামহৌরিবদু য়েংলুরি। লৈচিন মঁপে মঁপেগী মরক্কুদা মঙগী লৈবাক্তা অমুক হন্না চৎপগুম নীংহল্লি। তশেংনসু ঐগীদমক্তদি মঙলৈবাক্তা লৈবগুম চপ মান্নরি। নুমিৎতু ঐ য়াম্না কপখি। থম্মোয় শোক্লা কপখি। মদু থানবা ঐগী ব্রাহৈ লৈত্রে।

লন্নীদা ঙসাইগী অঙ্কল দামুনা পীরকপা লেটরদু ফাকতোক্লুনা পারুবদদি মহাক্কী ফজত্রবা খঙদুনতা লৈরবা খুৎইদুনি। অসুম্না ইরম্মী -

সরমিলা,

ভাবনা শাবা, ফজখ্রবা ব্রাখনগী মচু কয়া কয়ানা নীঙথিজনা শঙলবা আশাগী মঙলান্দা থিরুরবা নঙ ঐগী পুন্সিগী নুংঙাইবদুতনা নুংঙাইবা ওইগনি খল্লুবনি। মদুতগী আশাদা হিংলিবনি খল্লুই। অদুবু মদু নুংঙাইখ্রবা মঙ ওইরমলে। মঙ অসিবু কাউবদি ওইথোক্কে। অদুম ওইনমক মঙ হায়বসি মঙনি, মঙলাননি। ওইথোকপা য়াগদবা থৌদোক কয়া কয়ানি। হন্দক মরক অসিদা মহাক্লা য়ুম থাদোক্লুনা চৎখ্রবা সিদদি, মঙলুরিবা নঙগী ঐগী ওইবা মঙশিংনা তাইবঙদা মঙফাওনহনবদি লাইরদুনা অসুক মনুং থিৎনা থম্মোয়বু কায়হনবা অব্রাবা অমা ঐগী পুন্সিসিদা কনানো অমনা অসুম্না পীরমগনি হায়বসে ঐ থাজরুদবনি। নোংমতসু খল্লুদবনি। অসুম্না পুমহাং হাংলবা অর্থ থোক্রবা পুন্সি অমা ওইহলক্কনি থাজরুদে। মহাক্লা চৎখ্রবা তুংসিদা য়ুমদা নত্তে থম্মোয়সু ইহাং হাংলে। নাইতোম তাবগী অহাংবা অচিকপা অমনা ঐবু অসুক তমথীবা চৈনা অমা পীরগনি হায়বসি মঙদসু মঙখিদে। অদুবু থোক্লরে। পুন্সিসে পুমহাং হাংহৌরে। মাবু মফম কৈদসু থিবা ফংগনি থাজদ্রে। মরমদি মহাক ঐগী ইনাক্তগী চৎকে হায়বা শিংনবা অমগা লোয়ননা চৎখ্রবনি। পুন্সি অসে করিসু কান্নদ্রবা

ইহাং হাংবা মঙ অমা ওইরমলে খল্লে। নঙোন্দা, ঐগী অসিগুম্নবা থম্মোয় অমা লোৎতুনা লৈরম্লিবা অসিগীদমক্তা, ইরান অসি ঙাকপিয়ু হায়জগে খন্দুনা নঙগী থোঙ্গালদা কয়ারক লেপ্লম্বনি। মদুগী খূদোংচাবদুসু ফংবা ঙমখিদ্রে। ব্রাহৈ খরসিদংদি ইরগা থমলম্বনি। নুমিৎতু ইতোমতা য়াম্না চিক্লম্মী। থম্মোয়সে করিনো খুন্তাক লানশিরবা তাইবঙপানদা নাইতোম তারবা পুন্সিগী লানফমদা ইনৌ নৌনা মায়থীরবা লান্মী অমগুম হল্লকখি। অদুবু নহাক্না চেজেৎ অসিদং পাবিরবদি য়াম্না নুংঙাইগনি। মরমদি শুপ্পগী নঙনা পামলমগদবা পুন্সিগী হিংসাব অদু শেংদোক্লে খল্লুবা য়ারে।

নহাক্কী বীপিন।

মাগী ব্রাহৈশিংদু পারগা কদায়দগীনো মীৎকী পীসি খাম্বা য়াদনা চেম্থূরকলিবদু চেম্থহন্দনা মাঙহনখ্রবনি। অদুবু য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। মমৈদা মরাল লৈজদ্রবা চেজেৎ অদুদা তায়নদুনা শুরু শুরু নৈরগা খোঙসিনা নৈহৎলুরি। অসুম্না ইম্ফালদগী কলকত্তা ফাওবগী জরনিদু খঙদৌদ্রে। লেন্দিং তৌগদবগী এনাউন্স তৌরকপদা ইশাশি জ্ঞান তারকই। অসুম্না থোকখ্রবা ব্রারী মতেক অদু লোইশিনখিবনা ফরমালে ঐসু খল্লি। অদুবু নীংশিংবগী লকানুংদগী মাগী মমি অসিবুসু কোকহনবা ঙম্নবদি কয়াদা নুংঙাইগবা খন্ন খন্না হৌখিবা থৌদোক কয়ানা ইমাঙদা জগোয় শাররি।

কোইম্বাটোর ডাইরেক্ট য়ৌবা ত্রেন অমা উচিন নাচিন্না লৈরমদুনা মথংগী নুমিৎতা ইনে সুধাগী মনাক্তা য়ৌরে। ইন্টর্ভিয়ুদা ঐবু কোইম্বাটোর য়ুনিভর্সিটিগী ফেকলটি ওফ লোদা এসিষ্টেন্ট প্রোঃ ওইনা খন্দুনা ঐহাক কোইম্বাটোর য়ুনিভর্সিটি কেম্পসতা ইশাগী ক্বাটর অমা লৌদুনা লৈরে। ঐনা ইম্ফাল থাদোক্লম্লবা মতুং থা মঙামুক লৈরগা ঈচে মেধাদগী চিঠি অমা ফংখি। মমাঙঙৈগুম য়াম্না দ্রাই ওইবা ব্রাহৈ ব্রাতা শীজিন্নখিদ্রে। অসুম্না ইরকখি ঃ -

*অকংবা অতরগুলাপ*

ইম্ফাল

সবমিলা,

নঙোন্দা লেটর ইগে খন্ন খন্না ফন্না কুইরে হৌখিবা, নুংঙাইরিবরা? ইনম্মা লৈখিদবদগী তাদদো ইখঙ খঙহৌদনা অনাবা হেনজিল্লক্কু না ঐখোয়বু থাদোকপিরম্লগা চৎখ্রে। মখোয় অনী লাইরৈবাক্তা শোয়দনা উন্নরম্লনি খনবদা নুংঙাই। অঙাংশিং পূম্নমক মথৌ মশক খঙনা থবক চথৰি। নঙনা হায়বম্বদুনা ইবোচৌবদো মরম য়াম্না ওকলে। ইঙ্খোলগাদু হয়েং নেনে থোরক্লগা য়েংহন্দোইনি হায়দুনা হৈ-রা, মনা-মশিং য়াম্না থারি। নহাকসু মরক মরক্তা মখোয়বু পূক্নীং থৌগৎপা য়াবা ৱা হায়দুনা চিঠি ইবকউ। ইবেম্মা অচৌবীসু কন্না হোৎনবি। ইমৱোইদরীগী দুকান অমা হাংলে। হায়গুম্লদনা লুহোংবগী ওর্ডর পীনবা হোৎনবদা চাক চাবগা শংদ্রে। মসিনা খৰ্বাদি শাফে। নুংশাদা ফমদুনা মায় মীৎ কাবমখৈ শু-নোম্লগা নোংমগী চরা ফংবদা ৱাবম্বদো। মদুমক্তি নৎত্রে। পুন্সি অসিদা নঙবু করম্না কাউবা য়াগনি। নঙসু খন্দুনা ময়েংঙু কনা লৈতে সংসারসিদা ঐখোয়গী হায়বা, ইমা ইচাগী মরী ফাওবদা থাজবা য়াবক্রুবদা ঐগী ৱারবা মীকুপ্তা নঙ নত্তনা কনা লৈরি। নহাক ঐখোয়দা তত্তনা ঈ-পাউ পীরকউ। ঐসু মদুম তৌগে। হিংবগী লানফমসিদগী চেল্লসিরা খল্লুরবা থৱায়শিং অসিগী হিংনীংবগী অনৌবা আশা অমা পীবিবম্বগীদমক্তা নঙবু কাউবদি শুকঙম ঙমলরোই। ৱাহৈ খরতা ওইরবসু নহাক্কী ওইবা ৱা খরদি ইরকউ। মদুবু খৌরাংনা ঙাইরি। ঙসিদি অসুম লোইরগে।

নহাক্কী নচে

মেধা।

ঈচে মেধাগীদমক খল্লুবদা যাম্না নুংঙাই। মাগীদমক্তা ৱাজবগী কোকথোঙ অদুমদি থাংথখ্রমালে খল্লি। অমরোমদনা ইমা পাবুংবু ঐগী ইনাক্তা পুশিল্লগা লৈমিন্নরগে খল্লিঙৈদা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা টেলিগ্রাম অমা লাকখি। পাবুংদু যাম্না কন্না নারে থোকলক্কবা যাদে হায়বা ওইবমলে। খুদক্তা চৎনবা শেম শাবে। ঐনা ইম্ফালদা

য়ৌরকপদদি পাবুংগী অনাবা য়াম্না হেনজিল্লমলে। ইমাহন্দো পাউ অমত্তদি হাযহনসিরা খল্লি য়ৌসু য়ৌহনখি। মহাক পাবুংগী পাউ তাবদা য়াম্না কপ্পা জাৎনি। অদুবু মচা নুপাশিংনা লাকহনখিদ্রে হায়না তায়। অনাবা খিত্তং ফরক্কুনা দিল্লিগী এ আই এম এসদা পুনবা থৌরাং তৌরে। অদুবু হোস্পিটালাইজ তৌবা নুমিৎ হুম্নি শুবদা অদুমক লৈখিদ্রে। যমুনা মপান্দা পাবুংগী হকচাংদু অদুমক লোইশিল্লে। ইথৌনা হিংলিঙৈদা পাবুংবু ইস্নোক্লুস্বনি অসিগুম্বা মযামসি খল্লুবদা মণিপুরদা পুরকখিদ্রে। নীংঙমদবা অমদি নুংঙাইত্তবগী মৈরীনা পাবুংগী পুন্সি পীখম্নখ্রমালে। হিংবা য়াম্না যারিবনি। অসুম্না পাবুংগী হৌনবী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইশিনখ্রে। বৃন্দাবন্দা আঙ্কল দামুগা ইমাগা ঐগা চৎতুনা লোইশিল্লে। যুমদসু পাউ পীখি। পাবুংগী অরোইবা শরুক্কুদদি ইমাহনগী মনাক্তা য়ৌহননীংলমই। ইমাহনদু করম তৌরিদগে খনবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে। পাবুংগী শ্রাদ্ধ লোইরবা তুংদা যুমদা থোকলুই করিবু নুংঙাইনীংঙাই লৈরিবগে? পাবুংগী অরোইবা শরুক্কু ইমাহনদা শিন্নরমলে। মচোয় মচোয় মচেৎ মচেৎ তাখ্রবা ইমাহনগী পুন্সিগী ইতিহাসতো অমুক নৌনা নীংশিংলগা য়াম্না কপনীংলমগনি।

যোনথোকপা য়াবা পোৎ অয়াম্বা য়োম্নোকলে। অদুগা যুম ইখোলদি অঙ্কল দামুদা য়েংশিন্নবা শিন্নবল্লগে খল্লে। ইমূং অসিগীদমক্তা অৱা নুংঙাই অনীদা শরুক য়াদুনা লাক্লবা অঙ্কল দামুনি। মঙোন্দা শিন্নদনা কনাদা শিন্নরুনি। অসুম্না পূম্নমক মাগী মখূৎতা শিন্নরম্লগা চৎলে। ঈচে মেধাদো মচা মখৈ পুদুনা লাকই। অঙাংশিংদু মহে মশিং নীংথিনা তম্লি তাবদা ঐ নুংঙাই। পুন্সিদা চাউববা নীংবা থুংবা অমনি হায়না ঐনা লৌজৈ। ঈচেগীদমক্তা থোয়না ৱানীংঙাই লৈত্রে খল্লি। মরমদি মহাক য়াম্নমক ইনাক খুনবী নুপী নৎত্রবসু অৱাৎ অপা লৈতবা মী অমদি ওইহৌরে। ঐখোযনা চংলমদাইদা মহাক্তদি য়াম্না কপহৌই। মাগী পী মরীক অদুতনি ঐনা পামজবা। ঐ চরি অমত্তা মীহৌদ্রে। ঐগী লাইবিক ময়ামদু পেক তৌশিল্লে। হুন্দোকপা য়াবনা হুন্দোকলে। মরক্কুদগী মল্লবা দাইবিদো হৌখ্রবা পুন্সিগী হিসাব ময়াম অমা থামজিল্লিবনি। অদু কান্নদ্রে খল্লদুনা মৈ থাদোক্লে। মরক্কুদগী মল্লবা কাডি অমা য়াওরকই মদুদা ইরম্মী।

সরমিলা

''হেপি নিয়ু ইয়ার''

এন বি থারগা ইতালিক্ ময়েক্লা ইরম্মী।

“সেপারেসনস আর ব্রোন্দস দেড নো ব্রান কেন হিল, বত মেমোরিস আর ত্রেজরস দেড নো ব্রান কেন ষ্টিল। য়োর মেমোরিস ৱিল নেভর দাই”।

দাইরীদুগী চেনাসিংদু তপ্লা তপ্লা ফাকলুরি। তরীক্না কোন্নানা থৌদোক কয়া ইরম্মী-। অর্থ থোক্কবা ঐগী পুন্সিগী ৱাবীগী মচাক অমনি। কার্দ অদু খল্লগা ফিগাউদা হাপচিল্লে অদুগা দাইরীদুনা মচেৎ মচেৎ শেগাইরে, মৈ থ'দোকলে।

কার্দ অদু ঐগী মরূপ অমনা থারকখিবনি। মদু সুইতকেসতা হাপচিল্লে। থৌরাং পূম্নমক লোইরদুনা পূম্নমকপু বীদায় তৌরম্লগা ঐখোয় ইয়ার পোর্ট তম্না লাকলে। চীংলোন মাপন লান্দুনা ঐখোয়গী পন্থূংফম য়ৌরে। য়ুনিভর্সিটিদুদা অনৌবা মীয়াম অমগা এদজস তৌনবা হোৎনবদা থোইদোক্লা মতম চঙখিদে। অসুম্না পূমতোপ তোপ্লা ইন্টেলেক্টুয়েল সোসাইতি অমদা ইনৌ নৌবা পুন্সিগী এক্সপেরিয়েন্স অমা হৈননবা হোৎনরি। মসিনা পূমতোপ তোপ্লী। অসুম্না হিংনবগী পান্বে থিবা হোৎনরি। চুশিল্লু য়াদ্রবা থম্মোয়গী অৱাবদো কম্দা য়াক্লা শঙথ্রবা মচুগুম কোকউ ইয়া য়াদে। থম্মোয়দা তারিবা মমি অসিনা মুৎশিনখে নীংশিংগনু য়াদ্রবা পুন্সিগী থৌদোক ময়ামদো অদুমক নীংশিংদুনা লৈরগনি।

ইচে মেধাদো করিগুম্বদা তাথীরেনবু নীংশিংই। তশেংনমকসু মাগীসু নুংঙাইবগী নুমিৎ অদু লাকখিদ্রা হায়বগী আশাদু মহাক মমি শামি উবকপগুম তৌই। অদুবু ৱাখনগী অমম্বা মরক্তা ঙাইহাক্তং জগোই শারম্লগা মাংখি। হুজিক্তি মশক মচু খরা থোকপগুম তৌবে। থাইনগী মেধাদো নত্তরে। অহীংদু ফম্না থেংলম্বসু য়ারে। মাঙ্গোলগী উখোঙতেন্দা ঙাদুনা ৱাতোন্দগী যাম্না রানা লিখৎলক্লনা মপূং ফানা থোবক্লিবা থাজবু যেংলি। অতিয়াসি পুঙশেং শেংই। থাবলগী মঙালদুদা ঙাওজবা উচেক খবসু হঙ্গৎ হন্দা পাইরি। অসুম ফমলম্বদগী কযা কুইনা উইকববনো খঙদে মেধাদো উইথখ্রে। মশেল মবাং

হৌখ্রবা পুন্সিগী মঙ মঙলকই। মচা অনীদু পুদুনা মপামদা হল্লকপা কুইদরিঙৈগী মতমদা মবুংগী ইংখোল মতোন্দা হোতেন ফমলম্মী। নহা ওইনা মপুবোইবা কায়নখ্রবী মশক মতৌ ফীভম মূর্তি ফজবী মেধাগী ব্রারী ইমোবীনা লোইনা খঙখি। কবি করিগুম্বদা, ইমোবীদু তোয়রপ তোয়রপ লাকখি অদুগা তুমীন তুমীন ঙাইহাক ফমলম্লগা হনখীবদু মশেন মরাং ওইনা উরকই অদুগা হায়খিবগুম তারকই। ইমোবী নবুক্তু নোইমল্লে চিনি থুম্বা চা থক্কনু। অসুম্না কোয়নদ্রে। নোংমগী মনুংদা অম্ক্রুংদি শোয়দনা লাক্নুনা চা গ্লাস অমা থক্লগা তুমীন্না হোতেলগী কাচিন ওইবপ্লা থাবা ফান শাংদুগী মচি ওইরপ্লা ফম্লম্লগা অদুম চৎখি। নোংমসুনি ইমোবীদু খর গুল্লপ্লা লাক্লগা মাগী ফমফমদুদা চঙদুনা চা ঙাইরি। মচানুপা মচিং ফত্তবা অঙাংদু ঙরাংদগী মেধাদা নিংঙাই তৌরিবনি।

ইমা, ঐগী খোঙুপ লৈয়ু। স্কুল কাবগী খোঙুপ লৈতে। খোঙগ্রাও য়ুনিফোর্ম শেৎত্রবদি ওঝানা ক্লাস্তা চঙহনদে। ঐ লাইতম কারোই হায়রিসিনি।

মেধানা- লৈরঙ ময়াদুদা তন্দু থাদগদবগী য়াম তোৎলি। শাউরংননা য়েংখৎলকই। চোয়জাইননা তারিবা শন্নাং খর মনীং তম্না পাইরিবদু খোয়দৌ খরা শাউগৎলপ মখুৎ ওইদুনা ফাজিল্লগা মনাদা য়েপশিল্লি অদুগা খোন্দু খরা কলপ লাউখি। লৈনি হায়রেদনা। নপাদগী কোৎলুদরা। হুজিক্তি চৎলু স্কুল কানবা লোইশিল্লুচো। হোতেল মপান্দা গ্লাস চাল্লিবা পীক্লিবী মচানুপীদুদা কৌদুনা খরা য়াকলপ লাউরকই।

- ইবেম্মা অঙাংসি স্কুল কানবা লোইশিনবীরুচো।

অঙাংদু নিঙাই তৌই। ঐ স্কুল চৎলোই য়ুনিফোর্ম তুদ্রিমখে।

- নঙনা চৎতা ঙম্বরা য়েংগে, তন্দু তক্লা, তক্লা মচিন্দদি লেপতে। মচানুপা পীকখ্রবদুদা করি করিনো পঙচৈদা চৈরি। ঙাইহাক লৈরগা মচা নুপীদুনা মৌপব্রাদু চীংবোই করিবোই পুদুনা চঙখ্রে।

ঙসাইদগী ইমোবীদু চা ঙাইদুনা তুমীন্না ফমদুনা মেধাগী মতৌ য়েংলির্বনি। শেগা কোৎপী ফুবিৎ মচাদুগী মথক থঙবা কুদাম অদু মনা লেংবা ওৎপদা তৎলমলে। হুমাং শৌদুনা ইল্লমলিবা মনজুনরবা মোরে ফী মতেক্তু লৈবং মনা ক্লা লৈবা মুবা মচা

অদুদা লাপতক্লা তাশিল্লগা থমলি। হকচাংগী কয়াৎশিংসু ঙৌরোক ঙৌনা ঙাঙশং ঙাংবা ব্লাউজদুদগী তোঙান তানা উরি। থবাক্কী শরুক্তু ফিদোন চীংখৎস্থগা কুপশিনহৌদ্রবা হকচাংগী কয়াৎশিংদু ইমোবীনা মথং মথং য়েংলুরি। করিসু চেকশিনবীদ্রবা মায়থোংদুদা উরিবা হায়ববু ঙসাই অয়ুক ঙন্তা থিনখিবা তুমতক তৌবা নাত্তোন্দুদা মুশি মুশি মমি তারিবা চন্দন্দু মঙাইরে। ঙৌরোক ঙৌনা শাংতক তাবা মেধাগী খৌরিদা মুন্না য়েংলুরি। ঈশিং থকপা ফাওবদা তরু-তরু উগদবা মাল্লি। থবাক্তগীনা পাম্বোম মরুগী অহাংবদুদা ইমোবীগী মীৎয়েং তারি। মেধাদু ফজরি। মমায়দুদদি মায়হিংনা থুংলে, অদুবু রাশি অদুম লৈরি। ইমোবীনা য়েংলি হায়বসে মেধা খঙই। মনাক্তা মোরাদা তাশিন্দুনা লৈরিবা ইনফিদু তনইন লামদুনা ইর্নশিল্লি। চাদু শেমলগা তন প্রেত অমগা ইমোবীদা লানশিল্লি। ঙাইহাক লৈরগা মচানুপী থোরকই-ঙাঙ ঙাঙদুনা চঙলকই খঙদে ইমা নঙ ঙাঙনজৌ-স্কুল চৎলু যাদে। মেধাসু ইমুংদা পাইশিনখি ঙাইহাক লৈরগা অঙাংদু ফু ফুদুনা চিংবোই করিবোই মফি শেৎলগা পুথোরকই। চৎলু নঙগুম্বা অঙাংনা অদুম লমহেনবা য়াবরা-? অঙাংদু কপ কপতুনা চৎখি। ঙসাই মখৈ ৱা লান অমত্তা ঙাঙদনা ফম্লম্বা ইমোবীদু তৃমিন্না মেধাগী মতৌ য়েংলি। অসুম্না ইমোবীদু করিগুম্বা অমা ঙাইবগুম হেক হেক ফম্লম্লগা অদুম চৎখি।

ইচে মেধাগী হোটেলদু অযুক্কী পুং নিপাল দগী তরা ফাওবদি ফনা চিনখি। মচানুপীনা তন তকই মেধানা অশাবা খাঙদুদা থাদনবা হোৎনবি। অদুমক্তদা নংনদে। নুংথিলদদি অদুক চিন্দে অদুবু নুমিদাংৱাই ঙাইহাক্তি খর চিল্লি । করিগুম্বদা লৈকায় পাখঙ মচা হায়ঙম তৌঙমদবা খরনা হেক হেক লক্লবী।

ইতৈমদি কুইর কুইরগা নহাদুম ওইথোরক্লে। মেধা থোইনা খল্লুদে খিত্তং শকফম হনজল্লগা অদুম মাগী তৌগদবা তৌদুনা লৈথোকই। করিগুম্বদসু থৌ ৱা ইশা হেক শাদনা অৱাই অখুম তৌদুনা খুম্বসু য়াওই।

হোইনে শেনজাওপাযবা তগৎ তগৎ তেকপা পাখঙ অমতা থিবীরকলোদনা।

তাঞ্জা চানা ইমোবী চঙলকপগা মপা চানৈ। ময়ামদু মরম ইরৈ লৈতনা য়েংনৈ খরনা চা থকপা লোষ্টদুনা চৎখ্রে।

হায়নবা লৈতনা ইমোবীগী চিনি থুমদবা চা পুথোক্কুনা পী, হংলুই চানবা য়াওগদরা। অরাক-অরাকপা পাখঙ লৈশাবী মৌনহা কয়ানি হোতেলদুদা লাকলিবা। মেধা করি অমত্তা হংগোইবা য়াওদনা ফাগী তৌনদুনা লৈথোকই অদুবু ইমোবী হেক লাকপদা মশাদা হৈনদবগুম করিগুম মফি মরোল পঙলোইদা লোইশিল্লি মশম মনা শেমজিল্লি।

ইমোবীদু কবিনো অমা হায়নীংবা মাল্লি তুমীন্না মেধাগী লৈরঙ মথা ফাওবা চঙশিল্লক্লগা লেপলৈ। নুংশা মপী শাংনা হোনবগুম তপ্পা কৌরকই ................. মেধা।

মেধা- খুমফম খঙদে চঙকনদুনা লৈ। ইমোবীদু মখা তারকই। নঙগী অরাবসে ঐ য়েংবা য়াম্না নুংঙাইরকত্রে। ঐহাক নঙবু নুঙশি, ঐগী মায় ঙাকপা ঙমগদরা? ঐখোয় য়ূমদা চৎশিদনা। মেধাদু য়াম্না ঙক্লদি থোকত্রে৷ অদুবু কবিদগীনো খংশাউ শাউনিংলকই। মপৃক্লীং নুংশি। ইশৌ কনবী শাউগনবী মেধাদো অমুক্কা হেন্না শাওগৎলকই। খুমখি

- ঐ লায়রবীনি। ইপুরোইবনা হুন্দোকলম্বীনি। অদুবু শিখিবমক্তি নত্তেদনা। নহাক ঐবু য়াম্না হন্থনা উরে।

ইমোবীদু মখা তারকত্রে। ৱাহৈ অমত্তা হায়বমদনা অদুমক চৎখ্রে। নুমিৎতুদগী চিনিথুমদবা চাসু লোন্দ্রে। মবুংনা য়াদদুনা হোতেলদু থুদেকখরে।

মেধাদো মাঙ্গোল উখোকতেন্দুদা ঙাদুনা ফনা কুইনা মঙ মঙলম্বদগী মীকপ থোরকই। মঙলা হারা মপুরোইবনা কৌরক্লবোই নীংদুনা ইপা পাখৎলি মীকপ থোকই। কনাসু লৈরমদে অচিকপা অহীং ওইরমলে। ঙসাই লৈহৌবা থাদু ফাওবা তাগদবগী তৌরম্লে। মতোমতা শোনজৈ তুম্লুরমালে ঐসে। ফুক হৌগৎতুনা ইমুংদা চংখ্রে। তপ্পা তপ্পা থোঙ থিঙজিনখি। অহীং চুপ্পা কপখি। তুমখিদবে। নোং ঙাল্লকপনা অদুম হাল্লে।

খবা লৈরগা ইচে মেধাদগী চিঠি অমা ফংখি। তা ধীবেন্দ্র মণিপুর থোরক্লে। মচাদুদি মমানা লৌহৌরে হায়। মহাক নুংঙাইববা মী অমা ওইরমগনি খনবদা ঐগী

থম্মোয়দা পেনজৈ। অদুবু ঙক্তবদি ঙমদে ফববসু ফৎত্রবসু মচা লৈরিবা মতৈ মনাওগী মরীদা ঐগুম্বনা কবি খঙলুগবা। পাউখুম অমুক হনখিদ্রে। ঐনা ঙকপা অমদি লৈ মদুদি "নুপী ওইবীগী থোৎলবা পুকচেল অদুগা ঙাকপী হৈবী ওইবগী গুন্দুনি। অদুগা অমরোমদনা নোংমদোন্দা পাইবিবা লৈচিনগী মশক ওইবা নুপা ওইবগী পুকচেলদু পঙকীদা কীজৈ।"

ঐ য়াম্না ঙকই। ঈচে মেধাবুসু ঙকই। নুপী ওইবী নঙবুসু ঙকই। মবমদি লখা অমা হায়ববসু মপুরোইবগী নুংশিবা ৱাহৈ অমদা মবুক অদু পেৎথবা ঙম্না নুপী অদুননি নুপানা মখোয়বু শান্নপোৎনি খল্লিবা। মপুবোইবগী থৌজালগী মীৎয়েং মখাদা হিংজনীংদবা কনানো? অসুম্না খল্লিঙৈ ঈচে মেধাগী চিঠি অদু খুৎতগী নানথোক্লুনা নুংশিৎতা কোইপায় পাইদুনা চৎখ্রে। তেবেস মথক্তুদগী আ মখা যৌখ্রে। নোংদোন্দা পাইরিবা লৈচিন অসিগী অরেপ্পা শক্লোন লেপতবগুম করি অমত্তা তম্না ঙমদ্রবা মীওইবগী পুন্সিনি। ঈচে মেধাগীদমক্তা ৱাদবা ঙমদে। হন্দক্কীসিনা করম্না শক্লোননো। মহাক্তা নুংঙাইনা পাল্লসনু। ইচে মেধাগী পুন্সিগীদমক্তা ঐহাক্না শাংলবা মঙ অমা মঙলুবগুম মঙফাওনরকপদা ইতোমতা চিক্লবা কাদুদা নাইতোম তারশ্মী ।

..............

# তরুকশুবা শরুক

ঐসু মণিপুরদা অদুমক থোকখিদরে। ইমাসু অহল ওইশিল্লক্লে। বৃন্দাবননচিংবা অরাং ভারতকী তীর্থ ময়াম অসি অমুক্তা চৎনীংই হায়বা কুইববনি। য়ুনিভর্সিটি দদি থবকসে ঙাইহাক্তা পোত্থাবা ফংদে। থবক্লা ঐগী পুক্সিনি হায়নসু ঐনা খনজৈ। দেল্লিদা সেমিনার অমা এতেন্দ তৌবা চৎপদা ইমানা বৃন্দাবন চৎনীংই হায়বদুগা মপা মপা ওইবদুদা ঐসু ইমাবু পুদুনা চৎলি। মণিপুর ভবন্দা নুমিৎ মঙানিমক লৈববদুদা বৃন্দাবন চৎকদবা অহন অমগা মাগী ফেমিলিগা থেংনরে। মখোয়সু লাইফম য়াম্না কোয়গদৌরি হায়না ইমানা তম্মী। বৃন্দাবন, ঋষিকেস, হরিদ্বাবনচিংবা লাইফম অয়াম্বা চৎকদৌবি। অতোপ্পা মী খরসু হান্না চৎনখ্রে।

বৈষ্ণব ধর্মদা লুপচবা অহনশিংগীদমক্তদি বৃন্দাবন হায়বসে অমুক্তং পুন্সিদা য়ৌজবা ফংদ্রবা মখোয় অদুদি নহানমুক্কী মপোক্তা পাপ চেল্লবা কর্ম ফৎত্রবা মী ওইনা লৌনৈ। ঐসু মখোয়গী মতুং ইন্দুনা লাইফম ময়ামসি চৎনবা শেম শারে।

দিল্লিদগী ইহান হান্না মথুবা ফাওবা টেক্সি অমা রাইরগা লাক্লে। মণিপুরগী নিংথৌ রাজাদুম্ব্রা সিংহগী বৃন্দাবন্দা লৈবা শ্রীকৃষ্ণগী লাইশংগী মীথুংফমশঙদুদা কা অমা লৌরগা ইমাগা ইবানি থুঙলে। থায়না মমাংঙৈদা মীতৈ নিংথৌশিংনা থমলম্বা মখোয়গী রাজবাড়িগী মন্দির অমদি মীথুংফমশঙশিংদু উরগা পুক্নীংসি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংশি। হৌখিবা মতমগী শক্তি অমদি মতমদুদা ওইবম্বা লাইশংশংগী নিলখোংবা পূম্নমক মশেল মবাং ওইনা ঐনা ভাবনা শাদুনা লাকশিন্নবা হোৎনবম্মী।

মণিপুরদসু অদু মঙাইরে মমাঙঙৈগুম্না ধর্মগা মরী লৈনবা থৌদোক ৱাথোক কয়াদা ঈশ্বরগী মীংদা মখল কয়াগী কুম্মৈ ফীয়োং তৌবা অসি য়াম্না হন্থরে। কাং, য়ুলোন, হবিউথাননচিংবদা মমীংতা ওইনা তৌবসু য়াওনরে। মমাংঙৈদদি অসিগুম্বা ধর্ম্ম-কর্ম্মগা মরী লৈনবা কুম্মৈশিংসি য়াম্না চাউনা তৌবম্মী। মীশিংগী অহাংবা মতম লৈনরক্তবগা, মতম্নগা ফৎচিল্লক্তবগা হৌজিক্তি ঈশ্বরগী থৌরম নত্তবা হরাও-কুম্মৈ কয়া তৌনদ্রে। অসুম্না মতম্না পূরক্লিবা অহোংবা মরক্তা, মমাংঙৈদগী মণিপুরগী নিংথৌশিংনা শাবম্না মপান্দা লৈবিবা গোবীন্দগী লাইশঙশিং অসিদসু তেকথ-কায়থরক্লবা, মমি শাম্লবা মতম অমগী নিংথৌশিংগী মতীক মগুণগা লোইননা তৌরম্বা শিনলম-লাংলম্বা, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা থবক থৌরমশিং পুম্নমক মতমগী ঈচেন্দা তাওথখিবগী অহোংবা মমিশিংনা লেপতুনা লৈহৌবগুম লৈরিবদু উরগা পূক্লিং নুংশিবা অমা পোকই। গম্ভিরসিংহ অমদি নরসিংহগী রাজবারিনি হায়দুনা বৃন্দাবন্দা লৈহৌই। তেক কাইরবা ফুড়া দলান কয়াদু উরগা মতম অদুগী নিংথৌগী মতীক মগুণ অদুগী নীংশিংবগী মমি ওইনা লেপতুনা লৈহৌরি। য়েংলু য়েংলুবদা পূক্লীং য়াম্না নুংশিনিংঙাইনি। রাধা কুণ্ডা, শ্যাম কুণ্ডা অনীগী ঈশিংদু ওম্থোক্লা মোৎলি। অরাক অরাকপশিংদুনা হৈ লৈ চেঙ থোইদিং কৎশিনবমক্তদা কুণ্ডগী ঈশিংদু শঙত্রিক শঙনা উই। কনাগুম্বনা মশা-মশাগী মাগী নুংশিজরবা মপুরোইবগী মাগী নুপীগী মমিং থাদুনা থমলম্বা অঙৌবা মার্বলগী নুংপাকশিংদু ঐনা মথং মথং পাবা হোৎনর্রবি। খণ্ডন চানবা কযা অমসু য়াওবমগনি। মখোয় অদু ঈশ্বরদা তিনজরবগী ভাবনি। অসুম্না অহীং ওইবিবিঙৈদগী তীর্থ চৎপা মীশিংনা লাংবা নিলখোংবনা পীকথল্লি। বৃন্দাবন অমদি মথুবাগী লৈরক খুল্লক্তা মতম চুপ্পগী অসিগুম্বা নিলখোংবসি তারগা পূক্লীং হকচাং অনীমক অসে ঈশ্বরদা যাম্না নকশিল্লকপগুম তৌরম্মী। ইমাবু পুদুনা চৎপা য়াবা মফম চৎলুবে। ময়ামগা খোঙবু ওইদুনা চৎপগী নুংঙাইবা অমসু লৈ।

য়ুনিভর্সিটি গী ইন্টলেকচুয়েলশিংগী ওইবা সোসাইতি অমগী এক্সপেরিয়েন্স, অদুগা ইচম চম্না ঈশ্বরগী ভক্তা ময়ামগী মবক্তদা লৈবিবা নুংঙাইরবা পুন্সিগী এক্সপেরিয়েন্স অনী অসিগী মবক্তা চাউববা খেন্নবা অদুগী তাইশিন্নফমদা লৈরবগুম

ঐহাক অমুক অমুক বিভুলা চুরকই।

অমম অঙান শিন্নরকপদগী অহলশিং, নহাশিং , কয়া অমা গঙ্গাস্নান চৎনরি। মখোয়গী মরক্তা ঐসু য়াওরুই। ঘাতশিংদা হি মরাং কাইনা লৈ। কনা অমনা হি তোংদুনা চৎলি। কনা অমনা ইরুপ্পী মীয়াম্না কৎপা চেং থোইদীং হৈরুক হৈরাতনা জগা অদু য়াম্না মোৎলি। অহনশিং খরনা লীক্লিদা করিদা ঈশিংদু পুনবা শোক্লবি। মীওইবগী অন্তকাল যৌবক্লবা মতমদা গঙ্গাগী ঈশিং পীথক্লবা মণিপুর যৌরগা শেংলবা গঙ্গাজল ওইকুগদৌরিবনি। মুখ্র মুখ্রবা থিখ্রবা মোৎখ্রবা কয়া অমনা ফী সৃজিল্লি ইরুজসিল্লি ফত্ত হৌদি অমাং-অশোয়না পীক থনবা মফমদু ফংই। ইবাপ লাপ্তুনা কারুম-কারুম পোৎলোইবা লৌইফাত্তনা ঈশিংদা লংথরল্লবা অশিবা হকচাং অদুসু অপীকপা খাজিংগুম্না ঙাশিংনা ওন্থোক্লা হাওনা চানরি। পূন্নমকসি উকুরগা ঈশ্বরগী ভক্তশিংনা ইকুপচরিবা শেংলবা গঙ্গা অসি মীওইবা ঐখোয়গীদমক্তা কয়াদা অরাবা খাংলিবনো খল্ল-খল্লগা হান্নগী লৈফমদুদা হল্লকই। নুমিৎ চুপ্পা খল্লি থাজবা হায়বসিনা পোৎ খুদিংমকপু অসুক্কী মতীক মগুণ হেনগৎহল্লি, ফজহল্লি, নুংশিহল্লি। কৃষ্ণ ভক্তিদা ঙাওরবা মীতৈ নিংথৌশিংনা অসুক য়াম্না লাপখ্রবা লমসিদা লাক্লুনা ফুরা দলান কয়া শাদুনা থম্বীবম্মী। হৌজিকসু মীথুঙফম শঙ ওইরি। অদুগা ব্রাহ্মণ অমদি নিংথৌগী শক্তিনা মীতৈ প্রজাশিংদা বৈষ্ণব ধর্মগী য়াম্না হেনবা অন্ধবিশ্বাস অমাং অশেংনচিংবগী চৎনবী অসি য়াম্না মরা তানা চুশিন্দুনা লৈখরে।

ঘাতকী কুমথফমদা, বৃন্দাবন্দা, কৃষ্ণগী খুয়াদা উফুল ওইনা তিনজগে খনজববা বৈষ্ণবীশিংনা অদুগা চাক্লীবা চাক্লীবীশিং অদুনা ভিক্ষা নিরি। মফম অসি লৈত লাইব নামা শোইবা ভিক্ষা নিবাশিংগীসু হিংনফমনি। হে গঙ্গা ইমা ইবেম্মা, নহাক্লা মীওইবদা পীবীরিবা দান ময়ামসে লোয়বা নাইদ্রবনি। নঙগী নথানুংদা ফত্তবা কয়া অমা তৌশিনবীরবসু নহাক্তি ঙাকপী হৈবীনি ইমা। অখাঙকনবী দান পীনবী গঙ্গা মাতানি। গঙ্গাগী ঘাততা ইরুরিবা ময়ামদুগী মবক্তা ঐখোয়সু চৎমিন্নবিবা খোংবাশংগা লোয়ননা ইক-মাইথজবা। লোয়রে। চেঙ, থোইদিং লৈ হৈরা পুরকপশিংদো গঙ্গাদা কৎলমলে। অদুগা মাখোয়দুগী মতুং ইন্দুনা মনাক নকপদা লৈবা তীর্থশিংদু কোইব্দরে,

চন্দ্রাবলি কুণ্ড, রাধা কুণ্ড, শ্যাম কুণ্ড, পশুরাম কুণ্ডনচিংবা লোইনা য়ৌরে। মথংগী নুমিৎতুমসু অহীং হৌগৎলগা তীর্থ চৎপা ময়ামগী তুংইন্দুনা চৎলি। য়াম্না নুংঙাই। মসিবু নুংঙাইবা মখল অমনি। বৃন্দাবনগী পীকখ্রবা কৈথেন্দুদা অথুম অহাওগী শঙ্গোমদগী থোকপা পোৎ য়াম্না মরাং কাই। মীতৈ খরদি ললোন ঈতিক্কীদমক্তসু লাকই। অদুগা বৃন্দাবন্দ তীর্থ কোয়বা লাকলিবশিংদু পোৎচৈ লৈদনা হনবদি ইয়াও য়াওদে। মরক-মরক্তা বৃন্দাবন জয়পুর, কোল লীক মচা-মশু লাইগীদমক্তা শীজিন্নবা পোৎচৈ, শাল ফিরোল অতৈ অতৈসু য়াম্না লৈনরি। সিদগী হোংনা লৈরগা মণিপুরদা তাংনা য়োন্নবসু য়াওরি। দুকান্দারশিংদু মীতৈলোন ফজনা থোক্লে। হন্দক্কী খোঙচৎ অসি মখল মথেলগী এক্সপেরিয়েন্স নি। ফনবু নুংঙাই খর অমনা মীতৈ লোন ঙাঙলি খর অমনা হিন্দি ঙাঙবা হৈবরা হৈতবরা পোৎ লৈবদা মমল হেন্না লৌবীহৌবসু কোঙ্গাইনি। অসুম্না তীর্থ চৎপা লাক্লিবা হনুবীশিংদুদগী ফনা য়াম্না শেন্দোং লৈহৌবা ব্যপারিসু য়াওরিবনি।

ময়ামদু উবদা ইমাদু ব্বারমাল্লে কাদা পোত্থানীংলে হায়দুনা হল্লকলে। ইমাবু পোত্থাহল্লম্লগা ঐ হাক্না মন্দিরগী অকোয়বদু চৎতুনা সুম যেংই। ফনা চাউবা রাজবাবিনী। মখোয়গীদা লৈরিবা লাইগী পূজারী অয়াম্না মণিপুরী খণ্ডই। মীতৈ বামোন অমা মাগী ইমূংগা লোয়ননা থায়না মমাঙৈদগী অদুমক লাইগী সেবা তৌদুনা লৈবক্লবনি। লাক্লীবা যাত্রিক খুদিংমক্কী চানথক্লবা মখোযনা লোয়না পাংই। ওন্থোক্লা মপূকচেল তপ্পী। অদুক য়াম্না মণিপুবদগী লাক্লিবা যাত্রিকশিংদুগী পেন্নবা হোৎনৈ। অহীং হৌৎতুনা মথংগী তীর্থা চৎনবা ইরু মাইথজবা লোইবে। যাত্রিক ময়ামদুনা লংনরিবদু উবদা পূক্লীংদদী ঈশ্বরগী ননাক্তা য়াম্না নকশিন্ননিংলকপগুম তৌই। ইমাদু মশা কয়া নুংহাইতবা মাল্লি। মতম খরগী মমাংদা ঐখোয়না পাবুংগী সোরাৎ শোনবা লাকখিবদু নীংশিংলমগনি। বাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড অনীগী মরক্তুদা অঙৌবা মার্বলগী নুংপাক্তা পাবুংগী মীং হক্তুনা মন্দির মচা অমা কৎলম্নদু হুজিকসু লেঙদনা লৈহৌরি। ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা ইশাসি ইহৈ হৈনীংদবগুম পূক্লিং য়াম্না নুংশিরকপগুম তৌরম্মী। ইমাদু মশা নুংঙাইতে হায়দুনা পোত্থাহল্লম্লগা ময়াম চৎপদু য়াওনীংদ্রদুনা রাজবাড়িগী

পূজাবিদুগা ইবান্নী লাই কৎনবা হৈ রা খরা য়েংলুসি হায়দুনা অদুম থোরকই। ব্রাহ্মণ মচাদু মীতৈতগা লোয়নদুনা অসুক কুইবসি লৈক্লবনিনা মণিপুরী মচাগা অমহা ওইরে। মরোন করি অমত্তা থোয়দে। মানা বৃন্দাবনগী লৈরক খুল্লক অয়াম্বা পুদুনা চৎমিন্নরে। পুন্নমক চৎলুরবা তুংদা কদায়দগীনো যমুনা মপান তাবা লাইশঙ অমদা লাক্লে। চাউখ্রবা লাইশঙনি। ঐখোয়গী লমদদি অসুক চাউখ্র চাউখ্রবা ফুরা দলান লাইশঙ অমত্তসু লৈতে। মদুগী মনুংদা চেল্লিবা লম্বীদু চুমদ্রিং চম্না যমুনাগী ঘাত অমদা ফাওদোবকই। ঘাত্তুদা হিনাউ মরি মঙানা লাম্থোক লানশিন তৌরি। ব্রাহ্মণ মচাদুনা হংই, ঈচে যমুনা মপান্দা চৎনীংবরা? -

- উম চৎসি হি তোংসিরা-

আ-হোয় সোমদা কুমথখরসি লাকউ। খরা ঙমজরবসু লম্বীসে মসিনা শম্বনি। ইবান্নী ঘাত্তুদা কুমথরকই। আ-মখাদা অঙৌবা এমবেসেদর কার অমা থারি। ফিঙৌ শেৎপা মী খরা লৈবগুম তৌই। মীতৈ মাল্লি মখোয়সু তোর্বান তম্না চৎখৎলকলিবনি লম্বীদা ওক্লুরে। খরা অমদি গাড়ি কাখৎখ্রে মী মঙা তরুক্কী ঐনা মশক খঙবা ঙম্বা য়াওদে। য়েংলুবগী কান্নদবনিনা য়েংলুদ্রে। ঘাতগী দৃশ্যদু পুক্লীং হুনবগী মশক্কী। ঙোরোক ঙৌবা লৈঙোই মপৈ মপৈনা লুপা মপৈ থম্বদু মঙাই। চরোৎ হাবুংগী মপৈ মপৈ কয়া অমা শন্দোকখ্রি। ঈশিং থুমলুবগী পুন্নমক ইশেং শেংই। নাপী মচা মশু ইহৌ-হৌদ্রে। ওম্থোক্লা ফজখ্রবা লৈঙোই শেক্তোনি। নুংশাগী মঙালনা যৈবদা পুমলং-পুমলং লংবা মঙাল থকতোরকই। কদাইদগীনো করিদগীনো থম্মোযদা পুবা ঙমদবা চৈনাখোন অমা তত্তনা ফাওরকই। মথোং মরম খঙদনা পূজারীগী মতুং পংইন্দা ইল্লি। করিগীনো খঙদ্রবা অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তা ঙাইরবা মেনশিনবা ঙম্নরোইদবা থম্মোয়গী চৈনাখোন অমনা তত্তনা শাফু কন্না য়ৈবগুম তৌই। ঐখোয় অনী হি তোংসি হায়দুনা ঘাত্তা কুমথরকই। মী অহুম মবি লৈরি। ঙসাইগী গাবিদুদা পুন্না লাকপা ওইগনি। অতোপ্পা মী খবসু হি তোংগদবগী ঙাইনরি। মখোয়গা পুন্দুনা হি তোংদুনা তোর্বান বাংমা লাল্লুনবা শেম শারে। অতোপ্পা হি অমা তোর্বান যৌদুনা থাংজিল্লরে। ঐখোযগী হিদুসু মী য়াম্না কুমথনখ্রে। নহান নোংমা ঐগী ইনাক্তা লাক্লম্বী নুপী অমা যাওবকই।

ঐবু উবদা মানা

- "হৈমা ইবেম্মা নৎত্রা?"

- মানি ইনমবেম্মা করি .................।

মখা তাদ্রিঙৈদা মাগা লাকমিন্নবা খোঙবুশিংদুনা লাকও হায়না কৌরম্লগা খর হাল্লপ চৎনখ্রে। মখোয় অঙন্বা সিড়ীদু কাবা হৌখ্রে।

ইনমবেম্মদু ঙাইহাক লেপ্পী- ঐগী খূৎসি পায়শিল্লগা হাযবমই , ইমাগা পাবুংগগী অরোইবা অষ্টিগী ফুল অদু যমুনাদা থাদবা লাক্লীবনি। নখোয় তামো য়াওরি - হান্ননা গাড়ীদা তোংখ্রবনি। ঐখোয়না কোলহৌরিবনি ঐ চৎলগে ·।

ঐগী খূৎতু মানা থাদোক্লম্লগা চৎখি। ঐনা খঙলকপদা মাসু লৈরমদ্রে গাড়ি অঙৌবদুসু লৈরমদ্রে। পুজারীনা হিনুংদা কৌরকই, ঈচে লাক্লো হি থাগদৌবে। ঐসু কাখৎতুনা ফমলে। হিদু তপ্না হোন্দোরকলে। ইয়ায় য়ৌরকপদা লৈঙাং মচুগী ফিনা পুনবা কোরি চফু অনীদু লৈশু মযামগী মরক্তা লুফেৎ লুফেৎ পূন্না তাউথমিন্নরি। মীৎতগী পী তারকপা খঙহৌদে। ইমাহন্দু মনীং থুংজরম্মনি। পাবুংগা মাগা সর্গদা খুৎশম্নদুনা চৎলম্লগনি খল্লুবদা নুংঙাইজে। মখোয় লাইরৈবাক্তা লৈমিন্নরম্লসনু। চফু অনীদুনা তাওথখিবদু বীন্দুমুক চাউবফাও ঐনা য়েংলি। অসুম অসুম তাওথখিদুনা ঐগী মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈখ্রে। ঐনা জ্ঞান তারকপদা তোর্বান ৱাংমা য়ৌরে। পুজারীনা, ঈচে! য়ৌরে কুমথবীরকলো। হায়রকপদুদা জ্ঞান তারকই। মী পূম্নমক তোর্বান্দুদা কাখৎতুনা যমুনা মপানগী ফজবা দৃশ্যদু য়েংলি। ঐগী থম্মোয়গী অহাংবা মরকসিদা ফজবসিনা কৈদৌদোইনো ? মসিনা হেন্না পূক্নীংবু ৱাহল্লি। পুন্সিগী অর্থ লৈনা হিংলিবা নীংবা থুংলবা শাবী শানৌ অদুগা অৱাবা মৈচাক ফংদ্রিবা কনাগী মফমদদি পূম্নমকসে কয়াদা ফজরমগবা। ঐগীদমক্তদি মৈচাক্কী মৈচাকঙাক্তনি। অসুম্না মতমশিংদো হৌখিনবা হোৎনবদা কয়াদা ৱাখ্রবা-। কাদা হল্লক্লে মথংগী খোঙচৎতি ঋশিকেসতা চৎকনি হায়নবে। ইমানা যাদদুনা অদুমক হল্লক্লে। দিল্লি য়ৌরে অদুদগী কোইমবাতোর গীদমক্তা খোঙশাল্লক্লে। অসুম্না ঐ অমদি ঐগী পুন্সিগা মবি লৈনবা পুম্নমক্কী পুন্সিগী খোংচৎ অসি অসুম্না চৎথবকাখি। পুম্নমকসি নিংশিংলুরগা ঐহাক কপ্তবা ঙমদে।

# তরেৎশুবা শরুক

জসবন্ত ময়াংইম্ফালদগীনি। মাগী ব্রারিসি অসুম্না নোংমা কনাগুম্বগী মচিন্দগী তাখি। ব্রানা নংনা হৌজরকপনি। নীংবা থুংদবা কয়া অমনা চাহৎলবা পুন্সিগী অব্রা অনা কয়া কোকথোংনারিবা নৌরিবা নহানি। জর্জ সাহেবকী ইমূংগী মী অমা ওইনা দ্রাইভর গী থবক্ত নত্তনা ইমূং মনুং পুবদা চাউরবা থৌদাং লৌরিবনি। ময়ূমদা নুংতিগী হন্দুনা চৎলম্বনি।  অদুবু সাহেবনা হেক পামলকপদা কৌনবা নাতৈ চাদে হায়দুনা মহাকপুসু ইমূংদুদা লৈহনবনি। মমৈদদি মহাকসু ইমূংদুগী মী হায়বদু ওইরক্লে। মেম সাহেপনা  চৎথোক-চৎশিন তৌবদসু মহাক্না নৎত্রবদি কনাসু লৈতবগুম তৌই। কৈথেল কাথোক-কাশিন পূম্নমক জসবন্ত য়াওদ্রবদি ইয়া য়াদে। ইমূংসিনসু মাবু অতোপ্পনি খক খন্দে। মানা চাজরিবা তলবতুনা ইমূংদা মাচিন মনাও ময়াম শেম্বদা মতেং ওইরিবনি। মা মশাদি লাইরিক নীংথিনা তম্জবা ফংখিদ্রে। মাগী মরম ওকপা পূকচেল ফজবা উবদা সাহেবনসু মাবু য়াম্না লুনা চান্না তৌজে।

মেমসাহেবনসু মাবু অতোপ্পনি খক খল্লুদে। পোকমিন্নবা মনাউগুম্না লোয়নৈ। মানসু মেমসাহেবকীদমক্তা মথব্রায় ফাওবা কৎকে খনজবনি। অসুম্না ইচম চম্বা মরী অমদগী পুন্সিগী তৎন থানবা য়াদ্রবা মরী অমগুম ইমূং অসিদা জসবন্তগা লৈনরি।

- জর্জ সাহেব বিপিনগী মরমদা হায়রুবা তারগদি মহাক যাম্না নৌনা জর্জ কারবা মমীং লৈবা উকিলনি। ইমূং মনুংগী য়েংলুরবদি মপা মপুনা কৈরাক থারম্লবনি হায়বমুক যাই। জর্জ সাহেবপু হেক পোকপা অহন্দুসু থাইনা নিংথৌ পাল্লিভৈদা গারোতকী মেম্বর  ওইরম্বদুনা লৈবাক্লা শকখঙনরকপনি। অহনশিংদু লৈখিদবদা ইমূংদু

পুবীনবা লৈতবনা জর্জ সাহেবপু লুহোংথোকপীনবা মচে ইবেম্মানা কন্না হোৎনবনি। তিন্নরুবা মরূপ মপাংগী নুংশিবগী মায য়েংনবদা মচেবেম্মনা শিন্দুনা মেম সাহেবপু হায়নশিংনদুনা লুহোংবীবনি। মচেবেম্মানাসু মানা হায়রগা মৌপৱানা মরাইনা য়াজগনি খল্লুবনি।

মেমসাহেব তশেংনমক মেমসাহেবনি। মীং অসিমক্তী মাগীদমক্তা ইমূংদুগী মবেম্মা ওইরিবনিনা মীয়াম্না কৌনবা মীংনি। সাহেবতো থবক য়াম্না চিনবা মীনি। নোংঙানবদগী মহাক্কী চেম্বরদা মখা তাবা উকিল ময়ামগা থবক্তা চিন্দুনা লৈজবনি অফাওবা উকিলনি। ইমুং মনুংগী চুম শো পায়বীনবা, মীয়াম চঙবা অচৌ অশাং ইমূংদুগী অৱাৎ অপা য়েংশিনবা অদুগা পূম্নমক্কী ভার লৌবীনবা হায়দুনা মচেবেম্মনা পামজনা থিজরুবা মৌনি। মাগী হায়ববু অচঙ-অচঙ চাবা ইমূংদুগী পুজারীবু পান্নবা, সাহেবকী হানবা মথেন শেন্বা, চাখুম পানবা, ফীরোন মরোন-মরোন নাইনা লুনা নান্না থম্বা, কৈথেল কাথোক কাসিন খঙন-চান্নবগী থৌদোক-ৱাথোক ইমূংগী মহুৎশিন দুনা চৎপা অসিমঙাই। পূম্নমকসিগী য়ূম্বুরেম্বীনি অদুবু তৌবদদি সাহেবনা নোংমতা মথম্মোয় শেংনা মাগী নুপীনি হায়দুনা থম্মোয়গী ওইবা অৱা নুংঙাইগী ৱারী ৱাতাই তাথোক-তাশিন তৌদুনা পানবা য়ূম্বানদি নত্রে। সাহেবতো মথৌ চিল্লি।

মেমসাহেব জর্জ সাহেবকী ওইবদা মতীকচাদবী নুপীদি নত্তে। শকচু চঙখোন্না ফজে-মহৈ হৈ। মাগী অৱাৎপা হায়ববু মমা লুখ্রাবিনা ৱানা নংনা য়োকচরকপনি। অচৌ-অশাং ইমূংদা ওংজরুবদি মখূত্তা হামদুনা চারুবনি খন্দুনা থাজখিবনি। অসুম্না অচৌ অশাংগী ইমূংনি হায়দুনা নুপীনা মপান ইপান থোক্তুনা থবক ইনখাং তৌবসু ইমূংসিগী চৎনবী নত্তে হায়দুনা তৌহনখিদ্রে। তৌবগীদি মেম সাহেবকী মমা ইবেম্মনা জর্জ সাহেবকী মচেবেম্মগা অনীনা ফিয়োনফম ফমমিন্নদুনা মরূপ মপাং ওইবগী সঙ্গদগী পুশিন্নরকপনি। লুহোংবা চহী অনী অহুমদি হায়রে মচা অমত্তা পোকতে। সুপ্নগী মেছিন্না শাবা মী অমগুম্লবা মেমসাহেবকী পুন্সিনি। য়াহৌবগা মপুরোইবগী বেদ তি নংননবা হোৎনজে-অদুদগী ব্রেক ফাষ্ট, লঞ্চ, দিন্নর চৎনবগী শেম শাবা পূম্নমকসিদা মহাক ঙাইহাক্তা পোখাদে। মপুরোইবগী সেবাদদি মপূক্লিং চঙজৈ। মসিনা

সুম পেল্লিবরা হায়বদুদি মহাক্কনা খঙলিবনি। ইমুংগী চুম শোবুদি মপায়রি অদুবু মপুরোইবগী থম্মোয়গী চুম শোদুদদি পায়বা ঙমখিদ্রে। মদুতদি শিন্নবীদ্রে। মসি মপানগী মীনাদি খঙদে জসবন্তনদি খঙই। মহাক্কী নুংঙাইতবদু মাতনা খঙই। ৱায় নুংঙাইতে হায়দুনা মেম সাহেবনা মঙোন্দা নোংমতা উৎখিদে। মাতনা খঙজবনি। পুম্নমকসি ওইদুনসু নুংশিব অমদি মীহৌবনা ঐগী মীৎ তাংলবগুম্মী।

নোংমা জসবন্তগী পুন্সিগী অমম্বা নুমিৎতু অসুম্না ইখঙ খঙহৌদনা লাকখিবনি। নুমিৎ অদু মোরেদা চৎকদবা প্রোগ্রাম অমা লৈ। জসবন্তদু য়াহৌবদগী জর্জ সাহেবকী জীপসিদু খরগা হেন্না ঙৌননবা তকলি। পূং নিপান তাশিল্লক্লে মাসু লৌইশিন্নবা কন্না হোৎনরি। সাহেবতু চৎননবা শেম শাবা লোইশিল্লে অদু ফাওবা মেম সাহেবতি চৎকদবগী শেম শাবা উদে। জসোবন্তনা ইরু মাইথজবা লোইরগা চাকশঙদা চাকচানবা চঙখ্রে। মেমসাহেব ময়ামগী চান থক্লবা শিললাংলি। চাক চান চান জর্জ সাহেবনা হায়খি, "জসবন্ত নুমিৎ হুমনি নৈরুগদবনি পোৎচৈ শুনা পুগদবনি"। মদু খঙনা মেম সাহেবনা লাংজৈ। সাহেবকী মনীংথুংনবা হোৎনজবনা মাগী মথৌনি। অৱাৎ অপা জসবন্তগা তান্নদুনা হাপচিল্লে। অদুবু মাগী মেম সাহেবতি ইরোই লোইশিন্দবদুদা জসবন্তনা হায়রুরি।

-মেম সাহেব পূং মাপল তারে লোইশিনবীরুরো। মাগী ৱাখন্দদি পূমচম চম্না হায়দোকখিবনি। জর্জ সাহেবনা শাউরপ্লা ফলপ য়েংলকই। মপূক্লীংদা মরোন অমা লোনখিবদু অমসু অমসু ভাব ইতা তানৈ। জসবন্তদনি তাদবা অমুকসু মখা তারকই। সাহেব ঐখোয় মেমসাহেব চৎলোইদ্রা? জর্জ সাহেবনা খুমখিবা তায় ......।

-মানা খঙবা হৈবা নত্তে। য়ূম থাদোকপা য়াবা পোৎ নত্তেদা। নঙদুম লোইশিল্লুচো- পোৎ চৈ ৱাৎতনবা। মেম সাহেবতু মদু খঙনা শিল লাংই।

লম্বীদা জসবন্তদু য়াম্না নুংঙাইরকত্রে। মাগী মেম সাহেবনা করি খল্লিদগে খল্লুবদা। করিগুম্বদা নাইতোম তাহৌরবী পোন্দা ফাজিন্দুনা থমহৌরিবা চেক্লা অদুগীদমক্তা মরম ইরৈ লৈতনা ৱারুরি। হান্না থানরবা প্রোগ্রামনি। লম্বীদগী ঐবুসু পিক অপ তৌরক্কুনা ঐসু য়াওনা চৎলে। য়ূমগী নুপীদা মবূকচেল শেংদ্রবা নুপা অসিগীদমক্তা জসবন্তনা ৱাদবা ঙমখিদে। নুমিৎতু মহাক্কী মেমসাহেবকীদমক মহাক য়াম্না নুংনাংখি।

ঐহাক্লা জর্জ সাহেবকী ওইথংবা নাকন্দা ফন্মী। থেক্লা খোয়ন চেল্লিবা চীংগী লম্বীদুদা ঐখোয় লাক্লে। করিগুম্বদা অঙম্বা চীংমায় কাবগী জিক জাক মরক্তুদা থৌনবা হোৎনবদা অতোপ্পাগী ৱাখন কাউহনখি। লম্বীদুসু শেম্বা লোইদবা মতাং অমা থোক্লুনা জরনিদু খরদি ৱায়। মফমদু য়ৌরদুনা মাগী মাগী লৈফম ফংনদুনা তোখায়না চৎনখ্রে।

জসবন্তদি অহীংদু তুম্বা য়াদে। মেম সাহেবতু ওম্থোক্লা নুংঙাইরম্লরোই খল্লুবদা। জর্জ সাহেবকী মওং মতৌসি মহাক ইয়া য়ানীংদে। মহাকপু পুবীরক্লবদি ফদৌনি খন্না খন্না অহিংদু তুমথনবা হোৎনৈ। খনখি, নাকেন থাগী উনা ৱানা পুম্নমক কেন্দুনা লৈশাৎ তমদ্রবা উপান্বীদু করম্বা মতমদা য়েন্নিং হুল্লক্কদগে। নোংজুথা লাকপা নংদনা কংদুনা মাংপ্রগদ্রা খল্লুবদা মহাক ৱাজে। জর্জ সাহেবকী অশাউবা মীৎয়েংদু নীংশিং নীংশিং নোংঙালমদাইদু ঙাইহাক উইথনবা হোৎনরি। তুমবা য়াদ্রদুনা মপান্দা ঙাইহাক্তুং হকচিক লাংবোই করিবোই মানা লৈরিবা কাদুগী মনীংথংবা বেরেন্দাদুদা তুমীন্না লেপ্তুনা পুর্ণিমা মতুংগী থেংলবা অহীংগী ঈংন-চিক্লা থোক্লিবা থাবলদু য়েংদুনা ঙাইহাক তুমীন লেপতুনা লৈরমই। তাইবঙপান পুম্নমক মনা মনিল নাইদনা পোত্থানরিবা মতম্মী। পোত্থাফম খংদ্রবা অৱা চৈথেং ফংলবা খরতনি তুম্বা য়াদনা ৱাখন্দা ককঙাওনরিবা। অসিগুম্বা চিক্লবা নিংথমথাগী ইংখ্রবা অহিংসিগী থাবলসিদা নুংশিনরিবা শাবী শানৌগীদি থবলদু ময়ুমদা চঙখিনি, অহীংসি লোইখিনি খল্লুবদা কয়াদা পামুরিগবা। অদুবু জসবন্তদি ওমচাক্লরি পোত্থাফম খঙহনদ্রি। নুমিৎ হুম্নিসে প্রপ প্রপ হৌখিদুনা য়ূমদা হল্লবদি কয়াদা নুংঙাইগনি খন্দুনা থৌদোকশিংদু হৌখিবা ঙাইরি।

অসুম্না নুমিৎ হুম্নিদু হৌখ্রে। ফিয়ারৱেল পার্টি দা ময়াম ইরাং লাংনবা মরক্তুদা জসবন্তনা সাহেবপু উদে হায়দুনা থিরুবদদি মহাক্লা চীংনরিবা অদুমক চুমলল্লে। কনাগুম্বশিংগী খ্বাইদগী নুংঙাইবা ওইরগসু কনাগুম্বা খরগীদি খ্বাইদগী খোইশাউনবা খোঙচৎ অদু লোইরদুনা হল্লক্লবা শেম শারে। নাকল অমরোমদা মেম সাহেপ কী চল্লবা পুন্সি মথম্মোযদা ফুমদুনা লৈরিবা নুংঙাইতবা কয়াদু খল্লুরগা জসবন্তদু নুংনাংলুরি। লম্বীদা হল্লকপদা জসবন্তনা হৌদোকলুবি।

-সাহেব, মেম সাহেবতু মোরে চৎনীংই হায়বনি পুরীরক্লল্লবদি হরাউজগদবনি।

মতোমতা য়াম্না নুংঙাইরমলোই। মীপুম্নমক জুরা জুরা লাক্লগা ঐখোয় সাহেবতি ইতোমতা নুংঙাইবা হৌনদে। হন্দক্তি সাহেবতু মরাল লৈরবা মী অমগুম শকফম হনজিল্লি।

জসবন্তদু "নঙ মেম সাহেবপু য়াম্না নুংশিবরা করিগীদমক্তা ৱাবীরিবনো নঙনা" হায়না খুমলক্লবদি খুমফম লৈরোই হায়বসি খঙই অদুবু খঙহৌদনা হায়দোকখিবনি।

- মথংসু য়াম্না চৎখিগনিদা। মদুদা পুবীরসি। পলেল বজারদগী করি করিনো খরা লৈখিসিরো প্রপ প্রপ লৈরকউ। সে পৈশাশিদা লৈবে। লুপা চামা চৎপী অমা জসবন্তদা পীরগা পোৎ লৈবা থাখ্রে।

ঐহাকসু পুম্নমক খল্লুনবা মতম লৈরমদে। মমাংগী অহিংগী থৌদোক্তুদা নিংশিংজবদা ইতোমতা কয়াদা পেনজরিবা। ৱা-লান ইঙাঙ ঙাঙদে। ইশুক-শুকথবদু উবদা বিপিন্না হায়রকই।

- কৈদৌরে ইশুক শুকথরিবদি। উংদুনা লৈরিসিনা।

হুম কৈসু তৌদে। মাবু পুবিরক্লম্লবদি ফগদৌবনি খল্লমলিবনি। ঐ মাগীদমক্তা খনবদা য়াম্না নুংঙাইতবা পোকই।

- মাগীদমক্তা ৱাবিনবা লৈরিবসিনি। নঙনা করিগী ৱাবীরি। নঙদি ঐগীদমক্তা খল্লু হায়রগা । নুংশিনবা থম্মোয় অনীগীদমক্তদি পুম্নমকসে ইফ ফজে হায়বদুনি। অরাপ্পদা জসবন্তসু পোৎ লৈবা লোইদুনা লাক্লে। সাহেবনা মানা য়ৌশিল্লকপগা মপা চানা হংখি।

-করি করি লৈরকলিবনো?

- করিসু থোক্তে ঙল্লিবনিনা মাইরেন খোঙদ্রুমদগী হেন্না, চুজাক খরগা লৈরকই। গাড়িদু অমুক স্তার্ত তৌদুনা ইম্ফাল য়ৌনবা থোরক্লে। ঐবু য়ুমদা থিল্লম্লগা মখোয়সু য়ুমদা য়ৌরে। মেমসাহেবতু হান্না অদুমক থোরক্তুনা গেত হাংদোকই। পুবক্লিবা পোৎ চৈদু পুন্সিল্লগা ইমূং-চঙখ্রে। জসবন্তদি তোয়না লোয়নববনিনা সাহেবকী অবোনবদু খঙইবনি। সোমদনা মেম সাহেব হায়বা মীংথোন অমা মযাম্না পীরিবা অসি মঙাইরে। মসিদা জর্জ সাহেবকী নুপীনি হায়দুনা নুংঙাইজগদৌবা মঙাইরে।

অদুবু মহাকসু থম্মোয় পানবীনি। থম্মোয়গী ইখৌ লাংলমলোইদরা। পীক্লিবা অঙাংনা মমাগী নুংশিবগী মীৎয়েং মখাদা নোংমা-নোংমগী চাউবগুম নুপী ওইবীশিংনা মপুরোইবগী নুংশিবগী মীৎয়েংদা পেনজদুনা হিংজরিবনি, চাউথোকচরিবনি। অদু নৎত্রগবু যুম পানবগী অর্থসি কবিনো? লৈশাৎ তমদ্রবা মহে য়ানদ্রবা কংলবা পাম্বীগুম কয়াম কুইনা লেপতুনা লৈবা যাগনি। লন থুম ময়াম অদুনা মপুরোইবগী মহুৎশিনবা য়াবরা? নুমিৎ খুদিংগী থোক্লিবা উরিবা থৌদোক কয়া অদু খল্লুরগা জসবন্তদু মাগী মেম সাহেবকীদমক্তা ৱাজে।

নুমিৎতো জসবন্তনা কাউবা লৈখিদে। নোং অঙকপা ফংনা চুরম্বদগী হাংখিদুনা অতিয়াসি পূমলং লংলে। মরক মরক্তা পারপ তৌবা য়াংনা পাইবা লৈচিন অঙৌবা খবা নত্তনা থাজগী মায়াথোংদা খুমজিনবীনবা অমুবা লৈচিন অমত্তা লৈত্রে। শংবান্নরবা অতিয়াসিদা ১৪ নি পানবা থানা পূমলং লংনা ঙাল্লি। থাবলগী মঙালনা তাইবঙ পানসি লুপাগুম ঙৌরে হায়বমক য়ারবনি। নুমিৎ অসি জর্জ সাহেবপু গাড়ী অমনা লৌবা লাক্নুনা জসবন্তনা থিল্লু খোৎলুবা তৌদ্রে। ফনা থেংলে ১২.৩০ য়ৈখ্রে। মেম সাহেবতু থোঙনাউ ময়াদা তুমীন্না ফল্লি। কাদু মৈ পুমম মম্মি। মপালগী থাবলগী মঙাল দু অমমম্বা মরক্তগী য়েংলি। অহাংবা অতিয়াদা মনীং তম্না পাইরিবা নোংইন চেক্লাদুদা য়েংলিবরা মপুরোইবনা লাক্কদৌরিবা লম্বীদা য়েংলিবরা গুসাইদগী মমিৎ কুপ্পুবা মখৈ থোঙনাউ ময়াদুদা তুম্মীন্না ফমদুনা লৈবি। থংনবা কানা বসন্ত মতৈ মনাওগী কাদুনি। অযূক নুংথিল ইমূংগী থবক পূম্নমক লোইরগা খুরা অমুচৌগী রিক্সোদু থৌদুনা পৈশা তাল্লিবা বসন্তনি। চৌকিদার ওইনা জর্জ বিপিনগীদা লৈবনি। মাগী নুপী রানীনা ইমূংসিগী থোংবা থাকপগী থবক তৌই মখোয়গী হেলপরনি। নহানমখৈদি বসন্তদু ঙন্না ঙন্না হেক হল্লকপনি ঙসিদি বসন্তদু খর থেংলে পুং ১১ মুক তারম্লনি। বসন্তনা থোঙদু থিনবা নংদ্রিঙৈদা রানীনা হাংদোক্লে। ইমূংদা চৎখ্রে অদুগা রানীদা হায়খি।

- হুজীক ফাওবা তুমনীংদ্রিববা নংবু ?

- করম্না তুমদোইনো নহাকপু অসুক থেংনা হল্লকইর্বসিবু লম্বীদা করি তৌখ্রবা জাৎনো খনবদা যাম্না ৱারুরে ঐদি ।

- নঙবু কনানা ব্লাবিয়ু হায়বগে। নুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্বা য়াদরা?

- নহাক্না হল্লকত্রগা ঐনা করম্না নুংঙাইনা তুম্মু হায়রিবনো। খরা খরা ঙম্না হনবীরকউ। ঐ পৈশাকা অমত্তা পামজদেকো। য়াম্না পাখৎলি মতম্নগা ফৎতবসিদা।

- ঙসিদি সুমদৌবনি লম্বীদা অহল অমা থেংনরে। ঐখোয় ইমাখোয়গী লেঙ্গা ওইগনি। কৈথেল কুম্বা মালি। গাড়ী ফংহৌদ্রে, কোংবা ফাওবতা থিনবীয়ু হায়দুনা থিল্লুবনি। ঐনা থীনবীরমদ্রগদি মহাক মখোঙনা অদুক শাংলবা লম্বী অদু চৎকদৌরিবনি। ময়ূমদসু অপীকপা মশু অনীতগী হেন্না লৈহৌদে হায়।

- মচাদি?

- মাগী মচা নুপাদু কাপনবদা শিখবে হায়। পুলিস ওইরম্বনি মাগী নুপীদুনা হাকুম ময়ূম পানথোকখ্রে হায়না হনুবীদুনা রিক্সা মথক্তা ফমনা ফম্না শারিবা ব্লারীনি। ময়ূমদুনা কয়াদি লাপ্লন্নে। পোৎ শিংমন্দ্রবদুদা ময়ূমদদি চেঙ লৈহৌদর্বনিনা পোৎতুদা শিংনবা ঙাইরিঙৈদা গাড়ী ফংহৌদ্রে হায়রে। থিনবীদা য়াদ্রদুনা থিল্লুবনি।

- খঙদে খঙদে খরা খরা ঙন্না হনজিনবীরকউ। লৈফম চাফম খঙদে য়াম্না ব্লায়।

- বানীবু নুংশিনা কোনশিনবীরগা রানীগী চেঙহি মনম্না হারবা শমদু নানবীরুরি। ঙাইহাক মবান্নি অমনা অমগী মথাদা-চেৎনা কোনশিন্দুনা লৈনরুবা তুংদা বসন্তনা হায়রকই রানী .............।

- কবিগুরুম্বা ঐনা ফৎত নুংদা থোক্লুবদি নঙ কবম তৌনি - অসুম্না মপুরোইবগী পাম্বোম অনীদুদগী লাম্থোক্লগা বসন্তগী মচিনদু মেনশিল্লি।

- অদুম্না খক হায়গনু। মদু কৈদৌঙৈদসু ওইথোকপা য়ারোই। য়েংউ ঙসাইমখৈ নহাক লাকত্রিঙৈদা কয়াদা ব্লারুবা অদো! নঙগী নখোন তাবদগী লেপকে তৌবম্বা মীহুন মচাসে জ্ঞান তানা হুল্লে। নহাক মদু খঙদমালে।

- অদুদি য়েংগে, নঙ কয়াম্না পাখৎপগে হায়বদু। বসন্তনা রানীগী মথবাক্তা মখুৎ থমদুনা য়েংই। অদুগী মতুংদগী মখোয় অনীগী হবাউ তযাম্বগী মীনোকশিংদুনা

কাদু শিনথুংনা শন্দোকখিবদগী হেল্লদুনা অমমবা কাদুগী থোঙনাউ ময়াদুদা ঙসাইদগী লেপ্লিবী মহাকসু তারমগনি।

বসন্তসে ঙসাইদগী হুমাং অনপ কাংবমখৈ রিক্সা থৌদুনা কোয়চৎ চৎলুরবগী অৱাবদো রানীবু উবদা পূমকাউ কাউখিরম্মী। ঙাইহাক তুমীন তুমীন লৈনখি কাদু পূমচিক চীকই। ফন কুইনা লৈরুরবা তুংদা বসন্তনা মাগী ফুরিৎখাউদগী লুপা চৎপী, মখায় চৎপী, ফাও য়াওনা মঙা চৎপী কুন চৎপী অমনবা পৈশা চবূন অমা ফমাংদা থারিবা ফক্কুদা প্রোপ প্রোপ থাদরকই। পুন্না লুপা চামা হুমফুতরামঙানি। বসন্তনা রানীদা পী। সে লৌশিল্লু। রানীগী খূবাক্তা পৈশাশিংদু হাপ্পী। পূন্না কয়া শুরে রানী।

- লুপা লীশিং অহুম ফারে।

- হয়েংদি ইবান্নীগী তলবসু ফংলনিকো হন্দক্তি ঐনা সনাগী লীক অমা ঐনা শাবীরনি। শোয়দনা। নঙক্কু ইহাং হাংবসে নুংঙাইতে।

- ঐগী লীক্কা লাইরি। নহাক্কী খোঙগ্রাউদুম অমা শিনসি। ইফোৎ ফোৎলদনা মী মমাঙদা ইকাইজে। ঐনা লীকশিদবদি ফিনা খুমজিল্লগা উদে। নহাক্কী খোঙগ্রাউদি অতাক্লরে। অদুগনে অরেম্বদুননে শেল হেন্না লাকপা য়াবা থবক অমা তৌশি। অতৈ অতৈদি কোন্না মতম্না মরাইনা পুজরক্কনি। সে-লাকও ইরুজথোকপিররো। ঈশিং অশাবা ঙসাইনা থৌরাং তৌদুনা থমজরবনে।

থাবন্না ফিঙৌফৌবমখৈ ফরি। বানীনা শুমাং মতোন ওইরপ্না থারিবা নুংপাক অচৌবদুগী নাক্তা ঈশিং অশাবদু পুথোক্কুনা অইং অশা চাং ওন্দুনা শেম শাবা লোইরে। লুমবু লুমবু শাবা ঈশিংদুনা বসন্তদু ইরু মাইথজথোক্লী। রানীনা মনাক্কুদা লেপতুনা খুদৈদু পায়দুনা হোংদোকহন্নবা লেপতুনা ঙাইরি। বসন্তনা তৈথোক খোতোকপা লোইরদুনা মখূৎ তিংথোকই। রানীনা ঙাঙনবা ঙাইদনা খুদৈদু লানশিল্লি। অসুম্না মবান্নি অসুক্কী মতিক অমনা অমবু মতেং পাংনৈ, থাজনৈ। মপুবোইবনা ইরুবগী মপোৎ-মচৈ ময়ামদু লোইশিল্লগা পুদুনা চৎখ্রে। প্রপ প্রপ তৌদুনা চাক্কু থাংদোক্লে। মনাক্তা কাং চীকতনবা হুমাই অমা পাযদুনা হুল্লি। চাবা থকপা লোইদুনা থোঙনাউ লোনশিনখ্রে ঙাল্লম্বদো মমখ্রে। তুম্নখ্রে। অদু ফাওবদা মেম সাহেবতো মচি লেঙদনা অদুমক

লেপলম্লী। অসুম্না বসন্তগা রানীগনা ঙাঙ-শক্লরিবা কেনরিবা ইচম চম্বা লাইরবা চৌকিদার অমগী চমখ্রবা পুন্সিগী নুংঙাইরবা মীকুপতো মেম সাহেবনা লোইনা উরি। নুংগী মূর্তিগুম তুমীন লেপ্লি। মী পূম্নমক নিঙাইদনা তুম্নখ্রবা ফাওবা সাহেবতো লাকপা লৈতে। মেম সাহেবতো মপুরোইবগীদমক্তা নুপী অমনা ফাওফম থোকপা চৈনাখোল খনফম থোকপা ব্রাখল পূম্নমক মাসু নুপীনি চপ মান্নে অদুবু খেন্নরিবদি অমনা অচৌ অশাংগী নুপীনি, অমনা লাইরবা ইচম চম্বা চৌকিদার অমগী নুপীনি। ঙাইহাক লৈরগা জর্জ সাহেবতো হল্লক্লে। সুমাঙফাও থিল্লম্লগা গাড়ীদো অমুক চৎখ্রে। অচৌ অশাং ময়ামগী ওইবা মন্ত্রী য়াওবা পার্টিনি চৎলুরিবদু। মফি মরোন্দু ইনান নান্দে, ইনৈ নৈরদুনা মশাদু হৈনীংদনা তপ্না তপ্না ইমূংদা চঙনবা শিড়ী কাখৎলি। মেম সাহেবনা থোঙ হাংদোকপা মখোল তাই। সাহেবকী কা হেন্না লেম্বা মতৌ, ব্রা ঙাঙদবা চীংলেম্বাদুদা মেম সাহেবসু করি অমত্তা হংদে অদুবু মথম্মোয়দদি হংলি। নহাকপু কদায়দগী লাকলিবনো? ঙসাই বসন্তনা মাগী নুপীদা নঙ হৌজিক-ফাওবা তুমদ্রিবরা হায়না মপুরোইবনা হংলম্লবদি মহাকসু খুম্বা য়াবনি। নঙ লাকত্রবদি ঐ করম্না তুম্বা য়াগনি। ঐগী থম্মোয়সে নঙবু ঙাইবদা ব্রাদবোই নীংব্রা? কায়দনা হায়রম্বা য়াবনি। অদুবু মানসু হংদে। সাহেবনা খুমলকলোই খনবরা, সাহেবনসু করি অমত্তা ঙাঙদে। মাগী নুপীগীদমক্তা করি অমত্তা খনবা শংদ্রবরা খংদ্রে, ফমুংদা অদুম চঙখ্রে। অহীংদো মী পুম্নমক নুংঙাইনা তুম্নখ্রে। তুমদ্রিবা হায়ববু ঐখোয়গী মেম সাহেবতু মঙাইরে মোন অদু পীনা পুমচোৎ চোৎখ্রে। অহীংদু ফনা থেংজিল্লক্লে হিক হিক কপ্পগী মখোল অদুনা জর্জ সাহেবতু তুম্বা য়ারমগদরা? অদুবু নুংগী থম্মোয়দুদদি করিসু লেঙদে। নদ্রা দেবীনা শুমদুনা থমখ্রে। নহাক করিগী কপ্পনো? নঙগীদমক্তা ঐ অমা ইচাউ চাউনা লৈরিবসিদি কায়দনা হায়বীগদবা থম্মোয় অদু নৎত্রে। মরমদি মহাক্কী থম্মোয়গী কাচিন অমদা ফাওবা কপলিবীদুগী মফম লৈত্রমালে।

ঈশ্বরনা চানদ্রবা পোৎ অনিবু জুরা ওইনা কবিগুম্বদসু শেম্বা পামদে শেমসু শেমদববা খল্লি। অমত্তা ওইবা ইযা য়াদে। মওং মতৌ চাউবা পীকপা চপ চপ মান্নবা শিন্নবা পোৎপুদা জুরা ওইনা মতম পূম্বদা শেম্মী।

চানদ্রবা পোৎপু করম্না জুরা ওইবা য়াগদৌরিবনো ? করিগীদমক্তা চানবা ঙাক্তা শেমলমদ্রিবনো? মেম সাহেবকী থম্মোয়গী চৈনাখোল অদু ফাউননবা করিগী মাগী থম্মোয় পাল্লমদ্রিবনো? মীওইবা হায়বসে মানা মানা পামজরুবা নুংশিরুবা মহাক অদুগীদমক্তা শোয়দনা ফাওগনি? অসুম্না কয়াম কুইনা চৎথখিনি।

নুমিৎ অদু জর্জ সাহেবতু অতোপ্পা গাড়ী অমনা লৌবা লাক্কুনা চৎখ্রে। অরুবা কেস অমা লৈ হায়বগুম তৌই। জসবন্তদু ঙন্তা হল্লক্লে। মেম সাহেবনা হংখি ।

- কৈদৌরে ঙন্তা হল্লক্লুবদি

- অতোপ্পা গাড়ী অমদা হায়কোর্ত কী মী খরগা চৎখ্রে। ঐবু লৌবসু লাক্লনু হায় - কেশ অরুবা অমা লৈ হায়রম্মী।

- অদুদি ইবান্নী থবক অমত্তা চৎমীন্নরুসিদনা।

- য়ায় হুজিমক্লা?

-হুজিকমক্লী। অচিনবা লৈ লাকপ্রা।

-লৈতে। কদায়দনো?

-ময়াং ইম্ফালদা ইমান্নবা অমা উন্নগদবনি । নুমিৎতো ময়াং ইম্ফালদা - মাইবা অহেবা অমা লৈ হায় মদুদা জর্জ সাহেবকী ইমুং অসি নুংশি চান্নবা করম্না লৈমিন্নসিগে হায়বদু লাইখুরুম্বা হৈবা হিকাপ তেনকাপ হৈবা অহন অমা উন্নদুনা মপুরোইবনা মাবু নুংশিবীনবা লাই খুরুমগদৌরিবা ওইরমালে। কৈথেলদগী পোৎচৈ লাইকৎনবা ক্বা হৈ রা খরা লৈবগা মাইবদুগীময়ুমদুদা মেম সাহেবপু থির্নাজিনবীরমলে। কৈথেলগী মনীংথংবদা ওম্বোক্লা শাংনা চঙখরে। লৈরক্তু খম থেংনা চঙলগা অমুক্কা থেকচীল্লগা ফনা শাংনা অমুক খমথেংনা চঙলগা লৈবা য়ুমদোমপোক অমগী থোঙ্গালদুদগী খরা থৈদোক্লগা থেকচিনফম চুথেক্কুদা হৌবা খোংনাং মখোংদুদা গাড়িদু থাবগা মহাক্লা উপতুনা লাক্লিবা তুপীদুনা মমায় কুপশিল্লগা সিত্তা শাংনা তুমদুনা লৈরম্মী। কনাগুম্বা অমনা কৌবগী মখোলদুদা খঙপ্রেক খঙনা মীকপ থোকই।

শকখঙদবদুনা কৌরকই।

- ইয়াম্বা, ইযাম্বা ...... হো ইয়াম্বা, জসবন্তদু খঙপ্রেক খঙই। মঙগুম হাগুম ইঙাও ঙাওরিবঁঙে খুম্বা নংদ্রিবঁঙদা নম্ফুদা হায়।

- ইয়াম্বনা ঙসিদি উপায় তৌবিদবা য়াদ্রে, ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুনগী ব্রাংমা অসিফাওদা থিনবীয়ু। লৱাই মপা চপ চানা এম তৌরি। জসবন্তদো তৌদবা য়াদ্রবা মতাং অমা লাক্তুনা মথোং মরম খঙদনা অদুম চৎলে। লম্বীসু মথোং মবম খঙদে। হল্লকফম খঙদ্রবা লম্বেল অমদা নমদুনা কুমথহল্লে, অদুগা মখোয় গাড়ীদু পুদুনা চৎখ্রে, সোমদনা নুমিৎ ফনা থেংজিল্লক্লে । নুমিদাংৱাইরমগী পূং ৪ তারবা ফাওবা জসবন্তদু লাকপা লৈত্রে। নিংথমথাগী মতম ওইরক্লবনিনা য়াম্না থুনা নুমিৎ তাশিল্লক্লে। মেম সাহেবতু তৌফম খঙদ্রে। উপায় লৈত্রদুনা মখোঙনা অদুমক কৈথেল ফাওবা থোরক্লে। অদু ফাওবদা জসবন্তদু লাকত্রে। অসুম্না তৌফম খঙদবা মরক্তা ককঙাওনরি। হায়না হায়না নুমিৎ তাশিনখরে।

নুমিৎ অদু জর্জ সাহেবতি ঙল্লপ থবক লোইরদুনা য়ূমদা হল্লক্লে। নুমিৎ তাশিল্লক্লবা ফাওবদা কনা অমত্তা চেক মোক লাওদ্রবা অদুদদি বসন্ত কৌদুনা হংলি।

- বসন্ত - জসবন্ত হোয় কদায়দা চৎখি।

- মেম সাহেবতি জসবন্তগা চৎমিন্নখি। কদায়দনো খঙদে।

- সাহেবতু মমীৎতা ঈ কাবমখৈ শাউরে। মপূক্লীংদা মানা খল্লিবা ৱাখন্দুনা চুল্লমালে খনবদা মথুম মরাং হৌবা হৌরক্লে। পুলিস্তা রিপোর্ত অমা তৌশিল্লে। মেম সাহেবতি মমলি মমলি তৌবগীদুদা মযাং ইম্ফালদা দুকান ফমদুনা লৈবা খঙন চানবা অমনা থীনবীবক্তুনা য়ূম য়ৌরক্লে। মপুরোইবদা মানা থেংনরুরিবা থৌদোকশিংদু লিনবা খুদোংচাবদু ফংখিদ্রে। চাক থোংলিবা বসন্তগী নুপীদা ৱাবী ময়ামদু লিদুনা তাহনগদবসু চাক ঈশিং লোইদুনা ময়ূমদা চৎখ্রে। বসন্তদি থানাদা রিপোর্ত তৌবা চৎখ্রি।

অসুম্না অঙকপা বদনাম অমদি শন্দোকখ্রে। মী পুম্নমক চীবোন চীবোন ঙাঙনৈ জর্জ সাহেব বিপিনগী নুপীদো মখোযদা লৈবা ড্রাইভরদুদা চেল্লুবে হাযয়ে।

য়ূমথোং অমদগী অমা, অসুম্না চিন অমদগী অমা, অচৌ-অশাংগী ইমুংগী ৱারী হায়বসিদি অসুম্না তৌগল্লি। অশেংবদি খঙদনা পঙঙাঙ-ঙাঙনবা নুংঙাইবগী ওইনা মতম লেনবা খরনা শন্দোকখ্রে। হোতেলদা, ঈশিং শোকফমদা, লৈপুং ফম-ফমদা মথং-মথং শরা শনখ্রে। জসবন্তনা জেলদা থাজিনখ্রে হায়য়ে। "ইমায় পেম্মা মতৌদুগা মোং হাদবা মী লায়রুনু হায়বদুমক্লী। ঙম্মীদকো লাইমা মোন্না শেঙ্গাও লাকপী চাদশিন্না চাখোমজাও উদশিন্না মীলাওবীনিদনা। অদুক ফজখ্রবা মবুংঙো অমা লৈনা লৈনা ইমূংগী দ্রাইভরদুনা হেন্না ফরবনিনে হা"। রানি য়াওনা পাঙশিল্লি। অসুম্না ময়াম পঙাঙদা ঙাঙনৈ। খোমজিন চামবুদি মেনবা ঙম্মী। মীচীন অমবুদি মেনবা ঙমদে হায়দুগা চপ মান্নখ্রে।

সিগী তুংদগী জর্জ সাহেবকা মেম সাহেবকী মরক্তা চাউরবা অহোবা অমা লৈরম্বদু অমুক্ক হেন্না কায়খ্রে।

নোংমগী থৌদোক্লি। বসন্তগী নুপী রানীনা মেম সাহেবকী কাদা চঙলকই। মশা ঙমদদুনা লৈবা নুমিৎ নিনি হুম্নি শুবে, ৱা লান অমত্তা ঙাঙখিদ্রে।

রানীসু নুংঙাইরক্রমানে, তৌফম খঙদ্রদুনা ফমূং মচিদা ফমলগা য়াম্না হঙ্গোইনা কৌরুই -

-মেম সাহেব - মেমসাহেব ........... অনীরক অহুমলক কৌরবা মতুংদা তপ্পা মমিৎ পাঙথোরকই।

-করি হায়নীংই।

- চাক ঈশিং চাথোক্লবা তৌসি।

- ঐ চাররোই....... মমায়দু ফকলাংদা লৈশিনখি।

- চাদ্রবদি শোন্থরনি।

- ঐগীদমক্তা নঙ করিগী ৱারি। করিসু খল্লুনু! নঙগী লোইশিনগদবা লোইশিল্লমলো অদুগা তুমলুবো চৎলো।

- মেম সাহেব, ঐসু নুপীনি থম্মোযগী চৈনাখোন্দু খঙনবা পাঙ্গল লৈ।

অশেংবদু খণ্ডনীংই। ঐ পূম্নমক্তু থাজবা ঙমদে। করম থোকখিবনো ? ঐঙোন্দা খণ্ডহনবীবা য়ারোইদ্রা?

- য়ায়। খণ্ডনীংবরা? মপূক্সিংদদি খল্লি অচুম্বদুদি মাবুসু খণ্ডহনবা মথৌ তবরা খল্লি।

- খণ্ডনীংই।

মেম সাহেবতো মপি চদুম চদুম তারদুনা রানীদা ৱারীশিংদু লীরম্মী।

ঐগী মরূপ অমা ময়াং ইম্ফালদা লৈ। মহাক্না ঐগী নুংঙাইতবসি খণ্ডদুনা নোংমা হায়খি।

"সুমিত্রা নঙ কনা অমত্তদি হায়দোক্কনু। ময়াং ইম্ফালদনে মাইবা ফখ্রবা অমা লৈ। অহল ওইবনা চৎপগা ঙমদ্রবনি। মঙোন্দা লাই অমুক্তং খুরমহন্সি মহৈ হৈখ্রবা জাৎনি। হেরা মাগুম্বনা হন্না য়েংদবা ঙমব্রা য়েংগে। নখোঙদা তুহনগে। যূমগী নুপীবু করি ওইনা উরদনা। লৈশাবী তৌঙন্বীদু মান ঙমব্রা য়েংশি। ইবেম্মা কনাগী অচৌ অশাংগী নুপী পূম্নমক লাক্তবা য়াওদে"।

মানা হায়বগী মতুং ইন্না নুমিত্তু ঐহাক জসবন্তগা লোয়ননা মফমদুদা চৎপনি। ঐবু থনম্লগা মহাক্না ঐবু ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা কনাগুম্বা শকখণ্ডদবা খরনা মাবু পুদুনা চৎখিবা ওইরমালে। ৱাফম অসি ঈরাই লাইবদগী লুশিনহনখিবনি। হিক হিক কপ্পি। রানীদু তশেংনা নুংঙাইতবা অমা পোক্লে। রানীনা মখা তারকই।

- অশেংবা ৱারীসি সাহেবতি খণ্ডব্রা?

- খণ্ডদে। খণ্ডহন্নবগী খুদোংচাবদু মানা পীদে। খণ্ডবা খণ্ডদবা খেন্নবা অমুক লৈত্রে খল্লি। ঐহাক মাগী পুন্সিদা অমুক হন্না য়েৎলরোই। ঐনা করম্বা ইরাল লংজখিদুনা অসুক তমথীবা দন্দি ময়ামসে ঐগীদমক্তা ঈশ্বরনা পীবীরীবনো? ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা মপি চদুম-চদুম শিন্থদুনা কপ্পুনা লৈখ্রে। রানিদু ফন কুইনা ফমলম্লগা তুমীন্না থোকখ্রে। মানা ইশুক শুকথবা উবদা বসন্তনা হংই -

- কৈদৌরে রানী।

- চাও থকউ হায়বা য়াদে। খল্লুবগা ঐ য়াম্নাসু নুংঙাইরকত্রে। মীনা ঙাঙনবদু

অচুম্বা ওইরবোই নীংদুনা ঐখোয়সু মতেং পাংবা য়াওরুরেদনা? ময়াং ইম্ফালদা জর্জ সাহেবনা মাবু নুংশিবীনবা লাইখুরুম্বা চৎপা ওইরমালে। মেম সাহেবপু ঙাইরিঙৈদা জসবন্তদু শকখঙদবা খরনা গাড়ী লাকপনি হায়য়ে। অদুগা অথাপ্পা মফম অমদা মাবু ইন্থদুনা থনম্বা ওইরমালে। জসবন্তনা লৌবা লাকপা ঙাইরিঙৈদা থেঙদোকখিবনি। মেম সাহেবতি মাগী মরূপ অমনা য়ুম য়ৌনবা থিনবীরকপনি। অদুগা জসবন্তনা নখোয় ময়াম চঙদুনা নহারোল্নী হায়জিন্দুনা ফাহনবা নৎত্রা?। ঐনা ফনা খামজবদুনি। অদু য়ৌনা মরান শিবীবা হৌনবরা? রানীদু কল্পী মখা তারকই। অমদুসু ফনা ফজনা ফুবীরৈনিদো কনাদসু কায়জদবা মীনিনে।

সাহেবতু ঙলপ হল্লক্লগা চুরুপ মচৈ অমা থক্লগা তুমীন ফমদুনা রাখন খল্লি। করিগুম্বা খরা হায়নীংবা মাল্লি। মদু হায়নবগী পাঙ্গলদু লৈতবরা নৎত্রগা ঙাঙনিংদবরা অমদি ওইরে। মসি খঙলদুনা মেম সাহেবনা হৌদোকই।

- নহাক্কী অপাম্বা করিনো? ঐখোয় অসুম্না কয়াম কুইনা চৎথখিগনি। ঐসে নঙোন্দা অয়েৎপা ওইদুনা লৈবা পামদ্রে।

সাহেবতু করি অমত্তা খুমদে। রাহং অমদি পাউখুমগী কান্নবা লৈতে খল্লি। পাউখুম অমত্তং পীররোইদ্রা হায়বগী মওংদা মেম সাহেবতু ফমুং মচিন্দা তুমীন ফল্লি। ফনা কুইনা অসুম ফমুং মচিদা ফমদুনা হিক হিক কল্পী। অদুবু পাউখুম অমত্তা ফংদ্রবদুদা খোয়রাং খোয়শাউনা লৈ। পুম্নমক্কী অর্থ লৈরকত্রবদা হৌগৎখিদুনা অরৈ-অরৈবা পোৎ চৈ লংদুনা থুগাইরকই। সাহেবতু ফন কুইনা ফমদুনা য়েংলম্বদগী হৌগৎলগা মেম সাহেবকী মখূৎতু লাক্লুনা চীংলগা ফমুংদা নমশিন্দুনা নৌশ্রবা মখাজায়দুদা খূপাক্লা অমুক অনীরক কন্না কন্না থারে। মদু ফাওবদা খাম্বা য়াদ্রে। পুমচাই চাইরবা শল্লাংদুগী মরক্তা ঙৌরোক ঙৌবা কোয়দাননা চঙখোন্না ফজরবা মায়থোঙদু, মপীনা থুমহৎখ্রে। মাবু নোংমতসু অমুক্তা মূন্না য়েংলুদবনি। ঙারোই শাবান্নী। য়েংঙু য়েংঙুবদা মীৎফম হোংবা য়াদনা ফজখ্রবা ফিভম মূর্তিনি। মাগী নুপীগী মায়থোঙদু অদুক ফজৈ খঙলুদে। চেংলবা মখাংদা অমুক্তা অদুক শাফু কন্না কোল্লুদ্রি। ফোং-ফোং শাবা মাগী হকচাংগী মনিন্দু অমুক্তসু ফাওবকখিদ্রি। অফাবা শল্লাংলক্লদা লাক্ল-ফানবা য়াদ্রবা

মাগী মায়থোঙদু অকিবগী মশক ফংলবা শক্তম অমা লৌরক্লিবদু নমথনবা হোৎনবদা মপুরোইবদু ৱারম্মী। কাইনথংদা সুপকোন কোল্লগা ফমুংদা নমশিন্দুনা থমলে। জ্ঞান তারকপদা জর্জ সাহেবতু মেমসাহেবকী মখুৎ অনীদু ফাজিন্দুনা মথবাক্তা মাগী লুমখ্রবা মশাদুনা ননথদুনা অমদু লেঙবা ওৎপা ঙমদনা লৈরম্মী। মাগী অশাউবদু নেমথখ্রে। অহীং থেঙজিল্লক্লে অনীদু চেক মোক লাওনদে। নাকন নাকন তুং ওম্থোক্লদুনা তুম্লখ্রে। ফন থেংলবা ফাওবদা জর্জ সাহেবতু তুম্থবা য়াদ্রে। মহাক ভূ তনা পুরুরবা মী অমগুম তৌরে। ফুরুরিবা মখুৎতু য়াম্না নুংঙাইরকত্রে। মহাক্লা পেনবা মখৈ থুগাইহল্লমগদবনি খল্লকই। করিসু লানজদ্রবা মী অমগীদমক মহাক মথম্মোয়দা চৈনাখোন ফাওবগুম তৌরম্মী। করিনো খরদি হায়গে খল্লি। অদুবু মাগী নুপীদু তুমখ্রমালে খল্লদুনা হৌদোকলুদ্রে। লাক্ল-ফানবদুদা ৱারম্লনি পোখাজরসনু খল্লে।

নোং ঙাল্লকপদা মেম সাহেবতু লৈরমদ্রে। থৌদোকসিগী তুংদগী জর্জ সাহেবকী পুন্সিদসু চাউরবা অহোংবা অমা লাক্লবগুম তৌখি। নুংঙাইবনা মাবু মতম পূম্নমক্কী ওইনা হুন্দোকলমলে। অহন খঙ ওই ওইশিল্লবোই নীংই। বসন্ত মতৈ মনাওদুনা ইমূংসি শিন লাংদুনা পাল্লি। মরাই চাইথরক্লবা ইমূংদো ঙাকশেল্লি। মশাগী অশেংবা মরনবু মশক খঙলুদবা জর্জ সাহেবতো মরন অদু মাঙখ্রবদা নীঙমদবগী মৈচাক অমখক ইনৌ নৌনা খঙলকপগুম মৈচাক্তু খাঙনবা হোৎনরি। অচিকপা অহীং কয়াদা লোইনাইদ্রবা নীংঙমদবগী ৱাখন্না মাবু অসুম্না ৱাহল্লক্কনি হায়বসি সুকথা থাজরুদবনি। নোক খেবতনা থল্লম্বা ইমূংদো পূমচিক চিকখ্রে। মৈচাক নত্তনা লৈরমদরে। খোইরাং খোয়শাউনরিবা লাংতক্লরিবা ৱাখল পূম্নমকসে মেম সাহেবনা কোকহনবা ঙমগদবোই নীংলক্লে। অদুবু অহাংবা অমম্বদা করিনো অমা কোইথি থিবগা অঙ্কা ওইরে। অসিগুম্লবা খুদোংচাবতা ঙাইরম্লিবা মহাক্লা, মাগী লম্বীদা অয়েৎপনি খল্লম্বা মী অদুনা পূম্নমকসি ফনবা শিল্লম্লবা অসিদদি খুদোংচাবদু লৌনীংলক্লে। মরমদি মানা লাংলুরিবা ঙাওরুরিবা নুংশিবনি খল্লুরিবা পুম্নমকতো মাগী মরূমদা মমি শামি ওইনা মাঙশিল্লক্লে। জর্জ সাহেবকী থম্মোয়দা হাংলবা মফম অমখক মেম সাহেবকীদমক্তা থমখ্রে। মাগী নুপীগী ৱাখলতনা নুমিৎ চুপ্পা নৈদুনা মাবু ৱাহল্লে। নুংশিবা হায়বদু মসি ওইরমালে খল্লকই। ইমূং অদুমা খোন্থাং য়ৈনা সুমিত্রা হায়বা মাগী মমিংদু ইহান

হানবা ওইনা কৌরগে খল্লি। মদুনসু পেল্লকত্রগা মাগী থম্মোয়গী কাচিন কোয়াদা চঙদুনা থিরুগে খল্লি। অদুবু পাউখুমদি ফংলরোই। নুমিৎ মরি মঙানি হায়রক্লে। মপাম্ম সু থিল্লক্তে। মাসু ইকাই খাংদগী তুম্মীন্না লৈরে। নোংমদি বসন্তনা হৌদোকই।

ঐখোয় সাহেবপু ইচেবেম্মখোয়দা পাউ অমা থাসিরা? নৎত্রগা কৌরুদ্রবদি মেম সাহেবসু পাক লাক্কদৌ মান্দ্রে। ইকায় খাংদগী।

সাহেব পাক খুমদে। খুমদ্রিঙৈদা বসন্তনা মখা অমুক্কা তারকই।

মেম সাহেবনা চৎলিবদু সাহেবপু ফানবা মন্ত্র থিবা ওইরমালে। লম্বীদা জসবস্তদু শকখঙদবা খরনা ফারগা মখোয়বু নমদুনা থিলহনবদা থোকপা ঘটনা ওইরমালে।

অসুম্না বসন্তনা মাগী নুপীনা অহিং চুপ্পা, মমিৎতগী মপি তাবমখৈ মেম সাহেবকীদমক্তা লিখিবা ব্রারিদু শমলপ্পা লীরে।

সাহেবতো অচাকপা মৈদা ঘি হৈজিনবগুম থোকলে। অদুবু করি অমত্তা খুমলকত্রে।

বসন্তনা পাউদু মচেবেম্মাদা পীরুরে। কৌবা চৎলুবসু মপামদা লৈরমদ্রে, লাকতে হায়রক্লে। ঈ-পাউ ইরাই লাইনা ফাওনবা য়াবা অনকপা লম নত্তবনিনা খজিক্তং কান্নরে। থিবা য়াবা থিরে। নুমিৎ অদুদগী মেম সাহেবপু কৈদৌঙৈদসু ফংখিদ্রে। মমাদুতা লৈজরম্লবদি মচাগীদমক্তা থম্মোয় শোক্লা তেংথাবীরমগনি। নহা ওইবগী ফাথবা ঙমদ্রবা ব্রাখলদু ফাথবীদুনা পূম্নমকসে ইফ ফরম্বসু য়াবনি। অসুম্না চাউরবা ব্রাথোক্তু তপ্প-তপ্পা ঈংথনরক্কুনা কনানসু মেম সাহেবকী ব্রা অমুক পনখিদরে। কনাগী থম্মোয়দা মাগী নীংশিংবগী মমিনা মৈরী ওইনা চাক্লীবগে খঙবা ঙম্বা নৎত্রে। অদুবু অদুগুম্বা থম্মোয়দুতনা খঙলমগনি।

জর্জ সাহেবতু নুপীনবু মপাম চৎতনা কদায় লৈরুগবনো খন্দুনা লৈরুবনি। মপামদা মাগী চঙজফম কদায়দনো কনা লৈজদ্রবীনি হায়বসে মহাক কাউথোকলুরে। মানা য়ূম থাদোক্তুনা হেক চৎখিবা তুংদগীদি য়ূম্নুরেম্বীনা শঙলম্বা চাউখ্রবা ময়ূমদো ইহাং হাংই। ইমূংগী মীনাই মীশল মরি মতা পূম্নমকপু খোমজিন্দুনা পূম্লাং হেক লাংলম্বদু পূমচিক চিক্লে। য়েংত্তু য়েংঙুন্দা ইচিক চিকপা ঙাক্তা। মথোং মরম খঙদ্রবা অহাংবগী

অহাংবা ঙাক্তা ঙাইরবা মীকুপ অমখক মাগী মনাক্তা থুংলরবোই নীংই। মনাক্ত নকলুদ্রবা পোৎ অমখক, পোৎতুগী মগুণ খঙদুনা থিরক্লবা মতমদা ফংদবগী নুংঙাইতবদু মঙোন দা ফাওরম্মী। নুমিৎ খরনিনি পৃক্লীং লৈতাফম খঙদ্রবা মী অমগুম্না তৌহল্লিবা অসি করিগীনো মতোমতা খনজৈ। ইমৃংদুদা লৈবা পোৎ খুদিংমক মেম সাহেবকী ব্রারীগা নৎত্রগা মেম সাহেবকা ইশম শম্নবগুম তৌরম্মী। মহাক থবক অমত্তা পৃক্লীং চঙশিনবা ঙমদ্রে। হংলু হংলুবা পোৎ পুম্নমক সিদা লৈজরে হায়দুনা থিদুনা পোৎতু পুরক্লগা শিন্নরম্বা নৎত্রগনা ঈঙ্গিৎনা খঙহল্লম্বা পুম্নমকপু ঙাক শেল্লম্বা মপু অদু চৎখ্রে। অসিগুম্বা অহাংবা অমখক লৈরিবসি বীপিন্না ঐঙোন্দা লীগে খল্লি হায়বা ঐ খংদবা নত্তে। অদুবু অহাংবদু ঐনা মেনশিনবা ঙমগদবা মান্দ্রে। পুম্নমকসি মঙোন্দা কবিগী থোকহল্লিবনো হায়গে খন্দুনা হোৎনবসু উননবা ফংদ্রে। জর্জ সাহেবতু ঙকপনা খম থেংলে। মাগী পুন্সিগী হৈনীংবা পুম্নমক্তু মাংখ্রে হায়বসিদতি মহাক্না ঐঙোন্দা হায়নীংলি। অসুম্না ফনা কুইখ্রবগী তুংদনি ঐখোয অমনা অমগী মব্রা মপাউ তানদ্রে। থম্মোয়গী মৈচাকশিংসু ঈংথরক্লে।

দিল্লিগী তীন হাজারী কোর্ত তা অরুবা কেস অমগীদমক মহাক লাকখি। অচৌ অশাংশিংগী লৈফম হোটেল জানপথ তা থুংলে। চাউখ্রবা ফাইব ষ্টার হোটেলনি। মখল মখল কয়াগী অব্রাংবা থাক্কী মীওই ঙাক্তনি। কারবারব্রালাশিং, মন্ত্রীশিং, হায় ওফিসিয়েল, ইন্দস্ট্রিয়েল্লিসশিং পুম্নমক্কী থুংফম্নী। ময়ামদুগী মরক্তা মহাকসু অমনি। পুম্নমক্কী থুংফম্নী। অমগা অমগা মচোয় মচোয় পূনশিন্নদ্রবা জর্জ বিপিন সাহেবকী ব্রাখলগী মঙলান্দো অসিগুম্বা অরাংবা ময়ামসি ইচু চুশিন্নবা য়াখিদ্রে।

চাওখ্রবা বোল রুমগী ফ্লোরদুদা মী কয়া অমা জুড়া জুড়া জগোই শারি। খর অমনা দিনর চারি খবনা পার্টি তৌরি। হ্যুইস্কি, রম, জিন মখল কয়াগী হার্ড ড্রিঙ্ক, সোফ ড্রিঙ্ক ফংদবা পোৎ লৈতে। ইনাক কৈরাক খুনবা কয়া কয়ানা নুংঙাইবগী ঈফুৎকী ঈচেলদা তাউথরি। লৈরিবা মী অয়াম্বা অব্রাবগী মমি তাবা উদে। মখোয় খুদিংমক নুংঙাইথোক্লবা হিংলক্লিবা মাল্লি। মসিদবু লাক্লবদি মখল কয়াগী কেবরে দান্সর শিংগী হকচাংগী শাথেক ময়াই কারবা মীওই কয়া সংসারসে অব্রা অনা অমত্তা লৈতমালে। নুংঙাইবা অমদি ফজবা ঙাক্তা। মফমসিদদি লাইব অনং হায়বদো লৈবল্লবোইদবোইদা

নীংবা জাৎনি। মীশক মীশা মন্না মশক শেংনা খঙবা ঙমদ্রবা মৈঙান্দুদা জুড়া জুড়া ৱারি শারি, খরনা পার্টি তৌরি। খরা অমনা ম্যুজিক্কী মখোনদুদা জুড়া জুড়া হকচাংগা হকচাংগা তপ নপ্পনা জগোই শারী। নাইতোম তাবা মীনা চঙবদা নুংঙাইরোই খন্দুনা নাইতোম তাদনবা হোৎনরি। ঙাইহাক ঈশৈগী প্রোগ্রাম কযা অমস্ য়েংলে। চোকথবদুনা জর্জ সাহেবতো মাগী কাদুদা চঙলকলে। ইরুজ-মাইথজবগা কোন্না কাদা দিন্নব পুরকহল্লগা চাগে খল্লে টেলিফোন্দা ওরদর তৌগদবা মখে তৌখ্রে। টেলিফোনদা মখা তাবকই, "মং সিংহ আই ৱিল সেন্ড অ গুদ গারল। আই হোপ য়ু ৱিল এনজোয় ইদ।"

জর্জ সাহেবনা মখা তানা খুমগে তৌরিঙৈদা টেলিফোন্দু থম্মাখবনা হাল্লে। ইক মাইথজবা লোইরে। ঙাইহাক চঙক মাইঙক্লনা খল্লিঙৈদা নুমিৎতুগী আতিথিদু তপ্পা তপ্পা চঙলকতুনা মাগী সেবা তৌবরে। মখোয় পুন্না দিন্নর চামিন্নবে কী তঙখাই শেৎপা অপ্সরা মানবীদু উবদা ঙাওরোইদৌবা নুপাকাদি অশেংবা মুনি ঋষিশিং নত্তনা পঙৈদ লৈরমলোই। জর্জ সাহেবতু থোইনা খোযবাংবা পোক্লদে, নুপিদগী মমায ফাওবা মুন্না য়েংলুদে।মরমদি আসিগুম্বা মখলগী চাকরি তৌবীশিংশি অচৌ অচৌবা হোতেলদাদি লাইসেন্স পীথোক্লবা চাকরি ঙাক্লোনে। জর্জ সাহেবসু খঙই মাসি পুন্নমক পান্সিগী মথেল অমনি। চাবা থকপা লোইরে। তুন্নবা মতম য়ৌরে। শকতেনবীদু মাগী ফমুংগী নাকন্দুদা ফমথরকই। শকতেনবীদু যাম্না চৈশিংই। মহাক জর্জ সাহেবকী অপান্না পুন্নমক খঙবগুম তৌই। মহাকসু সমাজগী চৎনবী অমখক্কী বাংমা লান্দুনা লাক্লবী মীওইনি। মাগী পুন্সিগী অপাম্বা হায়বনা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী ওইবা নংঙাইবা অদুনা শেন্দান লম্বী ওইনা শীজিন্নবা মীওই অমনি। জর্জ সাহেবকী ৱাখলসু কাবগুম্বা অমবু পামলুবা অদুগা সুকখঙ খঙদ্রবা পোৎ অমখক ফংলুবা চৈথেংগী ৱাংমদা লৈরবা সুন্দ্রংগী মী অমগুমলে। বিপিন সাহেবতু ঙাইহাক্কী মমাঙদা খল্লম্মী পান্সসে মাসনা মফরে। মবমদি ঙাইহাক নংঙাইথোকপা অদুগা কাউথোকপা, মাসিনা মফবে আসি ওইবম্বা যায। কনাবুসু মাগী ওইনা খনবা পামদে। পুন্সিগী অরাবা চৈলাখোন যাওদবা ঙাইহক্তং পোথাবা অরাবা ৱাখল পুন্নমকপু কাউথোক্লবা হোৎনবা, মাসিনা মাগী পুন্সিগী

পান্দমনি। শকহেনবী নুপীদুসু মা গুম্না খল্লম্বসু য়ায়। মীশক মৃন্না খঙদ্রবা মমলি মমলিবা মৈঙান্দুদা করিসু থৌশাদনা মফি মরোন শেৎচিল্লগা তপ্না তপ্না থোঙ হাঙদোক্লুনা মহাক্কী হকচাংদু ঈথক ঈপোম হৌইহল্লম্লগা চৎখিবদু নীংশিংলকই। অদুবু মদুমক্কা কংলবা লৈকংলাদা খঙহৌদনা তারকপা নোংগুম পাঙখক ওইহনবদি ঙমলমদে।

অসুম্না খ্বাইদগী ঙক্কবা অদুগুম্বা অৱা নুংঙাই মথোং মৱম খঙদ্রবা থৌদোক্লো থংনবা মীকুপ্তা থম্মোয অদুক যাম্না শোকহল্লরগনি থাজকদ্রবা মীকুপ্তুনি

অদুম ওইনমক জর্জ সাহেবতু অঙাং চুপ্পা মাবু পেলহল্লিবা নুপীদুদা কবিগুম্না খরদি হাযনীংবনি হায়গে খল্লিঙে হায়হৌদরে। নুপীদু অদুম উখিদরে।

ঙাইহাক্কী পাঙন শানবা মতম লেনবা ওইনা খল্লুই। কনানো কদায়দগীনো হংবগী মথৌ তাদমালে খন্দুনা হংলুদ্রে হংলুবগীসু করি কান্নব। মশা মরেং পুম্নমক হৈকথববা মী অমগুম থম্মোয়গী ঈথিন অমত্তা ফাওখিদ্রে। যুমদা হন্নবগী মফি মরোন যোমশিল্লি। কবি চিৎথবীবগে হাযদুনা মোন মখাদা হায়গৎতু য়েংলুই ঙাংশংঙংবা ফবগী হেঙু বেগ অমা চিথরমলে। শকহেনবীদুনা পায়রকপদুনি। কাউবমলমালে হোতেল মেনেজরদা পীরম্লগে খল্লি। মোন মথক্তা থম্মী মহাক্কা লেঙথোক লেঙশিন তৌবদা মখাদা নাম্থখিদুনা ইচাই চাইনা তারে। খুনগৎলগা পোংশংদু অমুক হাপচিনগে হোৎনরম্মী। অযাম্বনা কোম্মোতিক নি মবক্তুদা পাসপোর্ত অমা যাওবম্মী। ইনভেলপ অমগী মনুংদগী মচি খজিক্তং থোরাক্লিবা ফোটোদু শংতুনা য়েংলুবদা ফোটো মরি মঙা শুরমলে। ফোটোশিংদু লোইনা য়েংনবা পাঙ্গলদু মাংখ্রে, শকহেনবী ফি তঙখাই শেৎপীদু অতৈ কনা ওইরমদরে। মতম কুইনা লংনা লংজিন খঙখিদ্রবা মেম সাহেব অমদি মমাগা নম্মীন্নবা ফোটো অমা মাগী ইমুং মনুংগী গ্রুপ ফোটোশিংঅদুগা মহাক্কী হোতেলদুদা থবক তৌবগী লাইসেন্স অমগা ওইবমলে। অসুম্না খ্বাইদগী ঙক্কবা মীকুপ অদুগী অৱা নুংঙাই, নুংশিবা তুক্কচবা পুম্ন মক যান্নরবা মীকুপ্তু ফোঙদোক্লুনা ইনবা ৱাহৈ লৈত্রে। মতোমতা থম্মোয শোক্লা কর্পখি। মহাক অসি য়ৌনা লৈখা তাথ্রববা হায়বা ৱাহং অসি মখা তানা থোবকপগুম তৌই। নীংশিংলকই মাগী শাথেক্লা হকচাংগী ঈপোম হৌইহল্লগা চৎখিবী শকহেনবী অপ্সরা মানবীদু ওন্থোক্লা ফজৈ।

মী কয়াগী পুন্সিগী অমাং অতোং অচুম অবান লেপ্পীবিবা মীবু হিংহনবা ছুম্না, শিহনবসু ছুম্না বিচাবপাংগি নঙাদি কনানা ছুমলি, কনানা চুম্মী, কনানা লাল্লিনা মহাক্তি খঙলমগনি।

# তরুকশুবা শরুক

অসুম্না নিংশিংবা ময়ামগী ময়া মরিচিকানা ঐবু পাক্লবা লৈঙোয় লমগী মরুভুমি ময়ায় অমদা পুদুনা চৎলমলে। খঙহৌদনা মরুভুমি ময়ায়দা খৌগংনরবা লম্বী চৎপা অমনা ময়া মরিচিকাগী লাংদা থুদুনা তান্নরুবদা লক্ষ্যাংনবদু মঙাইরে। ইতোমতা জ্ঞান তাজরকপদা কয়া অমসু কপ্থোক্লে। ইরমদা ইয়ুমদা লৈরবসিদদি হান্না খঙলম উরমদবা কয়া অমসু উরক্লে। পুম্নমকসে কান্নদ্রবা ৱাখন্নি খন্না খন্না করিগীদমক্তা ঐনা মাবু কাওবা ঙমদ্রিবনো? অসুম্না তৌফম খংদনা মোন্দ্রং শান্নরিঙৈদুদা কোলিং বেলদু খিংলকপা তারকই। থোঙজাওদু লাওনা হাংদোক্লুবদদি জুরি মখাদা ইকাই নুংশি যান্ননা এডভোকেত ব্রোজেন্দু লেপতুনা লৈরম্মী। কয়া কুইনা মাবু য়েংদুনা লেপ্লুরবা ঐ খঙহৌদ্রে। নোংমা এয়রপোর্ট্টা থেংনখিবদুদি জরনিদা রিজারভেসন য়াওদনা লাকখিবগীরা, নুংশাগী মৈশাদুনরা মাংদা লেপ্লিবা মুর্ত্তিদুমুক ফজখিদে। হুজিক হুজিক মপানদা লেপতুনা লৈরিবা পাখঙদুদি মীৎফম হোংদনা ফনা কুইনা য়েংবদা পেনবা নাইদনা য়েংবা ঙমগনি খল্লি। মহাক্না হেনবা হায়ববু মপাবুং বীপিনগী মুর্ত্তিদা খরা হেন্না হৈবা কলাকার অমনা অমুক্কা হেন্না নুপা মান্না চুঙ ফীরান চানবা গুন খরগা থোমজিন্দুনা হক্তুনা শের্মজিন শাজিল্লগা খিল্লম্বা নুংগী মুর্ত্তি অমা লেপ্লম্বগুম উরুরে। ফনা কুইনা চঙক্লদুনা লেপলুরে। মানা কৌবকখি।

- ইমা ঐবু খঙবীদ্রববা। নোংমা এযারপোর্টা খঙনখিবদুনে। নহান নোংমসু

লাকচরম্লবনি ইমাবু উন্নবা ফংদনা হল্লে। অমুক্কসু লাকচরিয়ে। ঐবু খঙবীদ্রববা কৌশিনবীদবসিবু ?

- ঐ চঙক্করুরে। নিংথিনা ইশানা ইশাবু কনট্রোল তৌজরগা নোক্লবা হোৎনরম্মী। অদুগা খুমখি ।

- অদুনিনে, নংবু উবদা নুংঙাইমন্দুনা কৌফম খংদ্রদুনা ঐহাক্লা চঙক্লরি হায়বসিদি খঙ-লাকপরা নুপামচা ?

- অসুম্লা খনসিরা খল্লুই। অদুবু কাওথোকপিখিবা ওইরিগদ্রা খল্লুরবনি।

- নহাক লাকপা য়াম্না ফরে। লাকও কাখৎলকউনে। হেক্ত চঙঙু করিসু কোয়গনু। নহাক্কী নমাগী য়ুমদবু কোয়বরনে ?

অদুম ওইনমক বুবুদো খোঙুপ লৌথোক্তুনা য়াম্না নোল্লক্লা ড্রোইং রুমদা চঙদুনা ফমখ্রে। ঐ খঙই, করি মরমগী ঐঙোন্দগী করি পামদুনা লাক্লিবনো হায়বা। অদুবু মঙোন্দা মহাক্লা লাংতক্লনা তানিং খংনিংলিবা ব্বারিশিংদো লিননবা ঐগী পাঙ্গল লৈত্রবগুম তৌরম্মী। অচিকপা কাদুদা মহাকসু ঐসু তুমিন ফমলি। অঙ্কল দামুগী মচানুপীনা চা পুশিল্লক্তুনা থক্লে। ব্বারি ব্বাতাই খরসু শারে। মদুনসু অচিকপা কাদু লাংহনবা য়ারকতরে। কাইনথঙদা ঐহাক করিনো অমা খঙনিং নিংশিংলকপগুম তৌরম্মী।

মতমদু ঐনা কোইম্বরতরদা লৈরিঙৈদনি। নোংমা ইথা থাজদনা ঐগী মিংদা থারবা রেজিষ্টার তৌবা চিঠি খাও অমা থুংলরে। পুক্লিংদা লাংতক্লবগা লোয়ননা তহা-তহা ইনভেলবতু হাংদোক্তুনা পারুবদদি চিঠি অহুমখক য়াওরম্মী। অনি অমনা জসবন্তনা মেমসাহেবতা ইবনি অদুগা অমনা জর্জ সাহেবনা মেম সাহেবতা ইবনি। মদু বসন্তদা থাবীখিনবা শিন্নরম্বনি। কদাই কদাইদনো পঙকোই কোইরুরবা তুংদা বসন্তদা পুম্নমক হল্লক্লদুনা অরোইবা ওইনা মহাক্লা ঐঙোন্দা মেম সাহেবগী এড্রেস খঙলবদি উপায় অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা য়ৌবীখো হায়দুনা থারকপনি।

ঐহাক্কী কাগী নোংপোক থংবা নাকন্দা লৈরিবা ব্বার্ডদ্রোপ্তু হাংদোক্তুনা লাইরিক ময়ামদুগী মরক্তগী, কার্ল মার্ক্স কী লাইরিক কেপিতেল থাবা ভোলুম ময়ামদু মথং

মথং লৈরিবদুগী মরক্তুদা য়েপতুনা লৈরিবা চিঠি খাওদু পুথোক্তুনা মঙোন্দা পীরুরে।

- বুবু মসি নহাক্কী নরন্নি। নংগী ননাক্তা থম্মুরো। মদুদা পুথোক পুথোক্তুনা পাবদা পুন্সিসে ফনা য়াম্না কপখ্রবনি। মসিদা নংগী পুন্সিগা মরি লৈনবা ৱা কয়া য়াওরম্বসু যায় খল্লি। নংগা থেঙনবা নুমিৎতুদা মসিতা শিন্নরগে খনখ্রবনি। কয়া কুইরে অশেংবা মপু অমত্তা থেংনদনা চিঠিশিং অসিনা ঐগী নাক্তা তাদুনা লৈরক্লিবা! মখা তাবা ৱারিদি নহাক্কী নপাবুং জসবন্তদা হংঙু। মহাক্না লোয়না খঙলিবনি। ৱাহৈ খরসি হায়না হায়না করি মরমগীদমক অদুক য়াম্না ইমোসনেল ওইখিবনো ঐসু খঙহৌদ্রে। মীৎতগী ইরা চেনবা মখৈ বুবুদা য়েংলম্লমাল্লে।

- ইমা নহাক করিগী কপ্লিবনো?

- অদুবো, পুম্নমকসি খঙলু তারুরগা থম্মোয়গী অতিয়াসিদা মংলম্বা নোং ময়ামদু ফুদ্রিৎ ফুনা চুথখ্রসনু। মদুদতা পুন্সিগী অতিয়াসে পুমশেং শেংলগদবনি। হৌজিক্তি পুমহাং হাংলগনি। ঙসিদগীদি চিঠি অসিনা ঐবু অমুক হন্না ওৎলরোই। ৱারি অসিদগী লৈহৌবা মতম ওইরমাল্লে খন্দুনা মীৎতগী পী খরা তাখিবা ওইরম্বা য়াই।

অসুম্না ঙাইহাক তুমিন-তুমিন লৈনরবা মতুংদা ব্রোজেন্দু চিঠিখাওদু পুরগা লাংতক্লনা ময়ুমদা হনখরে। ময়ুম য়ৌরগা য়াম্না ঙাইঙমদনা চিঠিশিংদু ফাক্তোক্তুনা পারকই। হৌজিক্তি মহাক্কী মীৎলুদগী পী অদু থিংননবা কনাগীসু মতিক লৈখিদ্রে। ঐগীত নত্তে মহাক্কীসু মথম্মোয়দা মংলম্বা অমুবা নোংশিংদু চুথরক্লে। চিঠিশিংদু মথং মথং পাথরকই অসুম্না ইরম্মী :

ইতৈমা,

তুমথবা য়াদ্রবা অহীংশিংদো। কল্লবা লৈমায়দুদা হিপলগা অৱা নুংঙাইগী ৱারী কয়া নীংশিংদুনা লেল্লি। অসুম্না মপূক্লীংদা খল্লি "ঐগী মাঙদা করিগীদমক্তা ইতৈমানা মোমোন নোক্তুনা, নৎত্রগা অমুক কপ্পুনা, নৎত্রগা অশাউবগী শকফমদা লেপতুনতা লৈররিবা কবিগীদমক্তনো? নহানমুক্কী মপোক্তা নঙগা-ঐগা করি

থোক্লখ্রদুনা অসুম্না তৌরিবনো? পূম্নমকসে নহাক্তি তৌরিগদরা ?"

থৌদোক অদুগী তুংদগী নহাক্কী ব্রাখলতনা ঐগী থম্মোয়দা নৈদুনা লৈরম্মী। নুমিৎ চূপ্পা খনখি ইতৈমা ইবেম্মা, ফকলাং মরিনা কোয়শিল্লবা জেলগী অমম্বা কাচিনসিদা নঙগীদমক্তা ঐনা কয়াম কপখিবা। করিস্ তৌবা ঙমদ্রবা ঐনা নহাক্কীদমক্তা কয়াম পাম্বোম তিংখিবা। অদুবু নহাক্তি খঙখিবরা খঙখিদবরা অসিনি। চীংনরবা থম্মোয়সিগী ব্রাহংনি। নহাক্না খঙবীরগনা করি কান্নবা, খঙবীদ্রগনা করি মাংজবা। পূম্নমকসে অর্থ য়াওদ্রবা ব্রাখন্নী খঙনা খঙনা কয়াবক ব্রাখ। কয়ারক কাওনবা হোৎনৈ। থম্মোয়গী অব্রাবদি কোকপা লৈতে। নুমিৎতুগী থৌদোক্তু নীংশিংলগা তূ চুঙই। জর্জ সাহেবকী অশাউবা শক্তম অদুনা মরাল ইরৈ লৈতনা কয়াদা চাউখ্রবা ইরান পীবীখিবা। নুমিৎতুদগী কীন্থনিংদুনা লৈরম্লবা ইতৈমগী সাংসারদো মরু ফংনা মাংহন-তাকহনখিবনি। মৈগী চীং পোকখাইবগুম ইমাংমক্তদা কয়াদা মাঙহন তাকহনখ্রবা। পূম্নমক কিন্থদুনা মাঙখ্রবনি। মরকসিদা জর্জ সাহেবতি চাকখিদবরা? পূম্নমক মঙগুম হাগুম নীংশিংলকই। হুজিক্তো মঙফাওনরকই।

জেলদা চহী মরি লেল্লুরবা তুংদা মরুভূমিগী মশক ওইরবা পাক্লবা লৈঙোয় লমগী লমহাংগুম্লবা পুন্সিগী অব্রাবতনা থল্লবা অহাংবা কয়ানা ইমাংমক্তদা ঙমখৈ নাইদনা শন্দোক্তুনা লৈরম্মী। খল্লি, করিনো ঐনা তৌগদবা, মথোং মরম খঙখিদে। অসুম্না চাউরবা মরুভূমিগুম্লবা অব্রাবা ঈপাক অসি লান্নবা হোৎখি।

জেলদগী থোরকপদা ইমা লৈরমদরে। ইচনন্নপীসু ময়ূম পাল্লম লে। তামোসু মাগী থোকপা ময়ূম লেপ্লখ্রে। ঐনা ককঙাওনদুনা ইতৈমা নঙগী লৈফম থিনবা হোৎনরুবনি। অদুবু ফংবা কৌবা লৈখিদে। হোংলক্লিবা ময়াম অদু খল্লুবদা য়াম্না নুংঙাইখিদে। খ্বাইদগী নুংঙাইতবদি মথোং মরম খঙদনা মাঙখিবদুনি। ফকলাং মরিনা কোয়শিনবা কাদুদদি থম্মোয়বু অব্রাবা চৈনাখোন পীবা য়াবা হায়ববু ফকলাং মরিদুদা নংগী মমি ময়াম অমা থোরকপদু মঙাই। অদুবু মদুগী মপাল থোরকপদগীদি মদুদগী শরুক চামা চামা হেল্লবা খাংঙমদ্রবা চৈনাখোন্নী। ঐ ঙসিসু কাউদ্রি নোংমা নহাক্না ঐগী ইনাক্তা জেলদা লাকলম্বদু। নুমিৎতু দরব্রান্না কৌরকপদা খংপ্রেক খংই। কয়া কুইনা উংদুনা ফমলম্বনো খঙদ্রে। মঙাল ফংদ্রবা মমলবা কাদুদা ফাৎলিবা পীক্লবা

থোঙনাউদুদা উরকই। অহীংগী অমম্বগা অঙানবগা শিন্নখিববু কুইদরি। মঙাল খাজিক্কং লাক্লিবা থোংনাউদুদা মীৎ কুপতমখৈ য়েংলি মদুসু নহাক্কী ৱাখলনি। দরৱান্না কৌরকই। ঐগী মী লাকহী কৈশুমশঙগী শোদু তপ্পা হাংদোকই। মাগী মতুঙ ইন্দুনা ঐ লাংতক্লনা লাকখি। পূক্নীংদদি খল্লি ঐবু জামন্দা লৌথোকপনবা কনাগুম্বা পকচেল চাউবা অমা লাক্লমালে। মীহুন তিং তিং চোংই। কনা ওইরিগবা। হৌজিক্কা তুমদনা মঙবা মঙ কয়াদুদা নহাক্কী নমি ঙাক্কা ঙাইখ্রবনি। অদুগা ঈশ্বরনা চানবীবগুম ঈতৈমা-নহাক ফমদুনা লৈরম্বনি।

তোল্লবা ঐগী খোঙগুন লিবীনবা মী অমা লৈবি হায়দুনা থিবীনবা মীসু লৈরিবোইরে খল্লুবদা কয়াদা নুংঙাইখ্রবা। মবম করিগীনো হায়বদুদি খঙখিদে অদুবু খঙবা খঙদবা করিবু কান্নরি। মরমগী মবম ঙাক্কেনি। ফনা কুইনা তুমীন্না ফমলম্লগা থম্মোয় শোক্লা হিক হিক কপলম্লগা অদুমক চৎখ্রে নহাক্তি।

খোম্থোক য়াওদ্রবসু নহাক্কী থম্মোযগী লোন্দুদি ঐ নীংথিনা লৌশিনবা ঙম্মী। নহাক করি খনখি ঐনা খল্লিবসিগা মান্নরমগদ্রা? অসুম্না চমম্নরবা পুন্সিসে নোংমা নোংমা হৌখি নঙবু থিবদা। ৱা অমত্তসু হায়রম্বা ঙমখিদে। নোংমা চৎলুই জর্জ সাহেবকী য়ুমদা। হৌজিক্তি পূমহোং হোংলমলে। নিল খোংলমখ্রবা চাউরবা য়ূমদো অদুমক লেপ্পলম্মী। নুংশুক নুংজাননা করিগুম্বদা থোকখিবা থৌদোক কয়া অমা মীত্ত শঙশঙ উরকই। খল্লুই হান্নগুম জর্জ সাহেবনা চৈরকখিগদ্রা। "জসবন্ত নঙসে নমায় লৈথোকখিবদা হেক্তা তাদে। লাকও কাখৎলকউ করিগীনো অদুদা লেপতুনা লৈথোকলিবদু"? কনানসু হায়রকতে। অদুবু খোনজেলদো তাবকপগুম তৌই। নিল খোংবা নোক খেবা লাংবগী খোনজেলদো। করিগুম্বদা ঐনা ফাগী তৌরগা ইতৈমনা শিথ শিথ নোকই অদুগা হায়খিবদু ঃ

- জসবন্ত খিৎ তোক্লোমী নঙগী ফাগী ময়াম তাবদা ঐ পূক্লিসে তৎকদৌরে। য়েনশাংগসে থুমগী মহুৎতা চিন ওইনা থাক্কদৌরে। বসন্ত মসি খরা পুদুনা চৎখরো!

সাহেবনা চেম্ববদগী থোবকপগী মখোল হেক তাবদা ঐখোয় পূম্নমক হৌদোং

লাকপদা উচি মখেল লাংবা তোকপসিমঙাই তুমীন তুমীন লৈনখিবনি।

নোংমসুনি ইখোঙসিনা মফমদুদা পুদুনা চৎলুই। ঐনা লৈরম্বা কাদুগী নাকন্দুদা লৈবা পৃখ্রি মপান্দুদা হৌবা হৈনৌ পাম্বীদুগী মখোঙদুদা কয়াদি কুইনা লেপলুরে। কোকতোন্দা থাবলগী মঙাননা পূমঙাল ঙাল্লম্মী। তরামরিনি পানবমক নৎত্রবসু পূমলং লংই। অতিয়াসু অদুক্কী মতীক শেংই। মসিনা কৈদৌরুনি। পূমলাং লাংলম্বা জর্জ সাহেবকী ইমৃংদো খুন্তাক লানশিবগুম ইমম মমহৌই। তুমীন্না লেপলমলগা থম্মোযগী চৈনাখোন্দু পুদুনা অদুমক হল্লকখি।

নীংশিংলকই কুইববগী তুংসিদা নোংমা নহাক্কী ৱাখন্দা ঐনা মফমসিদা নোংঙানখিবা খঙহৌদবনি। মদুমক নহাক্না খঙখিবদি নত্তে। ঐ ইতোমতগা চাউরবা হৈনৌ পাম্বী অসিগা অদুগা অমনা ঈংনা চীক্না ঙাল্লিবা নোংদোনথক্কী থাজদুনি। মদুমখৈনা শাক্কি ওইহৌবদুনি।

ইতৈমা। নুমিৎ অদু ঐসু কাউবা য়াদ্রি। নহাক্না চাউরবা য়ূম অদুগী দলানগী মাঙ্গোনগী রেল্লিংদুদা ঙাথরদুনা জর্জ সাহেবনা লাক্কদবা লম্বীদুদা লাংতক্লনা য়েংখিবদু, কয়া কুইননো নঙনা লেপখিবা। অদুগা হৈনৌদুগী মখোঙমক্তদা ঐনা নহাকপু য়েংদুনা তুমীন লেপ্লী হায়বদুদি নহাক্তি খঙখিদে। ইলেক্ট্রিক কী মৈঙান্দুদা নহাক্কী চোয়রবা শমলাংদু থাদোক্তুনা লেপতুনা লৈবদু কয়াদা ফজখ্রবা, নহাক্কী ফজবা অদুদা খঙবীনবা লৈত্রবগুম খল্লমগনি নহাক্লদি। মতমদুদা নহাক্না করি খল্লি অদুগা ঐহাক্না করি খনখি হায়বদুদি সমুদ্রগা পীক্লবা লাংখোঙগা পান্নবগুম্বনি। নঙগীদমক ঐনা কয়াদা, নুংঙাইখিদবা অদুগা নহাক্না মাগীদমক্তা কয়াদা ৱাজখিবসিনি খেন্নবা হায়ববু। করিগীদমক্তা নহাক্কীদমক্তা ৱাজবনা ইথৌ ওইরুবনো হায়বদুসু ঐ খঙদে। মসিনা মরম ওইবম্বা য়ায় মদুদি নহাক্কী অৱাবদুনা ঐবুসু ৱাহল্লি। নঙগী নুংঙাইবদূতা ঐনা পামই। নহাক্না ৱাবা ঐ পামখিদে। অদুবু নহাক নুংঙাইরবোই হায়বদুমতংদি ঐ খঙই। মরমদি নহাক্না খনজরিবা মী অদুগী অরোনবা পূম্বা ঐ খঙই। মরাল লৈজদ্রবী নুপী অমবু নুপী ওইবীনা খাংবা ৱারবা দণ্ড অমা পীবীবদুনি ঐনা নুংঙাইতবা। নুমিৎ অদুমক নহাক্না ফনা কুইনা মুশি মুশিবা থাবলদুদা লেপলম্লগা চঙখি। তপ্না তপ্না থোঙ

লোনশিনখি। ঐদি থাবলগী মঙালদু য়েংদুনা নঙগীদমক্ত মীৎকী পী শিন্থদুনা কপখি। থাবলগী ঈংলবা মঙালদু হুন্দোক্তুনা চঙবা ঙমখিদে। করিনো মথোং মরম খঙদবা অৱাৎপা অমনা থম্মোয়বু অসুক্কী মতীক চৈনাখোন পীখি। কয়া কুইনা লেপতুনা লৈরম্মী ঐনা। অহীংগী ইচিক ইরাওখোন তাদ্রবা মতমদুদা কয়াদা ময়েক শেংথ্রবা চৈনাখোন্নো। ঐনা ফাওখিবা নঙগীদমক্তা। নহাক্না অদুতং খঙলমলবদি পুন্সিসে মহৈ য়াল্লমগদবনি। মীওইবগী লাইবকসে করিগুম্বদা ওন্না তৈনবতা থোককল্লি। অপাম্বনা অমা ফংলুবনা অমা। চাউথ্রবা ইমুংসিগী মবেম্মা ওইবদা নহাক করিগী পেন্দ্রিবনো? নঙবু করি ৱাৎহল্লদুনা। অৱাৎপদু নহাক্না খঙই নৎত্রা? অদুবু নঙদি ঐগী থম্মোয়গী অরাৎপসি খঙলমলোই। মদু নহাক্না খংলম্লবদি পুন্সিসে অহোংবা কয়া পুরক্লমবসু য়ারিবনি। অসুম্না কয়ারক ইদুনা থমখি কন্নাগী খৃৎথাংদা করম্না মতমদা নহাক্কী জসবন্তনা থম্মোয়গী অনীংবা অপাম্বশিংসে নঙোন্দা খঙহল্লুনি। কয়ারক হোৎনদুনসু ইতৈমা নহাক্কী লৈফম খঙখিদ্রে।

নোংমা অমসু বসন্তদো ঐগীদা লাকই। নুংঙাইবা হৈবা হরাউ তযাম্বা মাগী মায়থোঙদো ইমক মকই।

- লাকও কাখৎলকউ বসন্ত নহাক ঐগী লৈফমসি করম্না খঙই।

- কোয়হং হংলগা লাক্লিবনি। কয়াদি কুইরে ঐনা নঙবু থিরিবা।

- করি পাউ লৈ।

- ঐ নঙবু থিরক্লিবনি কুইরবনি। অসি হায়রগা মমীৎতগী মপি ইরা চেল্লি।

- করি তৌরবগে অদুদা হায়য়ুনে হান্না। সাহেবপু কমদৌরিবগে?

- মদুগীদমক্তনি ঐনা লাক্লিবসে। মহাক য়াম্না কন্না নারে। নহাকপু অমুক্তং উন্ননীংই হায়দুনা নংবু কৌবা লাক্লিবনি। ঙাইহাক্তং তুম্মীন্না উংদুনা লৈকরগা ঐনা হায়খি।

- চৎসি ফি শেৎলুখিগে ঙাইহাক্তা ঙাইরমখো।

ঐসু প্রপ প্রপ মফি হোংলগা বসন্তগা লোয়ননা লাক্লে। নিলখোংবা লাংবতনা থল্লম্বা ইমুংদো পূমচিক চীকই। থোঙ্গাল হেক লানশিনখিবদা গাড়ী পবেং পরেংনা

লৈতেংলম্বা, ফজখ্রবা ফুগাইনা শাৎলবা লৈগী গমলা ময়াম মচু মচুগী লৈগী ফৈদোম মচা মচা, ফজ ফজখ্রবা অশংবা উরুমগী পান্বী ময়াম্না লৈতেংলম্বা সাহেবকী চেম্বর মাঙ্গোন, য়েনখা, সুমাং পূম্নমক্না মোমোন নোক্না মী পূম্নমকপু তরাম তরাম ওকলম্বা। নোকপ-লাংবা ময়ামদুনা থল্লম্বা ইমুংদো পূমওন ওন্নরমলে পূম্নমকসে পূমশোং শোংলে। কনানসু য়েংবীদ্রমালে। পুন্সিগী হৌখ্রবা ৱারী মতেক অদু কয়াদা নুংঙাইখ্রবা নীংশিংলুরগা কপ্পা নত্তনা উপাইদি করি লৈবি। তপ্না তপ্না ইমুংদা চঙশিল্লে। শরুদা উনশাত্তনা কুপলবা মাগী শকফমনী। অরোইবা ঙাইদুনা লৈরম্লবা অনাবা অদুগী ফমুং মচি অদুদা তপ্না তপ্না ফমথবদা মঙাইরি। শোকচিল্লবা জর্জ সাহেবকী ফীভমদু উরুবদা খাম্বা যাদ্রবা থম্মোয়গী ইহৌ অদু থিংবা ঙমখিদে। ফোং ফোং শারবা পীগী মবীক মরীক খব মহাক্কী মখোঙদা তাখ্রমালে। ৱা ঙাঙবদি ঙমলমদ্রে করিনো খরা হায়নীংবগুম তৌই। অদুবু কবি অমত্তা হায়রমদনা অরোইবা শ্বর হোনখরে। কন্না থিংদুনা থল্লম্বা পন অমখক্না পুবা ঙমদ্রবদা ঈশিংগী অকনবা ইবাওখোনগা লোয়নরবা অকনবা ইথক ইরৈনা নিংখাইহনবগুম ইরাওখোনগা লোয়ননা চেন্থখিবদু মঙায় তুমীন তুমীন লৈরম্বা পুম্নমক মখোন থোক্না কপ্পরকই। ঐহাক করম্ননো খঙহৌদ্রে জর্জ সাহেবকী মখোঙ কোন্দুনা ও খোংনা কপথোকলুরে। ঙাইহাক অদুদি অৱা তেংথাবতনা থলহনখ্রে। উজাউ অমা তেকথরকপদা মশা মরেং ময়াম অমা নন্দুনা লৈমায়দা হাইথখ্রবগুম জর্জ সাহেবনা চৎখিবগা যুমদু নুংশুক নুংজাননা লেপহৌই। অসুম্না হৌনবী পূম্নমক লোইশিল্লবা মতুংদা মাগী মাগী মফমদা হনবা মতম যৌরক্লদুনা ঐসু যুমদা হল্লক্লবা শেম শারম্মী। ঐনা চৎলমদাইদা বসন্তনা চিঠি অমা পীরকই। অসুম্না হায়রকই ।

- সাহেবনা শীন্নরম্বনি। ইতৈমনা মফম খঙদনা চৎখ্রবা তুংদগী মরাই চায়থবা হৌরক্লবা সাহেবকী পুন্সিনি। থম্মোয়গী লায়নানি। ইচেবেম্মগা ইবাই ইবুংঙোগনা ফনা ৱানা কদায় কদায়দনো পুদুনা য়েংলবনি। অসুক থুনা লোইশিনখিগনি থাজরুদবনি। পুং ২৪ যু থক্কুনা লেনখিবনি।

করিগী মহাক অসুম্না লোইশিনহনখিবনো?

- অনুতাপ্না মহাকপু চাকথেকহনখিবনি।

য়াম্না পেন্না হায়গে খল্লুই - "সাহেবকী চান্নথোইবী দুদি করিগীদমক্তা পূম্নমকপু মাংহন তাকহল্লম্লগা কদায়দা চৎখ্রবগে? মহাক সাহেবকী পুক্সিবু করিগী কল্লদ্রিবনো? মী পূম্নমকপু মাং তাকহল্লম্লগা কদায়দা চৎখিবনো। মহাকপু কৌবা য়াদ্রা"?অদুমকপু মতাং চাদ্রবদুদা হায়খিদ্রে।

- হৌজিক্তি ঐখোয়না কপ্লুবগী করি কান্নরি - সাহেবনা শিন্নরম্বা চিঠি অসিতং মেম সাহেবকী মখূৎতা অমুক্তদি য়ৌহনবীখো মসিনা মহাক্কী অরোইবা অপান্বনি। ময়োমসিদা লোইনা য়াওরবনি। সাহেবনা পীবা এদ্রেস সিদা ঐনা থারুরবনি। কদায় কদায়দনো চৎলুরবা তুংদা মফমসিদা অমুক হল্লকইবনি। অসুম্না ঙাইহাক পুক্সিগী মতেক খরদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুগীদমক্তা কপমিন্নরবা তুংদা বসন্তবু বিদায় তৌরম্লগা ঐহাক মফমদুদগী থোরক্লে।

চহী খরগী মমাঙদা ইরম্বা জর্জ সাহেবকী পৈরপ পৈরপ ফজখ্রবা খূৎইদুনি। খূৎ থক থক নিকপা মখৈ ঐহাক্না ফাক্তোক্নুনা পারুবদদি অসুম্না ইরম্মী।

**মাহুৰা**

নুমিৎতুদা ঐনা নমিং করি কৌই হংখিদনা। নঙনা মীনমদুনা, খুমখি খঙই নঙগী নমিং মাহুৰা নত্তে। অদুবু অদুম কৌরগে। নহাক্কী অশেংবা মীং অদু কৌনবগী হক লৈতে হায়না লৌরগে। চিঠি অসে ঐনা নঙোন্দা ইগে খনবা য়াম্না কুইরে। ইবা হৌগৎলগা অদুম থমলকপনি। ঙসিদি লোইরগে খল্লে। হায়নীংবদি য়ামখ্রে ফোঙদোকপা কয়া হৈত্রে। অহীংগী লাইরেম্বী ওইনা নহাক্না ঐগী ইনাক্ত অদুম চঙলক্নি হায়বসে মঙদসু খল্লুদে। নুমিৎতুদদি খঙহৌদ্রে। খঙলম্লবদি পুক্সিগী অহোংবা কয়া অমা পুরক্লম্বসু য়ায়। নঙনা লোন্না কপখিবদু ঐদি য়াম্না ঙকখি। ঐগা করিসু মরী লৈনদবা নরোমদোম ওইবা ৱাখন লৈজদুনা কপখিবরা খল্লুই। নঙ সোইদনা

হংনীংলমগনি "নঙবু কমদৌরি" নুংঙাইরিবরা মদু হংলম্লবদি মতমদুদা ঐসু খুমলমগনি নঙনা চৎখ্রবা তুংদা পুন্সিসিদা করিগুম্বা পোৎ অমত্তগী মহাওদো ঐঙোন্দা লৈখিদ্রে। কংলবা লৈকংলাদা উনা পূম্নমক কেনখ্রবা ঊপাল অমগুম শীংজনবা কনানা শীং চনবা লাক্কুনা য়াল্লমগদবা উপালগুম্না মতম ঙাইদুনা লেপলি। নুংশিবগী মমল খঙলমদ্রবা ঐহাক্না, ঙসিদি মমল লেপ্লবা হোৎনরি। উরু উরুবা পূম্নমকসে অর্থ থোকখিদ্রে। নিংঙমদবগী নিঙমদবা ঙাক্তা। ঐসু খঙদে করম্না অসুম্না ঐগী পুন্সিদা থোক্লরিবনো। সনাগী মহুৎতা য়াইঙংনা শিনবা য়াগদরা খল্লুবনি। মদু য়ারমদরে খল্লকপা মীকুপতুদা সনাদুসু মাংখবে। ঐনা নঙবু থিরকপা মীকুপতুদা নহাকপু মফম কৈদসু থিবা ফংখিদরে। ঐনা নংবু কয়াম থিখি। উনা ফাওবা হাইগৎতুনা থিখি হায়বদুমক য়ৌখি। অদুবু নঙনা ঐবু থাদোক্কে খন্না চৎখ্রবনিনা কদায়দগী ফংগদগে! অসুম্না ককঙাওনরবা পুন্সিদা হিংনবগী আশা য়াওদনা হিংলির্বনি। অদুগা অমুক অহীং অদুদা নহাক অদু য়ৌনা "লৈখা তারবা মী ওই অমা ওইনা ঐগী ইনাক্তা লাকলমদ্রবদি নঙবু থিবগী ফংঙমদবগী ফংলকখিগদরা খনবগী লাংতক্লরবা পুন্সিগী মহাওদুনা হেন্না নুংঙাইরম্বসু য়ায়"। নঙদি খঙলমলোই নীংঙমদবগী নীংঙমদবা ঙাক্তা। মদুগী চৈনাখোন্না পুন্সিসে চাকথেক্লি। মাগী মাগী লম্বীদা চৎনখ্রবা কবিসু মরী লৈনদ্রবা মী অমমম ওইরবনি খল্লবসু নঙগী থম্মোয়দা চাক্লীবা মৈরীদু ঐনা মৃথৎপা ঙমদ্রবসু কংলবা লৈকংলাদা ময়োন চোংবা ঙমদনা কংলুরবা লৈবাক্লৈনা তপ্না তপ্না ময়োন থিনগৎলক্কুনা শকাইরক্লবগুম মাগী নুংশিববা লৈনম্না ঐগী থম্মোয়সিদা চুদুনা লৈহৌরে। অসিখক্তং নঙোন্দা হায়নীংলুবদগী নঙগী নফমদা চেজেৎ অসি য়ৌহন্নীংবখক্তনি মসি ঐগী অপাম্বদনি। মরাল লৈত্রবা চেজেৎ অসিবুদি শেগাইদুনা মাঙহনবীখিগনু।

নহাক্কী **বীপিন**

ইতেমা,

চিঠি অসি ঐনা তপ্না তপ্না অমুক হান্নগী মফমদা হাপচিল্লে। অদুগা কদায়দনো থারুগদবা। নোংমা মপুরোইবগী নুংশিবা ইরীক অমতংবু নোংগৌবী কৌবা চেক্লান: খৌগংলবদা নোংগী ইরীক অমত্তং ঙাইজরকপগুম ঙাইজখিবী মাগী মফমদা কুমগী

নোং লাকপগুম থোক্লরগদবসে। মরাইবক্তা তমলমদ্রে। ইতৈমা নহাক্লা জর্জ সাহেবনা ইরমলিবা ৱাহৈশিংসি মতম চানা মতাং চানা ফংজরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইজরমগদবা। অদুবু পাবীনবা লৈতনা কয়া কুইনা ইনাক্তা তাদুনা লৈররে। পুন্সিসিদা করিগুম্বা মতাংদা ইতৈমবু থেংনরবদি মদুতদি শিন্নরম্লগে খনবনি। ঐনা চৎলিবা মখৈ পুদুনা চৎলি। কদায়দনো নহাক্কী লৈফম্লা? সাহেবনা ইরম্বা এদ্রেসতুদা লেটর কয়া থারুবরনি অদুবু পাউখুমসু লাক্তে ইনাক্ত অমুক অমুক হল্লক্তুনা লৈররে। কৈথেলদা য়োনবা গমলাগী ফজরবা অতরগুলাপকুম কনানা লৈদুনা পুখিবা কদায়দা? কনাগীদা? লৈমন চল্লমগদবা! অসুম্লা করিগীদমক্তা থোকহল্লিবা? ভাব তাবা ঙমশিল্লক্তরে। অদুবু পুন্সিগী মীকুপ খুদিংমক্তা ইতৈমা নহাকপু কাউবদি ঙমখিদে অসিতদি নহাক্লা খঙবীয়ু। ঐগী ৱাহৈ খরসিতদি নহাক্কী নফমদা য়ৌবা ওইসনু।

নহাক্কী জসবন্ত

অসুম্লা বুবুনা চিঠিশিং অদু পারিঙৈদা জসবন্ত চঙলক্লম্মী। তুংদগী কয়া কুইনা লেপলম্বনো খংহৌদ্রে। অচিকপা থুগাইদুনা হায়রকখিবা তারকই। অসুক কুইবসে ঐনা নঙোন্দা লোৎশিন্দুনা থম্লকপা ৱারীসে তারো লিরগে পুম্নমক্তুগী তুংদা নোংমা চহী কয়াগী মতুংদা ঋশিকেষকী অশ্রমদগী চিঠি অমা ঐগী মিংদ' থুংলখি। কনাদগী কদায়দগী লাকখিবনো খঙদে এদ্রেস ইরক্তে। লাংতক্লনা ফাক্তোক্তুনা পারুবদদি ইতৈমনা ইরকপা ওইবমলে। মহাক্লা অসুম্লা ইরকখি ।

জসবন্ত,

নহাকপু অমম্বা কাদুদগী মপালগী মঙাল ফংলমগদরা? খনফম খঙলক্ত্রদুনা নঙোন্দা ফাওবা কৰিসু হাযবমদনা ঐ লাকখি। পুন্সিগী ৱারী মতেক খরসি নঙোন্দা লীকদুনা কৈদৌরুনি। নোংমা খঙহৌদনা মাবু থেঙনখি। অঙকপা কয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী ঙকপা পুন্সিগী থৌদোকনি। হিংবা অমদি শিবা অনীগী মরক্তা থেংনরিরবা

লানফমদুদনি ঐনা লাকখিবদি। পুন্সিসিদা করিগুম্বা মতাংদসু অমুক হন্না মাগা উন্নদবা ওইসনু খন্দুনা পল্লেপফম খঙদনা লাকখিবনি। অদুবু ঈশ্বরনদি মাবু অদুগুম্বা ফীভমদা উন্নৌ তন্নমলে। হায়নীংঙাই লৈতনা লৈখা তারবী ঐনি। কনাগী সনাপোৎনি। শান্ননীংবা কনানা শান্নরম্নগা অদুম লংথোকলম্বা শান্নবুংদা লৈবা শান্নপোৎতুনি নঙগী নতৈমনি হায়বদা নমায় থাঙ্গৎতুনা চৎপা ঙম্নরোইদবা। অদুবু নহাক্না ঐবু ইতৈমা হায়না কৌবদু ঙসিসু অদুম তানীংলি।

ন্নমিৎতো অমুক্তংদি নঙোন্দা থম্মোয় শেংনা ৱাকৎকে খল্ল। ঐগী পুন্সিগী মাঙলিবা ময়াম অসিগী ক্ষেত্রিপুবন কনানা পীবীনি। কনাদা মোকদ্দমা তৌরুগনি। করিগীদমক অসিয়ৌনা লৈখা তানা মাঙহনবীরন্নীবনো কনাগীদমক্তনো? অসিনি ঐনা হংনীংলিবা ৱাহংসে। পাউখুমদু নহাক্না পীবা ঙমগদবা নত্তে খঙই। হংফমসু থোক্তবনি। ঐগী কনা লৈরি? নং নত্তনা কনাদনো ঐনা নাউথি শাজদুনা ওইনরুগদবা? অদুবু পুন্নমকসে করিগীদমক্তা ঐগী লাইবক্তা থোকহনবীরম্মীবনো? ঐ নঙোন্দা হংদি হংগে খল্লি। কবিগীনো হায়বদু ঐ মবম খঙদে। নহাকপু ঐনা মীতোপ ওইনা লৌবা ঙমদে নোংমতা মদুম্না খল্লুদে।

ম্নীওইবগী মপোকসে পামলক্তরে। পামলুবনা অমা ফংলকপনা অমা। মৈরানবীগুম্না মৈরী তান্নরুবনি। মৈরীনি খঙলবদসু মৈরানবী ওইরমগদ্রা ঐনা মৈরানবী মহাক্না মৈবী। মৈরানবীগী মপোক্তা পোকলুববনিনা মৈবীরক্তা চোঙশিনজবা তারেদো। পুন্সিগী হিংনবগী লানফমসে শোক্না শোক্না হিংবদা ৱারে। চোকথরে। ঐগী হায়ববু করি লৈবি? মহাক্না পুহন্নীংদুনা পুহল্লিবা অৱাবগী পোৎলূম ময়ামসি পুদুনা চৎপা তাবনি। ঙমখিগদ্রা খঙদ্রে। ঙম্বা ঙমদবগী ৱা থমখো চৎপা তাবনি। চৎতবা য়ারকতবনি। পঙশাং শাংনা ইরুদুনা কৈদৌনি। নঙ খঙলেদনা ঐ করম্না হিংলি। নহাক্কী নুংঙাই যাইফবা ঈশ্বরনা পীনবীসনু। নঙগী পাউখুম অমতং পাম্মী। অদুবু নহাক্না ঐঙোন্দা পাউখুম পীরক্কদবসিবু কদায়দনো '? কদাইদনো ঐগী পম্থুংফম্না '? কবি অমত্তা খঙবা ঙম্বা পোৎ নৎত্রে। ঈশ্বরনা নঙবু থৌজানবীসনুকো ।

নহাক্কী নতৈমা

মথক মখা ওন্থোক্তুনা হন্না হন্না পাবে করিসু থারকতে। ঐগী পুক্লিংদা খনজখি। "কদায়দনো ঐনা মাবু থিরুগদবা। করম্ননো ঐনা হায়রুগদবা। নঙগীদমক্তা ঐনা করি খল্লি ইনাক্তা নঙনা লাক্লবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইগনি। নহাক্না ওইনীংবা মওংদা ওইজরমসু। লৈখা তারবসু নুংশিবগী মফমদদি খেন্নবা লৈতে। ঐ খঙদে হায়ফম থোকপা ৱারা? নৎত্রবরা ঈতৈমা, ঐ নঙবু য়াম্না নুংশি নঙগীদমক্তা তং তাদ্রবা পুন্সি অমা হিংলি কাউগনু। নঙগীদমক্তা লাংতক্লবনা ঐবু কয়াদা অৱাবা পীরিবা। পূম্নমকসে নহাক্তনা কোহনবা ঙমগনি। তেরা মফোলগুম পাইদুনা চৎখ্রবী নহাক্না কদায়দা তারুগদবা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি। নাইতোম তারবা চীক্লবা পুন্সি অসিদা নহাক্না তত্তনা কায়হৌরি নঙনা ঐগী ইমাঙদা তত্তনা মোমোন নোকলম্মী করি মরমগীনো?"

মরক্তা অমুক্না হেন্না মল্লবা চেনা অমসু য়াওরি অরোইবগী লামায়দুদা অসুম্না ইরি।

করিগুম্বা লৈরম্লবা অশেংবা নুংশিবা
লাকলম্লবা ঐগী ইনাক্তা নুংশিবা নঙনা
নখূয়াদা থম্বালদুদা কৎলমগনি লৈজবা পূম্বা নঙোন্দা।
কয়াদা নুংঙাইগবা অদুম থোক্লবদি
অতিয়াসিদা চোংখৎতুনা ঐনা লৈনা জগোই শাদুনা
থাজবু ইখূৎনা লামদুনা ফংবগুম মহৈ য়াল্লমগনি পুন্সিসে
অদুবু - হে নুংশিবা নঙদি! ভূতকুম্বনি।
অশেংবা থম্মোয় চেন্দ্রবদি ফংবা ঙমদ্রবরা?
অৱাবা চৈথেংতা পামজবা কনানা
ফংবা ঙম্ববা নহাক্পু !

# মাপনশুবা তাঙ্কক

পুন্নমকসিগী তুংদা জর্জ সাহেবনা লৈখিদ্রবা তুংদা সাহেবগী মচেবেম্মানা য়ূমদুদা লাক্লুনা ইনৌ নৌবা চৎন পথাপ অমা হৌদোকপগুম তৌখ্রে। বসন্ত মতৈ মনাওদু হান্নগুম লৈরি। সাহেবনা হিংলিঙৈদা মাগী লম মচেৎ অমত্তং পীবীরমদুনা মথা থংবা ইঙ্খোল মচি অমদা লৈরি। হান্নগুম ইমূংগী ব্রায়েন কাতিদা খূৎ থিংজিনবদি ঙমদ্রে। ঈঙ্খোল মচেৎতু ফাওবা মচেবেম্মগী মচানুপা অতোপ্পনা নোংমা মমাদা হায়খি।

- ইমা, মাম বসন্তগা ঐখোয়গা করি মরী থোক্লে ?

- কৈসু থোক্লদেদা। নঙ মামাখোয়গী ইমূংগী থবক ইনখাং মতেং পাঙনবা থম্বনি। লুনা চান্না তৌনরম্বনি। মাসু ইমূংসিগী মীগুম লৈজরক্লবনি।

- ঈঙ্খোলসি মখোয়গীরা?

- অং মখোয়দা পীরম্বনি।

- করিগী?

- নঙ কৈদৌগে হায়বগে, মাগী নামাদা পানবীবম্লবনি।

- মাগী জগাসি য়ূম শারবদি ভাড়া যাম্না লাক্কনি সরক্কী মচিন্নিনা।

- তুমীন্না খিৎ লৈয়ু। ওইররোইদবা ব্রা ঙাঙখ্রেদা। লাইরিক্তু পারুচো।

অসুম্না বসন্ত মতৈ মনাওদো হান্নগুম ইমুংদুদা হক লৈখিদ্রে।

নোংমা মনেবেম্মনা রানিবু কৌরগাহায়খি।

- রানি - ইতোমতনদি ঙমদরে। ইবুংঙোখোয় কাসে য়াম্না মোংলে অমুক্তা শেংদোকমিন্নসি।

- রানীদু মপৃক্লীংদা খল্লি। মাগুম্বনা ঐগী ইথিবোং থাকপিবসু নত্তবা। মীবু কৌদুনা শীজিন্নবদি হৈখরে। অদুবু মেম সাহেবখোয়না ওইরম্বা কাদুদদি মহাক হান্নগুম্না লূনা নান্নবা হোৎননীংই। অদুদা নিংশিংবগী স্মৃতি য়াম্না লৈ। ঙাইহাক্সু মদু য়েংলগা মহাক মমিৎতগী পীরাং ইবীক অমত্তসু মাগীদমক্ত শিন্থনীংই। কয়াদা নুংশিখ্রবা মাগী মবেম্মনো। কয়াদা চানবীখ্রবা মহাক্কী ৱাঙাঙ। কয়াদা মীনুংশি লৈখ্রবা। কৈদৌঙৈদসু মৃৎপা নাইবরোই। মাগী নীংশিং স্মৃতিদু অমুক্তং য়েংনীংই। মসি খন্দুনা খুমখি। 'হোয় ইনমবেম্মা লাকচগে'।

ঙাইহাক লৈরগা ঙকচাও থেক্পী মচানুপা অহনগী নুপী দু লাকই। ঙরাংত লুহোংলুবা মানা খোনগদি অয়ৌবীনি। ওন্থোক্লে মী উশিংখিদ্রবা। মপান্দগী লাপ্না কৌরকই:

- ইনে হো ইনে কৈদৌরে হৌজিকফাও লাকত্রবদি। সোমদা ইমানা চৈবনা লোইহৌরে।

- রানিদো খুমনীংবনা মরেং মরেং চৎলি অসুম্না "নপাই মীনাইরো" অদুবু খুমখিদে মেম সাহেবকী স্মৃতিদু নীংশিংলুবদা। তপ্না তপ্না মতুং ইন্দুনা চৎখি।

চাউখ্রবা য়ুমজাউদো শেমদোক শেমজিন তৌরে। কাদু মতৃপ মতৃপ খাজিন্নখ্রে। ইংলিশকী আর্বাকিতেকচবেল দিজাইন লৌদুনা শাবনি। মীংশেন্না ইকোই কোইশিনবা উপাক্লা ফ্লোর ওইবা চাউখ্রবা য়ুমনি। বসন্তনা মীংশেলদুদা লংন্নবা তকচবদা মথৌ ওইরকলিবনি। রানী যাওনা থাউ থাক্লুনা তকলিবনি। নুংশিবা মনম চায়দুনা ফ্রেস ওইহননবা হোৎনরম্লনি। লূবা নান্নবা অকে অমৌ পামজখ্রবা সাহেবনি। মখোয অনীবু মীতোপ ওইনা নোংমতা খনাখদবনি। ইমুংগী চুম শো ফাও শিন্নদুনা মপু ওইনা লৈজরকপনি। মচেবেম্মগী মচাশিং মমৌশিংনা মখোয়বু মাগী মামগী মীনাই ওইনা

থমলম্বনী হায়বগী মীৎয়েংদুনা ইমূং অনী অসি য়াম্না লাপ্পরে হায়বমক য়ায়। থম্মোয়গী ওইবা মরীদু য়াওখিদ্রে। শক মায় য়েংনবা মঙায়রে। কাশিংদু ইনৌ নৌনা তপথবসু য়াওরে। পুমহোং হোংলে জর্জ সাহেবকী ওইরম্বা কাদুদদি মচেবেম্মনা থোঙ লোন্দুনা থম্মী। রানীবু কৌদুনা শোদু শিন্নে।

- রানী কাদু কুইরে থোঙ হাংদবা নঙ খরা য়েংশিল্লম্মু। উচিনকা পোৎচৈ চীকথৎলম্বসু খঙদে। রানীনা থোঙদু হাংদোক্লুনা চঙখিবদা মথম্মোয়দা থুক লাউবা পোকই। মমিৎতগী পী তাবক্কনু য়াখিদ্রে। মমাঙঙৈদদি রানীনা নুংতিগী শিং-শেংলিবনি। সাহেবকী লাইবিক হাপ্পা উপুদ্ মীরাং ঙাক্তা ঙাইরে। রানিনা কনথোক খোল্তোকপা লোইরগা শিৎতোক শেংদোক্লবা হোৎনবি। কাদুদা থেৎলিবা ফোটোদু লেঙদ্রি। পূম্নমক্কু উবদা রানীদো নোং খোংবমখৈ কপথোকখ্রে। মনমবেম্মসু কপলে। কয়াদা নুংশিপ্রবা হৌখ্রবা পুন্সিগী মতেক খবদো। মনমবেম্মনা হায়জদুনা লৌজরূবনি। নোংদম্বনা মখোয়গী নুংঙাইবা পুন্সিদো তম্বীরমদ্রে। লাইরিক হাপ্পা উপুদুগী মখাদা মল্লবা দাইরি অমা তারম্মী লৈনিন্না ঈচোৎ চোৎলে চেনা অনী অহুমদি মাঙলে রানীনা ফজনা কনথোক্লগা পুদুনা লাকলে। মচা নুপা অহন্না হাযহৌই কাসি লৈবিবা মখৈ ঐখোয় ইমাসি লায়না ওইরনি। চেম্বরগী লাইরিকশিংসিসু লাইব্রেরীদা কৎথোকখ্রসি, কাসিসু কৈদৌনখিদোইনো অরেম্বদা মাঙহল্লে। হায়দুনা মাগী চুহী মব্দপ দেবান্নসু হায়হৌবদু রানীনা তারকই। মমানা শাউনা লাউহৎহৌই "ঐ শিদ্রিমখৈ মদু ওইবা যারোই

রানীদো মযূম যৌবগা ওখোংনা কপ্পী। বসন্তা ভাব তায়। য়ূমদুদা চৎলুরবদি নীংশিংবগী স্মৃতিনা ঐখোযবু হেক্তা ব্রাহনবনি। নুংশিবগী মমলদি লোইবা নাইদে। নীংশিংবগী লকানুংদা অদুমক লৈখিসনু। নুংশিবা কয়া অমা লাকখিবা যায অদুবু অমুক অদুগুম্বা কয়া অমসু চৎখিবা য়ায়। মদুম ওইনমক মসিমদি কাউবা য়াদনা লৈরানি। ডাইরীদু ফাওোক্লুনা বসন্তনা মথং মথং য়েংলুবি। "অকংবা অতবগুলাপ অমখক য়েপতুনা লৈবম্মী। তগৎ তগৎ তেকলিঙৈদদি ওম্থোক্লা মনম নুংশিনা ফজবা গুলাপ ওইবমগনি। অকংবা মনাদগী ঙসিসু মনম ফাওবি"। ডাইরীগী অহানবা লমায়দা জর্জ বীপিন সাহেবকা মেম সাহেবকা অনীগী লুহোংবগী ফোটো য়াম্না চেৎনা নপশিল্লি।

ফকতোকপা ফাও ঙমদে। গুলাপ য়াওবা লমায়দুদা ইরম্মী। *ঙসিদি ঐগী পুন্সিগী হিংসাব শেংদোকপগী মতম ওইরে*। পীরাংনা থুমহৎলবা মীৎশ্না অনীদগী তারকলমগদবা ইরিক পীরাং ময়ামদুনা ৱাহৈশিং পূমচাই চাইরে। অদু ওইরবসু পাবদি অদুম থোক্লি। নুমিৎতুগী থৌদোক্তু মরী লৈনরম্বা য়ায় খল্লি। ৱাহৈ খরদু বসন্তনা পাবা হোৎনরি। রানীনা মনাক্তা মখদাং শৌরদুনা তারি। বসন্তনা অতর গুলাপ য়াওবা অরোইবা লমায়দুদা ইরিবদু পারকই।

"ঐগী ৱাখল অসে য়াম্নদি মপূং ফারমদবসু য়ায় খল্লমগনি কনাগুম্বশিংনদি। অদুবু থম্মোয়গী অৱাবা নুংঙাইতবা কয়াগা থোক্লীবা পুন্সিগী থৌদোক কয়াগা মরী লৈনৈ হায়বসিমদি খঙনবা ৱাফমনি। নহাক্লা হায়খিবা ৱাশিংদু তাবা ঐ য়াম্না ৱায়। অমুবা মচু খর হাপ্লবা নঙগী মীৎয়েংনি, নঙগী ৱাখন্নি। করম্না নহাক্লা ঐগী অশেংবা মচু অদু মশক খঙবা ঙমগদগে? অরংবা পূম্নমক সনা নত্তে হায়বসিদং নহাক্লা খঙবা ঙমলমলবদি য়াম্না নুংঙাইবা ঙমগনি। নহাক্লা কনাগী ৱাখন্দা ককঙাওনরি ময়া মরিচিকাগুম তান্নরি। মদুগীদমক খল্লুবগী কান্নবদু ঙসিদি লৈরমদরে। করি অমত্তা লেমহৌদরে। চৈনাখোন নত্তনা। পূম্নমক লোইশিল্লক্লবগুম্বনি। পুন্সিগী লম্বীদা লেপতুনা নঙবু ঙাইখি কয়ারক। নহাক লাক্লরোইদবদা ইতোমতা ঙাইজবদা কয়াদা ৱাখিবা ঐনা। পূম্নমক লোইখ্রসনু। নঙ ঐ চৎমিন্নবা য়াররোই। নঙগী নুংশিবগী পাত্রদুদা হাপচগে খনজরম্বনি নুংশিবগী মপৈ মপৈ কয়া অমা! অদুবু হাপফম খঙদ্রদুনা হাপ্লবা পাত্রদগী পাথখিদুনা লৈমাযদা কোইচাই চাইরেদো ঙসিদি। ঐ হল্লগে নঙগী লম্বীদগী নঙগী পুন্সিদগী! ঐগী মমি অসি মুৎখ্রসনু কদায়দা অমুক হল্লুগদবা। অদুদদি খঙদ্রিবনি। মথোং মরম খঙদ্রে পুন্সিসে হল্লকফম পন্থুংফম মফম খঙদা লম্বীদুদা চৎকদবা মঙাইরে।

নহাক্লা খঙলমলোই। খঙলবসু খঙশিন্নরমলোই মদু নহাক্কী হৈনবীনি। কয়াদা নীংবা কায়খ্রবা! কয়াদা ওয়া তৈনখ্রবা! মসি ঐগী পুন্সিনি। নুংশিবগী মমল ময়েক শেংনা খঙদ্রবা নহাক্কী ৱাঙাঙ মীৎয়েংনি। অপাম্বনা অমা ফঙলুবনা অমা নঙগীদমক্তা শাগৎচরুবা আশা কয়া। নঙোন্দগী, নহাক্কীদমক্তা ঐনা করি পামলম্মী। মদু নঙনা খঙবা ঙম্বগী ৱাংমদনি। হৌজিক্তি খঙবগী কান্নবসু লৈতরে। করিসু লৈরমদরে। ভাবনা

শাবা মচ় শঙলবা মঙ অমখক ঙাইবমলে। ঐগী অশেংবা ৱাখন মচু পূম্নমক নহাক্না খংগদবা লৈত্রে। পূম্নমক মতমগী ঈরোনুংদা চেন্থখ্রসনু। লোইবা নাইদ্রবা মীওইবা ঐখোয়গী পুন্সিগী ৱারী কয়ানি মরোন মরোন লৈরোন চনখ্রবনি। কনা অমনা থম্মোয় পেন্না হিংখি। কনা অমনা কয়াদা নীংবা কায়না পুন্সি লোইখি। পূম্নমকসে কবিবু কান্নরি। অফবা কয়া ফত্তবনা কয়া - অসুম্না অদুমক লোইখি। ফিভম অমদি মতমগী মনাইনি খঙলুদ্রে। মতম অমদি ফিভম্না ঐবু কয়াদা লাকনববা। ইবানি কয়াদা নক্কখ্রবা অদুগা অমুকসু কয়াদা লাপ্নখ্রবা নঙ ঐগী মবীনো!

ঐহাক ঙসিদি নঙগী ননীং থুংহনবা ঙমলগনি। নক্না নক্না লাপ্নবগী মহুৎতা নঙনা ঐবু পুন্সিগী অমুক হন্না উরবোইদবা লম্বীদুদা ঐ চৎলে। মসি ঐগী থম্মোয়গী অপেনবনি খল্লগা ঐগী নুংঙাইজবা ওইরগে"।

বসন্তনা ডাইবিদু তপ্না তপ্না থুপচিল্লি। মরক্তা য়েপলম্বা অঙাংবা অতর গুলাপ্তু মখাদা তাথোকখ্রে। মখোঙনা নেৎশিল্লুবদা অকংবা মনাশিংদু ইচায় চায়রে।

বানীদো অমুকসু ওখোংনা কপখৎলক্লে। মচোয় মচোয় তারিবা অকংবা গুলাপ্তু খুনজিন্দুনা হান্নগী মফমদা য়েপশিনবীরগা চেৎনা থমখ্রে।

অসুক কুইরবগী তুংদনি নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মেম সাহেব তগী চিঠি অমা বসন্তগী এদ্রেসতা থুংলখি। খ্বাইদগী অঙকপা পোৎশিংগী মনুংদা অঙকপা পোৎ হায়বদু ওইবরে। এদ্রেস তৌদুনা ইবকপদি ঐঙোন্দা ইরকপনি অসুম্না ইরকখি।

জসোবন্ত,

নঙ ঐগী ৱারী অসে তাবদা য়াম্না ঙক্লগনি। ইহান হানবদা ঐগী ৱারী অসে থাজবীনবা লৈররোই। অদুবু নহাক্ত থাজবীবসু য়ায় খন্দুনা নঙোন্দা লীরবনি।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা খ্বাইদগী ঙক্লবা মীকুপ অমা ঐগী ইনাক্তা থুংলখি। নুমিৎতগী থৌদোক্তুগী তুংদা পুন্সিসে হিংবা য়াম্না তল্লক্লম্মী। যূম থাদোক্তুনা থোবকখি নুমিৎ অদুমক্তদা ঐহাক পুন্সিসে লোইশিনজবগে খন্দুনা অমম্বা মরক্তুনা অসুম চৎলম্মী।

নোংজু পম্বাগী ঈশিংনা ইমায় চোল্লবা তুরেনগী ঈপাক্তু ইমাঙদা পাক চাউনা শন্দোকখিবদু উরগা ইমানা ঐবু খৃৎলাম তোয়না কৌবগুম খল্লম্মী। ইমাংদা লৈরম্বা থোংদুদগী চোঙথরগা থৱায়সি থাখিবনা পূম্নমকসে ঈংলগনি খল্লদুনা চোঙথগদবগী হোৎনরম্মী। ঙসাইদগী ঐগী ইতুংদা কনাগুম্বা অমনা ইন্নরক্পগী শউম তারি। মদুনা হেন্না থৌনা পীরম্মী। খুদোং থীনিংঙাই ওইরবা মীকুপ অদুদগী নাম্থোকচহৌনবা মাঙদা খরা কল্লপ কল্লপ চৎখৎলম্মী। অদুবু মপাঙ্গন ফরবা শাফু কল্লবা কন কন লাউবা খৃৎশা তরাখক্লা ঐবু থোংগী রেল্লিং দুদগী চিংথবীরম্মী। মাগী মখৃৎতগী নাম্থোক্ল বা ঙম্বা মখৈ হোৎনরম্মী অদুবু ঙমখিদে। শাদানবগী লাংদা থুরবা উচেক মচা অমগুম ফ্রং-ফ্রং চোংলম্মী। শকখঙদবা অদুনা অমুক নাম্থোকখিদুনা ঈশিংদা চোঙথখিগদ্রা হায়না পাখৎপনরা খঙদে মাগী কল্লবা খৃপাক্তুনা ঐগী খজাইদা হনজিন হনজিন থাখিমালে খল্লি। অদুদগী ঐ জ্ঞান তাখিদ্রে। মহাক্লা ঐবু ফৈবম্নদুনা মনাক নকপা মরূপ অমগী ময়ূমদা পুশিল্লম্মী। ইমুং অদুদা ঙাইহাক জ্ঞান লাক্লনবা হোৎরবা মতুংদা ঐহাক পুন্সিদা অমুক্তা উদ্রবা মফম অমদা তুমদুনা লৈবম্মী। কা অদু পীকই ফমুং অমখক্তমক থাই। নুপা অদুনা লৈমাইদা লিফক অমা থারগা তুল্লী। ঐনা হৌগৎলগা চেনগে খল্লি অদুবু ইশা পূম্নমক পৃমতেক তেক্তুনা লেঙবা ওৎপা ঙমখিদে। কিবা থুক্কৎপা অমদি নুংঙাইতবনা ঐহাক অনাবা হায়বদু ওইরম্মী। পৃকচেল চাউরবা নুপা অদুনা ঐহাকপু য়ৃমদা থিনবীগে হায়রম্মী। অদুবু ঐনা অদুমক যাখিদ্রে। শাংলবা ৱারী অসে নঙোন্দা লীরুদুনা কৈদৌনি নহাকসু তাবদা কপকনি। মফম অদু ঐসু খঙদে কবম্বা জগানো। সহরদগী লাপ্পবা চীংনুং অমদা লৈবা য়ূমদোমপোক্লী। মহাক অদু পৃকচেল য়াম্না চাউথ্রবা মহাশয়নি। অদুবু মীরোৎনি। মতম খরা মাগা লৈমিন্নরবা তুংদা পুন্সিগী হিংনীংবগী মঙালদু ফাওরক্লম্মী। অদুম ওইনমক নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী মরূপ মপাংশিংনা মাগী অবোইবা ৱা অদু ঐগী নাক্তা লাক্তনা তল্লখি। পুলিসকা কাপ্পবদা মহাক লৈখিদ্রে। অসুম্না ঙাইহাক্কী ওইনা ঐগী পুন্সিগী থামম্বা অতিয়াদা পীক্লবা থৱানমীচাক অমখক কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লম্বদু খঙহৌদনা কেনখিরম্মী। ঐহাক অসে কয়াদা মপোক থীথ্রবনো! য়ূমদোমপোক্তদা ইতোমতা লৈবদি য়াদবনিনা মাগী

মরুপ মপাংশিংনা ঐবু পুদুনা চৎলম্মী। ব্বারীসে ঐ নঙোন্দা লীররোই। কদায় কদায়দনো মখোয়না ঐবু পুদুনা পঙচৎতা চৎলি। ঐ অমা য়াওবদো মখোয়গী খূবৌ ওইরনি খনবদগী ঐহাক তুম্মীন্না নাম্থোক্কুনা চেল্লক্লম্মী। চীংগী অঙম্বা চীংমায়দুদা লম্বীদা চেল্লকপদা তাতা অমা খাল্লগা লৈরম্মী। পূক্লীংদা খনখি মসিনা চৎপা মফমদুদা ঐ চৎলগে, অসুম্না ঐনা তোঙখৎলম্মী। মী অমগী খূৎথাংদগী অমদা অমগী খূৎথাংদগী অমদা মমৈদা পুন্সিবু নুংঙাইনা হিংজনবা ব্বাখল খনজবা হৌরক্লম্মী। মতম খবা অপীকপা সহর অমগী হোতেলদা ঐ থবক তৌবম্মী। সুপ্নগী নোংমগী চবা ফংনবা হোৎনরম্মী। নহা ওইরিবা নুপী অমনা নাইতোম তাববদা থেংনরমগদবা পুন্সিগী লানফমদো নহাক ভাবনা শাবা ঙম্ববা? ইতোমতা অহীং কয়া কপতুনা লেনখি। অকি তুজুংবনা থল্লবা পুন্সি মরেন্দু নীংশিংলগা নঙ খঙব্রা? মশাগী শাদোং মচেৎ মচেৎ যোন্দুনা চাবগুম হিংলি মীওইবা কয়ানা। অমম্বা মায়কৈদা লৈখা তারবা নরক্কী সংসার অমা লৈরম্মী ঐহাক মদুদা পুৎথরম্মী। অদুদগী ইতোমতা খরা হেন্না ফবা মওংগী শেন্দান লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লম্মী। য়ূম্বু নুপী অদুনা শিনবীদুনা ফাইভ স্তার হোতেল অমদা থবক ফংলম্মী। খ্বাইদগী নুংঙাইবা অব্বাংবা থাক্কী নরক্কী পুন্সিদা অমুক চৎলম্মী। হিংবগীদমক্তদি ওম্থোক্লা কোম্না হিংলে হায়বা য়ায়। অসুম্না নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কা ঐগা হোতেলগী মমলবা কোরিদোরদুদা লেং থৈনরম্মী। মহাক্নাদি ঐবু খঙবা নৎত্রে অদুবু ঐনদি মাবু খঙখি। মহাক হোতেলগী ব্বেতরশীংগী মতুং ইন্দুনা মহাক্না লৈনবা কা অদু তম্না লাকপদা ঐগা থেংনবনি। অসুম্না অহিংদুমক্তদা মাগী মফমদা ইশাবু য়োনজরম্মী। অসুম্না নুমিৎ হুম্নী ঐগা লৈমিন্নবল্লগা মহাক চৎখি। মহাক্না চৎকদবা লম্নীগী মতাইদা ঐনা করম্না যেংলগা লেপহৌই নঙ খঙব্রা? মদুগী অব্রাবদো তম্নবা লোন লৈতে। মদু থাদুনা ইনবা ঐগী ব্রাহৈ লৈতে। অহীংদুদা হিংবদা কান্নদ্রবা পুন্সি অসে লোইশিনশিরা খল্লকই। অদুবু মদুনা কনাদা করি কান্নরি? কনানা ঐগী পুন্সি ব্রাবীবু অফবা মওংদা লৌনগনি। ঐ কনানো কবি ওইবি সুপ্নগী লৈখা তারবা মীনি। অদুবু ঐগীসু থম্মোয অমা পাল্লি। পুন্সি অমা ওইনা হিংলি। আশা য়াওদ্রবসু হিংদি হৌংলি। নঙগী মেম সাহেবতু শিখ্রে অদুবু শিববসু হিংবা য়ায নঙ খঙদ্রা। নীংশিলকই ঐসে কনা অমত্তগী থম্মোয়গী বানী নৎতে, অদুবু শাংলবা পুন্সি অমদি মাঙদা তাবি। করম্মনো ঐনা কনাবু ঙাইদুনা হিংগদবা । অদুবু লাইবক ফবা হায়গদ্রা থীবা হায়গদ্রা

মহাক্কা উন্নরুবা মতুংদা ঐহাক হকচাং ব্রাই শঙলক্তরে। অদুদগী ঐহাক্কী হিংবগী অশা অদু মমি শামি উরক্লম্মী। ঐসু পূক্লীংদা চপ চানা লেপ্লে পুন্সিসে মচু মমেন থোক্লা মাগীদমক হিংলগে হায়না। মশাগী মোরেলগী ব্রা নাচুংদবা লৈখা তানা অমদি তাদবগী ব্রাদ কেয়ার লৌরুদবা, "থম্মোয কল্লবা মীওই কয়ানা শেল অর্মদি শক্তি লৈনবতা হোৎনরি। মদু মরাং কাইনা ফংলবা মতমদুদা কনানসু মাগী অফ-ফত্ত লৈখা তাবকপা তারক্তবগী ব্রা কাউথোকখিদুনা মহাক অদুনা খ্বাইদগী মীনুংশি চাউবা অফবা শক্তি লৈবা মীওইনি হায়না মীনা ব্যাভার তৌনবসু য়াম্না লৈরি"। অসুম্না ঐসু খর্নাখি ঙস্বমখৈ শেল অমদি শক্তি পায়নবতা হোৎনরগে। মদু পঙলু লুনা থোক্তে। মফমসিদদি পাপ পুন্যগী ব্রা খঙদে। মদু খল্লুবনা ইশানা ইশাবু তোম্হনা উরুই। অসুম্না ঐগী লৈজবা হকচাংগী ফজবা শক্তি গুণ পূম্নমক শীজিন্নদুনা শেল অমদি শক্তি য়াম্না তানশিল্লম্মী। অদুবু মদু কুয়বা যাখিদ্রে, মাবু থেঙনরুবা তুংদগী। থম্মোয়সি ইহাং হাংখরে। মমাঙৈদা ঐগী ইনেতোন অমা বৃন্দাবন্দা দুকান ফমদুনা লৈখিবদু নীংশিংলক্লম্মী। ঐহাক মাগী মনাক্তা চৎলম্মী। অসুম্না মাগী মনাক্তা ঙসি ফাওবা হিংলী। নঙনা ব্রারিশিংসে লোইনা খঙখ্রবদি নথম্মোয় শোক্লনি হাযবা ঐ খঙই। নঙ নত্তনা ঐগী কনা লৈবগে? নঙনা নোংদম্বা মাবুসু শাউরুগনু। ঐগীসু চাউরবা ইরাল লৈ। মীকুপকী ওইবা অশাউবদা ইশাবু লামৈগুম চাকহনজবা, অদুগা ইশানা ইশাবু কাউথোকপা ঙস্বগী পূকচেলদু চেলহনখিদবা ঐগী ইরান্নী। য়ুম থাদোক্তুনা থোবকপা নৎত্রবদি লম্বী লৈত্রে খল্লুবা পীক্লবা ব্রাখন্দুনা ঐগী পুন্সিবু মরু ফংনা মাঙহর্নাখিবনি। কনাদসু মরাল শিফম থোকতে। নুপী অমগী পুন্সিদি খোঙফম খুদিংমক্তা খুদোংথীনিংঙাইনি হায়বসে ঙাইহাক মতমদুদা খন্থকদ্রে। অদুবু ঐনা শিজগে খনজবা মীকুপতা অথিংবা পীখিবা মীদু থেংনরুদ্রবদি নঙোন্দা য়েৎলরোইদবনি। নোংদম্বনা পূম্নমক থোকহনখিবনি। জসবন্ত নঙ ঐগী চিঠিসি পাবগা করি অমত্তা নুংঙাইরোই ঐ খঙই অদুবু লিথোকখ্রে। ঐ নঙোন্দা ওস্থোক্লা ওৎলে। নঙ খঙব্রা ঐহাক ঋষিকেস আশ্রমদা মতম খরা লৈরম্মী। শেংখ্রবা মফমদুদা ইশাগী পাপ মযাম কোক্লবা কযারক ঈশ্বরগী খোঙযাদা তুরুববনি। কয়ারক গঙ্গাদা লুপ্লর্বনি অদুবু থম্মোযগী চৈনাখোনসে কোকপা লৈতে। মরাল লৈববা মীচেলগুম হিংবা তাবম্মী। অবোইবদদি ঈশ্বরগী অশেংবা

দরবারদা ঐ চৎপা তারক্লম্মী। মঙওই হা ওই ঈশ্বরগী দরবারদু ঐগী মীৎতা উরক্লম্মী। মফমদুদি কয়াদা ফজখ্রবা কয়াদা চীং লেমখ্রবা। মায়কৈ খুদিংদা হৈনম লৈনম্না থল্লবা লৈকোনগী লৈকোন ঙাক্তা জাতি কুপি, মালিকা, মালোতি, লবঙ্গ লতা ওস্থোক্লা পূনীং হুই ওস্থোক্লা নুংঙাই অরাপ্পদগী হুমলকপা নুংশিৎনা পুবকপা লৈনম্না থম্মোয় মনুং ফাওনা য়ৌই। পূক্লীংসে ইনৌত নৌই। অরানবা হায়বদুগী মফম মচেৎ অমত্তা ফাওবা খাইদোক্লীংঙাই লৈত্রবা ঈশ্বর মাগী দরবারনি । মফমদুদা ঐ লৈগদৌরিবনি মরমদি ঈশ্বরনা য়ায়েন চুম্না তৌবদুনা ঐ মফমদুদা লৈজবা ফঙগদৌরিবনি। অসিগুম্বা মখলগী দরবার সে ঈশ্বরগী মফমদা লৈ। মীওইবগী দরবারদদি সুকলৈমক লৈত্রে।

ঐনা ঐনা তৌজরুবগী দণ্ডিদো ঈশ্বরনা অদুম পী। অদুবু মহাক্কী অচুম অরানগী দরবারদা চঙজরবদি মহাক্কী থৌজালগী মীৎয়েংদু ফংগনি। অদুম্না মীওইবগী তমথীরবা দরবারসিদগী ঈশ্বরগী দরবারদা ঐহাক চঙজববনি। পূম্নমক্কুদগী মতম পূম্বগী ওইনা লাপ্না চৎত্রিঙৈসিদা নঙবু নীংশিংলিবনি। য়েংঙু! ঐগী থম্মোয়দা নঙগী মফম কয়াম চাউনা কল্লি হায়বা। চঙজফম থিরকপা মতমদুদা নহাক লৈরম্লবদি অসি য়ৌনা লৈখা তারমগদ্রা খল্লকই। ঈশ্বরগী দরবারদা চৎলমদাইসিদা ঐ নঙগীদমক্ করি অমত্তা পীনিংঙাই লৈতে মরমদি ঐ ইশামক অসিমদি পূমলোই লোইরে। হিকথরক্কদবদা মঙাইরে। ঐনা হাযগদবা হায়বু নঙগী থম্মোয়দা অৱাবা মৈচাক অমা ঐনা পীরম্লগা মতম পূম্বগী ওইনা নঙনা ঐবু অমুক হন্না উররোইদবা মফমদুদা ঐ চৎলগনি। করিগুম্বা মতমদা নহাক্লা ঐগীদমক্তা পী মরীক অমত্তুং তারক্লবদি মদু খ্বাইদগী মমল য়াম্লবা খূদোনপোৎনি খল্লগে।

থংনবা লমায়দুদি পাবা য়াদরে মহাক য়াম্না কপখ্রমালে। মপিদু খাম্বা ঙমহৌদ্রমালে অমুক্কা হেন্না ময়েকশিংদু মৃৎখ্রে। অরোইবা মচিদা **নহাক্কী নতৈমা** হায়বা য়াহৈদু মখৈদি ভাবনা লৌশিল্লে।

খবা লৈবগা নোংমা অমসু ইখঙ খঙহৌদনা ঐগী ইমিংদা চিঠি অমসু ইবক্লম্মী।

জসবন্ত,

নঙোন্দা ইতৈমনা তঙাইফদনা খঙহনখিবনি, মহাক্কী মরল অদু তাইবঙপান্দা ফাওররে। অদু ঐনা চেকশিন্না ঙাকশেল্লি। মসিদং নঙোন্দা হায়নীংবগীদমক চিঠি অসি ইরকপনি। পুন্সিগী অরোইবা মীকুপসিদা থম্মোয়গী মণিসিমতং শিন্নরমগে খল্লি। য়াববদি নহাক ঐবু অমুক্তা উন্নবীয়ু। নহাকপু খৌরাংনা ঙাইরি। ঐহাক বৃন্দাবন্দা ইনে থোকপা অমগী মনাক্তা লৈরি। মখাগী এদ্রেস তুদা উন্নবীয়ু।

নহাক্কী নতৈমা
মণিপুরী বাজবাড়ী,
বৃন্দাবন

ঐহাক হরাউবনা লুতোন কারম্মী। চিঠিদু পুরগা য়াম্না থুনা বসন্তগী মনাক্তা চেল্লক্লম্মী। ইচেবেম্মগা তান্নদবা য়াদ্রে হায়দুনা বসন্তদু ইচেবেম্মগী মনাক্তা চেনখ্রে। জর্জ সাহেবকী মচেবেম্মনা বসন্তবু উবদা ঙক্লদুনা হায়রকখি।

- বসন্তা লাও কাখৎলকউ কবি পাও লৈ।

- ইচেবেম্ম য়াম্না লুবা ৱা অমা লৈরে। খরা চিক্লা তান্নদ্রবা য়াদ্রে।

- কনাসু লৈতে হায়য়ু কৈদৌরবগে।

ইচে বেম্মা- মেম সাহেবকী লৈফম খঙলে।

চিঠিদু পাদুনা তাহল্লে। মচেবেম্মাদু মমিংতগী মপি তাবা মখে হিক হিক কল্লী অদুবু মচাশিংনা মদু থাজবীগদ্রা খঙদে। তপ্না মখা তারকই।

- বসন্ত ঐহাক জসবন্তবু উন্নগে। মাগী লৈফম তাকউ।

অসুম্না ইচেবেম্মাদু ঐগী ইনাক্তা থুংলরে।

- ইচেবেম্মা কবি তাকপিগদবা।

- জসবন্তা নহাক মাগী মনাক্তা চংলবো অঙাং অদু পুবক্লবা যাদে। হিক হিক কল্লী।

- নখোয় নবাই ইবুংঙোদু লৈবক্লবদি য়াম্না লাইরবা। অদুদা ঐগী ইচা ইমৌনা অঙাং অদুবু থাজবীগদ্রা' ওক্তবীগী মচানী হায়রোইদ্রা খনবদা ঐ কপলিবনি। অদুবু

অঙাংদুতা পুরকউ। থোকঅ থোকঅবা মরাইনা লাকচনি। ঐনা পুম্নমক য়ানবা শিনগনি। থিনথবা য়াদ্রেকো।

মহাক্কী বেগতগী লুপা লীশিং তরা পুথোক্তুনা ইচেবেম্মনা ঐঙোন্দা পী শে লীশিং তরানি। জরনীগী খরচ ওইনবা।

- ইচেবেম্মা শেলশি লৌশিনবীয়ু। ইতৈম্মগীদমক ঐখোয় খ্বাই লৈজরি।

অসুম্না ঐহাক্না শেলদু মচেবেম্মগী মখুৎতা হাপ্লী। ঐনা থম্মোয় শেংনা হায়বদুদা মচেবেম্মদু শেলদু বেগতা হাপচিল্লে।

- ফরে নহাক্না অদু য়ৌনা নতৈমবু নীংলবদি অদু ঙাইরে। চৎলুরোকো মঙ্গল ওইরকউ।

অসি হায়রম্লগা মখোয় চৎখ্রে।

মথংগী অয়ুক্তা বৃন্দাবনগীদমক খোঙশাল্লক্লে। গলি গলি কয়া চঙদুনা ঐহাক্না মহাক্না শাবকপা এদ্রেসতু থিবা হোৎনবম্মী। মমৈথংদা ফংলে। মেম সাহেবকী মপাগা পোকর্মীন্নবা মচে অমা বৃন্দবন্দা অদুম দুকান ফমদুনা লৈখ্রবনি। মহাক্কী মনাক্তা মেম সাহেবতো লৈরম্মী। ঐহাক্না কাদুদা হেক চঙখিবদা মেম সাহেবতু ফমুংদা হিপতুনা লৈরম্মী। ফীভমদু অনাবা মাল্লি।

ঐহাক্না চঙখিবদা মহাক মমিৎ উইশিন্দুনা তুম্বগুম লৈরম্মী। ফীভমদু য়াম্না শোক্লে। মহাকপু উবদা কদায়দগীনো অৱাবগী ইরাওখোল অমখক চেল্লকপগুম তৌখি। মখৌবি চবমদু ইফা ফাজিন্দুনা ৱা ঙাঙবা থোকখিদ্রে। নুঙনা শাবা মূর্তিগুম চপ লেপতুনা লৈবম্মী। সাহেবপকী মনেদু যাম্না শোল্লে। অহন ওইরবা মীওই অমনি। মহাক্না তপ্না তপ্না কৌরকই।

সুমিত্রা ..... সুমিত্রা ..... তারিববা। নঙনা হায়বা ইবুঙোদু লাক্লেনে।

মেম-সাহেবতু তপ্না তপ্না মমিৎ পাঙলকই। কবি অমত্ত ৱা ঙাঙদে। ঐহাকপু উবদা মমিৎতগী মপি চদুম চদুম শিন্থুদুনা যেংদুনা লৈবম্মী। মহাক্কী মনাক্তা ফম্মু হায়না ইঙ্গিৎ তৌই।

ঐসু ভুতনা চেল্লবা মী অমগুম তপ্না তপ্না ফমুং মনাক্তা থারিবা মুরাদুদা ফমথে। নোংমা জর্জ সাহেবনা অরোইবা ওইনা য়েংলম্বা মীৎয়েংদুমক নীংশিংলক্লি। মহাক ব্রা-লান কন্না ঙাঙবা ঙন্নমদ্রে। খরাগা অমুক চঙশিন্দুনা ফমুংগী মচিদুদা ফমথে। মেম সাহেবকী মীৎলুদগী মরৌ লৈরবা পীরাংশিং অদু অতৎ অখম লৈতনা শিন্থরক্লি। ঐহাক্না তপ্না তপ্না তৈথোকচনবা হোৎনরি। অদুবু হেন্না হেন্না শিন্থরক্লি। শিন্থনীঙবা শিন্থজরসনু খল্লি। অরোইবা ওইনা পীরল্লীবা থম্মোয়গী চৈনাখোনি। পেন্না ফোঙদোকচরসনু খল্লি। ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙননবা খুদোংচাবদু ফুনগৎলক্লিবা থম্মোয়গী ইথিন্দুনা থিংজিন্দুনা কয়া কুইনা লৈকববা তুংদা ইতৈমনা ঐহাক্কী ইখূৎ অসি চেৎনা পায়শিল্লগা তপ্না তপ্না মতৎ মতৎ ওইবা ব্রাহৈনা খরা ফোঙদোক্লবা হোৎনরি।

- নহাক ঐগী চিঠি পুন্নমক ফংবরা?

- ফংদুনবু লাকলিবনি।

ইবুংঙোদো অস্বাইদা শান্নরমগনি। ইনেতোন মাবু খবা লৌবীরকউ।

ইনেতোন্দু হৌগৎতুনা চংখি। ময়াং তঙ্খাই মীতৈ তঙ্খাই ওল্লবা মীওই মাল্লি। ব্রাঙাঙ শঙাঙ ফিজেৎ চাকচেৎ পুম্নমক ময়াংগা হেক ইমান মান্নরে। মেম সাহেবকী মপুবোক্কা পোকমিন্নবা ময়াম্বা অহনগী মচানুপীনি। পীশক পীক্লিঙৈদা মবুবোক্লা ললোন ইতিক তৌবদা অদুমক বৃন্দাবন্দা দুকান ফমদুনা লৈখিবদগী ইনেতোনসু মণিপুরদা থোরকখিদবা কুইখ্রবনি। লাইগী নোংদম হায়গদ্রা জর্জ সাহেবকা ইখঙ খঙহৌদনা থেংনখিবা মীকুপতুদা ইতৈমদু মশা ব্রাই শঙলকত্রবদা মনেতোনগী লৈফম থিদুনা মাগী মনাক্তা লৈরকপনি। মচা নুপা অমা পোক্লবা মতুংদগী ইতৈমগী ফীভম অসি ব্রাখন্না লায়না ওইদুনা অসুম অসুম শোকচিনহনখ্রবনি। অসিদসু নত্তনা অকিবগী মশক ফংলবা লায়না অমনা কুইনা হিংবা ঙন্নরোই হায়বসি খঙলকপদগী মহাক্লা ঐঙোন্দা অরোইবা ওইনা অঙাং অদুবু মখূৎ পায়দুনা শিন্ননীংবদগী ঐহাকপু লাক্লবা হায়জখিবনি। ঙাইহাক লৈরগা ইনেতোন্না চহী মঙামুক্কী হেক য়েংবদা নুংশিবগী তুংনফম ওইরবা মশক মতৌ চঙখোল্লবা অঙাং অমা মখূৎ শমদুনা চঙলকই। অঙাংদুনা ঐঙোন

দা মুন্না য়েংদুনা লেপ্লী। ইনেতোন্না অঙাংদুদা ওনশিল্লগা বু বু নঙগী মামোনি। মামো কৌ। অঙাংদুনা ঐঙোন্দা মৃন্না য়েংলগা কীবদৌনা মমাগী মনাক্তা কাখৎকদবগী হোৎনৈ। ঐহাক্না বুবুগী মখূৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা ইতমবাক্তা থাঙ্গৎলি অদুগা অঙাংদুদা থেন্মী নুংশিনা চুপ্পী।

- মামাগী মনাক্তা চৎলুবনু মামাদিনে অয়ো নারে। লাকও মামো পমগে।

অঙাংদু ঐঙোন্দগী নাম্থোক্লগা মমাগী মনাক্তা কাখৎকদবগী হোৎনৈ। ইনেতোন্না পমদুনা মপান্দা পুথোকখ্রে। মেম সাহেবতু করিগুম্বা খরা হায়নীংবা মালি।

- ঐনা য়াম্না তপ্না হংলুই।

- ডাক্তরনা করি হায়রি। করি লায়নানি হায়বগে?

- মেমসাহেবতু পাক খুমদে। মাগী মীৎতগী পিশিংদুনা পাউখুম পীরি।

মখা তানা হংলুবগী অপাম্বদু লৈরক্তুদুনা ঐহাক থম্মোয় কায়না কপথোক্তবগী অৱাবদু খাংজিল্লি। অদুক ফজখ্রবা মোমোন নোক্না শাৎলম্বা অতর গুলাপ্না লৈমায়দা কেন্দুনা কংশিল্লক্লবনি হায়বদু ঙাইহাক কাওথোকলুই। য়ারবদি ঙমজবা উপায় শীজিন্নদুনা মহাকপু নোংজু নুংশা অৱা অনা কয়াদগী ঙাকথোকচদুনা লৈখোঙ শোমজগে খল্লম্বা ৱাখলদো মাঙখিরম্মী। ঐনা লাক্লীবসে ঐনা পামলিবদু ফংনবা লাকপা ওইরমদরে। মখোয়গী মথোং হুকত্রবা পুন্সিদা ফংলিবা খূদোন পোৎতু মফম খঙনা শিন্ননিংবগী ৱাফম ওইরমলে। অরোইবা ওইনা মেমসাহেবনা ঐঙোন্দা হায়রকখি।

- জসবন্ত অঙাং অসে নহাক মী ওইনবা শেমলকউ। মাগী কনা লৈজদ্রবনি। মরাইবক থিরবনি। নহাক অসিমতং ঐগীদমক্তা পাঙথোকপিরকউ। নহাক নত্তনা ঐগীনি হায়বা কনা লৈরি।

অসি হায়বগা মহাক্না ঐগী খুৎশে চেৎনা পায়দুনা শিন্নরম্মী। কনা অমত্তদা ঐগী ইচানি হায়দোক্কনু। লৈখা তারবী ঐগী ইচানী হায়বসে অঙাংসিবু খঙহনগনু। ঐগী লাইবক্তা কুইনা নুংঙাইয়ু তমলমদ্রে।

অঙাং অদো অতৈ কনা নত্তে ব্রোজেন নহাক্কি।

মাগী ফমুং মনাক্তা লৈরিবা উপু মচাদুগী দ্রাব্বারদু হাংদোক্লবা ঈঙ্গিৎ তৌই। মদু হাংদোকলগা এক্সরেনচিংবা খরগা ক্লিনিকেল লেবোতরী দা থাদুনা ব্লড তেষ্ট তৌবগী রিপোর্ট য়াওরি। মথং মথং পারুবদা আইচ আই ভী পোজিতিব হায়না ব্রাহৈ অনি অহুম য়াওরম্মী। মদু উবদা ঐহাক কোকচাওবী কাখৎলকই। থম্মোয়দা খূৎতুম্না শুদুনা কপ্পীংলকই। ঐগী ইতৈমা মেম সাহেব অসুম্না করম্না লৈখা তাহনখিবনো। কনাগী মরালনো? পূম্নমক নোংদম্বা মাগী ওইবা তাই। মহাক্না ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিবা চৈনাখোন্দু নীংথিনা খঙবগুম তৌই। অচিকপা থুগাইদুনা মানা মখা তারকই।

- জসবন্ত অঙাং অসিদি থম্বাল চামা নিপালগুম লৈনাদা লৈখোম মরীক অমত্তা পক্তনা লৈখোমদগী ইয়ায়দা ফুগাইনা শাৎপগুম ফজদ্রনে ? নহাক মাবু হেক্তুনা পুবীখো। ঈশ্বরগী অফবা মনাই ওইহনবীয়ু।

অসুম্না মেম সাহেবতি ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্বগুম অশিবগী খয়াৎ তম্না চঙশিনখিরম্মী। মহাক্না পামজবা ঈশ্বরগী দরবারদুদা লৈজরম্বা ওইসনু! হৌনবী পূম্ন মক লোইরবা তুংদা ঐহাক নংবু পুদুনা মণিপুরদা থোরক্লম্মী।

ইনেবেম্মাদো নংবু উবদা কোন্দুনা ফোঙনা কপথোকখ্রেদনা। শাওং শাদা শাজৎ লাকচৎ পুরা জর্জ সাহেবনি। জর্জ সাহেবকী অনৌবা মপোক অমা পোকপগা চপ মান্নখ্রে। ব্রাফম অসি খঙলিবা হায়ববু ঐখোয় অনীতনি। মেম সাহেবনা পামজবগী মতুংইন্না ঐহাক্না নংবু য়োকচবা হায়না য়ানরে। সমাজনা ওক্তবীগী মচানি হায়দুনা হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবীগদবগী শরুক পূম্নমকসে কনাবুসু খঙহন্দনা থম্বীনবা মেম সাহেবকী মফমদা ব্রাশকখিবদু ঐহাক ঙাক্কে খনখ্রে।

ইচেবেম্মদো অহীং কয়া তুমদনা খনখি। চাউরবা য়ূমজাওদুদা, জর্জ সাহেবনা লৈরম্বা কাদুদা বুবুগীদমক উইল তৌদুনা করম্না থমগদগে অদুগা অঙাংদুবু করম্না য়ূমদুদা থমশিগে হায়বসে মহাক্কী অমত্তা ঙাইরবা ব্রাখল ওইরম্মী। লন থুমদা মীহৌরবা মচাশিংনা বসন্ত মতৈ মনাও ফাওবা তাম্মোকখিনবা হোৎনরি। পূম্নমকসি খল্লগা মহাক্না উকিল অমা তান্নদুনা বুবুগী মীংদা জর্জ সাহেবকী লন থুম পূম্নমক ব্রিল তৌদুনা থম্বীরম্মী। অসুম্না মতম্না কনাবুসু ঙাইবীরম্‌দবগুম চাউরবা অহোংবা কয়া থোকখ্রে,

থোকলকখিগনি, থোক্লকখিগদৌরি। জর্জ সাহেবকী মচেবেম্মাসু শোনজিল্লকলে। নোংমা মহাক্লা মচানুপা অহনবু মনাক্তা কৌরগা হায়খি।

- ইবুংঙো, ঙসিদি ইমা নঙোন্দা অরুবা ৱা খরা শিন্নদবা য়াদ্রদুনা কৌরিবনি। য়েংঙোই যূম ইঙ্খোলদু থাদোকপা য়াবা নত্তে। ইমাদি মফম অসিদা শিবা পামদে। ঐখোয় যূমদা অমুক লৈকরসি। সমপতি পূম্নমক বুবুগী মীংদা পাল্লন্নগে খল্লে।

মচা নুপানা ঙক্লদুনা -

- করিনো ইমানা হায়বীরিবসিবু? করিসু থোক্লদবা মপা মমা মশক খঙদবা অঙাংসিদা ইমানা নুংশিরুরিবসি করি মরময়গীনো?

- নঙনা খঙদবা মরম খরা লৈ। অসুক কুইবা মতমসি ঐনা নঙোন্দা হায়খিদবনি। ঙসিদি হায়দবা য়াদ্রদুনা ইমানা নঙবু কৌরিবনি। বুবুসে অতৈ কনা নত্তে নঙগী মামোগী মচানি।

অসুম্না মকোক্তগী লোইবা ফাওবা মমিৎতগী মপি তরং তরং শিন্থবমখৈ লীরে। মচানুপা অহনদু পূমঙক ঙকলে। মমানা মখা তারকই

- ইবুংঙো! অতোম্ববু নহাক্লা খরা জ্ঞান তাহল্লু। ঙসিদি মপু লাক্লবনিনা মপুদা শিন্নরম্নগে খল্লে। বুবুগী লুহোংবগী মতমসু লাক্লীবা হিয়াংঙ্গৈগী পুর্ণিমা নুমিত্তা লেপলে। অসি ফাওবতং ঙাইরসি। নহাক ননাওগা অননরগা আদগী যূম কৈন্দু শেমজিন্নবা তৌরো।

- ইমা করিগী অসুক কুইবসি হায়দবগে? মহাক্কী কনাসু লৈজদ্রবা মী অমগুম্না মামা জসবন্তনা কয়াদা ৱানা মাবু য়োক থাক্লবা হোৎনরিবা। ঐখোয়সু অঙম্বা মতেং খবদি তৌরম্বা য়াবনি। বুবুনা পূম্নমকসি খঙলক্লবদি করি হায়খিগনি।

- নঙগী ননেবেম্মনা কনাদসু হায়দোকপিগনু হায়না জসোবন্তদা শিন্নরম্বনি। ৱাফম অসে মীনা হেক খঙখিবদা ওক্তবীগী মচানি হায়দুনা সমাজনা হন্থবা মীৎয়েং অমনা য়েংগদৌরিবনি। নহাক কনাদসু তাহনবা য়াবা ৱাফম নত্তে। অতোম্বসু জ্ঞান তাহনবা তাবনি। নঙনা ফনবা শিল্লো।

- করিসু ৱাবিরুনু। মদুগীদমক্তা ঐনা ফনবা সিনগনি ইমানা নহানমখৈ চিন্তা

তৌরিবসি মসিগীনিনে।

- মানি অসিগীনি। ঙসিদগী ঐ খ্বাইদগী নুংঙাইবা মী ওইরনি। ইমুঙ অসিদা হান্নগুম নোক খেবগী হরাউ তয়াম্বগী মতৌ অদু অমুক লাক্লগনি খনবদা ঐ নুংঙাইরে। নঙগী মামোগী কা অদুদা বুবুগী য়াওংশঙ ওইগদৌরিবনি।

ইয়াদি মপাদগী হেন্নবু ফাওরবনে, পূম্নমকসে জসবন্তগী মপান্দগীনিদো হায়দুনা মচাশিংদা মমানা ঙাঙহৌই। মচানুপাদু তুমীন লুকথদুনা চৎখি। মথৌ মঙম লোইশিন্নবা খন্নখি।

মমানা অমুকসু লাউরকই।

- ইবুংঙোচৌবা জসবন্তগীদা ঐবু থিলম্মু।

ইচেবেম্মদো শোলি শোলি লাকই। ঐনা ঙক্লদুনা

- ইচেবেম্মা করি থবক্কীনো? - ঐবু কৌবীরবসু য়াবসিদা। সোমদা খুদাসিদা লেঙশিনবীয়ু।

ইচেবেম্মদু য়াম্না ৱানা চৈশুদুনা শৌদুনা মাঙ্গোন্দুদা কাখৎলি অদুগা ফীদাদুদা ফমথৈ।

- করি তাকপিগদবা।

- বু-বু লৈবরা?

- মাগী কাদা লৈরমগনি।

- মহাক্কী লুহোংবগী মতম লেপলে। য়ুমকৈসি খরা শেমজিন শাজিনসি ইবুংঙো। মখোয় ওইরম্বা কাসিদা মাগী য়াওংশঙ ওইননবা ঐনা লোইনা শিল্লবনি। করি অমত্তা লেঙদ্রি। ঐনা শিদ্রিঙৈদা মহাক্না মপাগী মহুৎ শিন্দুনা য়ুমসিদা হান্নগুম হরাউ তয়াম্না নিল খোংবা মবক্তা লৈবদু ঐনা উনীংই। ঐখোয় মাগী লুহোংবা হেক লোইবদা য়ুমদা হল্লনি। ইপুরোইবগী ময়ুমদা ঐসু শিগে। নিঙোন্দা মপামদা শিবা পামদে।

কবিনো ইচেবেম্মনা তাকপিরিবসিবু শিবগী ৱা হান্না খল্লিবসিবু। মদুদি নোংমা শোয়দ্রবনি অকোন-অহানগী ৱানি। লুহোংবগী ৱা হান্না খন্নখিসি। নুমিৎপু লেপ্লবরা?

- নুমিৎসু লেপ্পবনি। নুপীমচাদু য়াম্না ফৈ। মখোয় অনী শিনফমসু চান্নজবা মবান্নী আদ উকিল তম্মীন্নবনি হায়য়ে। নঙ কবিসু ব্রারুনু -। মশা মশা নুংশিনবনি হায়। ঐ মাগী হাকতক্তা থম্মোয়সে খুতুম্না শুখ্রবনি। হিক হিক কপ্পি। মশানা য়াদ্রগা য়াদ্রে হায়দেনে। মীগী মচাদু ঐনা হায়নদুনা লৌরুবনি। ঐনা হায়বদা মানা হিক্তোকপা ঙমখিদবনি। করি থোকখি। ঐ সিদ্রিফাও মদুগীদমক্ থম্মোয়দা মৈরী ওইনা চাক্লদৌবনি। ফিজিনা মপি তৈথোকই। ঐবুসু মানা করি খল্লমগনি। বুবু কৌদুনা মনেবেম্মনা হায়খি।

- লুহোংবগী মতম লেপলে। লাক্লীবা হিয়াঙ্গৈগী পুর্ণিমাদনি। নুমিৎ অফবা অমা য়েংলগা ঐ নঙবু লৌরগে। নশানা য়ারবনিকো।

বুবু দো পুমঙক ঙকপগুম। কদায়দনো ঐবু পুদোইসিবো? ফাগীওইনা হায়। অসুম্না ঙাইহাক ব্রারী শান্নরগা মনেবেম্মবু ময়ূমদা থিনবীরুরে নুমিদাং য়ৌরক্লবদা মপা-মচা ব্রারী শায়।

- বুবু - ঙসিদি ব্রা অমা হায়গে। ননেবেম্মনা নঙগীদমক শিল্লিবসে নহাক য়াদবা য়াদেকো।

- করিবুনো?

- মখোয় ময়ূমদা লৈবগী ব্রা হায়দুরা?

- মান্নি।

- মদু ঐ য়াবা ঙমলোয়। মীগী, ইনাকখুনবগী বিল্ডীংদু ঙাইহাক ব্রায়রগা ঐগী খক ওইবা য়াবা নত্তে। ঐখোয়গীসু শারগা লোইরে। বাবা ঐ মদু ঙমলোয়। ঐবু কনাসু লৈতবা মীগুম্না মানা খল্লজাৎলা। বাবাবু থাদোক্তুনা করম্না মখোয়দা মতম খর লৈগদৌরিবনো?

- নহাক্কী নয়ূমনিনে?

- ঐ মদু ঙমলোই বাবা।

অসুম্না মপা মচাগী মতম লেল্লি। জসবন্তনা মফম কয়া কয়াদা চৎলগা ইকোন কোন্না থুংলবা মেমসাহেবনা থারকপা চিঠি অমসু লৈরমদুনা বুবুদা পিরম্মী।

অসুম্না ইরকখি।

জসবন্ত,

ঐনা ইখিবা চিঠি অসে পুন্সিগী ওইনা ঐগী ইনাক্তা অসুম তাদুনা লৈবসু য়ায়। অদুবু নঙোন্দনি ব্বারীসি কয়ারক লীসিরা খল্লুই। থংনবা মীকুপ্তা তল্লক্কুনা হেক্তা তোকই। অসুম্না মথং মথং অমত্তা কাউদনা ইনাক্তা তারি। ঐনা নঙগী লৈফম তাংদাংবা খঙদ্রবসু নঙোন্দা করম্না ঐগী ব্বা ময়ামসি য়ৌগদগে হায়বদু খরা মখৈদি ঐ খঙই।

নঙনা খঙদবা ব্বারীদি ওস্লোক্লা য়ামখ্রে। ঐগী পুন্সিগী অকিবগী মশক ফংলবা এক্সপিরেন্স ময়ামদো নঙোন্দা লীরুরবদি নহাক্কী থবাক্কী মীহুন্দু লেপখ্রবদি ঐ নুংঙাইনি খল্লক্কনি। অদুনা করিগুম্বদনা মীত্তগী পী তাখিবা খঙহৌদবসু য়ায়। মফমদুদা ঐ য়াম্না হল্লকনীংলম্মী। ঙসিদি ঐগী চৎফম কদায়দসু ফংলরোই। মফম পূম্নমক্তা ঐগী থোঙ লোনশিনখ্রে। অদুবু নহাক্তংদি ঐগীদমক্তা নঙগী থম্মোয়গী থোজ্জু হাংলমখিগনি হায়বা ঐ ফজনা খঙই। নীংশিংলম্মী ঐনা খঙই হায়বসে নঙনা সুকখঙসু খঙলমলোয় নোংমা নঙনা ঐখোয়গী য়ূমগী শুমাংদা হৌবা পূম্রি ময়াগী হৈনৌ পাম্বীদুগী মখাদা লেপতুনা নঙ ঐগীদমক্তা কপখি নৎত্রা? মদু ঐ য়াম্না মুন্না খঙই। অসিদসু নৎত্রি। থৌদোক কয়া কয়ানি নখোয়গী জর্জ সাহেবনা হল্লকদবা লম্বীদুদা য়েংদুনা ঐনা থাবলগী মরুম ওইবা থোঙনাউ মপাদুদা লেপতুনা লৈখি। অদুবু নুংগী থম্মোয়দুনা করিসু খঙখিদে হায়বা নঙনা হেন্না খঙলিবদুনি। অদুদগী করি করি থৌদোক থোকখি নহাক্লা পূম্নমক খঙখিবনি। য়ূম থাদোক্কুনা থোকপদু ঐগী করি অমত্তা অফবা নত্তে। ঙাইহাক্কী শাউনিংবগী খন্থহৌদ্রবা মীকুপতুদা থব্বায়সে মাংলমলবদি নুংঙাইরমগদবনি। অদুবু কনানো অমনা ঐগী শিবগী লম্বীদু থৎপীরম্মী। খূৎ অদুদগী নাম্থোক্কুনা চেনবা ঙমলম্লবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইরমগদৌবনি। অদুদা মাংলম্লবদি খ্বাইদগী অফবা লাইবক ওইরমগদৌবনি। অদুবু থাব্বায়দি হিংহৌরে অদুগা পুন্সিদি মাঙলে। করম্বা মঙগী সংসার অমদা ঐ হিংলিবগে খঙদে। ঐনা সুকখঙ খঙদনা খোংদারুরিবা মঙগী সংসারদো নঙ খঙনীংবরা? ঐনা হিংলিঙৈসিদা নীংশিলকপা খর মখৈ লীগে তানীংগদ্রা।

মতমগী মতুং ইন্না মফম অমদগী অমদা খূৎথাং অমদগী অমদা চাউ চাউরবা সিতি কয়াগী ফজবদু উদুনতা লৈ। মনম নুংশিরবা ফমুংদা হিপ্পি। খ্বাইদগী হাউরবা চিঞ্জাকসু চায়। নুংঙাইবতা মাল্লি নুমিৎ খুদিংগী ঐগী শেংগাউদা শেন্না চোন্না হাপ্পী অদুবু অহীং খুদিংগী থেংলবা মতমদা কয়ারক কপ্পী। মরমদি নংবুসু নীঙশিংলকই পুম্নমকপুসু নীংশিংলকই। ইশাগী লৈখা তারবা পুন্সিগী হিনাওসিনা কদায়দা করম্বা মফমদা থুংলগদৌরি। কৈদৌঙৈ ঈয়ায়দা লুপকদৌরি। অসিতা খন্দুনা সনাগী মোস্তেক মথক্তা হিপলিবা পুন্সিনি। মীৎতগী তারকপা পীরাংশিংদু তৈথোকপা ফাওবদা তিম্মংগুম্বা পক্লবা সনাগী রুমাল শীজিন্নররোই নীংখি। নঙ খঙব্রা মশক নাইরবা মী কয়া কয়া ফাওবা ইনাক্তা অহিং লেক্লম্লগা চৎখিবনি। খন্দুনা য়েংউ ফাইব স্তার হোতেলদনি ঐগী য়ুম। "শেঙ্গাওসি পীক থল্লি। মসিনা কৈদৌনদোইনো ? হান্নগী লীকলাইগুম লূরবা পুন্সি অদুগা পুন্সিগী অপাম্বা নুংঙাইবা পূম্নমকপু য়োনথোক্লগা থল্লিবা শেনগাওসে কৈদৌনব্নী। ঐগী ওইবা ইরনদি অমত্তা লৈত্রবনি"। হায়নীংঙাই লৈতনা লৈখা তারে হায়না খনজরে। কনাগুম্বীশিংগী থম্মোয়দদি মসিনা খ্বাইদগী নুংঙাইনা হিংবনি খনজরি। মখোয়বু কল্লকই। অদুবু ঐগী থম্মোয়দদি মখোয়দু পামজরমদে। হিংনবগীদমক পূম্নমকসি তঙাইফদনা তৌখিবনি। ফীভম অমদি মতম্না পূম্নমকসে হোংলকখিবনি। নোংমা বৃন্দাবন্দা ইনেতোনগী মনাক্তা চৎলুই ঐহাক্না করি তৌরি কনানা করিসু খঙদে। সুপ্লগী মহাক্কী মবুংগী মচানুপীনি খন্দুনা ঐবু মানা লুনা চান্না তৌবীরম্মী। নঙ খঙব্রা? নুমিৎতু ইবান্নি ইমা-পাবুংবু নীংশিংদুনা য়াম্না কপখিরম্মী। কপ্পা মখৈ কপ্লগা অমুকসু নোকখি ইনেতোন্না হায়খিবদু নঙ তারগা কপকদ্রা নোকদ্রা?

- সুমিত্রা, কৈনো তৌরিসিদি মেম নুপী মাল্লেনে। কুইর কুইরগা সুম ফজথোক্লকপা নোংমদা পূং কয়াদি মকে শেম্বদা চঙই। বোম্বেদদি নঙগুম্না লোইনা কেবরা? শক ফজবী ঙাক্তনিনে মখোয়দি। এলবুমদুদা ইনাক্তা ফমদুনা ফোটো নম্মীন্নরিবী শকহেনবা ময়ামদু উবদনি ইনেতোন্দো য়াম্না পেনজখি। ঐ নুংঙাইরি সিতনি মানা খঙজবা। থম্মোয় মনুংদা ফুমলিবা চীংদুম মচাদুতনি মানা উখিদবা। অদু নংদি খংলনি ঐগী চিঠি পারবদি ঐগী থম্মোয় মনুংদা মৈ ফুমদুনা হিংলি হায়বা। ঙসিগীদি লোইরগে নঙোন্দা পীরক্লবা, পীরম্নবা ঐগী ইরন অমত্তা লৈতে। পুন্সিগী করিগুম্বা মতাংদা নঙবু উনদবা অসিনি ঐনা পাল্লিবা। অদুবু ঐসে পুম্মাং মাংলবসু,

নঙবু নীংশিংলম্মী হায়বগী নীংশিং খুদম কয়া অসিদি নঙোন্দা য়ৌনবা শিন্নরল্লগে খল্লি। করিগুম্বা পীবা তারবসু ঐগী পাপ য়াওদ্রবা অশেংবা ইরন ওইনা ঐগী থম্মোয়সে নঙ লৌকো। য়াম্না শেংনা থম্মী, নঙগী ফনবতা খল্লি। সি মঙাই ঙসিগীদি অসুম্না অসুম্মক লোইবনা ফরমালে। নৎত্রবদি নঙসু চৈনাখোন য়াম্না ফংলকপা য়ায়।

নহাক্কী নতৈমা।

পুম্নমকসে উরু তারুরবা মতুংদদি বুবুদো মরাইবক থীখ্রবী মমাগীদমক্ খল্লুবদা অহীংচুপ্লা তুমথবা য়াখিদে। মনেবেম্মনা পামজবসু য়ূম অদুদা মমাঙঙৈগুম জর্জ সাহেবকী মহুৎশিন্দুনা মানা লৈরবদুনি। অহল ওইশিলক্লবা মনেবেম্মনা মৌপন্না কায়নবগী খাঙজখিবা চৈনাখোন্দু কোক্লবা মহাক্লা হায়বদু য়ারগে খল্লম্মী।

অসোমদা মনেবম্মনা বুবুগী লুহোংনবা লাংখৎলকপা উবদা মচা নুপা খরা মীহৌচাওবদু অহানবদা য়াম্না শাউরম্মী। মমৈথঙদদি ময়াম্বনা ৱারী পুম্বা লীবদগী শাউবা ফখ্রে। মখোয় ময়াম চঙদুনা বুবুগী লুহোংবদু লোইশিনখ্রে। হান্নগুম ইমুংদো মথৱায় হাপ্লবোই খল্লি। লুহোংবা লোইরবা মতুংদা মখোয় পুম্নমক মফম মফমদা হনখিবা তারে। জর্জ সাহেব অমদি মেম সাহেবকী ফোটো অনীদু ওম্থোক্লা চাউনা শিন্দোকলুরে। মহাক্লা বৃন্দাবন্দগী পুরকপা মমা-মচা নম্বা ফোটোদুসু য়াওনা মফম চানা থেৎনবা বুবুনা তুল মথক্তা কারগা নুংশিজরবী মমৌ ইবেমমদুনা মখাদা লেপতুনা ফোটোদু লানখৎলি। ফোটোশিংদু ওইগা য়েৎকা ফজনা মফম চানা মখোয়গী কাগী হেক থোকফম থোঙজিন্দা থেৎপা লোইরে। মাগী নুপীনা নহান্দগী লেঙজরিবা ফজখ্রবা মচু মচুনা শেম্বা লৈ পরেং অনীদো মমা মপাগী ফোটোদা অমমম শীজিনবীরগা তুলদগী মখাদা কুমথরে। মখোয় অনী লাপতক্লা ফোটোদুদা মীৎ কুপতবমখৈ য়েংলি। বুবুদো মপি ইরা চেল্লি। তুংদা মনেবেম্মা লাক্তুনা ফিজিনা মপি তৈথোক্তুনা লেপ্লম্মী। অদুগা হায় ঐখোয়সু হন্দক্কী তরানি পানবাসিদা চৎপদা লেপলে। অসুম্না মাগী মাগী পম্থুংদা চৎনখ্রে।

এডভোকেত ব্রোজেন মপাবুংগুম গুণ চেল্লি। য়াম্না নহা ওইনা জর্জ ওইরে। ইমূংদু হান্নদগী হেন্না নুংঙাইবগী ইথক ইপোম্না পূম্নিন নিল্লে। থরুম তৌনবা কনাসু লৈতরে। বসন্ত মতৈ মনাওসু হান্নদগী হেন্না ইমূং মনুং ওইনা পাল্লরে। জসবন্তদু মশুশিংগী কুম্মেদা শিথ শিথ নোকচরে।

অসুম্না জর্জ সাহেবকী য়ূম অদু হান্নগুম পূমনিল নিল্লরে।

# অরোইবা শরুক

ঐসু যুমদো ইতোমতা ঙাইরে। অঙাং ওইরিঙৈদগী ঐগী অফ ফত্ত য়েংশিনবীরম্বা অঙ্কল দামুনা লৈখিদবদগী য়ুম অদু মপু লৈত্রবা হায়বদু ওইরে। ইমা লৈখিদবগী অশোকপা থম্মোয়ুসি ওইশিন্দ্রিঙেদা অঙ্কল দামু লৈতবগী পাউ তাবদা অমুক্কা হেন্না শোক্লম্মী। অদুম ওইনমক মীওইবা কনানা শিবদগী নাম্থোকপা ঙম্বগে। কনানা হায়বা ঙম্বগে কৈদৌঙৈ কবি থোক্কনি। ঙসিদি ঐগী পুন্সি অসে তেরা মফোন অমগুম ঙম্বা মখৈ নুংশিৎনা পুবা মফমদা পাইরুবগা কদায়দা তাগদগে ৱারম্বনি। অদুবু ৱানিঙাই লৈরমদরে। ঐহাক্কী থম্মোয়দা ঈংনা তপ্পা করিগুম্বা খরা তৌগে হায়না মরা চেৎনা খল্লম্মী। নুংশিবগীদমক্তা লেল্লম্বা, মাঙহল্লুরবা মতম কয়াদু পাম্মুরক্লম্মী। মীওইবা অমগী পুন্সিদা তৌফম থোকপা কয়া অমবু তৌবা ঙমহন্দনা নুংশিবা হায়বা পোৎশক অদুনা মাগী থম্মোয়গী শাদোং ওইহন্দুনা পুন্সিগী ঈপাকসি লান্নবা হোৎনরম্বনি। নুংশিবতবু থিবদা পুন্সিবু অবেম্বদা নীংবা কায়রবা মী অমা ওইনা পুন্সি কেমখিবা কয়াগীদমক্তা মহাক চিন্তা তৌনীংলক্লম্মী। মদুগী কান্নবা কান্নদবা ময়াম অদুনা খল্লুরগ করিবু কান্নরিবা। ৱাখল অসিমক্লা উনগী চীংদুম অমবু নুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা অসুম অসুম শৌদোক্লুনা পীশক পীকশিল্লগা তূমলকপগুম মীশক অমগীদমক্তা তাশিন্দুনা থম্লম্বা মহাক্কী নুংশিবা পূম্নমক্তো উনগী চীংজাউনা শৌদোক্লগা অসুম্মা ওল্লকপা ঈশিংনা কনাগী অরাম খৌরাংবা কোক্লবা ঈশিংগী মতৌগুম ঐহাক্কী নুংশিবা পূম্নমক্তো য়েম্থোক্লগে খনলে। অসুম্মা ইতোমত্ত ৱাখনগী মঙলান্দা তাওরিঙৈসিদা মপান্দগী কৌরকই। তোয়না লাকপী ঙায়োনবী নহাদুনি। মানা করি অমত্তা কোয়বা লৈতে।

মপান্দগী য়াক্লবা খোনজেল থাদুনা লাউরকই।

- ইচেবেম্মা, ইচেবেম্মা গেত হাংউ।

- ঐহাক্লা হৌগৎতুনা গেতু হাংদোক্লে।

- মঞ্জুরী করিনো পুরক্লিবদুদি?

- ঈচে ঙাসে লৌহৌরো। কে জি অনীসিতা ঙাইরে।

- অসুক য়াম্বসিদি কৈদৌদোইনো। কে জি দা কয়ানো?

- লুপা নিফুমঙাতনি। মঙাসিতনি ঐনা ফংলিবা।

- কে জি দা লুপা মঙা ফংলবদি য়াম্না ফংলে কৈনোনে। কে জি কয়াদি য়োল্লুরে।

- পূন্না কেজি কুন লোইশ্রবনি। ইচেবেম্মগীদমক্তা খাকলিবনি। মশা শেংশ্রে। পুরকপদদি ফ্রং ফ্রং হেক চোঙবা জাৎনি। নহান অমুক লাক্লম্বদদি লৌবিহৌদ্রবসু ঙসিদি লৌদ-লাক্ত য়াদেকো ।

- ঙাকা লাইরি - ফমখো চা থকখিসিদনা।

অসুম্না ঐনা চা কপ অনী প্রপ প্রপ লোল্লুরগা পুথোক্লুনা ইবানি থকমিনরে। ঐনা মখা তানা হায়খি -

- ফরেনে নঙগী ঙাদু কে জি দা লুপা নিফু নিফু দা পীরমলোদনা।

- সে সে লৌহৌরোসে। প্লাষ্টিক খাউদা হানজিল্লে। করি করিনো খরসু ঙাঙলী। মাগী মতৌদুদা ঐনা হংই।

- নঙগী কনাসু লৈজদ্রবরা?

- করিগীনো? ঐগী ইপাবুদি লৈরি। ইচাসু অনী লৈ।

- অতৈদি?

- অতৈ হাযবদি?

- নঙগী নুপানচিংবা।

-নুপা হায়ববু কনানো? তুমিন্নবা চামিন্নবা, অসিরা?

অসি হায়রগা মমিৎতগী মপি ইরা চেল্লি। মাগী ব্রাঙাঙ অদুদা মপূক্কীংদা মীনুংশি অমা ফাওরকখি। তানজাদুদা ঙায়োনবীদুনা মখা তারকই

"ঐগী নুপাদি লুহোংবা মতুংদা চহী অহুম লৈরম্লগা অঙাং অতোম্বদু পোকত্রিঙৈদা অদুম খাইনখ্রে। অতোপ্পা নুপী অমা থিরগা লৈখ্রে। ঐবু হন্না ফাওবা য়েংবীরদ্রে। মচা ফাও থাক্কনি খংবীদ্রে ইচেবেম্মা"।

মাগী থম্মোয় শোকপা ব্রাদু তারগা ঐনা ঙায়োনবীদুদা হায়রুই ।

- অদুদি নহাক ঐগীসিদা লৈরসিদনা। ঐসু নাইতোম তারবীনি ।

- ঐগী লাইবক ফবনি ইচেবেম্মা। পীক্লিবা অঙাংশিংদুগী মবৃক্তা থলহনবা ঙম্লগা লোইরে। বাবাগা অমুক্তা তান্নরুখিগে। চানমক্লা বাবাবু থাদোক্কুনা থম্বা য়ারোইনে। চৎন-থোক্ল লৈবদি য়াগনি। অদুবু মরোন খঙহনলক্কে। ঙসিগীদি চৎখ্রগে।

ফাগী ওইনা হায়রুবনি। মাদি চান্ননা খনখ্রে।

অসুম্না ঙায়োনবীদু থোকখ্রে। লম্বীদা মাগী হান্না খরা খঙনবা স্কুটর ব্রার্কশোপকী প্রোপ্রাইতর নীলমনী থেংনৈ। ঙা লৌথোক লৌশিন তৌই। করিগুম্বদসু গাড়ী পার্কিং ময়া ওইবনিনা ঙাইহাকসু ব্রার্কশোপ তুদা হেক হেক পোত্থাদুনা গাড়ি ঙাইবা ওইনা ব্রারী ব্রাতাই শাদুনা ফাগী জুগাই তৌদুনা লৈথোকপসু য়াওই। ঙসিসু মহাক অদুম হান্নগুম চঙলক্কুনা লৈবাক্তা ফৈজা থারগা পোৎতু থমলগা ফমথরে।

গাড়ী শেমলিবা ময়ামদু ফাগী পুমতৌতা তৌনৈ। মরক-মরক্তা ঙায়োনবীদুবু লক্লবসু য়াওই। নীলমনীদু মুন্না য়েংদুনা লৈরম্বদুদা মানা -

-করিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা অদুক য়াম্না মূন্না য়েংলিবদি?

- চাক লাম্লবরা? ঐখোয় যুম মফমসিদগী করি অমত্তা লাপতে। ঐখোয় যুমদা চৎলগা চাক থোংলগা চারুসিরা?

- নুংতিগী পীজবা ঙমগদ্রা ?

- অদু ওইরগনা নুংতিগী থোংদুনা চামিন্নরেদনা।

- অদুগী মতুং তাবদুদি?

অসুম্মা ৱারী শাদুনা মখোয়নী পূন্না নোকমিন্নে। মতমদুদা নুপা মচা অমা হোবে হোবে সাইকল তোংদুনা লাক্লগা হায়রে। বাবা ইমানা চাক চাররো হায়য়ে। নীলমনিদু জ্ঞান খণ্ডতা তারকপগুম্মা তৌরম্মী। অদুদগী মানা " ইবেম্মা মতৌ লৈবী শকহেনবী চৎলুখিগেনে লৈরমখো।" হায়রগা অঙাংদু সাইকলগী ফ্রেমদা হাপ্লগা চৎমিন্নখরে। মঞ্জুরিদু ঙাইহাক মঙ মঙলুবদগী মীকপ থোকলক্পগুম। অদুদগী মখূত্তা পায়রিবা পৈশা খরদু ফিজিদা চেৎনা পুনশিল্লে অদুগা থুনা য়াংনা ময়ূম মায়কৈ পাঙখরে।

মঞ্জুরিদু মখোঙনা শাংলবা লম্বেলদো লাকপদা মশাদু ইচোক চোকথরে। পাৎশোই য়ৌবা অরোইবা কেন্তর দু নাম্থোকখিবদগী মখোঙনা লাক্লীবনি অইংবা নুংশিৎ শিৎলি। নীংথমথানিনা নুমিৎ তাখিবগা পূমমম মমশিল্লকই। নোংঙানবা নুমিৎ তাবা ঙাইদুনা হিংলিবা মঞ্জুরিগী পুন্সিনি। মবক মরক্তা কন্না কন্না হূমলকপা ইনিন পুবা নুংশিনা কনাগী মশম মনা মফি মরোন মথোং মরম অমত্তা খণ্ড্রে। ইংবনসু চিক চিক লাউরে। সরক্তু মা নত্তনা কনা অমত্তা চৎখিদ্রে। অঙাং অনিদুনা তৌরমগদবদু খল্লুবদা শ্বাই শ্বাই লাওই। খোঙকাপ খর হেন্না লাওনা থাঙ্ডি।

অরাপ্পদা থাউমৈগী মৈঙাল অমা উরকই। মঞ্জুরি ঙাইহাক লেপ্পী। থাউমৈদু মুৎলি মুৎলি নুংশিৎনা মুৎকে হেক হেক তৌই। মনাক্তা চঙশিল্লুবদদি ঈশিংনা থুমহৎলবা লৌবূক্তু য়েংদুনা খদাং শৌদুনা ফল্লীবা মপাবু উরকলে।

- মানা চঙশিন্দুনা কৌরুই

- বাবা ! লাকও য়ুমদা চৎশি।

- নঙদি কৈদৌবা সিদা লাক্লিবা। অঙাং অনীদু কপ্পল্লনি চৎখ্রো থুনা য়াংনা। ঐহাক লৌরীসি য়াম্থরকখিগে। ঈশিংসিংসি চুমথখ্রবদি লৌ লিংবা য়ারবসু য়ায়।

- ঙাইহাক লেপতুনা য়েংলম্বদগী কান্নবরোই খঙলদুনা মঞ্জুরিদু ময়ুম মায়কৈ পাঙলক্লে। লম্বীদা মতোমতা মপি তারকই। লৌবূকশিং অদুনা ঈশিং মনুংদা চঙখিদ্রিঙৈ দাম শাদ্রিঙৈদা ওইরম্বা মপাগী ফীভমদু নীংশিংলকই। ফনা কন্না য়েৎখিবনি। মফমসি দা দাম শাবীগনু। লৌ পরি লীশিং কয়া অসিনা ঈশিং মনুংদা লুপখ্রবদি মীওইবা কয়াগী হিংনবগী হক মৎপনি। অদুবু তাবীদৌবা অচৌবশিংনা তাবীখিদ্রবদা হিংবগী ফীভম্মা অসুম শোকচিল্লকপগা নুংঙাইতবগা মঞ্জুরিগী মপা ঙাওখিবনি। অসুম্মা অদুম

তৌদুনা লৈরক্লীবসি কয়াদি কুইরে। মমা হেক লৈখিদবগী অমুক্কসু হেনজিনখ্রবনি।

ময়ূম য়ৌরগা মখোঙ মখূৎ হামদোক্লগা অদুম চঙলে। অপীকপা অঙাংদুমদি তুমলল্লে। হোবে হোবে তৌদুনা চাক লোইরে। ঈংখ্রবা নীংথমথাগী মতমদুদা নুংথিল চুপ্পা উফুল ৱাইফুল শান্নরুবগী মখোঙ মখূৎতুসু ইমোৎ মোৎলে। চরাম চদৎনরগা তুমথখিবনিনা হৌদোকপদা পাক তাদ্রে। মমানা পমদুনা ফমুংদগী থাংথরে। অদুগা খরা নম হাদুনা ইনবীরে। অদুবু নীংথিনা চাও থকউ য়াদদুনা তুমখ্রে। মমাদু মচাবু য়েংবদা চিন্তা তৌনা তৌনা অহিংদুমা অসুম্না হৌখরে। ঙসাই ইনাকখুনবা মতোমতা লৈবী মেম সাহেবতুনা হায়হৌবদু নীংশিংলকই। মাগী মনাক্তা চাবা থকপা ৱাৎতনবা মচাশিং পুদুনা লৈরুবসিরা খল্লি। অদুবু মপাদু করম্না মতোমতা হুন্দোক্লমগনি। চৎন থোক্লা লৈরগে খল্লমালে মখোঙনা থোংনা মচা অনি পুরক্লুনা ঐগী নাক্তা লৈররে । থশ্মোয় তিন্নরুবা হায়গদ্রা কৈগী মপান নাপীনা তাং, নাপীগী মপান কৈনা তাং হায়বদুনি। মহাক লাকঙৈদগী ঐগী য়ুমদুসু মমাঙঙৈগুম ইচিক চীকখিদ্রে। মপান্দা মী অমা লাকখিমালে। কোল্লিং বেল খিংবা মখোন তই। অমুকসু কৌরকখিবা তয়।

কনা কনা লৈবগে। ইমূংসিদি ওঙ্খোক্লা চাউখ্রে। মীদি অমত্তা উদেনে। তাঞ্জাসিদা মঞ্জুরি ইমূংদগী চেঙ্খোরকই।

- কনা ওইবীরবনো?

- সরমিলা লৈব্রা, অসিবু মাগী য়ুম নত্তবরা?

- মানি ইবেম্মা মশাদি লৈতে চৎখোকখি।

- কদায় চৎকনি হায়রম্মী।

- লৈকায়গী নুপী ময়াম লাকলম্বনি। মৈরা মরূপকী সেক্রেতরী ইমাদুসু য়াওরকই।

- মখোয়গী ওফিসতা চৎলমগদরা। ঙাইহাক্তং লৈরবদি লাক্লনি চাক্কা চাখিদ্রি।

- কাখৎপীরকউ। ঙাইহাক ঙাইদুনা য়েংবীগে হায়বরা?

- মদুনা ফরগদবা। ইবান্নি উন্নদবা য়াদ্রবা থবক অমা লৈ অদুননি।

- ইচেম্মাগী মীং অসিবু .......?

- সুলোচানা কৌজে।

- এ- এ অদুদি ঙাইহাক ঙাইবীয়ু। ঙরাংদগী মীংদু সোন্দুনতা লৈরবনি।

- ঙাইহাক মিনিত ৫ মুক্কী মনুংদা সরমিলাদু গেত হাংদোক্কুনা চঙলক্লম্মী।

- সুলোচনা কয়াম কুইরে। নঙ লাক্কনি খঙদুনা চেল্লকলিবনি। লৈকায় মৈরা পায়বী ওফিসতা মিতিং অমা য়াওরুরিবনি।

- করি মতাংগীনো।

- ইমা ইবেনশিংসু মত হেক্তা মান্নদেদা নুপী খরবু পুল্লবদি খৎন চৈনবা হায়বসে শোয়দ্রবনি। নুমিদাং মৈরা মরূপ ফম্বদো অমগা অমগা মত খেন্নরে।হুন্নদুনা ঙাঙনবা য়াওরমাল্লে। মথং মথং তম্নরক্কুনা মখোয় মশেল খৎনরিবনি। হুজিক লৈকায়গী মৈরা অনী থোক্কনি হায়নে। ঐবু ৱায়েন্নবা লিগেল এডভাইজর হাপচীনবীরে। মখোয় মরক্তা জ্ঞান তানবা হোৎনবদা অৱাবা অমনি।

- মৈরা হায়রগা নিশাবন্দি হায়বসীগবু অমত্তরনে? মখোয়গী তোঙান তোঙানবা মথৌ লৈবজাৎলা?

- অনীমক ইমান মান্নবা জাৎনি।

- য়েংঙোই বেলুব আশ্রমগী শ্রী মৎপরমহংস শ্রী শ্বামী নরেন্দ্রনন্দ কৌবা অফাওবা ঈশ্বরগী ভক্ত ওনখ্রবা চিকাগো য়ুনিভর্সিতিদা ফিলোসোফিগী ভিজিতিং প্রোফেসার ওইরম্বদু লাক্কদৌরি। ঐখোয় কলেজদা স্পিরিচুএল ৱালর্ড অমদি পিস হায়বা হিরমসিদা ঙাঙবীগনি। নহাক লাক্কবা য়াদেকো। অসি হায়রম্মগা মহাক চৎননবা হৌগৎখ্রে। সুলোচনাবু অশ্বাইফাও থিন্দোকপা থোরকই। লম্বীদা মানা হৌদোরকই।

- সরমিলা নহাক অমুক চৎলরোইদরা?

- ভুলিন্টবি রিতারমেন্ট লৌরক্লে। অমুক হন্না চৎনীংদ্রে। পুন্সিগী লেমহৌবা মতেক খরসি ঐগী ইরমদমগী শোখহৌরবী নুপী ময়ামসিগীদমক্তা করিনো খরদি তৌগে খল্লি। অদুবু ঙমগদ্রা খঙদে। পঙ-খন খনবা হায়বদুনি। খংদেদা নহাক্কী

স্পিরিচুএল ৱার্ল্ড দুদুম নুংঙাইগদৌবা মাল্লি। হুজিকমক্কীদি মদুগী লম্বীদুদা লাকপগী প্লান লৈত্রি ফ্যচরদা লৈরক্কদরা?

- হোয় ঐখোয়গী সমাজদা লৈরিবা নুপী খুন্নাইগী মরক্তদা ঐখোয়গী খুন্নাই অপূনবগী ওইনা য়াম্না শেমদোকনিংঙাই লৈরি। অদুম ওইনমক কনানা কনাদা শেমদোক লুদোইনো। ঐনা মফরে, ঐনা মখঙলে হায়দুনা লৈনরবা মফমসিদা। অদু অরাইবা থবক্তি নত্তে। অদুনা মীওইবশিংসে স্পিরিচুএল ৱার্ল্ড দুদা নক্না লৈরবদি শান্তি পুরকপা ঙমগদ্রা খল্লি।

সুলোচানাগী ৱারীসি য়াম্না শাংথরক্কদৌরে। ইশম শম্না ঐহাক্না শমজিল্লে। ফরেনে, ঐসু নঙগী স্পিরিচুএল ৱার্ল্ডদুদা লাক্কদৌবিবনি।

- ফৈ লাকউ। নখোয় ঐখোয়গুম্বনা লৈতনা কনানা লৈকনি। মরমচৎ চুমদবা মীনা লৈবা যাবা মফম নত্তে।

- ফরে ফরে য়ৌরোকো। ঐহাক য়াম্না নোক্লীংবা খাংলগা ইমুংদা চঙলক্লে। অদুগা মঞ্জুরিবু কৌদুনা হায়খি -

- মনজুরি! ঐগী খোঙখুৎসে খরা হামদোক্কে। ঈশিং অশাবা লৈবরা?

- লৈনি লৈনি। হেক লুপ্লগা লোইবে। ঈশিং অশাবা য়াওবা খুদেংদু মঞ্জুরিনা থাংজিল্লক্লুনা মখোঙ মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা ঐনা মঞ্জুবি য়েংদুনা হায়রকই। য়াম্না ৱারে। খোংনা চৎমন্দুনা। অমুক্তা পোথাগে। খোঙ নাম্মা ইপঙ পঙথরে। অমুক্তা শাংদোক্কে মঞ্জুবি।

ফমুংদা ঙাইহাক পোথাদুনা তুম্না থেমলি। মঞ্জুরিনা খোঙদা নম্বীরি। ঐগা মাগা থম্মোয় য়াম্না তিন্নবগুম তৌই। করি করি ৱারীনো মানা পঙলিদা লিরি। শিথ শিথ নোকপসু য়াওই। ৱারীসু শারি মঞ্জুরিগী মচিন্দু লেপ্পা লৈতে। করি কবি ৱাবীনো লীরম্বদগী খঙহৌদনা সুৎ সুৎ কপ্পকই। ঐদি উইরোয় উইরোন তৌরুরবনি। মঞ্জুরিনা মাগী হৌখ্রবা ৱারী লীরি। মিৎ অমুক শিংলক্লদুনা তারি। কনদনো য়াম্না শাওনিংবগুম ৱারিদুসু মখা তাখি ।

- ইচেম্মা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা ঐগী থম্মোয়দা অকিবা অথুকপা তুজুংবতনা

থল্লবা পুন্সি মরেল অমখক্তা হিংলকখি। ঐনা হেক মীরোল তারকপদগী নুপী হায়বা অসি নুপাশিংনা নৈহৎনফম থোকপরা? ঙম্মী হায়দুনা শা ষন ফুবগুম ফুফম থোকপরা? হুই হৌদোং লোয়নবগুম লোয়নফম থোকপরা? করম্বা মতমদা মখোয়না অসুম্না তৌবসি তোক্কনি। মীগী ইমুং খুদিংমক্কী মপানা মমাবু ঐখোয় ইমাদা বাবানা তৌরিবা মীফু মীচৈ অসিগুম্না অসুম তৌবা জাৎলা তত্তনা থল্লম্মী। মরম ইরৈ লৈতনা ঐনা ঐগী পীক্লীবা ইপ্পাদুদা খৎনবা হৌদুনতা লৈ। করিগুম্বদা মরম ইরৈ লৈতনা মাবু ফুদৎলম্মী। মদু হৌখ্রবা চহী কয়াগী মমাঙগী ৱারীনি। ইপ্পাদুসু মফম খঙদনা মাঙখরে । মতমদু মীৎতা শঙ-শঙ উরকই।

ঐখোয়বু পোকপিরম্বা ইমাদু মতমদুগী ইহান হান্না নুপীনা লাইরিক লাইগু খরা--খরা তম্বা হৌজরকপা মতমগী মীওইনি। মরক-মরক্তা ইমানা মহাক্কী পুন্সিগী হৌখ্রবা ৱারী কয়া কয়া লীবিখি অসুম্না ......

ঐনা এলপি স্কুল তম্লীঙৈদনি। মতমদুদদি লাইরিক হৈবী নুপীশিংবু ওম্থোক্না থীনা ঙাঙনৈ। অদুদা নুপীনা মপাল ইপাল থোক্লুনা লাইরিক তম্বসি পঙয়াম য়ামদে। ঐখোয় পাবুংদি মণিপুরগী মপাল লান্দুনা ললোন ইতিক তৌবা মীওইনি। থা অমা অনী লৈরগা নৎত্রগা চহী অমা লৈরগা হেক হেক হল্লকই। মহাক্না ইহান হান্না কলিকতাদগী ছাতিন অমুবা অমা পুরকখিবদু মী য়াম্না অঙকপা পোৎ ওইনা য়েংনবা জাৎনি। অসুম্না মপাল ইপান্দা অৱা অনা কয়া মায়োক্লদুনা চৎপদি লেপতে। মহাক্না আসামদগী, কলকতাদগী, ডাকাদগী অনৌ অনৌবা ফিরোন অরু অহেনগী পোৎ চৈ মরক মরক্তা লৈরকই। মহারাজ চুড়াচান্দনা য়াম্না চাল্লি হায়নৈ। অদুনা নিংথৌনা মপান্দা লেঙথোকপদা পাবুংবুসু হেক হেক লোয়নৈ। সাহেবশিংগা শম্নরকপনা মণিপুরগী ফীভমদুদা চাওখৎপগী মঙাল ফংবসি ঐখোয় ইমাবু পোকপা পাবুঙসু অমনি। নুপীবু মহৈ মশিং তমহন্দুনা নুপীগী থাক ৱাংখৎ-হনগদবনি হায়বসি পাবুংনা খনজবা ৱাখলনি। শিনফমদা হায়রগদি মহাক ইচম চম্বা লৌমীনি। ইথৌনা নিংথৌ খন্দুনা লৈবাক্কী ফমনাইবা ওইরম্বনা কোনুংগা অদুমকসু মরী লৈনৈ। ইমুংগী হৌরকফমগী হায়রবদি মীনা য়াম্না ব্যাভার তৌবা শাগৈ জাৎ ফৈ হায়নবা কোনুংগী লৈম শিজগী মথঙদা অদুমক সন মান তৌবা ইমুংদা পোকপনি। পাবুংনা লাইরিক

তমহল্লি। মতমদুদা তম্ফাম্না স্কুল নত্তনা অতৈ লাইরিক তম্ফম শঙ লৈত্রি। লাইরিক হৈবী অমা ওইদবা য়াদে হায়দুনা পাবুংনা কন্না তাকপি। অদুবু ঐখোয় অবোক্তু ওস্থোক্লা তমথি। গৌরিয়া ধর্মদা য়ক লাওবা জাৎনি। ইরুজরগা ঈশিং চাই চাইদুনা কাখৎলকই। শীং ফাওবা মাংই হায়দুনা লুপথোক্লগা চাক থোংই হায়বদু য়ৌই। মদুগী অর্থ ঐ খঙদে। ময়ামদুতা হোৎনবদা ইমাদু কয়াদা ব্রাহনখ্রবা। স্কুল চৎলুরগা হল্লকপদা মাংই ইংগ্রেজি মরোন তম্মী হায়দুনা ইমূংদকা পাক চঙহনবা নত্তে। ফিরোনদু তোঙান্না থল্লগা ইরু মাইথজরগা মূকা হোংদোক্তুনা ইমূংদা চঙহল্লি। মদুগী নিয়মদু কায়রুবা য়াদে। নোংমা ফাদোক ঐনা চানীংমল্লদুনা য়েরুম তল হৌদুনা চারবদি মানা ঐবু মাংই হায়দুনা ফিরোন তুমথোকহল্লগা ইরুজথোক্লগা তুলসি মনানা খিকথোক্লগা শেঙদোকপীরিবা। ইমাসু ওস্থোক্লা থবক নোমই। ঐনা স্কুল চৎলমদাইদা চাক ইশিং থোংবা লোইরগা চৎনবা হোৎনৈ। মতমদুদা খোঙঙুপ তোংনরমদে। নিংথৌ মচা মশুনকদি খুৎনা শাবা ফিগী খোঙঙুপ তোংনবা য়াওই। খোঙনা তমফাসনা স্কুল ফাওবা চৎলিবনি। লাইরিক তম্বগীদমক্তা লৈকায়না মরোন অমা অফাওবীনি য়ূমদগী মপান লান্না চৎলবী ওক্তবীনি  হায়বীরিবনি। ওস্থোক্লা তমথীখ্রবা সমাজনি। লৈশাবী অয়াম্বা শন্নাং কোয়কক্লরিবা মতমনি। ঐগী শায় কোয়না ককপদু য়াম্না থি। মরমদি ঐগী শমশি য়াম্না খোয় চরুদৌনা পৌই। পাবুংনসু য়ায়। শমখোমগৎতুনা মেম নুপীদৌনা শমবোংবী কা হাৎতুনা চৎপা য়ায়। চৎসু চৎলি। মীনা য়েংনৈ। চন্দোন চৈনা শমকা শেম্মী। কনাগুম্বনা অফাওবী তৌবঙম্বী হায়দুনা থবাক য়ৈনৈ। ঐনা ক্লাস তেন কারকপদা অবোকবেম্মনা বাবাদা হায়।

- অমুতোম্বী মীনা ঙাঙনরিবসে তাহৈবা ঙমদ্রে। অপাবীসি অঙাং নৎত্রেদা। চহী ২০ চঙলরিনি । লৈশাবী অরিবী ময়ূম পান খঙদবী ওইদুনা তোক্লনি। কনানো মাবু মচা মমৌ ওইনীংগদবা। লমকেৎ লমহায়বী ওইহল্লে নঙনা। হন্দক্কী পূর্ণিমাসিদা ব্রারোই,পোৎ পুনবা তৌসি। নহান বাবু তোম্বীনা পুশিল্লকপা ঙাংবম লৈরেনজাওগী মচানুপাদু ফৈ। শাগৈ জাৎসু ঙাংবম্মী। মীনা নিংথৌ মচাগী মথংদা ব্যাভার তৌনরিবনি। মপুবোকসু কোনুংগী ফমনাইবা অমা ওইরিবনি। লৈবাক্লা শক খঙবা কীনা লুনা চৎপা ইমুংনি। পাবুংনা হংখিবা তায়।

- নুপা মচাদু করি তৌরি হায়বগে ইমা।

এ মশক মতৌসু য়াম্না ফজে হায়। ফমনাইবগী মচা মশুনিদনা।

অসুম্না ইমাদু অবোকবেন্মনা য়াদ্রদুনা নমদুনা লুহোংবীরে। ইমানা পামজবা লাক্কদৌরিবা মেত্রিক্কী পারিক্ষাদু ফাওবা য়াওগে য়াদ্রে। পাবনা কন্না তক্লে।

- ইমা অঙাংসি মেত্রিক্তদি থাজখিসনু।

- এ করি কান্নবা নুপীনা লাইরিক তম্মগা। মীগী ময়ুমদা মীনাই ওইরুদৌবা মানা খরা তমলে ওক্লে। অদুই শরুক ফিশা লোনশা থবক ইংখাং তমসনু। য়ূমবাল্লোন খঙদবসে তম্বীবনা ফৈ। শিদগী লীশিনশ্রগা কনাননো মাবু লৌবীদৌবা। লমকেৎ লমহাইবী হায়নরকনি নচা নুপীসে। ঐ তাবা ঙমদে। লাইরিক তম্বা চৎকনু হায়বসু য়াদেনে।

অবোকবেন্মনা য়াদদুনা লুহোংলে। অসুম্না নখোয় ময়াম পোক্তুনা পাল্লক্লিবসিনি। নুপী ওইনা পোক্কদৌ শরুক মী ওইনা পোক্তবনা ফৈ। ঐগা লাইরিক তম্মীন্নবা নুপা মখেদি লোইনা লৈবাক্কী অচৌবা ফম অমমম পায়নখ্রে। মাগী মাগী মতু মচাবু মহারানীদৌনা থল্লীবনি। ঐগীদি কদায় অদুননে। ইমাদি ইশাদা পেল্লক্তবনিনা নখোয়বুদি মপূং ফানা মহৈ মশিং তমহনগে খল্লিবা। নথরায় য়াওনা হোৎনৌকো ইচাসা। ৱারিদুনা ওইরমাল্লে মঙ্গুরিদু তুমিন্না মপী তৈথোকই অদুগা অমুকসু মখা তারকই ।

অসুম্না ইমানা অহিং কয়া ইনাক্তা ফমদুনা লংচাক চাক্লা চাক্লা ঐখোয় ময়াম লাইরিক পাবা শঙঙী, ৱারী কয়া অমসু লীবি। য়ূমদা ইমানা তাকপী তম্বীবনদি ওইদবনিনা ক্লাস ৱান্দা স্কুল অমদা তমলে। কোনুংদা ইধৌনা দোলাই ফৈনা তোংদুনা চৎপগী ৱারী তত্তনা লীবি। ঐখোয় ইমুংসিসু নিংথৌগী অকনবা চৈরাক মখাদা অমত্তা ফে হাইবা য়াদবগুম ইধৌবু নিংথৌগুম কিনৈ। ইমুংগী নুপামখেনা নুপীশিংবু নুপী অঙাং ষন ব্রাহ্মণ হায়না প্রমান তৌবা ইমুংদুনি। ইধৌনা কোনুংগী ফমনাইবগা ওইবনে পাবুংসু মতোমতা পোকপগা ওইবনে য়াম্না কেথোক মৌথোকই। তৌনীং তৌনীংবতা তৌরকপা হাইনা হুম্না পাল্লকপা মীনি হায়নৈ। নৈকায়দুদা ঐখোয় ইমুংনা য়াদ্রবদি

লৈকায়না য়াদে হায়নরিবনি। অসুক য়াম্না নীংখা তম্নবা তৌনীংবত তৌরবা ইমুংদুদা ইচেবেম্মা ঐখোয় ইমাদো হায়নীংঙাই লৈতনা অৱাবা মায়োক্লখি। ঐখোয় বাৰাদু স্কুল কাও চৎখ্রগা ঙম্নবা চীংঙাদা কাদুনা হৈনৌ চাদুনা লৈথোকপগী ইধৌনা লিচৈ।। শানথবগী ৱারি কয়া মানা লিখি। "ইচাশা ইপাখোয়দি অৱাৎ অপা লৈত্রিঙৈ মতমদু অসুম্না নোংমা ৱানী খঙদনা নুংঙাইবদা থিদুনা মতম লেল্লকই। স্কুল চৎতৌ শরুক চীংদা হৈনৌ চাদুনা লৈথোকই। খুনু তুন্নবদি নোংমা অমা হৌখিবা খঙহৌদে। মুক্লা কাংজৈ থাংতা হৈরগা লোয়রে খল্লি। ইপাখোয় লিন্দাসিদি নখোয় হৌজিক কালগী নহারোন্না ফংবকাইয়ে। অয়ুক্তগী মুক্লা থানবদুনা নুমিদাংৱাইরমফাও নম্লবদা পদ্রাক পদ্রাক তারবা মতমদুদা লোয়রিবনি। লুমফু হৈনরক্তে। ওম্বোক্লা পুকচেল শেংনখ্রবা। অসুম্না মতম লেনবদা ৱানা লেল্লকই। মদুননে করিসু ওইহৌদরে"। ইধৌ লৈখিদ্রবদা মতীক মঙাল পূম্নমক লোইখ্রে। পাজীগী মরন মথুম পূম্নমক নুপী ময়ামগী মচানা য়েন্নবদা করিসু লৈহৌদ্রে। অদুনা ঙসিদি লাইরা তাল্লে। নখোয়দি পঙগনুকো। মী ওইনবা হোৎনৌ। অসুম্না মরক মরক্তা ভাষন পীবদু মঙাই। অদুম ওইনমক অচোপ অরেম খঙদবা থবক্তি তৌদে। নোংঙানবগা ফি নান্না শেৎতুনা ৱারেম ঙাঙবা সনাগী মচা ইবোহলনি। মীনদি শাগৈ জাৎ চাওই হায়দুনা তাইবুংঙো কাইদনা কৌবদি তোক্লদ্রি। অরৈ অরৈবা মান চাং য়োন্দুনা ঐখোয়বু থাক্লী। ইমানা হায়নিংঙাই লৈতনা ৱায়। মপান ইপান থোক্তুনা শু নোম্বসু ইকায়বগুম তৌদুনা মানা ঙম্বা ফিশা লোনশা তৌদুনা ইমুংগী মতেং পাংই। অদুবু নীংবা থুংবদি লৈতরে। চায়াম পোকপীগা ওইরে, ইমাগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। অমরোমদা নুপানি হায়দুনা মনীং তম্না তৌনীংবতা তৌদুনা য়োকখ্রবা পাজিনা মানা পাম্বা নুপীদদি থাদরে। অবোক্লসু ইপুবোক্লা নুপীবু শা ষনগুম লৈবা য়োনবা য়াবা পোৎকুম নুপীবু হন্থনা য়েংলকপা মীৎয়েংদুনা মরম ওইদুনা তাথি তাওইনা ফু চৈবা মনেম মকুগী শারৈ ময়াম ইন্দুনা লাক্লবনিনা মাগী মমৌদসু ঙম্বমখৈ শক্তি শীজিন্নবা পাম্মী। ঐনা মীরোন হেক খঙলকঙৈদগী সমাজগী চৎনবী নুপীবু অসুক্কী মতীক হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবীবা হন্থবা মীওইবগী থাক অমদা থমদুনা য়েংবা মীৎয়েংসি য়ানীংলমদে। অহীং কয়া ইমাবু বাজিনা নুপী অতোপ্পা কোযবগী ঙংখৎনবা তাদুনা তুম্বা ঙমলমদে। নোংমগী থৌদোক্তি - মতমদু নোংঙানগদবা ঙাইতাক্তা ঙাইরে

পাজিনা থোঙদা থিল্লকই।

- তারিবরা........ হে ....... তারিবরা নঙবো........?

ইমাদু অহিং চুপ্পা তুমদবনি, সুত সুত কপ্পদু তায়। ঐসু তুমদে অদুবু ইমানা তানা তানা থোঙদু হাংদোকখিদে, ওইনজবনি। অদুদগী বাজিনা নঙ লৈরম্মু খঙগনি হায়রম্লগা থোঙলোনজৈদু নমখাইবদা কোল্লে অদুগা ফককাইদুনা ইমুংদা হেক চঙলক্লে। মানা কাংখল মনুংদা হিপতুনা লৈরিবী ইমাগী মশমদু পায়দুনা চিংথোরক্লগা লময়ায়দা শ্রো শ্রো চিংবদু ঐ মীৎসিদা শঙ শঙ উরি। ইমাবু লাউখোংদুনা ফু চৈবদু কাউবা য়াদে। অবোকবেম্মা তারক্তুনা ৱাতেম্লরগা খায়দোক্লবদগী তোকখ্রে। ইমাদু ফনা থীনা চৈ চারে। নুংশিবগী, মপুরোইবগী নুংশিববু খম্বন্দুনা ওইনজবদুগী পাউখুম ওইনা পাজিনা শা ষনগুম ফু চৈবদু ঐ য়াম্না তুক্কচরম্মী। নুমিৎ ফনা য়াম্না মঙোন্দা য়েংনীংলমদে। খরা লৈরগদি নোংমা অমসু ইমাগা পাজিগা খৎনবা তায়। তুমথকরে মীকপ থোরকপদা খর তাহৌই নাশোন পীক্লা ফমুংদা ঙাঙবা তায়। "নঙনা নতু ময়ুমদা চৎলুরগা করিগী য়ুমদা অফাওবা শাররিবনো?"

- নঙগী নথৌ লৈবরা? লৌনীংলগা লৌগনি লৌনীংদ্রগা তোক্কনি। নঙগুম্বনা ঐনা তৌবা থবক্তা খৃৎ থিংজিনবগী নতীক্লা?

- অদুদগী ঐখোয় বাজিদু চান্ননা অহীং অহীং হনজিল্লক্তরে। অদুম নুপী অতোম্বীগী ময়ূমদা চানমক্কী অদুমক লৈখ্রে। অবোকবেম্মনসু নোংমা ইমাগা বাজিগা খৎনবদা মচাগী মীচঙ চঙদুনা হায়বা তাখি।

-" নুপানি তরাগী মপুনি নঙগুম্বনা থিংবা ঙম্বরা?" কায়নথঙদা বাজিনা ঙমখি। অসুম্না ঐনা পীশক পীক্লিনৈদা স্কুলদগী হেক হল্লকপদা ঐখোয় ইমূংদা বাজিনা ইমাবু চৈ থাংখিবরা হায়বসি হান্না না থাঙ্গৎতুনা তায়। লৈকায়দগী পাউ লৌই। নৌরিবা নুপীমচা অমা ওইনা পুক্নীংসে লৈতারক্তে। ইমাদু কপখিবরা? নৎত্রগা হরাউনা লৈরম্বরা হান্না য়েংই। অসুম্না ইমানা ৱানা লেনখি। হায়নীংঙাই লৈতনা অখাং কনবীনি। অদুবু নুপী ওইনা পোক্লবগী দগুনি খন্দুনা পুম্নমক নোক্লা নোক্লা অৱাবা কয়া মায়োক্লদুনা ঐখোয়বু য়োক-থাক্লকই। কনানসু মাবু অখাং কনবিনি হায়দুনা

থাগৎনবদি তাখিদ্রি। পুন্সিগী তঙ্খাই চল্লকপদা লৈত-লায়রবা অমদি ৱাখন লাইনানা অদুম লৈখিদরে।

ঐদি হাইফেৎ ফজনা উইক্রববনি অদুবু মঞ্জুরিদু য়াম্না সেন্টিমেন্টেল ওইবদুদা পুরাক মীৎ শিংখরে । মানা অমুকসু মখা তারকই ।

অসুম্না ঐখোয়বু পোকপিরম্বা ইমানা লেনখি। মহাকসু পুন্সিগী নুংঙাইবা শরুক ফংখিদ্রে। ইমা লৈখিদ্রবা তুংদগীদি নাউথি শাদুনা কোয়বা লংবতা মথৌ ওইরম্না ঐখোয় বাবাদু ইমুংগী ভার পুবা তারম্মী। অসুম্না লৈত লাইরা মেন্নবা হোৎনদুনা লৈজরম্বা লৌশিং পূম্নমকসু ইথাই বেরেজ শারকইঙৈদা ঈশিং মনুংদা লোইনা চঙখরে। ক্ষেত্রিপুরন পীনি হায়দুনা কয়াদি কুইরে পীদ্রিবা। মদুদগীনি বাবাগী ফীভম্না অসি য়ৌখ্রিবনি। ৱারি লিনা লিনা মঞ্জুরিনা কৌরকই।

- ইচেবেম্মা তুম্লবরা?

- তুমদে। নঙগী ৱারী তারিবনি।

- তুম্নবা তৌবীরো। হয়েংদি বাবাগী মনাক্তা ঐসু চৎলুগে। ফনা কুইরে। করম তৌরমগদবনো?

ঐহাক অহীংদুমা তুমথবা য়ারমদে। মঞ্জুরিগী মরমদসু অমুক খল্লুরি।

মঞ্জুবিগী পুন্সিগুম নুপী কয়া কয়া হিংলি। অতম্না মাগীদমক্তা ৱারুরি । অদুম ওইনমক খুন্নাই অসিবু করম্না শেমদোক্নদগে হায়বসি ঐগী অমত্তা ওইরবা ৱাখলনি। কোইম্বরতর ইয়ুনিভরসিতিদা লৈরিঙৈগী ইন্তেল্লেকচুয়েল সারকলদা লৈরিবা নুপী কয়াগী মরক্তা ঐসু য়াওদুনা খন্ন-নৈনখিবদা অমত্তা ওইরবা খোল্লাওনি। "নুপা নুপী অধিকার মান্নগদবনি"। নুপীবু হন্থবা থাক্তা থমলোইদবনি হায়বা সেমিনার কয়াদা ঐসু শরুক য়ারকখি। মতমদু নিংশিংলকই। অসুম্না মীৎ ককলা অমত্তা তুমদনা হৌখিবা থৌদোকশিংবু নিংশিংদুনা লেল্লম্মী। হিরম অসিগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খঙ হৈববী ঐগী মরূপ ডাঃ অজন্তা গংগুলিবু নিংশিংলকই। মহাক্কী শাংল-শাংলবা ভাষন মযামদু নাকোংদা তারকপগুম তৌবম্মী। পিশক পিকপা মচিনবান্দুনা তাশিন খোমজিন্দুনা

ইন্তরনেসনেল ইয়ার ওফ দি রুমেন্স সেলেব্রেসন দে গী ফঙ্কসন্দা ঙাংখিবদু ইনৌ নৌনা তারকই। চাওখৎ চাওখৎলবা নোংচুপলোমগী লৈবাক কয়াগী নুপীশিংনা চহি চনি চহুম গী মমাঙদা অসিগুম্বা মীওৎ মীনৈ কয়া পাঙ্গল শোল্লী-হায়দুনা নুপীবু কা হেন্না হম্বনা য়েংবা নুপাশিংগী মীৎয়েং অসিদগী নাম্থোক্লবা রিভোলুসন কয়া তৌদুনা খরা মখৈদি নুপাগা মান্নবা থাক্তা হিংনবসু য়াওখরে। ইংলেণ্ডদা সেভেনতিন সেঞ্চুরীগী লোইরমদাইদগী হৌনা ফেমিনিষ্ট কয়ানা ওৎ নৈবা, নমথবা, কয়াগী মায়োক্তা রিভোল্ট তৌনরক্লী। বুজুৱা ফেমিনিষ্ট খরনা ইকয়েল রাইতকী ব্রাফম পুখৎলক্নুনা পৃথিবীগী মফম কয়াদা নুপী নুপা অধিকার মান্নগদবনি হায়বা খোল্লাউ লাউদুনা লাক্লি। সেমিনার কয়াদা, কনফেরেন্স কয়াদা খন্ন-নৈনরি। অসিদা লৈবা জেন্দর ইক্বয়েল্লিতি হায়রগা লো-দদমক মান্নবা ওইনা তৌই। মসিবু থাঙ্গৈশেংনা থবক ওইনা ওম্থোকপা হায়বসি খরদি লুরগনি। ইকোনোমিক ইন্দিপেন্দেন্ট ওইরবা মতমদুতদা নুপীবু নুপানা মনীং তম্না ওৎ নৈবা ঙমলোয়। খোঙ নামা পঙথবগুম্বা সমাজসিদা তঙাই ফদনা নুপী নুপা থোঙ মান্নবা তায়। অসুম্না ঐহাক্না মঞ্জুরিদা পাউখুম অমত্তা পীরুদনা তুমিন্না নিংশিংদুনা লৈরম্মী। ইন্টেলেক্টুয়েল সোসাইতি খরগী নুপীশিংনা তত্তনা লাউরি "নুপীগী হক" অদুবু হক অদু কনাদগী তানগদৌরি। নিগদবসু নত্তে। তানগদবসু নত্তে। মশানা লাকচগদবনি। পীরবসু ঐখোয়গী নুপীশিংনা লৌবা ঙমদ্রি। মদু ঙম্নবা করি তৌবা তায়। অসি খন্না খন্না ঐনা শাংলবা শ্বর মপী অমা হোনদোক্লম্মী। খঙহৌদনা অমম্বা অহিংদু লোইখে, নোং ঙাল্লমলে। মপাল থোরকপদা ইহাং হাংলবা লৈচিন নোংফায় থাংদ্রবা শংবান্নরবা অতিয়াদুদা পাইরিবা উচেকশিং য়েংলগা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরম্মী। করম্বা মতমদা ঐখোয়গী নুপিশিংনা হঙোয়গুম গুহা মনুংদা হিংবা তোক্নুনা মীমান্ননা মনীং মখা তম্বা ফংগনি খনজরম্মী। মখোয়গীদমক্তা খজিক্তং ওইরবসু ঐনা ঙম্বামখৈ হোৎনরগে খল্লম্মী। তত্তনা নিংশিংই ইয়ুনিভরসিটিদা লৈরিঙৈগী পুন্সিদু মরক-মরক্তা অসুম্না থোকখি। ঐহাক নিংশিংদবা ঙম্লক্তরে।

নোংজু পম্থাদা লাওনা খোংনা অকনবা ইথক ইরৈগা লোয়ননা চেল্লম্বা মাঙদা লৈরিবা চাউরবা তুবেলগী ইচেল অদুগী ইরৈদু মাংখরে। নোংজু পম্থা লোয়খিবগা

তপ্না ইংনা মরা তপ্না চেল্লিবা ইপাক্তুদা অতৎ অখম লৈতনা হিশিংনা হোম্দোক হোনজিন তৌরিবা হিথাংফমদুদা, লাম্হোক লানশিন তৌরিবা যাত্রিক ময়ামদুদা মীৎকুপতনা অমমতা খন খন্দুনা ঐনা তুমিন-তুমিন য়েংলি। খরা ৱাংতক তৌবা রোক্ অমগী মথক্তা হৌবা উপাম্বীদুগী মখোঙদা তুমীন্না ফমলি। ঐনদি মী পূম্নমকপু লাইনা উরি । অদুগা ঐবুদি মীনা উবা ফংদ্রি। লৈঙোয় শেক্তা মথক্তুদা মচু মচুগী শান্নপোৎ মানবা গাড়ী ময়াম অমা শান্নপোৎ তাদুনা লৈবগুম উরি। শাবী শানৌগী পীক্লীক স্পোত ওইবদা ফজখ্রবা জগানি। য়েংলু-য়েংলুবদা মীৎফম হোংবা য়াদবমখৈ য়েংনিংঙাইনি। জুড়া জুড়া নক্লা নক্লা মচি মচিদা ফম্মীন্নরি। ময়ামদু উরগা ইতোমচা খোয়রাং খোয়শাউননা হল্লকখি। চৎন চৎন মপৃক্লীংদা হৌখ্রবা ৱা ময়াম অমা খঙনীং নীংশিংলক্লম্মী।

জর্জ সাহেবনা ঐঙোন্দা ইরকখিবা অরোইবা চিঠিদুগী অর্থদু হৌজিক্তা খঙলকপগুম তৌরম্মী। নুপী অমগা নুপা অমগগী লুহোংলবা মতুংগী মরী অদুগা লুহোংদ্রিঙৈগী মরী অদুগা করিগুম্বদা চাংদম্নরম্মী। অনীদু খিৎ খেৎনৈ। নীংখা তম্বা ফংদ্রবা নুংশিবা অমদি অপাম্বগী মনাই ওইরবা পুন্সিগী মরী ওইনা উরক্লম্মী। মহাকপু মতম অমদা নুংশিবীরম্মী হায়দুনা করিগুম্বা মাগী ওইবা পোৎ অমত্তা ঐহাক্কী হক লৈরুবা অমদি তাল্লুবা য়ারুবদি নৎত্রি। অদুম ওইনমক ইপুরোইবা বীজয়গী মফমদগীদি হক ফাওবদি তানবা য়ারি। অদুগা অমুকসু মহাক্কী থম্মোয়দা নুংশিবা, ম্যুচুয়েল রেসপেক্ট অমদি অন্দরষ্টেন্দিং দু য়াওদ্রবদি হক তাল্লুরগা করি কান্নরি। ঐগী ইনাক্তা করিসু ৱাংপা লৈত্রি। লন থুম মীংচৎ করিসু ৱাংতে। অদুবু, অৱাংপা খরদি লৈ মদুদি নিংখা তম্বা অমদি নুংশিবা কায়দা, অনি অসিনি। লুহোংবনা পুনশিনখ্রবা সমাজগী চৎনবীগী মীৎয়েং মখাদা যুমগী নুপী অমনা লৈকাং চুরবা ফক্লাং মরীনা কোয়শিনবা চাখুমদা, গুহা মনুংদা হঙোয় অমনা মদুনা মরোইজরে খন্দুনা মনীং তম্না লৈজবগী পেনজবগুম হিংবা নুপী ওইবীগী য়ুম পানবগী পুন্সিদুদা নুপী ওইবীশিংনা অদুমক পেনজনা হিংনরি। অদুগী ওন্নতৈনবদা মপুরোইবগী নুংশিবা অমদি চানবীবগী মীৎয়েংদা পূম্নমক কৎথোকচরি। পূম্নমক্তু ঐহাক্লা ইশাদা পানশিল্লম্মী। অদুগা কয়ারক খল্লমই । ইতোমতা খল্লু খল্লুরগা মশা ককথৎপিখ্রবা পাইবা ঙমদ্রবা উচেক অমগা

পাখক ওইরমই। সমাজগী মনুংদা লৈরিবা নুপী কয়ানা সফর তৌরিবা অৱাবা ময়ামসি উরগা য়াম্না কিজরম্মী।

অদুম ওইনমক ঐখোয় ইমাদো য়াম্না খুয়া তুশিৎনা সংসার থাদোকখি। ঐহাকপু ইমানা ইপুরোইবগী খুৎতা শিন্নখিবা নুমিৎতুদা মহাক্কী চিন্তা পূম্নমক কোকচখিবনি। কয়াবকনো ইমানা ঐবু থেমখিবা। নুমিৎ অদু ঐগী মিৎতা মশেন মরাং ওইনা উরকই। অনাবদুনা চিন্তাগী পোৎলুম অদু কোকথক্তা থাঙ্গৎলগা কয়াবক থেমখিবদুগী খোনজেল অদু কৈদৌঙৈদসু ঐগী ইনাক্তগী চৎখিদবগুম তৌরম্মী। নোংমা অথেংবা অহিংদনি ইমাদু তুম্বা য়াদ্রমাল্লে ঐবু কৌরকই।

- ইবেম্মা তারিবররা?

- করি হায়বগে ইমা।

- য়েংঙোই সংসারসিদা নঙগীনি হায়বা কনা লৈরোইনে ইবেম্মা। নঙ লুহোংদবা য়াদে। হন্দক্কী ননেবেম্মাখোয়না শিল্লকইবসি য়াম্না ফৈ। ইমানা পাম্বদুমক হেক থোকই। পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা কোয়হন্দুনা নঙবু মহারানীগুম থমগদৌরিবনি হায়নে। নঙ য়াদবা য়াদেকো ইবেম্মা। ইমাগীদি নতোমতনিদো।

- তামোখোয় ময়াম লৈরিবসিদি।

- মদু হায়গনুনে। নঙগী ওইবা অততাই ওইনা লেপ্পীগদবা কনা লৈ। নুপীগীদি মপুরোইবনা লেঙদ্রবা লন্নি। নয়ুম মকৈ পান্দনা য়ুম লেপ্তুবা য়াবা নত্তেকো। তানজা অসি নানথোকহনখিবা য়াবা নত্তে। মতু লৈবা নুপাদুগীদমক্তা নঙগী নপুন্সি মাঙহনগনু। মীগী মকাদা য়েৎপা হায়বদু তাগনি। মহা পাপনি। নঙোন্দদি অদুম্না থোকহন্নীংদে। ইমাগী ইবেম্মা হন্দক্কীসিদদি ইমাগী মায় ঙাক্তবা য়াদেকো।

নীংশিংলকই ঐহাক য়াম্না শাউনা খুমদোকখি।

- ইমা! মখা তাবীরগনু। ঐ লুহোংবসি ঙমলোয়। ঐগী পুন্সিগী অপাম্বা পূম্নমক উফুল ওলহনখ্রবদাই। ঐগী লৈজরিবা পুন্সিসিনা হেন্না পামজরে। ইনিং ইখা তম্না তৌনিংবতা তৌদুনা লৈজরিবসি লুহোংলুরবদি লোইনা মাংখ্রগনি। ঐ লুহোংবসি ঙম্লরোই। লুহোংলরোই হায়না লেপলে।

ঐগী ৱাদু তাবদা ইমাদু য়াম্না থম্মোয় শোক্লমালে বি পি ষ্ট্রোক তৌগে তৌরম্মী। তাঙাইফদনা লুহোংবদু ঐহাক য়াখি। ইমাসু নীঙমখিদে। বিপিনগীদমক্ অহন লমন থাদুনা হায়জরবা মতমদুদদি ইচা থাজখিরোই অঙাং ওইরি মহৈ তমখিনি হায়দুনা মুক্ল খিবনি। অসুম্না মাগী পুক্সিগী ইচেলদু থৈদোকহনখিবনি।

ঐগী লুহোংলবা তুংদা ইমানা কয়াদা খুয়া তুশিংনা হরাউনা সংসার থাদোকখিবা।

ঐহাক্কী ইপুরোইবা কেপ্তেন বিজয়চন্দ্রা লুহোংলবা মতুংদা ইকুই কুইদনা ছুটি লোয়দুনা চঙখিবদগী ফনা কুইরে থোরক্কবা চংলমদাইদা য়াম্না থেমলম্মী।

- নঙসু ঐগা চংসি। ঐনা চংপা মফম খুদিংমক্তা নঙবু পুবীগে। অদু ওইরবদি কয়া নুংঙাইনি খঙব্রা?

- ঐসু মদুম খল্লিবনি। অদুবু মতম খর্বদি পীবীয়ু। থবকসিসু পাক হেক থাদোক্লীংদ্রি। খরা লৈরগা নতুং ইনগেদনা।

অসুম্না বীজয়দু চংখিবনি। চহী ফারক্কদৌরে হল্লকত্রিবা। অরাপ অরাপ্পা মফম কয়াদগী ডুবাই, মনচেষ্টর, কোচিন, হোংকোঙ, সিঙ্গাপুর, নচিংবদগী হেক য়ৌবদা টেলিফোন তৌরকলম্মী। প্রেজেন কয়া লেটর কয়া ভোয়না লাক্লম্বনি। অদু লাকখিদ্রে। মতোমতা য়াম্না নাইতোম তারক্লবা মতমদা থংনবা ক্বাটরদা লৈবা ঈংলিস ডিপার্টমেন্টকী প্রোফেসার মিস আজান্তা গঙ্গুলিগী মনাক্তা হেক হেক চংলি। মখোয় অনী তুরেন মপান্দা লৈবা হিথাংফমদুদা হেক হেক চংথোকমিন্নে। অচিকপা মফমদুদা ৱারী ৱাতায় শায়। নোংমা অজান্তানা হৌদোকলম্মী।

- হন্দক্তি নঙগী মেরিয়েজ আনিভর্সেরি দা ঐঙোন্দা তাকলক্কদবনি। নঙগী লুহোংবা য়াওখিদবগী ঐ য়াম্না নুংঙাইহৌদ্রে।

-য়েস সিযোর, শোয়দনা বার্তন তৌরক্কনি।

- নংদি করম্বা মতমদা লুহোংগনি।

- ঐ লুহোংবা পামদে। মরমদি নাতৈ চাবা বব ফংদ্রে।

- করিনো নুপা অসুক য়াম্না লৈরিবসিদি।

- অমাহেক্তা ফাবসিরা?

মবান্নি নোকমিন্নে। আজান্তানা মখা তারকই।

- তশেংনমক্কি লুহোংবা খক্তনা পুন্সিগী অমত্তা ঙাইরবা পম্বুংনি হায়না নঙনা খল্লিবা করিগীনো?

"আই থিঙ্ক মেরিয়েজ ইজ নোত দি এলটিমেত এন্দ ওফ লাইফ। ইট ইজ অ কমবিনেসন ওফ প্লেজর এণ্ড পেন। আই দোন্ট লাইক টু লুজ মাই ইন্দিপেন্দেন্ট আন্দর দি বেন্নর ওফ মেরিয়েজ।"

- মরমদি?

- মেরিয়েজ লাইফ হায়বসি ফ্রেন্দসিপ হারমোনি অমদি ম্যুচুয়েল রেসপেক্ট য়াওদ্রবদি অকিবগী মশক্কি। পিরাং থক্তুনা হিংবা তাবনি। কনানা খঙবা ঐগী বর ওইগদৌরিবা অদুনা ঐগী পারসন্নেলিতিবু মশক খঙদদুনা মাগী পারসন্নেলিটিদা মর্জ তৌশিল্লো হায়রবদি মাগী ঐগী মরক্তা চাউরবা পারসন্নেলিটি ক্লাস অমা লাক্কনি। অদুগা অমরোমদা য়াম্না ইনীং ইখা তৌনা হিংজবদু ঐনা পামজে। নুপাগী মখাদা লৈরবদি মেরিয়েজ লাইফ অমদা ঙাক্কদবা নীতি, নিয়ম ময়ামদু ঐনা চৎপা ঙমলকত্রবদি ইব্রা ব্রানরনি। অদুনা লুহোংদবনা শাফরদরা?

ঐহাক্না মুন্না খল্লি মানা হায়রিবদু লানবা নত্তে আজাস্তা না অমুক মখা তারকই।

"নঙদি লুহোংলবী নুপীনি। মদুগী মরী অদুবু তেক্ত কাইদনা ঙাক শেন্দুনা থম্ববা অমদি অসুম্না হিংবা তাবা নৎত্রা? অদুগীদমক্তা নুপী ওইবীনা হায়নিংঙাই লৈত্রবা সেক্রিফাইস ময়াম অমা তৌবা তাবা। অদুগীদমক্তা অখাং কনবী নুপী হায়নরিবনি"। লুহোংলম্লগা চৎথ্রবা মাবু ঙাইননবা শেম শাবা তাবা নৎত্রা? সতি সাবিত্রিগুম্না অখাং কনবী ওইবা তাবা। অদুগা ঐদি সাবিত্রিগুম খাংবা কনবিদু ওইবা ঙমলোই । অদুনা লুহোংবা পামদ্রে- করি হায়বগে। অসুম্না ফাগীসু তৌই মরক-মরক্তা। অজয়ন্তাগা ব্রারী ব্রাতাই খর খর শাবদু মঙাইরে। ইতৎ তৎত্তনা অচৌবা তুরেন্দুগী হিথাংফমদা হেক হেক নাইতোম ফমলুবসু কোঙ্গাইনি। অকোয়বদা লৈরিবা মীশিংনসু অদুগা ঐগী মরূপ মপাংনসু ঐহাকপু কেপ্তেলগী নুপী হায়রগা খঙনৈ। মীয়াম্না মীং অদু ওস্থোক্না নুংশিনা কৌনৈ। নুমিৎতু বীজয়বু খঙনীং নীংশিংলক্লদুনা অয়ূক্তগী টেলিফোনগী দাইল উংলি। ইপুরোইবগা অমুক্তা ব্রারী শাবা ফংগদরা খন দুনা ঙরাংদগী ত্রাই তৌরক্লিবনি। ফনা কুইরে মানসু তৌরক্তবা। উচিন নাচিন্না ফংলে।

- হল্লো

- য়েস! কেপ্তেন বিজয় ইজ ওন দি লাইন।

- হল্লো, মিসেজ বিজয় ইজ ইস্পিকিং।

- ও! দারলিং। ইজ ইট ইয়ু? হাও আর ইয়ু? কুইরেদা নখোনজেলদু তাখিদবা। নঙগী খোঞ্জেল ফাওবদি তাবা ফংলেদনা । নহান মখৈ মঞ্চেষ্টরদা লৈরুই অদুননি টেলিফোন তৌবা ফাওবা ঙমখিদ্রে। আই এম সোরি। টেক কিয়ার ওফ ইয়োরসেল্ফ। আই লফ ইয়ু দারলিং। নাউ আই এম কম্মিং টু সেলেব্রেট ওৱার ফার্ষ্ট মেরিয়েজ অনিভর্সেরি। অসুম্না কয়ারক য়ুমদা হল্লক্লবা ৱা হায়খি। মমৈদদি ঐহাক য়াম্না তম্থরকলম্মী। পুন্সিগী অৱাৎপা ময়ামদু ফজবা ৱাহৈ অমদি প্রেজেন্ট থারক্লিবা ময়ামদুনা বিজয়গী মহুৎ শিনবা ঙমগদৌবা লৈত্রে। ঐখোয়নিগী ফিলোসোফি ওফ লাইফ হায়গদ্রা লেভেল ওফ থিঙ্কিং হায়গদ্রা অনী অসি থীনা খেন্নরম্মী। ঐহাক্তি কম্মিৎমেন্ট অমদি পুন্সিগী ভেলুদা থাজবা মীনি। ঐহাক তপ্না তপ্না অসুম অসুম ফেদ অপ ওইরক্লম্মী। অরোইবদা বীজয়গী মৱা-মপাউ লৌবা লেপখ্রে। অমরোমদা বীজয়সু ঐবু নীংশিংলকখিদ্রে।

অদুমকপু ঐখোয়গী ফার্ষ্ট মেরিয়েজ অনিভর্সেরি সেলেব্রেসনগীদমক কেপ্তেন বিজয় মতম খরগী থোরক্লম্মী। নেভি ওফিসার ক্লপ্তা য়াম্না চাওনা পাঙথোকখি। নুমিৎতুগী থৌদোক ময়ামদু মথং মথং সিনেমাগী রিল মথং মথং কাপথোকপগুম ঐগী মীৎতা মথং মথং উরকই। নুমিৎতুনা ঐগী থম্মোয়দা মনুংথিৎনা নুংঙাইহনখিবা ঙমখিদে। অচৌবা পার্টিগী গ্রান্দ বোল মরক্তুদা লাক্লীবা মীয়ামগী বেষ্ট ৱিশেস ময়ামদু ঙসিসু নীংশিংলি। "হেপ্পি মেরিয়েজ" "মে গোত ব্লেস ইয়ু"! "হাও দু ইয়ু দু?'' ঐখোয়গী ইরমগী চৎনবী নৎত্রবসু মপান্দা লৈরবনিনা সমুদ্র তরেৎকী ঈশিং থক্লবা কেপ্তেল বিজয়গী মেরিয়েজ এনিভসেরি সেরেমোনি নি। অঙকপা মতৌনি অচৌ অশাংগী লাইফ ষ্টাইল্লি। নুমিৎতুগী হেরো হেরোইন্না মিষ্টব অমসুং মিসেজ বিজয়নি। লাক্লিবা খুদিংমক এনজয় তৌরি। ঐসু হংনা শাবা লাইফদবী অমগুম্না অদুমক য়ারি। অসুম্না ইরাং লাংলম্লগা য়াম্না থুনা ত্রঙ্ককোল তৌরক্তুনা বিজয় চৎখ্রে। ছুটি কুইনা

থাদবনিনা মাগা লোয়ননা চৎসি হায়রম্বনি, অদুবু ঐনা য়াহৌদরে। অদুগী তুংদগীদি বিজয়সু অমুক হন্না ঐগী পাও লৌরকখিদ্রে। অসুম্না মীয়াম্না পীরম্বা বেষ্ট ৱিসেজ ময়ামদু করিসু কান্নখিদ্রে।

মরক মরক্তা তুরেলগী তোর্বানগী হিথাংফমদুদা ফমদুনা তুমীন-তুমীন আশা য়াওদনা যাত্রিক ময়াম লাকপা য়েংলি। করিগুম্বা অমবু ঙাইরি। মীয়াম্না ঐবু কেপ্তেনগী নুপী হায়না অদুম কৌনরি। অসিমঙাই ঐখোয় অনীগী পুমিন্নরিবা পুন্সিগী কোকথোং হায়বদু।

মরক-মরক্তা ঐগী মরূপ মিস আজান্তা লাক্কুনা নাইতোম তারবা পুন্সিদুদগী পুথোক্লবা হোৎনবম্মী। পূম্নমক্কু ঐহাক্না তত্তনা নীংশিংলকই। য়াম্না ক্রিয়েতিপ ওইবা মীওইনি। ইয়ুরোপগী ভিক্টোরিয়ান ইরাদা লৈরম্বা বুজুৱা ফেমিনিষ্টশিংগী মরমদা রিসার্স তৌদুনা পুথোকখ্রবী কুনশুবা শাব্দাতিগী ফেমিনিষ্ট রাইতরনি। মশামক কেমব্রিজ ইয়ুনিভরসিতিদা পি আইস দি ফংলকপনি। মমিং লৈরবী ইস্কোলবনি। কোইম্বারটর য়ুনিভর্সিতিগী ফেকল্টি ওফ হিয়ুমেনিটিগী দিন ওইরি। নুপীশিংবু কবম্না মশানা মশাবু তোনথবা অদুগা মশাগী ওইনা সপমিসিপ ওইবা নেচর অদুগা তমথীনা ওৎ নৈবিরিবা মীওৎ মীনৈ কয়াদগী করম্না ইমানসিপেত তৌগদগে হায়না খনজবা মীওইনি। সমাজসিদা নুপীগী থাক অসি খজিক্তা ওইরবসু হান্না লৈরম্বা ফীভমদগী পুখৎপা য়াগদগে খনজদুনা মপুন্সি চুপ্পা লুহোংদনা লেল্লগে খল্লবী প্রোফেসার আজান্তা নি। মরক মরক্তা ইয়ুরোপকী অফাওবী ফেমিলিষ্ট নুপীশিংগী ৱারী লিদুনা মানা ঐবু তাহল্লম্মী। নুপী ওইবী অমগী পুন্সিদা মশানা মশাবু মরোমদোম হিংজবা ঙমদনা নুপাশীংগী থৌজালগী মীৎয়েং অমদি নুংশিবদা দিপেন্দ তৌদুনা মশাগী অৱা নুংঙাই লেপচৈ। মদু মখোয়গী লৌশিং জ্ঞান মপূং ফাদবদগী থোক্লিবনি। নুপানা নুপীবু হুন্দোক্কুনা অনৌবা অপাম্বা নুপী থিবা ঙম্লগা নুপীনদি সতি ধর্ম ঙাক্লীবনি হায়দুনা মপুন্সি চুপ্পা মহাও য়াওদ্রবা লৈকংলাগী পুন্সিগুম মপুরোইবগী নুংশিবগী মীৎয়েং অমত্তংবু ঙাইজদুনা মচা মশু য়োক্কুনা লেনবা ঙম্মী। অদুগুম্বা অখাং কনবগীদমক্তা নুপী হায়বা মীংথোন অসিবু ফজনা উহল্লি। নৎত্তবদা সমাজনা মাবু চৈ থাংই। মসি নং য়ানীংবরা? করিগুম্বদা ঐহাক্না মাগী মমাঙদা য়াম্না ইমোসন্নেল ওইরক্লবা মতমদা

অজান্তানা তত্তনা থেমজিনবী।

"হে! দোন্ট বি সিলি। দোন্ট ক্রাই ফোর দি সেক ওফ লফ ওর ফোর অনিবোদি। ইয়ু সুদ পোসেজ অ ভেরি স্ট্রোং পর্সোনেলিটি। দি নিদ ফোর লফ ব্রাজ দি হার্ট ওফ দি প্রোব্লেম ইস্পেসিয়েল্লি ইন দি লাইফ ওফ ইভিরি ব্রুমেন। লফ সুত বি কন্ট্রোন বাই রিজন। ইজ ইত রিজোনেবল দেত মেক ইয়ু ক্রাই,। লিসন, মেরিয়েজ সুত বি বেজ নোত ওন লফ বট ওন ফ্রেন্দসিপ এণ্ড রেসপেক্ট। অ ব্রুমেন কেনোট রিজোনেল্লি বি অনহেপ্পি ইফ সি ইজ অতেজ টু অ মেন ওফ সেনজ এণ্ড গুদনেজ দো হি মে নোত বি ওল সি কুত ব্রিস"।

নুমিৎ অদু ঐহাক্কী কাদা হনজিল্লক্লবা মতুংদা অজন্তাগী ব্রাহৈশিংদু হনজিন হনজিন নাকোংদা রেকোর্ট থাদোকপগুম্না তারক্লম্মী। মতোমতা নোক্লীংলকই। মাগী মপুরোইবনা মহাক্কী অপান্বৰু রেস্পেক্ট তৌবক্লবা মতমদা নুপী ওইবীশিংনা নীংবা কায়না কপ্লী। নুপী খুদিংমক্লা মাগী নুংশিজরিবা হেরোদুগী হেরোইন ওইনা পুন্সিগী ষ্টেজদা হিংনীংই। অতোপ্পগী ব্রা পুশিল্লকপা পামদে। অসুম্না ত্রেজিক ওইবা পুন্সি মরেন অমদা হিংবদা চিংনবা নৈতনা মপুন্সিবু লৈখা তাহনখিবা নৎত্রগা মদুম কৎথোকখিবসু য়াওই। নুপানদি নুপীবু ওৎনৈবা ঙম্লগা নুপীনদি পূম্নমক খাংফম থোকপা অব্রাবনি খনবা ঙমলিবা করিগীনো খল্লম্মী। মেদাম অজান্তানা হায়খিবা ব্রিটিসকী মমিং লৈরবী ফেমিনিষ্ট অমগী ব্রাহৈশিংদু নিংশিংলকই। "ব্রুমেন আর ওবসেজ বাই লফ সিম্পলি বিকোজ দিয়ার লাইফ আর সো ইম্পতি এণ্ড সি স্পোক সিমলি ওফ দোজ ব্রাইফস হু ব্রাস্ট দিয়ার লাইফস ইন ইমাজিনেটিং হাউ হেপ্পি দে সুত হেপ বিন ব্রিদ অ হসবেল হু কুত লফ দেম ব্রিত অ ফরবিদ ইনক্রিজিং অফেকসন ইবিরি দে এণ্ড ওল দি দে".

মদু ফংলকত্রবা মতমদা মশানা মশাবু হেরোইন অমগী স্টেটসতা লৈত্রে খনজরম্মী। অদুগা নীংবা কায়রম্মী। মপুরোইবগী থম্মোয়দা মাগী লৈফম লৈতরে খল্লকপা মীকুপতুদা মহাক্কী পুন্সি অসি ইহাং হাংলম্মী। অসুম্না নহা ওইরিবী কয়ানা ব্রাখন খম্থনবগী শক্তি ব্রাৎলকপা মতমদা মশানা মশাবু করিসু মমল লৈত্রবা পোৎ

অমগুম খনখিদবা নত্তে। মশাগী পুন্সিবু মরেক-মহাও য়াওদনা উরকই। অসুম্না মেম সাহেবনা মাগী পুন্সিবু লৈখা তাহনখিবরা খল্লম্মী। পুম্নমক খনবমখৈ খন্থুরুরবা মতুংদা অসিগুম্বা পুন্সিগী সিচুয়েসন অমা লাক্কদ্রা কীরম্মী। মদু মহাক্না পামলমদে। মীওইনা পোক্লবদি করিগীদমক্তা মমল য়াম্লবা পুন্সি অসিবু নুংশিবগীদমক্তা লৈখা তাহনবগী মহুৎতা মাগী নুংশিবা অদু মীয়ামদা যেন্থোক্কুনা করিনো খরদি তৌবনা ফৈ খল্লম্মী। সরমিলানা মহাক্কী লৈজরিবা পুন্সিগী থাক অসিদগী কাখৎখিবা পামলম্মী। মশাগী অপঙবা পুন্সিবু খুদুম চনশিল্লগা স্পিরিচুয়েল ওইবা পুন্সিগী থাক্কুদা কাখৎনীংলম্মী। মীওইবনা করিগী হেন্না হেন্না ৱাংবা স্পিরিচুয়েল ওইবা পুন্সিগী স্টেসন্দা চৎলোইদৌরিবনো খল্লক্লম্মী। অদুগা লৈনবসু হোৎনরম্মী। খনবা মখৈ খল্লুরগা ওক্সফোর্ট য়ুনিভর্সিটি লণ্ডন্দা মশাগী রিসার্চ প্রোজেক্ট অমগীদমক্তা চৎখ্রিবী মাগী মরূপ, অজান্তাদা চিঠি অমত্তা ইরমগে খন্দুনা চে কলম পায়খৎলম্মী। অসুম্না ইরম্মী।

দিয়ার অজন্তা, তাং ১৫/৭/৯৬

শাংলবা পুন্সিসে গুহা মনুংদা লৈরুরবা হণ্ডোয় অমনা মাগী নুংঙাইজরবা সংসারদু গুহাদুনি খনজবা অসুম্না ঐসু লৈরম্মী। ঐহাক গুহাদুদগী করম্না কাখৎসিগে কন্না খল্লি। নহাক্কী পাওতাকশিংদু ঐ কাওদ্রি নুংশিবগী অদুগা লুহোংবগী লিপুন অসিদগী ঐ নাম্থোক্কে লেপলে। মীয়াম্না হায়নবা কেপ্তেন বীজয়গী নুপী হায়বা মীং অসি য়াম্নদি ফজে। ঐগী পুন্সিগী লৈতেংনি। অন্ধবিশ্বাস কযানা পুল্লবা ৱাহৈ "লুহোংদবা নুপীদি অমঙ্গলগী মশক্কী"কা হায়নবদুদি কোক্লনি। অদুম ওইনমক মিসেজ বীজয় হায়বা বেন্নর অসিগী মখাদা খোঙ খুৎ পুল্লবা য়ুমগী মৌ অমা ওইনা হিংবসি পাম্লক্তরে। মহাকসু আইরিস নুপী অমা মাগী মিস্ত্রিস ওইনা থমদুনা ডুবাইদা সেতল তৌখ্রে হায়বা তারে। ঐহাক য়াম্না থূনা লিগেল্লি খাইনরগে লেপলে। নাউ আই ৱান্ট টু বি ইমান্সিপেতেদ ফ্রোম দি বোন্দেজ ওফ মেরিয়েজ হুইচ হেজ নো ফ্রুইট। আই অন্দরস্টেন মেরিয়েজ ইজ নোত দি অল্টিমেত এন্দ ওফ লাইফ। নাউ আই দোন্ট লাইক টু লুজ মাই পার্সন্নেলেটি এণ্ড ইন্দিপেন্দেন্স এজ অ ৱুমেন অন্দর দিস

রিলেসর্নসিপ। আই থিঙ্ক ফোর মি হসবেন ইজ ওর্নলি ফোর দেকোরেসন। আই ৱান্ট টু রিমুফ দিজ দেকোরেসন। চিঠি অদু ইবা লোযরগা ঐগী মিং থাজিল্লে। মাগী ঠিকানাদুদা পোষ্ট তৌরুরে। তৌফম খঙদ্রদুনা হান্নগী পোথাফমদুদা হল্লক্লে।

তোর্বান্দুগী হিংথাংফমদুদা যাত্রিক ময়াম লাক্লি, চৎলি। ঙসিদি মী খুদিংমক অমমমত্র খন খন্দুনা কনাগুম্বা অমবু হিথাংফমদুদা লাংতক্লনা থিবগী থবক্তু তোক্লম্মী। ঙাইজবগী খৌরাংবদু য়াওদনা য়াম্না ইয়াং-য়াংনা ঐহাক তুম্মীন্না ফর্মলি। ঐনদি মীয়ামবু উরি, অতৎ অখম লৈতনা চৎলি, লাক্লি। মীয়াম্নদি ঐবু উবা ফংদ্রবা অতোংবা রোক মথক্তুদা তুমীন ফমলি। নোংচুপ থংবা অতিয়াদা ঈশিং মরক্তা লুপশিনখ্রিবা সনা মচুগী নুমিৎকী মশেক মঙালগা লোয়ননা হোংলক্লিবা নোংজাবী অমদি অমুবা নোংগী য়ান্নরবা মপৈদু অমম্বনা অসুম অসুম কোনশিল্লক্তুনা লাকশীনখ্রে। অহাংবা অতিয়াদা মনীং তম্না পাইরিবা নোংইন কৌবা উচেক্তুদি পাইহৌরি। থাজনা থোরকপা ঙাইহৌরি। ঐহাক তপ্না তপ্না ঐগী কাদা হল্লক্লে। অদুগা য়ুমদা হন্ননবা শেমশারে ।

*--লোইরবা--*

